ꯁꯦꯛꯃꯥꯏꯗ ꯄꯣꯛꯄ ꯁꯤꯕ

# সেকমাইদা পোকপা শিবা

সেকমাই (সেংমাই) য়েনথৌংবী লাইরিং লাইশোন-চংবা লোনচং

# সেকমাইদা পোকপা শিবা

সেকমাই (সেংমাই) য়েলহৌঙৈগী লাইথিং লাইশোন-চৎলা লোনচৎ

য়াইস্কুল খ্বাইরাকপম



পেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর
কৈশামথোং লৈমজম লৈকাই

SEKMAIDA POKPA SHIBA

*Published by -*

**Angom Lokhon Singh**

Awang Sekmai Bazar on behalf of
Patriotic Writers' Forum (PAWF), Manipur



Second Enlarged Edition - January, 2011

**Available at:**

Patriotic Writers' Forum, Manipur
Manipuri Sahitya Parishad, Paona Bazar, Imphal
O S Book Store, Sekmai Bazar

No of Copy - 1000

Price - Rs 98/-

**Printed at**
**RIDJ OFFSET PRINTER**
**New Checkon Road, Opp Tribal Colony, Imphal East.**

## কচ্ছবা

চীংউ অৱাং কৌবা মপুগী মশাইকোল,
মৈবা খুত্তা পাযদুনা অচুম্বগীদমক,
তাইবঙনা মিংথোনপীবে মৈবা পাযবী।
ঐগীদি থম্মোইগী চান্নববী নুংশিখিবী,

ইমা ইবেল, ইচল ইচেশিংদা,
লৈচল শুদ্রবা ঐগী খুদোল,
'সেকমাইদা পোকপা শিবা'
কচ্ছবি লাইবিক মচা সিমতং।

# অহিংবগী বারোল

ইপুধৌনা ইপু পোকই। ইপুনা ইপা পোকই। ইপানা ঐ পোকই। ঐনা ইচা পোকই। মীওইনা পোক্লবদি অমুক শোকপা অমুক্কা শিবা তাবি। পোক্লগনা কবি থৌবম পাঙথোকপিগনি? শিবগনা মথৌ মঙম কবম তৌবা তাবি? মসিগী মতাঙ অসিদা তুংগী মীবোন্না খজিক্তং খঙহৌববদি হায়না খবদং থমজ্রবনি। 'সেকমাইদা পোকপা শিবা' হায়বা লাইবিক মচা অসি ঐনা ইজবদা যাম্না হৈথোই শিংথোইবে হায়দুনা ইজবা নত্তে। চৎনবী অমা ওইনসু চৎনদবা যাবত্তবা, চৎনবিবনি হায়দুনা চৎনবিবসি ইচা ইনাওশিংনা খঙলিববা হাযবগসু খঙলমদবা, খঙদ্রগদি তোক্লসি হায়বসু য়াবোইদৌবি, তৌবসি হাযবসু খঙলোইদৌবি।। তৌবা তাবগনা থৌবম অসি তৌবদা কবম্না তৌসিগে? কবি পোৎলম চঙলিবা হায়বদুমদি খঙবা তাবি। সিগী মতাঙ অসিদনি ঐনা লাইবিক মচা অসিদা ইজবিবসি। অদুবু ঙবাঙদা পোকপা ঙখানা খোংবান লাইবম খঙদবা, নহানদা কোকপা যেকমগুম চিননাইদবা, অহৌবগা অবোইবগা তাইশিন্নবা হৈতবা, মমৈগা মকোক্কা শমজিন্নবা খঙদবা, ঐবু তাকপিবা ঙম্বা য়াওবক্কনি। চৈবিবা ঙম্বা লৈবক্কনি। তাকপিবকপা লৌজগনি। চৈবিবকপা তাজগনি।

তাইবঙ পানবা ঐখোযনা মী অমা ওইনা পোক্লবদি কবি কবম্বা মথৌ মঙম, থৌবম থৌদা পাঙথোক্কদগে (পাঙথোকপিসিগে) মী অমা ওইবগী তৌবিফম থোকপা অমদি অদুম চৎনদুনা লাকই। চৎনবি। মসিবু ইপানাৎ, ইপুনাৎ হায়না কৌনবিবনি। মসিবু কাংলুপ অদুগী চৎনবোল অমা ওইনা থম্লবি। থমসু থমখিগনি। মবম অসি লৈবনা ইপানাৎ, ইপুনাৎ মশক খঙনা চৎপা মথৌ তাবক্লি। 'ইপানাৎ, ইপুনাৎ মশক খঙনা চৎত্রবদি মীওই অদু

লৈবুংনা শল শাবনি। 'অঙাং ওইহিবিঙৈদনা কবি তৌগনি? চাউবক্লগনা কবি করি তৌগদবা? করি তৌবিগনি হায়বগী মতাঙদা খবগী মখৈ নৈনজে। মী অমা ওইনা পোক্লবনা তৌবোইদবা থবকসু তৌকবা, ল্মলুরে খঙলবসু থবক্লা, শিনফম্লা য়াদবা কোঙ্গাই লৈবি। খুদম ওইনা পঞ্জববদা শা ফাকবা, লান ফাকবা য়াওবকই। শাফা, লানফা তৌকববা মীনা শিবা মতমদা কবি কবম্বা থৌবম থৌদা পাঙথোকপিবগা মাঙোন্দা লৈবম্বা লঙজখিবা অদু কোক্কনি? কবি কবম্বা চাকখাঙ যুখাঙ লৈবিবা? মসিগী মতাঙদসু খবা হাপচবে। ঙল্লিবৈঙে মতমদা চৎনবম্বা, শক্লা শোন্নবম্বা হৌজিক্লা মতমগী ঈবোলনুংদা লুপত্রবা, অকুৎপা অমদদি তুংদুনা লৈবি হায়বগী মখৈদি খঙবা উবদি উনবকত্রবা ঐনা ইচা ইনাওশিংদা লৈবমই হাযবগী খুতোম্বীনা থিল্লগা তাক্লম্বগী ব্রাতনি। কনাগুম্বনদি ঐদি খঙদে, উদে হায়না তাকপিবকপসু য়াওবক্কনি।

মীশি ব্রাইয়োং চাদবা, যুমদা তুবৈ ঈবৈ চেল্লকপা, কবি চুপশা মোইথেম তৌবগা পুক্লীং ব্রাখল খবা পোৎথাগনি? অদু ওইববদি শিবিবা মী অদুগী অবোইবা মথৌ মঙম পাঙথোকপা অদুদা হিদাক নেৎপগী থৌবম পাঙথোকপা, হিদাক নেৎপা হাযবগা কবি কবম্বা কবি হিদাক নেৎলিবনো? মসিগী মবমদা খঙবা ব্রাৎলকপ, হৌজিক্তি বিজ্ঞানগী যুগ ওইবনা অমাইবা মাইচৌশিংগী মশীংদি ব্রাৎলকপা, তৌনবমই হাযবগী মখৈদি খঙবা তৌবসি হায়বগসু হৈতবা অসিদনি 'তাকপা হৈবা সেকমাই। তৌবা হৈতবা সেকমাই।' হাযনবল্লিবা অসি। তাকপসু তাকপা হৈবসু হৈনবা লোইনমক শুদ্রবসু মচং ওইবা খবা লৌখৎচৈ। মীওইবা পর্স্নিদি শিবগা লোইবে। শিবগবু চাববা? অশিবা মাগীর্দ্দি লোইবে। লৈহৌবিবা ইমুং অদুদদি শিবগা অব্রাৎপা অমা ফাওবা লৈহনবা যাবকতে। শিবা নুমিত্তা মশাদা কবি চেন্নগনি? কবম্বা মথৌ মঙম লোইশিনগনি? লাইগী তিনগী ওইবা থৌবমদা পোৎলম চৈবমশিংগা চেন্নবকপা, চাকখাঙবা (লান্ন থৌবম) পাঙথোক্তবা যাবকতবা, লাইবমলেশ দা ঈংনা চিক্লা লৈজকনবগীদমক 'নোঙ্গা ঈশৈ শক শোনবা অসিনচিংবা পুন্নমক যাওবে।

মাইবা অমনা ঐগীদমক পাঙথোকপিবিবা থৌবম অসি ঐনসু খবগী মখৈদি খঙবা তঙাই ফদে। মাইবনা নত্তবা য়ুমবু ইশানা তৌজবা যানবসু খবগীমখৈদি হাপ্তুনা নৈনজবনি। লাইবিক অসিবু পাবিবগা অফ-ফত্ত তাকপিবকপা তবাম্লা লৌজগনি। লাইবিক অসি ওইননবা হোৎনবদা ইচা বাকেশ নাওবেম ১দি ও.সি. মৈবানা য়াম্লা কন্না হোৎনবীখিবা অসিগীদমকসু থাগৎচৈ

(III)

হেন্না নুংঙাইজবিবদি পেত্রিওটিক রাইতবর্স ফোবমগী মিংদা ফোঙবা ফঙবা অসিনি। বানানগী মতাঙদা অবানবা কয়াসু য়াওবমগনি। মথংগী খুৎনমদা অবান অহুই পুন্নমক শেমদোকচগে।

-য়াইফুল খ্বাইবাকপম

প্রো.(ডা.) ক্ষেত্রি বিমোলা দেবী
এক্স হেড ডিপার্টমেন্ট,
ওফ পোলিটিকেল সাইন্স
এন্দ
ফোর্মর ডিন, স্কুল ওফ সোসিয়েল সাইন্স
মণিপুর ইউনিভর্সিটি



রেসিডেন্স:
কৈশামথোং লোংজম লৈরক, ইম্ফাল
ফোন নং: ৯৮৬২১০২৯৯২
০৩৮৫-২৪৪২৭৯২

## হায়জনিংবা খরদং

য়াইস্কুল খ্বাইবাকপম্না ইবা "সেকমাইদা পোকপা শিবা" হায়বা লাইবিক অসিগী মবমদা বাহে খবদং ইবিয়ু হায়না তাকপিবকপদা ঐঙোন্দা অঙকপা অমা ফাওজখি। মবমদি লাইবিক অসিগী মমিং অইবিবা পোকপা শিবা হায়বসিগী মবমদা ঐহাক্না য়াম্না কুপ্না খঙলুদবগীনি। অদুমকপু অইবগী অপাম্বা মতুংইন্না খবদি ইবগে হায়না খনখি। ইনিংবগা লোয়ননা য়াইস্কুল খ্বাইবাকপমনা ইবা 'সেকমাইদা পোকপা শিবা' পাবা হৌবকখি। পানা পানা খল্লকই। মীওইবনা খুন্নাইদা লৈবা মতমদা খুন্নাইগী মহৌশাদগী লৈবকলবা চৎনবী কয়া ঙাক্নুনা চৎতবা য়াদে। মমাগী গর্ভদগী হৌবগা মী অমগী পুন্সিদা পোকপা, লুহোংবা অমদি শিবা হায়বা মকওইবা তাংকক অহুম লৈ। মী অমনা মানা মানা লৈকবা খুন্নাইগী মতুংইন্না পোকপা মতমদা, লুহোংবগী মতমদা অমসুং শিবদা তৌগদবা চৎনবী কয়া খেন্ন খেন্ননা পাঙথোকই। হিন্দুগী চৎনবীগা, মুস্লিমগী চৎনবীগা অমদি অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মগী চৎনবীগা খেন্নৈ। অদুম ওইনমক মীপুম খুদিংমক্না মাগী মাগী চৎনবীদি ঙাক্তবা য়াদে। য়াইস্কুল খ্বাইবাকপমনা ইবা 'সেকমাইদা পোকপা শিবা' হায়বা লাইবিকসিদা সেকমাইদা লৈবা মীশিংগী চৎন লোনচৎগী মতাঙদা য়াম্না কুপ্না ইবি। মমানা মীরোল্লিঙৈ

মতমদগী অঙাং অমনা পোকপা, পোকলকপদগী অঙাংগী তৌগদবা, পাঙথোক্কদবা থৌবমশিং অইবনা শেংনা মবীক চুম্না পীবি। খেন্নবা অমনা অতৈ অতোপ্পা মফমদদি মীতৈগী ওইনা অঙাংনা নুপী ওইবগনা থা ৫ দা, নুপা ওইবগনা থা ৬ তা চউমনৈ। অদুবু সেকমাইদদি অঙাংনা থা ৩ শুবকপা মতমদা চউম্বগী চৎনবী অমা অইবনা পনবিবি। খেন্নবা অসিগী মবম শোয়দা লৈবমগনি খল্লি। অঙাংনা না হুৎপা মতমদা তৌদগবা থৌবম থৌদাংশিংদা নত্তনা শোনগদবা লাইৱা লাইশোন ফাওবা লাইবিকসিদা ইদুনা তাক্লি। নুপা নুপী লুহোংবা, লৌন লৈনবগী মতাংদসু, নুপী চেনলবা মতুঙদা লৌখৎপগী অকুপ্পা মবোল, অহল লমনশিংনা তৌগদবা, নহাশিংনা তৌগদব', নুপী নিবা/থাজবা, ৱাবোইপোৎ, লাই তিন থাবা অসিনচিংবগী ত্যংককশিং. চঙগদবা পোৎলমশিংগী মতাংদা অইবা য়াইস্কুলনা মযেক শেংনা ফজনা ইবি। লাই থাবগী মখলশিং হায়বদি অশিমল খাঙবা, ইমা লৈমবেল লাই থাবা, লাইনিংথৌ লাই থাবা, য়ুম্নীবেল লাই থাবা, কৈকংহনবা লাই থাবা হাযবনচিংবা মখল ১২ গী তৌগদবা অমদি হৌনবী কযা অইবনা কুপ্পা নৈনদুনা ইবি। মতমগী মতুংইন্না চৎনবীদা অহোংবা লাকলিবা অসিগী মতাঙদসু অইবনা ফোঙ-ককলি মদুদি লুহোংবা মতুংগী মঙানি চাক্লৌবগা, মপাম চাক্লৌবা হাযবসিগী অখ খেন্নবকপা, মাগী মাগী খুদোংচাবগী মতুংইন্না মপাম চাক্লৌবনা মাশং য়ামশিল্লকপা। অসিনা তাক্লি মদুদি অইবা, যাইস্কুল হোংলকলিবা মতমগী চৎনবীবু কুপ্পা য়েংশিনবা মীওই অমনি।

সেকমাইদা য়াম্না মকওইবা চৎনবী অমা, অতৈ মফমদা কয়া থেংনদবা 'খুমিন পীবা' "(খোমলাং লমন শিংবা)" পাকবদা অনৌবা ওইনা থোকই। থৌবম অসি য়ুম পাল্লবী মচানুপীশিংনা মমা মপাগী মফমদা মানা মানা ঙমজবা ওক, ঙা, চেঙ, থুম-মোবোকনচিংবা পুবকতুনা মখোয়গী (মচানুপীশিংগী নুপানা) মনেমবোক মকুবোক্কী মফমদা খুরুমজবা অদুনি। য়াম্না অর্থ চেনবা, তুংগী ওইবা অফবা পুবক্কদবা চৎনবী অমনি হায়নিংই। লৈকাইগী শীংলুপনা তৌগদবা থৌদাংশিংগী মবমদসু কুপ্পা নৈনবি। 'খম্লুং লম্মী ত্যকপা' হায়বা অসিদা অইবনা থাইনগী ওইবা ৱাবি, মচাখায়না ইদুনা অপাবশিংগী 'পুক্লিং লৌশিং হেনগৎহল্লি। থৌবম পাঙথোকপদা চম্মুরকপা হায়বা মতাং অসিদা অইবনা হোংলকইবা মতমগী মতুংইন্না অমগা অমগা খেন্নরকপা, মান্নরক্কবা ময়াম অসিগী মবমদা শুগাইনা তাক্লি। য়ুমশায়োনগী অকুপ্পা মবোল, চৈবাওবদা

পাঙথোক্লদবা থৌনি থৌবম পুম্নমকপু লাইবিক অসিদা কুপ্না নৈনবি। লাইবিক অসিদা ইবিবা নৈনবিবা ৱাবোল খুদিংমক সেকমাইদা লৈবা মীশিংদা নত্তনা মণিপুর ১দি মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মীতৈ খুদিংমক্তা যাম্না কান্নবা পিবগনি।

চৎনবী হায়বসি চিন্দা ঙাক্তা লৈবা য়াদে, কাউশিল্লকই, পৃথিবীদা লাকলিবা অহোংবা কযা অসিনা মবম ওইদুনা চৎনবী কযা মাঙশিল্লকপসু য়াই। ইদুনা থনমলবদি তুংগী হৌবক্লদৌবিবা মীবোল কযাদা কান্নবা পীবগনি। লাইবিক অসি মণিপুরগী মীযামদা পীবমবা মমল তাঙলবা খুদোলপোৎ অমনি।

যাইফুল খ্বাইবাকপমবু ঈশ্বরনা পুন্সি নুংশাংনা লৈনবা, য়াইফবা মঙ্গল পীবিবা ওইসনু।

মণিপুর ইউনিভর্সিটি — -প্রোফেসার ক্ষেত্রি বিমোলা দেবী

২১-১২-২০১০

## ব্রাহ্রৈ খরদং

লাইনিং লাইশোন হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা তঙাই ফদবা অমনি। উপাই লৈবক্তুবা মতম, তাইনফম খঙদ্রবদা ইশ্বব মাবু কৌজবা, মঙোন্দা চঙজবতনা পোৎথাফম ওইবিবনি। অকা-অকুম অব্রা নুংঙাই মীওইবগী পুন্সিগী খোঙচৎকা শাগোন্নবিবনি। কান্নবগীদমকসু ইবাৎ থৌনি তৌনৈ। অব্রা অনাদগীশু কোক্লবা লাইবম তিল্লম থিদুনা খুকয়্রে। লাইশোন তিনশোন খঙজদবা কয়ানা মাইবা মাইবী নেক্তুনা খুকয়্রে। ঐগী পুক্লীংগী ব্রাফস্নু মী নেক্তুনা হায়জহনবনি। মসিগী খল্লুবগা পুক্লিংদা পেন্দবা অমদি লৈবগুম তৌই।

ওঝা য়াইস্কুলনা সেকমাইগী ওইবা পোকপদগী শিবা ফাওবদা মাইবা মাইবীনা শিজিন্নবিবা ইবাৎ থৌনিগী ওইবা লাইশোন তিনশোন কয়া অসিবু ইথোক-পুথোক্তুনা ফোঙলকপা অসিদি লাইওইত্রবা মপা-মপুবু শেংনা নিংজবা কয়াগীদি থোইদোক্লা কান্নবা ফংলগনি খনজৈ। পুক্লিংগী ব্রাফস্নু ইচিন্দা শোম্থদুনা খুকমজবগা শেংলবা থমোয়গী থৌনি অমা ফংজবা হায়বসিদি তশেংনা লাইবমলেনগা য়াম্না নকশিন্নবগুম্বনি। য়ুম পান্দুনা ইমুং অমা লিংদুনা লৈমবেল লাইনিংথৌগী খুভম শেমদুনা হিংলিবা পুন্সি মহিং অসিদা কুম অমগী হৈ-অমা লৈ অমা কচ্চনিংবা মতমদা কৎফম খঙদনা লৈবম্বা অদু ওঝা য়াইস্কুলগী লাইবিক অসি পাবগা খবা মখৈ পুক্লিং লৌশিং ওইবগনি হায়জনিংই। পোকপা-শিবা, নাহুৎ নবেং অমদি লাই তিন থাবা (লুহোং খোংদোংবা) দা কবি কবম তৌগদগে হায়বগী শিনদোক শিনজিন্দসু য়াম্নমক মতেং ওইবগনি। অপান্ননা শক্লু শোল্লুবমক নত্রবসু পোৎচঙ চৈচঙ শেম্বদদি হংনকবা লৈববোই।

বিজ্ঞান্না হেন্না চাওখৎলক্তুনা তৌবা ঙম্বা কয়া উৎত্রবসু মীওইববু

ওমোব ওইহনবদি ঙমদ্রি। অনাবগী হিদাক কয়া পুথোক্লুনা ফগৎহনবা ঙমলবশু নাহন্দবমক্তি ঙমদ্রি। নাদবা য়াদদুনা নাবকপা, শিদবা যাদদুনা শিবকপা তাঞ্জা অসিদা মীওইবনা ইশ্বরবু চেৎনা থাজবকই। মপুগী নোংদম ঙাইবকই। খোঞ্জেল থোক্লা কৌদুনা পুক্লিংবু ফাজিন্নবা হোৎনজে। তশেংনমক 'লাইব্রা' হাযবসে মীওইবগী পুন্সিগী লন্নি।

**অঙোম নোংয়াই**
লেকচরর,
ককচিং হায়ার সেকেন্দরি স্কুল,
মণিপুর।

## পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরগী য়ায়োল

পোকপা শিবা অনীগী মনাই ওইবিবা মীওইবনা অনী অসিবু হেক-হেক কাউথোকনবগুম্বা অমা ইতৎ তৎতনা থেংনবি। অনী অসিবু কাউথোকলবশিংগী মফমদদি মপানাৎ-মপুনাৎ হায়বসিগী চননফমসু লৈবোই। মপানাৎ-মপুনাৎ ঙাকতনা থমনিংলিবা মীওইশিংগী মফমদনা মতম চুপ্পগী ওইনা মবৈপাক মবমদমবু নুংশিবগী ঈহুন অমা অদুম্মক হুন্দুনা লৈনবিবনি। মজাতি অমদি মখুনাইবু নুংশিজবশিংগী মনুংদা যাইস্কুল খ্বাইবাকপম-সু অমনি। অদুননি যাইস্কুল খ্বাইবাকপম না 'সেকমাইদা পোকপা শিবা' কৌবা যাম্না মক ওইখ্রবা লাইবিক অমা ইবকলিবসি। লাইবিকসিনা "সেকমাই" হায়বিবা ফুকুপসিদদা কন্নবা পীবতা নত্তনা কংলৈপাক-সিবু মপুম ওইনা খঙননবা হোৎনবিবা মীওইশিংদা অচৌবা কান্নবা অমসু শোযদনা পীবগনি।

লাইবিক অসি পেট্রিওটিক বাইটবস ফোবমগী ১৩শুবা লাইবিকনি। লাইবিক অসিবু ফোবমগী ওইনা পুথোকপা ফংজবগী নুংঙাইবসিমদি পাবীবিবশিংগী থম্মোয়গী মফম অমদা নত্রগা অমদা শোযদনা থেংনবিবমগনি হায়না থাজজে। লাইবিক অসিনা মখুনাই অমদি মফুকপপু নুংশিজবা মীগী মশিং হেনকৎহনবদা নত্তনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মবমদা খঙজবা মীগী মশিংসু শোযদনা হেনকৎহল্লগনি। পুম্নিবু পুম্নিনা শকখঙজবা হাযবসি মসিনি হাযনা লৌজৈ। মীওইবনা পাঙথোক্লবিবা থবক মযামসিগী মবকতা পোকপা অমদি শিবা হাযবসিমদি শুকশোয শোয়দনা পাঙথোকতবা যাদ্রবনি। পোকপা শিবগী থৌবমশিংদা মশা-মশাগী লাইনীং লাইশোন

পাঙথোকনগনি। পাঙথোকনবিবশিংগী মনুংদা সেকমাই হায়বা ফুরুপসিগীসু মহৌশাদগী অদুম্মক পাঙথোকতুনা লাক্লিবনি। মদুগী অসুপপা মপাউনি লাইবিকসিদা থম্লিবসি।

হৌজিকতি লাইবিক অসিবু চেকশিননা লোযনবীনবা পাবীবিবশিংগী খুৎতা থম্মোয শেংনা খুৎশিন্নজবি।

চনা, ৫-১-২০১১

**ও সি মৈরা**

ফাউন্দব জেনবেল সেক্রেটবি

পেট্রিওটিক বাইটর্স ফোবম মণিপুব

## ইকাই খুম্নবা উচ্চবা

ঐগী 'সেকমাইদা পোকপা শিবা' হায়বিবা লাইবিক মচা অসি ইজবদা, খগুজদবা, উজদবা কয়া ওজা অমাইবা অমাইবীশিং অসিনা তাইবঙ পান্দা হিংলিঙেদা তাকপিবল্পা অদুগা হৌজিক হৌজিক অব্রাং সেকমাই অসিগী শকনাইবা শকনাইবী ওইনা মীয়ামগী থৌবম থৌথা পাঙথোকপিবিশ্ন ওজা ইবুংঙো ইবেম্মশিং মখাগী মীওইশিং অসিবু নোল্লুকচবগা লোয়ননা ইকাই খুম্নবা উচ্চবি:-

১। লুজা খাইবাকপমচা, অমাইবাবেল।
(নোংকাখ্রবা ইপা ইবুংঙো)

২। অমুথোই লাইময়ুম চা, অমাইবাবেল।
(ইকাই খুম্নজবিবা অহন ইবুংঙো)

৩। জয় লাইময়ুম চা, অমাইবাবেল।
(মচিল নৌনা তুমখৎলক্লীবা)

৪। কন্যাবতি খাইবাকপম ওংবী।
(সেকমাইগী মাইবী খোয়বেনবী)

-অইবা

## ১বা পন্দুপ

## লাইনিং লাইশোন অমদি পোকপা

## ২বা পন্দুপ

## শিবগী থৌবম অমদি শক্লা শোন্নরিবশিং

## ৩বা পন্দুপ

## য়ুম অমগী থৌনি থৌরম নুংগী অইবা রাকম খরা

## ঈরু-লাইশোন
## (কৌব্রুনা কোনবা লমদা)

হা য়ে তুবেল লোকজা মাংজা ঈ, চাবোল মৌবোল ঈ, ইমোইনু অহোংবী তুশাকোল, ঙাংঙোই কজেংলৌ তোংবান অঙৌবা পুলৈবোম্বা কৈশা ঈ, থৌবান তুবেল ঈ, মক লমলেন কোংবা ঈ, মক লাইখোং ঈ, মক খাখোং ঈ, মক অশাংবম লৈমা ব্রাকোই ঈ, মক অবাম্বম ব্রাইচৎ ঈ, চীংব্রাং লক্কী ফেনকৎ ঈ, নাব্রাংলক্কী ফেম্থ ঈ, মাক্লুং তুবেল ঈ, মক অপাম্লোক তুবেল ঈ, মক শিংতা তুবেল ঈ, সনাহল তুবেল ঈ, মকদগী লাইজা ঈবিক শেংথোইববু শোক্লদনা ঈকববনে। শান্দেংলবনে হা .. উম... হৈ।।

(তাইবেল পুংফাই অহুম্মক্লা লাইজা খিক্লেন চাইথগনি)

## অকোকলোন

হা উং হৈ নহান্নোং অদুঙৈ কোবৌ মাবু নোং লৈদ্রিঙৈ নোং লৈবকপা, মালেম মাবু নোং লৈদ্রিঙৈ নোং লৈবকপী, মালেম - চিথেক মবি, মাইগৈ ৮, শুংদাই ১৬,শিঙখায় ৬১, ঈবেংবা পালাই ও তাও, খোয়ুম পালাই ও তাও, নহান্নোং উতং কাপকা হুইগা থা, য়েংতৌ উবোং খিন, উকং মাইথোং য়াল্লকঙৈ ঙসি কোবৌদা ফুদোক্লম্লগে উং- হৈ।। (৩)

হা হোই মশুমাং মব্রাওজা তিংদাইবা, য়াংদাইবা, তিংফাংপা, য়াইফাংপা, ব্রালেম, লালেম, হকথি, শোনাই পুম্নমকপু ফুদোক্লম্লগে উম হৈ।। (৩)

হা উং হয়েং য়োইগা মেনগা য়াইগা থৌবী থৌয়ান লাংবু থৌবী থৌদিন লাংবু থৌবী থাবা পোংথৌ তন্নি। থাবা মাবু লান্নংদে নুমিৎ মাবু পোংথৌ তন্নি নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়াব্রা কোংকাং শাংগী পোংথৌ মথংগী চাগে। কুমজা

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

পাল্লো থৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে ঙাল্লবো তেবগে হা উম হৈ। (৩)

নহান মোংবা তুবেল তুতৌনোং। খোংতৌনোং, তুতেংনোং, খোংতেংনোংগীবু থৌবী থাবা পোংথৌ তন্লি। থাবা মাবু লান্নংদে। নুমিৎ মাবু পোংথৌ তন্নী, নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়াওব্রা কোংকাং শাংগী পোংথৌ মথংবী চাগে কুমজা পাল্লো থৌগে। নোংজা পাল্লো থৌগে ঙাল্লবো তেবগে হা উম হৈ।। (৩)

নহান্নোং তেকপী মওকচা। কাওবেল মশলচা। কাইবৈ মযেনচা। যাংলৈ তাওবা মহুইচা। পোং খুকাই শাগাইবনা ফিচি ফিনা তোন্না হুন্নববু থৌবি থাবা পোংথৌ তন্লি। থাবা মাবু লান্নংদে। নুমিৎ মাবু পোংথৌ তন্লি।। নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়াওব্রা কোংকাং শাংগী পোংথৌ মথংবী চাগে কুমজা পাল্লো থৌগে। নোংজা পাল্লো ফাওবগে ঙাল্লবো তেবগে হা উম হৈ।।(৩)

(তাংকক তাংকক খুদিংগী তাইবেল হাইবিগনি)

হে তাইবঙ মপু শিদবা। নহাক্লা পুম্নমকপু কোকপিবন্নগা দশা লাংফম ফত্তবা, ফত্ত হৌথি, য়েক্ল কল্লক য়েংথিবা, খোঙদা খুবৌ থাংগদবা, খুযা তুম্বৌ য়ুগদবা, থবাক কাইবু লৈবা, শিগদবা, নাগদবা, পুম্নমকপুদি হাওবৈ খানা পাংবা লমদা তুবেল তোবৈ মতুং ইন্না পাম্বা কৈবেল মপী মচানা ময়া ফাক্লা চাগে হায়না লৈবা মফম অদুদা মথিক মথা থন্না হোইথবিখবো।।

থৌবম মপুগী অফবা, নুংঙাইবা, নাদবা, যেক্তবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, কাওবেল শলকোল থনবা, তেকপী ওককোল থনবা, কাইবৈ য়েনকোল থনবা, নমু পোংনা থোইবা, কোবাও ফালনা ব্রাৎপা, লোইমোম ফৌগৈ চোনবা পুম্নমকপুদি হাওবৈ খানা পাংবা লমদগী তুবেল তোবৈ মতুং ইন্না ননাইসিগী মোংবা সঙ্গাই নুংদা হোইজিনবিবমউ ।।

## নাহৈ/নাশেংলোন

হা যেং। থৌপিতেং। লোইপিতেং। চাক্লে ঙাল। তাংলৈ ঙাল। নুমিৎনা মথোকপৈঙে। থাবানা মচোংপৈঙে। উঙানপৈঙে। ব্রাঙানপৈঙে। শিনশুপৈঙে । চবোইনা খোংদমপৈঙে। য়াম্বিনা কাইদমপৈঙে। হুইথৌনা চীফেংপৈঙে। কৈবেলনা য়াথোকপৈঙে। লংমাই থিকলেন মাইলেংগুম্বা নাওশং। ব্রাহোং চানতৌ লিকতোন থৌবানা। থিনখাইপৈঙে লাওখাইপৈঙে। পুলৈবোম্বা অঙক অঙাও হৌ। শিকপ শিকাই হৌববু। তম্বাক লৈহাও মাইবী। লংমাই লৈহাও মাইবনা। তাইবেল মবোং লৈনা লাইজা খিকফেন চাইববগা। পুলৈবোম্বা মবোল মবি থোক্লে। ফমি কাবে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ফম্লাং তোংলে। খুন থন্নবে। খাবৌ লাইবৌ। নোংচুপ নোংপোক কোনগা। পান্নবে শেংনবে। তিল্লৈবগুনো। লাইবৈবগুনো॥

খুনুংনা লৈনুংনা। পোকঙৈগী। পানবীঙৈ। নহানা নুবীনা। য়াহৌঙৈ। য়ুথোংঙৈ। ফৌশু ফৌবা থোকঙৈগী। লাইজা ঈপাল্লাং। পুল্লাং ইমাই চোন্না। লৈবাই হুইশোল কাঙৈগী শমতুঙৈ য়াতুঙৈ। খুজিন খুয়া শেংঙৈগী। মচল মনিং মোইথাপ মোইবেংমবু তাওঙৈগী। হৈকোই লাইয়েং মশীং শুঙৈগী। হে বৈ লৈবৈনা। উমতুঙৈ। ৱাংতুঙৈ চৈ থাঙৈ। তেম্থাঙৈ। মিৎনাইঙৈ। না নাইঙৈ। শাকাইঙৈ। খমকাইঙৈ। তুখাইঙৈ। লন খাইঙৈ। ঙাবা ঙাজিং তানঙৈগী। শেল্লম পাইবম চৎঙৈগী। ঈবম লমকেনঙৈগী। পান্নবে শেংনবে॥

পোইবৈনা কংলৈনা। লাইজিংনা খোইনাইনা। ওমদুনা হৌজেং য়াং লম্থুসু। চেংলৈ উনুং তবেম চেংখাপৈবুং। লাংজা লৌবুংফৈ। চৱাইপী হাওতল্লা। ৱাইবি ৱাইতোন্না। কৈখু কৈবেন্না। লিংপী ৱাইচৈনা। লিক্লি ৱাথানা। তাংখম ৱাপোক্লা। শোইবী শোইযা তাইঙৈগী। পান্নবে শেংনবে॥

লৈচোম হাওতমপাক। চানেম উনেম্বা। থৌকা লাইমেন তংবা লেংনা কোংপা। চীংঙাং খুচিং ঙাংলেনশা চেপলোন মল্লাং। খুম্বি লৈহৌ। ৱাখা লৈতোইবা। চেংকোই নবল ঈ। থোংখোঙ কাবল ঈ। থৌবাল ঈখোং কাবোং ঙাইখোং তাঙৈগী। লাবাক খাংতৈথোং। কান্নক খাংতৈ লাক্লা। চিন্নেল মৈকোই লেনঙৈগী। পান্নবে শেংনবে॥

খুবাইদি অঙৌবা। চকপা লম্থু কোনখাংতাও। যাওবৌ কংতা। তোৎনা লাংযাম ময়াই লমশলকৎ। নুমখোং নুংলাওবী। ফম্না শিঙা লংয়ান । থোংকা লাংপী মাকতিং উবাল কৈবান্না। পোইবৌ হামলৌনা। শিকোং নিঙেল তাঙৈগী। লাবাক খাইতৈ লাক্লা। চিন্নেল মৈকোই লেনঙৈগী পান্নবে শেংনবে॥

ৱাংখৈদি লৌপম্মা পোকপা । ফৌবা যাংলাই পোকসু। পনম যাংকোকপনা শাজেল্লম। পালশিংথি। খাখোং লাইখোং। তাক্লা লিনচিক। চিংখম চাওপোক । খুৎনৌ ঙাংলৌ। কোইচিং কোইমহৌ। লাংজিং হাওগা তোংগা। লাংজিং হিতামচীং। খুনু হাইচেকপী যাৱা তাঙৈগী। পান্নবে শেংনবে॥

খাংসু অতাবা। লানা শিংনবা। নাকুম ফাইবোংবা। চীংখোঙ চম্পা কেক্রুপান। কাশাল শনকৎলম। মৈদিঙঙু উবা কোম্থীবা। লান্দা লম অশৈ ৱাংবা চীং। চিবিক চিপান কৌবা কোনু। ঈবেং ইখাম। থাংমৈ উমা খপঙৈগী। হিয়াং হিবেন তাওঙৈগী। পান্নবে শেংনবে॥

খ্বাই লাইবেল হেমলাই থুমশাবা। অপাং লৌকন শিংকনযাম ক্বাকপা লিতোন পাম্বা। লামুন ৱাইনে। চিঙঙা পিশুম তৌবিংবা। মবম যাই।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ৱাইশেল ৱাইবং। খুখাতোং চীংগী লাবোন তাঙৈগী। পান্নবে শেংনবে।

উমু খুন্দি পুংকাই থেনকাইনা। হাওকাপ চীংশাং খুবম ঙাংচেং। চেংলৈ লুৱাং ঈ। ৱাংতৈ হামেং চীং। খোইমোম লাইচীং শোনঙৈগী। পান্নবে শেংনবে।

থোংলেন যাইবা। মুতুম হৈবাংখোং। হৈচা নামহাম চাওবা। ককচম ৱাতিল পানচাওবা। লিল্লোং থাবোং। মৈদিঙঙু তপুং পাম্বা কৈবেল। ৱাইচীং কৈ। হৈবী ফৌলম। লৌকু অচনবা। নোংয়াই লৈকোইবুঙ। উচিৱা খোইতোমপাল। হয়েন হঙ্গুল। লফু কুমদম শোই। ফৌকাক চাউ। ঈথাই পুনেম চীং। পুমলেন হাপজা। ৱাংমু লাইজাও থেল। শুগনু ঈৱাইতা। থাবৈ লেমলৈ য়াতংতা। কোনতংতা। ফমলেন মতাংমা। মাংশোক মতাংমা। উবা হুমফুমা। পবৈ হোংলমা। পাক্কু ঈতাইমা। শেলখোং নাবিনমা। মচৎলম নাফাল শাংগী। তিল্লী থৌপামগীবু। তিনলৈবগুনো। লাইবৈবগুনো। পান্নবে শেংনবে।

ঈক লাইশোল,
অকোক লোন,
নাহৈ/নাশেংলোন,
অমাইবা মাইচৌশিংদদি
অনানবদা চৈশুনি॥

অমম্বদা থাওমৈনি।
খঙদবগী ওজানি।
লৌশিংগীসু মৈবানি।
মবমসিবু লৈবনা।
অহানবদা ইজৈদো॥

## কোকথোক চামথোকপা

(অনম অহা কোকপা)

পলেম পল্হৌ অনিগী য়ুম্বাল লম্বীদা খোইজিখাগী মিহুন্দম তাওজিং হৈব্দ পাল্লকপা লোইতাম থাপুম ৯ নাও পুবক্লবদি কোকথোক চামথোকপা (অনম অহা কোকপা) থৌবম অমা পাঙথোকই। মফমদি মাঙ্গোলগী থোংজিলবান্দা। পোৎচংদি য়েকুম-১, লাংথ্রৈ মতোল ৫, চেঙ অচোইবা

সেকমাইদা পোকপা সিবা

খবা য়েকম খিন্নবা। হৈরুক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, খোইরু থাওমৈ-১, ফিবাল ১, লেংহুম য়েৎ ওই (লং অহিংবনসু য়াই) শেল খুনেৎ ২, তাইবেল পোংফাই। নাহৈবোল শোনগনি। মবোলদি হে গুরু! থোংঙাবেল গুরু নহাক্কী নফমদা .. .. ননাই ইবেম্মা অসিগী মমিৎ মমাই পাংবা মতমদা তাইবং পানবগী থোংলোন ৯ মক হাংদোকপিদুনা অয়েৎপা অপনবা অমতা থোকহনবিগনো। তাইবঙ শবি ব্রাশক্লখিবা, ১০০ বক হন্না লাল্লকববা পুম্নমক্তি ঙসি কৌবা নুমিৎ চৈচেন্দবা থাবী লান্নংদবা অসিদা তিনকোকপিবো। লাইকোকপিবো। হে গুরু।

## মীরোল্লিঙৈদা য়ুহারাবা নংখিবা

কোকথোক চামথোকপা

মফমদি শুমাং মযাই অপানফম

পোৎচংদি য়েকম ১, লাংথ্রে মতোন ৫, চেঙ অচোইবা খবা য়েকম খিন্নবা। হৈরুক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, খোইরু থাওমৈ ১, ফিবাল ১, লেংহুম য়েৎ ওই (লং অহিংবনসু য়াই) শেল খুনেৎ ২, (খোংবীনা অমমম নেৎগনি) তাইবেল পোংফাই। ফৌদাং-চেংদাং। লাইগীতা ওইনা খিল্লবদি মিরুকগুম্বা মচা অমদা য়াই। চাউনা খিনগে হায়ববদি লুথোং অমা অচোনবা, মিরুক অমসু অচোনবা ফৌ হাপকনি। অচৌবা অদুদা লী মচেৎ অমা কোলশিল্লগা ফৌ অদুগী মথক্তা হাপকনি। ফৌদুগী ময়াইদা লাবৈ অমা কোল্লগা চেং অচোইবা থন্না হাপকনি। মযাইদা য়েকম ১ খিনগনি। ঙা অকংবা অনি কাকুপ (যেকমগী ব্রাংমা ব্রাংমা) দা হাপকনি। শেল কাকুপ (শেল অনি ব্রাংমা/ব্রাংমা) থুম কাকুপ (থুম মচেৎ অনি ব্রাংমা/ব্রাংমা) হাপকনি। য়াংকোক অমসু য়াওবা ফৈ। থৌবম অসি য়াংকোক্তা পাঙথোকপনা হেন্না ফৈ। পুম্নমক কোকই হায়বগী য়াংকোক কৌবিবনে। নাহৈবোল শোনগনি।

হে গুরু! মঙাং, লুব্রাং, খুমন গুরু অহুম্মকতি কোকপিবা ঙম্বা মপুনি। ননাই নশু হেবেম্মা অসিগী মমিৎ মমাই পাংবা অসিদা খোংলৌ পল্লৌবা, অয়েৎ অপন অমতা থোকহনবিগনো। তাইবঙ থোংলোল মাপলমক হাংদোকপিদুনা শবী ব্রাশক্লখিবা ১০০ বক হন্না লাল্লুবা, তাইবঙ মিতমলিঙৈদা নাব্রা অঙাং অসিদা য়ুহাবাবা নন্দুনা অনম অহা চুখিবা পুম্নমক্তি ঙসি নুমিৎ চৈচেন্দবা, থাবী লালনংবা অসিদা কোকপিবমলো।

(ফৌদাং মচা অদুনা কোম্থোংদা থাদোকখিগনি। অচৌবা অদুনা মাইবগী য়ুমদা থিনবিখিগনি।)

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## মমিৎ মমাই পাংবা

পলেম মমানা লোইতাম থাবুম ১০, কোবৌ নুমিৎ ৩০০ নি নাওপুবদা মীওই মিতৌ শুদুনা মালেম তাইবঙ পানবদা লোইনবা কৌবা গুরুগা অঙাং নাবা অপিখক্কা তাইবঙ ফাওবক্লে। মসিবু মমা অমদি অঙাং অনিমক্কী 'মমিৎ মমাই পাঙবা' হায়না খঙনৈ। শম্না অঙাং পোকপা। নুপী ওইবীশিংগীদি শিবা চঙবগী লানফমনি।অদুগা অঙাং অসিগীনা মী লাইগী ব্রাফম অমা ওইবিবনি। মসিদা 'মাইবী' হায়দুনা লম অসিদা খঙ হৈববী নুপী অমনা থৌবম অসি পাঙথোকপিবি। মমা অসিগী নাওয়েক নাওশং পীবদা মতেং পাংবী নুপী ১/২ সু য়াওবা লৈ। মসিবুনা 'মাইযোক্লবী' হায়না খঙনবি। অঙাং অসিনা হেক তাবদা হঙাং-হঙাং হায়না কপ্লদা লৈবিবা মাইবী, মাইয়োক্লবীশিংনা 'কপকনু, কিগনু নপা, নমালৈ' হায়না থেমজিনবী। ঙল্লিঙৈ মতমগী অঙাংগী 'খোযবী' ককপসি 'ব্রাক হায়বা অপাবা ব্রামচা অমা লৈ। মসিনা খায়তোক্লগা ফজনা তৈথোক শেংদোক্লগা ব্রাকথৌ মচেৎ অমনা শীংজংখোক অনানবা অমগী মথক্তা থম্লগা ককই। অদুগা লং অহিংবা অশেংবা অমনা চেৎনা পুনশিল্লী।

মথককী ব্রাহে খবসি হৌজিক্কী মীবোন্নদি য়াম্না ওৎ ওইনা লৌনবগনি। অদুবু মতম অদুগী ইপা ইপুশিং অদু অনা অয়েক য়াওদনা মশা মউ ফনা লৈবমই হায়। মহিক মতাং য়াম্না লৈবমদবা ওইগদ্রা?

## নাওফম অমদি খোয়রী ফুম্বা

নাওফম ফুম্বা হায়না খঙনবিবা থৌবম থৌথা অসি পাঙথোকপদা তঙাই ফদনা তৌবিগদবা খবা লৈ। অঙাং অসিনা নুপা ওইবগা 'খঙলা' লা মঙানা যোম্লগা পৈয়া মঙানা পুনগনি। নুপী ওইবগনা 'খঙলা' লা মবিনা য়োম্লগা পৈয়া মবিনা পুনগনি। ফুমফমদি মমাং থোঙগী ইমুংদা নুপানা য়েৎ থংবা থোঙজিলবান্দা, নুপীনা ওইগী থোঙজিলবান্দা খুবোম অমা লুনা তৌবগা খোইজু লৈখাম মৈ থাবগা মৈখু অদুনা ফুমগদৌবিবা মফম অমদি খোয়বী নাওফম পুম্নমক মৈ ওকথোক্লনি। ফুমফম কোম অদুদা পৈশা অমা থাথবগা লম লৈবিগনি। চিগাই মচেৎ অমসু লোংনা থমবিগনি। অদুগা খোয়বী নাওফম ময়োম অদু থমগনি, মদুগী মথক্তা চিগাই অউপ্পা অমা হাপপিগনি। মদুগী মথক্তা চেঙ অচোইবা খজিক খজিক অহুম্লক থাথগনি। মবোলদি 'লোইনবা কৌবা গুরু নহাক্কী ঙসিগা থানা নুমিৎ মঙানিসি অসি চাদুনা হিংবিবো। অঙাং নাবা অসিনা মপা মমাগা লৈজহৌবসিনো।' কোম অদুদা থমগনি। মি নলহৈদে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

লৈবাক খোৎচিনবদা য়েৎ থংবা খুৎ লোমদগী হান্না খোৎচিনবিগনি। ঐগী মাঙলোম থংবা অদুদা অমুক খোৎচিনগনি অদুগা ওই থংবা অদুনা অবোইবা ওইনা খোৎচিনগনি। মতম অসিদা অসুপ্পা নীংবিগনি - 'মঙাং, লুরাং, খুমন শিদবা গুক অহুম্মক্তা অঙাং নাব্রা অসিগী ফত্ত হাওথি পুম্নমকপু ঙাকপি শেনবিয়ু।' লৈবাক সুজিনবা তৌহৈদে' না পঙই।

হৌজিক্তি ফ্রোবিং তৌবা য়ুম ওইববদি ইমুংদগী মপান্দা থৌবম অসি পাংথোক্লবে। য়েৎ ওইদি কায়বা য়াদে। য়েৎগী লমদাং, ওইগী লমদাং হায়না লৈবিবনি।

## নোংদম্বা খুরুম্বা
## (থৌনি থৌরম)

অঙাং তুমফমগী লুখুম ওইবপ্পা ব্রাই ফজনা তৈথোকপা। লা অমা থাবা। ফি অহনবা অমা তাংপল থাবা। অঙাংগী মফি মবোল, লাইবিক কলম, খুচুপ খুজি, খোঙজি, পৈশা মাগীনি হায়না তম্বিনিংবা পুম্নমক হাপ্পিবা য়াই।

মচল শুনা শেন্নবা হৈকক অথেলপোৎ ১, ঈবাৎফু ১। হৈনৌ মনা অহুম্মা মঙক্তা লৈতেংদুনা পুনগনি। লফোই ১, ক্বা মক ১, মনা ১, পৈশা ১, হাপকনি। অরুবা ঈশিং চোন্না হৈগনি। লা অমদা (ফৌ খবা হাপ্পগা মথক্তা খিনগনি) চেঙ, থোইদিং অমুবা খবা, তিংথৌ মতোল খবা থম্বা (মাইবনা কৎপিগনি) হৈকক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, খোইরু থাওমৈ ১, ফিবাল ১, মেক্রুক থাগনি। নাহৈফু ১, অরুবা ঈশিং খবা হাপকনি। তাইবেল পুংফাই মশা ৩। ঈক লাইশোল, অকোকলোন নাহৈ/ নাশেংলোন শোল্লগা হাইগনি।

নোংদম্বা খুরুম্বা অসি ওজা অমগা মান্নদবা য়াওবকই। ওজা কনা অমনা শোবাবেলনা মচা ইবেম্মা ৭না ব্রাবিবা অসিদগী হেন্না ব্রাবা মালেম তাইবঙ পানবদা লৈবিববা মপুনা মাগী লাইবক্তা তম্লম্বা অসিগী মবমদা য়ুমফম ওইবগা খুরুমজবসু য়াওই।

ঐগী অসিনা তাইবঙ শেম্বা শিদবা মপুনা কোবৌ নোংশেম্বা মালেম লৈশেম্বা অসিদা য়ুম্ফম ওইবগা খুরুমজবা অসি লৌখৎচৈ। ঐখোয়গী চৎনবীদা অঙাং নুপা ওইবগা নুমিৎ মবিনি, অঙাং নুপী ওইবগনা নুমিৎ মঙানি শুবগী য়াচঙলকপা মতমদা নোংদম্বা খুরুম্বা থৌনি থৌবম পাঙথোক্লে। শোন্নে।

মবোলদি মখাগী অসিনি:-

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## অঙাং নাবাগী নোংদম্বা খুরুমজবা

গুকনা শবোই লাইয়াম পুন্নমক্কা লোযনদুনা কোবৌ নোংদি মালেম লৈদি শেম্বা শাবা লোইববদা নমু তাইবঙ লৈবা য়াবগনি হায়বা ব্রাখলদা মপাবী অশিববু য়েংদুনা পাবি ইবুংঙো হৌজিক্তী মিবেল মিতল্লো, হায়না তাকপিববদা কয়াগী মতিক নুংঙাইজবা, অদুবু ঙাইহাক ব্রাংলেন লৈকবগা মীবেল মিতম্নবা লংলাগী লংজিল ফংলকত্রবদা মপা গুকগী নাক্তা শোন-শোন চঙজবে হায়বগা ইপা ইবুংঙো নপাবিগীদি মীবেল মিতম্নবা মালেমগী লৈশাবু লৈজদে হায়না হঙ্গৎচববদা মপা গুকনা তাকপিবক্রে। ইমা শিদবিগী খোয়বুং নুংদগী মালেমগী লৈহিং কোক্তুনা মিতম্মো হায়না তাকপীববদা অশিবনা থিম্ভুবা লৈতনা পলেম মমাগী নাক্তা চত্তুনা মালেমগী লৈহিং লৌদুনা মিতম্বা হৌখি। মসিবু মীশাবুও হায়না কৌয়ে।

অশিবনা অহানবা শেম্বদা লেমলৈ ঙাবা মওং মান্না শেল্লে। মদুবু থব্র যে য়াইবী হাপচিন্দুনা মপা গুকদা কৎচববদা মপা গুকনা হায়বকই মসিদি ইপানা শান্নগে হায়বিবা লাংওন শুদবে। কোলোই মমিংদি ঙমু হাযনা কৌবসি। হয়েং ইপানা শান্নগে হায়বিবা পী-পা নাইনা পাল্লবা মতমদা হেদো নাহেতম মোলাং তপ্তাইনবা তবা চউম্নবা মহুৎ-মবেং শিনবা ওইবসনো হায়না লাইজ ঈশিংদা থাদোকখি।

অনিবকশুবদা শেম্বদি মবিয়া হায়না শেল্লে। মদুনা মালেমদা থল্লগা থব্রায য়াইবীবেল হাপনা থাদোকপদা ফন-ফন চোংনা চৎলে।। মদুনা কৎলুবগে হাযদুনা মপা গুকদা কৎচবদা মপা গুকনা ফজৈদা পাবি ইবুংঙো মাগী মথৌশো ইপা পিবগে। কোলোইসু ইপানা থোল্লগে। ইঙা কুমদম্বা, ইঙেল কুমখায়বা ওইবসনো। ঐখোয়না মবিয়া হায়না কৌবসে তাইবঙনা হঙোই হায়না খঙনবসিনো। লাইজ লৈবা মফমদা থাদোকখি। হঙোইনা চঙখিবা মফম অদুবু হঙোইপাৎ হাযনা খঙনখি।

অহমলক শুবদা শেম্বদি য়াবৌ পান্দম লাক্লা শেল্লে। অদুবু মালেমদা থব্রাই যাইবীবেল হাপ্লগা থাদোকপদা মালেম লৈবু পক্লা চৎলে। অদুবু কৎলুবগে হায়দুনা কৎচবদা ফজৈদা পাবি ইবুংঙো। মসিনসু মবোমদে । মাগী কোলোইদি মালেম অথেংবদা শেল্লে হায়বগী কোলোই মমিংদি থেঙ্গু হায়না কৌবসে। মাগী মথৌদি মালেম লৈপুনবা ওইবসনু। লাইজ লৈবা মফমদা থাদোকখি। থেঙ্গুনা চিংদুনা পুখিবা মফম অদুবু থেঙ্গু চীংজিন হায়না খঙনখি।

মবিবক শুবদা শেম্বদি কাউবেন পান্দম লাক্লা হনু.কোকলেন হায়না

শেমলে। মদুবু থব্রাই য়াইবিবেন হাপ্পা কৎচববদা মপা গুরুনা তাকপিবকই মাগী কোলোইদি হনু কোকলেন উবাংঙম্বা কৌবসে। উবাং থক্তা লংখৎখ্রো। তাইবঙনা য়োং হায়না কৌবসনো। য়োংনা কুমথবগা সেলোই তানা চৎখিবা লম্বী অদুবু য়োংলান লম্বী হায়না খঙনৈদো। মাগী মথৌদি হয়েং ইপানা শান্নগে হায়বিবা পা-পী অদুনা মখোঙ অহুম পান্না চৎলবা মতমদা পুন্সি চেংজেল নিনবা ওইবসনো।

মঙাবকশুবদাঃ পাবি ইবুংঙো যাববোইয়ে ইপানা হায়গে তাবো ইপানা কুকুম সনা চীংদোন্দা শাবেপ তন্নগে। লাইজ নুংদা তাবিবা ইপাগী মিবেল মিতম যেংদুনা মিতল্লো। মপাগী মিবেল মিতম লাক্লা শেমদুনা মপাগী মফমদা কৎচববদা ফজৈদা পাবি ইবুংঙো ইচাগী ইথৌ লোইবে। গুরুনা মিতম অদুবু ওই থংবা খুৎনা লৌখৎতুনা য়েৎ থংবা খুৎপিনা লব্রাই কোইবী কোইবেল নমখায়দুনা শিংলি চামা নিপাল পানশিল্লে। মিহুল চামানিপাল হাপলে। নাওবী চামা নিপাল শেল্লে। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ লোইনা হোইজিন্দুনা তাইবংগী হকচাং কায়াৎনুংদা গুরুগী লাইশঙ অমা শেম্বীবে। লব্রাই কোইবী কোইবেলবু শতু পোকথেক লৈনা ফুল্লে। শতু নঙদি কোবৌ নোংগা তাইনৈযে হায়বগী শম কৌয়ে। গুরুনা নমু তাইবঙ মীবু পা-পী নাইনা শেম্লবদা তাইবঙবু চাদা-নাওদাববু য়াবগনি হায়দুনা থব্রানমিচাক গুরুশিদবদা মরু পীবে। থব্রানমিচাক গুরুশিদবনা নুমিৎ শীংবুম ১৫ নি নাওপুবদা য়াদ্রবদা থাবি চৈ চেন্দবদা পীবে।।

থাবী চৈ-চেন্দবনা কোবৌ নুমিৎ ১৫নি নাওপুবে। য়াদ্রবদা নুমিৎনা কোবৌ শীংবুম ১৫নি নাওপুবে। য়াদ্রবদা পখৌ মপাদা পীবে। পখৌ মপানা কোবৌ শীংবুম ১৫নি নাওপুবদা যাদ্রবদা নুমিৎ থা অফববু য়েংদুনা পলেম মমাদা পীবিবে। পলেম মমানা লোইতাম থাবুম ১০, নুমিৎ ৩০০নি নাওপুববদা তাইবঙ মালং পান্দা ফাওবা য়াবগনি হাযদুনা গুরুদা হঙ্গৎচববদা গুরুনা থিনথবা লৈতনা নাব্রাগী নাক্তা লাক্লগা হে নাব্রা নঙ হৌজিকমক তাইবঙ পান্দা ফাওদবা য়াববোইযে। মালং উতোং কায়বে। লাইজ ঈফু কাইবে। নঙসু ঐসু পলেম নমাসু শিবগনিয়ে হায়না তাকপিববদা নাব্রানা গুরুগী মখোঙবু কোন্দুনা অদুগুম্বা লমদম অদুদা চৎচবা ঙমজবোইয়ে হাযনা হঙ্গৎচববদা গুরুনা শাম্বা পাঙ্গল লৈখিদ্রে। অদুবু গুরুনা ব্রাংলেন মিকুপ খবা ব্রাখল তৌবদা লংলাগী লংজিল ফংলদুনা গুরুনা হায়বকয়ে হে নাব্রা অদুগুম্বা লমদম অদুদা ঐনা চৎলবদি নং চৎলগদ্রা? নাব্রানা হায়জবকয়ে গুরুগী থৌগল থাতোকচবোইযে। ফবে অদুদি ঐ অমা হায়গে। হয়েং তাইবঙ মালং পান্দা নঙগীদি অপোকপী পলেম লৈবমগনিদো ঐগী কনা লৈবমলোই। তবা লাম্বা মতমদা অপোকপী

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

পলেম্না তবা চাকসু পীজগনিদো, ঐবু পীজগদ্রা? হায়না গুরুনা তাকপীববদা নাব্বানা গুরুদা হান্না কৎচবগা অবেন্না নাব্বানা ফংজগে। হয়েং নওগীদি পন্থৌ নপানা চবৈ ফিওমতম্ববু ঐবু শেৎহনগদ্রা? গুরুগী ফিমল ফংজগে। শেৎহননিংগদ্রা? শেৎহননিংদ্রবা মতমদা নওগা ঐগা কায়নবা য়াবববা? তৌজবোইয়ে গুরু ও। ফবে অদুদি তাইবঙ মালং পান্দা ফাওবসে। য়েৎ থংবা নখুৎ তিংথোকও। গুরুনা শিদয়াই পাইহল্লে। গুরুনা নাব্বাগা লমলেন খবা চৎলবদা নাব্বানা হঙ্গৎচৈয়ে। ওই থংবা খুৎসি হাংঙে হায়না গুরুনা য়েংলুবদা চুম্মীনহে হায়দুনা নাদয়াইবু পীবে।

অসুম লাকপদা নোংদম্বা মপুনা গুরুদা হঙ্গৎচৈয়ে। গুরু কবি পাইমা ব্রাখন্নো? অঙাং নাব্বা অসিদি শিদয়াই নাদয়াই পীববনিনা নোংদম নোংখায়বা য়াববোইয়ে, হায়না হঙ্গৎলবদা গুরুনা চুম্মীনহে পীকববনিনা য়েৎ থংবা খুত্তা শিনলৈমা। ওই থংবা খুৎতা লনলৈমা পীদুনা গুরুনা পলেম মমাগী শীংয়োমনুংদা লৈশিন্দুনা লৈহৌবে। ঐ কৌবা নোংদম্বা গুরুবু শাদুনা লাইজ ঈবি ইপোম্না মাঙ থা, তাইবঙগী থোংলোন ৯ বু হাংদুনা তাইবঙ ফাওববদা গুরুদি তাইবঙগী হকচোক লমলেন নিংথিববু য়েংলিঙে, ব্রাংলেন খবা কান্নববদা অঙাং নাব্বা অদুনা হঙাং- হঙাং মীকপথিয়ে। অদুবু গুরুনা থেমজিনবিবগা মাইয়োক্লবী কয়াগা ইক-শান্দেং নাহে- নাশেংদুনা খোযবী লিশাং কক্লগা অঙৌবা চবৈনা য়োমদুনা তশেংনা অপোকপী মমাদা শিন্নখি। কোবৌ মাসু চৎখি। থাজ মাসু চৎখি।

হয়েং কোবৌ নোংদি অঙাং নাব্বা অসিগী পুঙ্গি নুংশাংনবা নুমিৎ থাবু খুকমজবা থোক্লবে। অদুনা ঙসি ইনুং শোইসিদা অঙাং নাব্বা অসিগী মপল পলেম পন্থৌনা সনা কৈথেল লেন্দগী তবেৎ শেনজানা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈরুক তাঙ্গা, ক্বা তাঙ্গা, খোইরু থাওমৈ, ফিবাল (মৈবী মৈবা) ঈবাৎ ফু ফিবোই-ফিঙম, তবেৎ শেনজা কৎচবিবা অসিবু হে নোংদম্বা কৌবা মপু নহাক্লা পেনবিদুনা য়েক্কী মনিল নাইবা, তেক্তবা কায়দবা পুঙ্গি নুংশাংবা, নুংঙাই - য়াইফবা পুম্নমকপু কুবিবম্মো।

## ঈপাল থাবা

ঈপাল থাবা অসিদা অতোপ্পা খুল লোন্নবা কৈবোই লৈকাইগা খেন্নবা খবা লৈ। ঐখোয়গী অসিনা অঙাং অদুনা নুপা ওইববদি মঙানি শুবগী অয়ুক্তা থৌবম পাঙথোকই। অদুগা নুপী ওইবগনা তরুক্কি শুবা নুমিত্তা ইপা ইপু হাতক্তগী পাঙথোক্তনা লাকই। পাঙথোক্লবি। অয়ুক অঙনবগী মঙান মশেক

অবাবনা তাইবঙ পানবদা নোংমগী অনৌবা শিন্থা পীবগে হায়না নোংপোক থংবা চীংদোন্দগী তবং তবং থোবকপা তাঞ্জাদা অঙাং নাব্রা অমদি অপোকপী মমা অনিবু নিংথিনা লুমথোক্লবা ঈশিংনা মচে, মনেমশিংনা ঈক শান্দেংবী। অসুম্না ঈশিংদা থাদোক চামথোক তৌবগীদমক 'ঈপাল থাবা' হায়না খঙনবি।

অঙাং নাব্রা অদুসু নিংথা অহনবা অফবনা য়োমবিবে। অপোকপী মমাসু অব্দ অহেন ফিজোল হোংহল্লে। শুমাং ময়াইগী অপানফম অদুদা নুমিৎ থা খুকমজবগী থৌনি থৌবম পাঙথোকই। মমা মচা অনিমক মমানা মচা অদু পন্নগা ফাল অমদা ফমহল্লি। থৌনি থৌবম অসিদা চঙগদবা পোৎলমশিং অঙাং নুপাগীদা শংবাই মনা পানবা অচোনবা ফৌ শংবাই ২। ফৌ চোন্না হাপ্লবা মেকক ১। নোংপোকলোমদা পবেং শানা খিনগনি। ফন্নিবা অদুগী যেৎ থংবদা অচৌবা শংবাই থমগনি। অমনা ময়াইদা। মেকক অদুনা ওইবোমদা থমগনি। শংবাই অচৌবা অদুগী ফৌ মথক্তা লাবে অমা কোল্লগা চেঙ অচোইবা খবা হাপ্লা, য়েকম অমা খিনবা, শেল কাগুপ হাপ্লা, ঙা কাগুপ হাপ্লা, থুম কাগুপ হাপকনি। অদুগা লি অফবা মচেৎ অমা কোল্লগা ময়াই অদুদা হাপকনি। নুপী ওইবগনা অতৈদি চপ মান্নে ফৌদাং শংবাই মনা পানবা অনিদুগী মহুত্তা লুথোং শংবাই অচোনবা ফৌ শংবাই ১, মেকক ১ গা ওইগনি। ফৌদাং শংবাইসিগী ওই ওইবপ্লা ফৌদাং য়েন নুপা ওইবগা লাবা, নুপী ওইবগা অমোম ১/১ থম্নীগনি। কোল অশেংবা অমদা অফবা ঈশিং খবা, তাইবেল পুংফাই মশা ৩, ই নম্বুৎ মচা ২, শেল খুনেৎ ২+২=৪। (য়েনদি তাইবেল হাইবদা মমা হান্না পাইহল্লী। ঙমদ্রগনা মী অমনা মমাগী মহুৎ শিল্লগা পাইহনবা য়াই।)

মাইবীনা ঈক লাইশোল, অকোকলোন, হাহৈ/নাশেংলোন শোনবিদুনা তাইবেল হাইবিগনি। লোইবগা নুমিৎ-থা- খুকমজবগী থৌনিবোল অমুক তৌবিগনি -

'অঙাং, লুব্রাং, খুমন শিদবা অহুমক্কী মফমদা ঙসি অঙাং নাব্রা অসিবু নুমিৎগুম মশেক নাইবা, থাজগুম মঙাল নাইবা, য়েক্কী মনিল নাইবা, হৈথোইবা, শিংথোইবা, পুন্সিবা, নুংশাংবা, তেক্তবা, কায়দবা পুম্নমকপু কুবিবম্মু হায়দুনা পম্থৌ মপা অপোকপা পলেম মমা অপোকপী, অনিনা নাব্রা অসিগীদমক ফৌদাং শংবাই অচোনবা, ফৌদাং য়েন অতৈ পোৎলম পুম্নমক কচ্চ্বিয়ে।'

তাইবেল হাইখিবগী ঈশিং অদুনা অঙাং, মমাগী মাই তাবগা খুৎতগী পকহৌবা ঈশিং অদুনা যেনদা কনশিনগনি। (৩)

মসিনা তাক্লিবদি লাইবক্তা তমখিবা অব্রা অনা, শিগদৌবা, নাদৌবা পুন্নমক য়েন নংনা পুবিপ্রো। হায়বনি। উশিন্নি।

## ফকলোকপা

ঈপাল থাবগী থৌবম পাঙথোক্লিঙৈ মবক অসিদা অঙাং মমানা হান্না তুম্নবম্বা ফক, ফৈজুপ, মাইথা অদু মমা, মন্দোল, মচে মনেমনা লোকখৎলগা অনৌবা অফবা অমা শিনবী। মসিবুনা 'ফকলোকপা' হায়না কৌনৈ।

## য়ুমশেংবা

য়ুমশেংবা মখল অনি শুবে। অহানবা অসিনা অঙাং অমা পোকপগী য়ুম মাংলম্বা অদুগী য়ুমগৈ শেংবা অমা। শিবা নাবগী য়ুমগৈ শেংবগা খেন্নবা খবদি অদুম লৈবে। শিবা নাবগীদি ইপা-ইপল, ইমা-ইবেল পুন্নমক য়াওনা পাঙথোকমিন্নবা থৌবম্নি। অঙাং অমা পোকপগী য়ুমশেংবদি ইমা ইবেলশিংতগী ওইবা থৌবম্নী। অদুগা থৌবম অসি পাঙথোক্লবগীদমক য়ুমবুনা লাকপিনবা পাউজেল কচ্চবা অদুসু চৎনদে। তৌনদে। অতা অতাবা ইমুং মনুংগী নুপিশিং, মবী- মতাশিং, অঙাংগী নিংথা ১, নাহোং ১, শেল ওইনা অঙম্বা খবা পীবগী চৎনবী লৈ।

য়ুমশেংবা অসিদা ইবেম্মশিং খবগীদি ওক, য়েন থোংলগা শেংনবা, কনা অমনা ঙমু লৈবৌ থোংলগা, য়েকম ফুৎলগা থাঙনা তংখায মশুং তানা খায়বগা, শিংজু শকক য়ৈখৎপদা হাপ্লগা শেংনৈ। য়ুমশেংবগী পোৎচঙ হায়বগদি মক ওইনা হৈবী মনা শিংজু অসিনি। হৈবী মনা অসি ফংনদবা মতমসু যাওবকই। অদুনা হৈবী মনা মমিংতা ওইনা হাপ্লগা মতম মতম অদুগী অফং অফংবা মনা মশিংনা পাঙথোকপসু অদুম চৎনৈ। শিংজু শুবগা শকক য়ৈখৎপদা মথক্কী য়েঙ্খংশিংসি মচেৎ ১/১, ২/২ হাপ্লগা শেম্বা শিংজুশিং অদু লাকপিবিবা ইমুং মনুং, মকপ মপাংশিংদা য়েনবিবগা মচাগী য়াইফনবা, না য়েক্তনবা খুদোল পীবা থৌবম অমা ওইনা ফজবা মওংদা পাঙথোক্লবি।

শাবম ঙাবম নাইনা পাঙথোকপিগে হায়বগনা য়েনগী শাবম শিনবা মখাগী য়ুমশেংবা অদুদা য়েংবিবো। অদুগা ওক্কী শাবম শিনবা ওইবগনা মখাগী 'নাহৎপা' অদুদগী খঙবিবো। য়েনগী শাবম অঙাং পোকপগী য়ুমশেংবদা মাইবীগী য়েনয়োমদা হাপ্লিগে হায়ববদি শিংজু নিংথিনা হাপ্লবা শকক ১, শাদোই খবা য়েনগী মশা ১ অসি হাপনৈ। য়েনয়োমগী লা পৈয়াসু নুপা ৩/৫, নুপী ৪/৬ অসিনা য়োমলগা পুনবিগনি। অঙাং পোকপগী য়ুমশেংবা অসিদদি শাবম পীজবসি নুপী অহনশিংদা পীজবসু চৎনৈ।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ফৌদাং মেকক মচা অদুনা মাইবীনা থোঙকান্দা থাদোকখিগনি। তাইবেল হাইবগী তাইবেল ঈশিং হৈদোকপিগনি। মাইবীদা ঙমজবা পৈশা অমতা ওইববসু কচ্চগনি। মাইয়োক্লবীদসু তৌবিগনি। ফৌদাং, ফৌদাং য়েন মাইবীগী যুমদা থিনবিগনি। থৌবম অসি পাঙথোকপদা ঐনা পনজবদা নুংঙাইতবা খবসু য়াওবকপা অদুম থেংনৈ। হেন্না অকুপ্পা খঙবিনিংবা লৈববদি মাইবী খোযবেনবীশিংদা হংবিয়ু।

## শোইরেল

তাইবঙ মপুনা তাইবঙ পানববু শেল্লগে হাযদুনা পাইমা মনিংশানা সনা তাংপল ওইনা, মনম নুংশা য়াইনা ফালফল্লিঙৈ, খঙহৌদনা মশাদগী লিক্লা তাখি। শোয়খবে হাযবগীবু শোইবেল কৌখি।

শোইবেল হাযবা অসিদা অনি থোক্লা খাইদোকপা যাই। ১বা শোইবেল অসিনা মমা পুক্লুংদগী শিনা পোক্লকপা অদুবুনি। মসিগীসু মথৌ মঙম তৌদবা য়াদবা, অমুক হন্না তেশিন হনজিন্দনবা থৌবম পাঙথোকপিগনি। পাঙথোক্তবসু তৌহৈদে। মসিগীদি খোয়বী নাওফম তোঙান্না ফুম্বগী মথৌ তাদ্রে।

হাপ্পদা চনগদবা চফু অমা, চানবা মখুম অমা লৈবিগনি। অশিবা মশা অদু চফু মনুংদা নিংথিনা হাপচিল্লগা মখুম অদুনা ফজনা খুমজিনবিগনি। ইমুং মনুংগী মী মপা, মতোন অমনা পুবগা খোং নত্রগা তুবেল ব্রাংমা লাল্লগা মীনা শোক্লোই উবোইদবা মফম অমদা ফুমমুগনি।

২শুবা অতোপ্পা শোইবেল অসিনা পোকপদগী অঙাং অমা ওইবগী মথৌ মঙম তৌবিফম থোকপা পুম্নমক্তি তৌবিখ্রবা লাইবক থিবদগী মশাগী অনাবা অমদগী নত্রগা খুদোংথিবা অমদগী চউমদ্রিবৈঙেদা লৈখিদবা (শিবা) থোক্লবদি মসিসু 'শোইবেল' অদুম হায়নবে। কৌনবে। মাগী মথৌ মঙমসু মথক্কী অসিগা চপ মান্নগনি।

শোইবেল ফুম্বা অসিগী লমদা হৈথোই শিংথোইববা মাইবা মাইচৌ কনাগুম্বা অমা তঙাই ফদনা চঙদবা য়াবকত্রি। লৈববদি শাগৈগী চাকোক সলাইগী নত্তবা মাইবনা হেন্না তৌনৈ। ফুম্বা লোইবগা চফু মখুম মপা লৈবাক মথক অদুদা লাংগোম মতেক অনিনা কাবন ওইনা ফৈনা থম্বিবমগনি। মাইবনা নিংবিগনি 'লাংগোম অনিসিনা অঙাং নঙ অমুক হন্না লাক্তনবা পৌ লোল্লবনে খঙঙো।'

অসিগী মতুংদা ফুমফম অসিগী লৈবাক খবা খবা তাবা মফম অদুদা অমুকসু হব্রাই মঙ্গল কানা ঙৌববা (অকাবা) মক্ত অদু মাগীদমক তমদুনা হল্লমগনি। হুনবা মতমদা মাইবনা হায়গনিঃ- 'সে সে অঙাং নাৱা তাও সো' হব্রাই মঙ্গল অসিনা কবিগুম্বা হৌবকপা থোক্লবদি নঙ মালেম তাইবঙ পানবা অসিদা অমুক হল্লকউ। হৌবক্তবা থোক্লবদি নঙগী নপা নমাদা, নঙগী চাকোক সলাই, শাগৈ নাতৈদা অমুক হল্লকপা য়াদেকো।' অসি হায়বগা শলনা ওক্লা, হুইনা, য়েন্না, মীনা শোক্তনবা উশা, ব্রাশা, তিংখং ব্রাখং কুপশিনগনি।

হল্লক্লমদাই অসিদা মাইবনা থাংফম তবেৎলক হক্লগা হায়বমগনি 'তাও তাও' নাৱা নঙ। নঙনা কবগুিম্বা হেক হল্লকপা থোক্লবদি থাঙ অসিনা মতুপ তবেৎ থোক্ল ককথৎলগা অদু... অদা.. শেকাইগদবনি খঙঙু।' অথি অথিবা ব্রাহে ব্রাতা শিজিন্নদুনা চৈবন্নগা হল্লক্কনি।

## অঙাং চাক ইনবা
(চউম্বা)

অঙাং চাক ইনবা (চউম্বা) হায়বা থৌবম অমা অঙাং পোকলিবা খুদিংগী তৌদবা যাদে। পোকপা নুমিৎ থা অদুদগী পাবগা থা অহুম হায়বকপা অদুদা পাঙথোক্লবি। মীতৈ/মৈতৈ খুন্নাইগী চৎনবীগা ঐখোয়গীগা থা পাবদা, চহী পাবদা খেন্নবা খবা লৈবগুম তৌই। ঐখোয়গী পাবসিনা ১দগী হৌবগা পাবনি। ০ দগী হৌবগা পাদে। খুদমঃ নুংথিল চাইবিগী মচা অমা লাংবনগী ২৮ নি পানবদা পোক্লে। লাংবন, মেবা, হিয়াঙ্গৈ অঙুম্না থা অহুম হাযবে। নুমিৎ মশিংদদি নুমিৎ ৩৫ নিতা ঙাইবি হিয়াঙ্গৈ ২ নিনি পানবসি। অদুবু মখোয়গীদি 'অঙাং চাক ইনবা' চউম্বা হায়বা থৌবম অসি পাঙথোকখ্রে। মমাসু মশা মউ ফবী তিলচঙ কাইচঙদবী, না-য়েক্তবী ওইবনিনা চাকখুমসু পুনখ্রে। তৌবতদি চেকশিন থৌবাংদি মা মশানা অদুম লৌজৈ। পিক্লিবা অঙাং অসিনা চাকপু কয়া য়াম্না চাগনি নুমিৎ লৌহৌবা হায়বদুনি।

চাক ইনবা নুমিৎ অসিদা অঙাং অদু হৈথোই-শিংথোইবা ওইহনবগীদমক ঙা ফাওবনা মশক মমিং নাইবা ঙানা তৌনবম্মী। ঙাশিং, ঙাহৈ, ঙাতেন অসিনচিংবা অসিনা তৌনৈ। নুমিৎ অসিদা অঙাং অসিসু মাগী চানবা ময়েক্লা হৌবা মমিং অমা থোনবিগনি। চাক ইল্লমদাই মতম অদুদা অঙাংদু ইক-মাইথা ফজনা তৌবিবগা নুপা ওইবগা য়েংকী মনাকোংদা, নুপী ওইবগনা ওইগী মনাকোংদা হায়বীগনি। (তাকপিগনি) ইবুংঙো' ইবেম্মা ঙসিদগীদি নংগী মিং . . . অসি কৌববনিকো। তাইবঙনা চানবিবা চিঞ্জাক (চাক) চাবা

হৌবসে (মম-মম চাবসে, কুক কুক থক্লসে) হায়দুনা ইনবিগনি। চান্দ্রফাওবদা চিনবান্দা ওইববসু নুমিৎ লৌবা ওইনা থেংহনগনি। ঙসিদগীদি অঙাং অসি মী অমা ওইবে। মাঙোন্দা সনা লুপাগী লৈতেং খুৎচুপ, খুজি, খোঙজি, লিক্লচিংবা থোনবিবে। ফিবোল অহনবসু শেৎপি -শাবিবে। নুমিৎ অসিদা মনাদা সনা যান্নবসু য়াওনৈ। মশমসু খজিক্ত ওইববসু ককপা হৌবিহৌই।

## চাক ইনবগী মরমদা খরা

মমা মপা ওইবশিংনা মচাগী চাক ইনবা (চউম্বা) অসিদা অফবা অমদি ফত্তবা খঙদোক্লবগী মাইবা (পাঞ্জি) গী ওইবা নুমিৎ থা য়েংবদা কান্নগদবা খবা পুক্লিং লৌশিং ওইনবা মখাগী সি য়েংসিঃ- 'অফবা নুমিৎ ওইজববসু ফত্তবা থাবান ওইববদি তৌনদে। অফবা থাবান ওইজববসু ফত্তবা নুমিৎ থোক্লবদি যাদে। অফবা নুমিৎ, অফবা থাবান তাববসু অঙাংগী মপোক নুমিৎ ওইববদি নামুংই। তৌহৈদে।

অফবা থবান হাযবগা অসুম্না ২ / ৩ / ৭ / ৮ / ১৩ /১৭ / ১৮ / ২৩ /২৫/২৮ অসিদি ফয়ে।। অদুগা অফবা নুমিৎ হাযবগনা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, যুমশাকৈশা, শগোলশেল, ইবাই অসিনি, লৈবাকপোকপা, থাংজদি তৌহৈদবা নুমিৎনি।

## নুমিৎ চয়োল ৭দা অঙাং চাক ইনবনা অফবা করি? ফত্তবা করি?

১। নোংমাইজিং নুমিত্তা চাক ইনবা - অকনবা অঙাং ওইগল্লী।
২। নিংথৌকাবা নুমিত্তা চাক ইনবা - মৈ কনবা অঙাং ওইগনি।
৩। লৈবাকপোকপা নুমিত্তা চাক ইনবা - য়াম্না নাগন যেক্লনবা ওই।
৪। যুমশকৈশ নুমিত্তা চাক ইনবা - মশা মউ ফবা অঙাং ওইগল্লী।
৫। শগোলশেল নুমিত্তা চাক ইনবা - পুক্সি নুংশাংবা নুংঙাইবা ওই।
৬। ইবাই নুমিত্তা চাক ইনবা- অঙাংগী পুক্সি ঈং তপ্পা ওই।
৭। থাংজ নুমিত্তা চাক ইনবা - শোন্দম নাদম্বা অঙাং ওই।

অঙাং চাক ইনবা অসিগী অমাইবশিংনা নুমিৎ য়েংবদা থা থাদুগী চৈকাবা নুমিত্তা পীনৈ। নুমিৎ চৈকাবা তাববসু থাপান ফত্তবা তাববদি পীনদে। নুমিৎ চৈকাবা হায়বগা মখাদা থমজবিবা অসিনি -

শক্তিবু - নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, থাংজ।

| | | |
|---|---|---|
| কালেন | - | লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন। |
| ইঙা | - | ইবাই, থাংজ, নোংমাইজিং। |
| ইঙেন | - | নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেল। |
| থবান | - | শগোলশেল, ইবাই, থাংজ। |
| লাংবন | - | নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা। |
| মেবা | - | য়ুমশকৈশ, শগোলশেল, ইবাই। |
| হিয়াঙ্গৈ | - | থাংজ, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা। |
| পোইনু | - | লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেল। |
| ৱাকচিং | - | ইবাই, থাংজ, নোংমাইজিং। |
| ফাইবেল | - | নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেল। |
| লমদা | - | শগোলশেল, ইবাই, থাংজ। |

চাক ইনবা অসিদা মমিংসু থোনবিবা তাবনিনা ইপা ইপুশিংনা সুবিকানচিংবদা অসুম্না ইদুনা থম্বীবমই-

১। নোংমাইজিং পোকপা - অ, ৱ অসিনা হৌবনা পক্লে।

২। নিংথৌকাবা পোকপা - ক, খ, গ, ঘ, ঙ অসিনা মাগী চানবা ওই।

৩। লৈবাকপোকপা পোকপা - চ,জ অসিনা হৌবা চানৈ।

৪। য়ুমশকৈশ পোকপা - প, ফ, ব, ভ, ম মযেকসি চানৈ।

৫। শগোলশেল পোকপা - য়, ল অনি অসিনা শ্বাইদগী ফৈ।

৬। ইবাই পোকপা - স, শ মাগা চানজবা ময়েক্লি।

৭। থাংজ পোকপা - ত, থ, দ, ধ, ন অসিনা হৌবনা চানৈ।

ময়েকশিং অসিনা হৌবদা পামদ্রবা, ময়াইদা, মমৈদা থম্বসু থোইনা অকায়বা পীদে। হৌজিক্তি অঙাং মমিং থোনবসি অঙাং অদুগী মওং মতৌ শওং শাতা য়েংলগা নত্রগা মপা-মমাগী মিংদগী অহৌবা অমদি অবোইবা ময়েক অদু লৌবগা মমিং থোনবগী চৎনবীসু লৈবে।

কবিগুম্বা অঙাং অমা চাক ইল্লবা মতুংদা লৈখিদবা, শিবা নাবা য়াওবক্লবদি অঙাং অদু মৈ চঙলগনি। মথৌ মঙম পুম্নমক অহল ওইববা মী অমগা মান্ননা পাঙথোক্লগনি। মথক্তা পঞ্জখিবা মীগীদি চহী মঙা ফাদ্রবদি শোইবেলগী শীংদা চনহন্দুনা চফুদা ফুমনৈ। মসি ঐখোয়গী চৎনবীদা তৌদে।

## না- হুৎপা

অঙাং অমনা চহি অহুম হায়বকপা ডাঙবা - শকপা হৈবকপা, অকি অখঙ লৈতনা চৎপা খোৎপা ঙম্লকপা মতম্লি। চহি অহুম হায়বসি অঙাং অমনা

নুমিৎ মশীং য়াম্না ফংবা, অঙাং অমনা নুমিৎ মশীং যামদনা ফংবা লৈ। চহি পাবদা ০ দগী হৌদবা ১ দগী হৌবা অসিননি। চৈবাওবা নুমিৎ অমদগী ওল্লকপা অমা যৌবা ফাওবা চহি অমা হায়না পানবি। চহি অসিমগী মনুংদা লৈবিবা থা ১২ অসিদা পোকপা অঙাং খুদিংমক চহি অমা হায়না পাগনি। কুমসিদা পোকপা অঙাং নুপা-নুপি পুম্নমক লেংনি। মবম অসিনা মখোয়না চাওবক্লগা নুপানা 'ইতাও' নুপীনা 'ইতা' হায়না মিংকৌনৈ। শম্না অসুম্না য়েংসি - লোযা ঙানবগী মচা অমা চৈবাওবা নোংহেক ঙানবা শজিবুদা পোক্লে। অঙাংসি চহি ১ অদুম হায়বে। তময়া হেনবাগীসু লমদা থাদা অঙাং অমা পোক্লে। ময়োয় অনিসি লেংনি। চহি ১/১ নি অসুম্না লৌনি। লোযা ঙানবগী মচাদি নুমিৎ য়াম্না য়াল্লে। অদুগা তমযা হেনবগী মচাদি নুমিৎ মশীংদি য়ামদ্রি। অদুবু লমদা হায়বগা শজিবুদা চৈবাওববনা লমদা, শজিবু থা অনি অসিদা তময়া হেনবগী মচাদি চহী অনি শুবে। মসি লাই হাতক্তগী চৎনবক্লবনিনা হৌজিকসু অদুম চৎনবি। পানবি। মমাগী পিবুকনুংদা তাইবঙ মিতল্লিঙৈগী থা ১০ অদুসু থেংনা পোকপা অঙাংশিংদদি পাবদা অদুম য়াওবে। চহি ১দগী হৌখিবা মবম্না, ওল্লকপা চৈবাওবা অনি যাওববদি চহি ৩ হায়না অদুম হায়বে। না-হুৎ-নাবেং তম্বা মতম য়ৌবে। নাহুৎ নাবেং পাঙথোক্লিবা অসিনা মতমসিদা, চহি মতাং অসিদা দশা লাংফম কোক্লবা, অনা-অয়েক লৈদনবা পাঙথোকপা থৌবম্লি।

নাহুৎপা অসি 'চাক ইনবা' চউম্বা নুমিত্তা সনা যানবিখিবা য়াওববদি নাহুৎপা হায়দনা 'সনা শিনবা' হাযদুনা মমিং অমা হোংই। মমিং হোংবদনি থৌবমগী পোৎলম চৈবমদি চপ মান্নৈ। হয়েং না- হুৎকনি (সনা শিনগনি) হাযবসিগী ঙসি নুমিদাং-ৱাইবম অসিদা ওক শেম শাবগা য়াম্না ফজনা থোং-থাক্তুনা লাই খুদেংদা পানা পানা থল্লগা নিংথম থাগী অহিং অসিদা ঙাবেল হৌহনগনি। শিংজু মনাসু ঙসি মল্লগা শেংনা চাল্লগা নুমিদাংৱাইবম অসিদা শোইবা য়াবগনা শোইবমগনি। নোংঙাল্লমদাইদা ইমা ইবেলশিংনা শিংজু শুবগা লাদা শিংজু অমদি শা হাপ্তুনা শকক মশিং য়াম্না য়ৈখৎলগা থল্লে।

নোংঙাল্লকপগী অয়ুক অসিদা মমা মপানা অঙাং অসিবু ইক মাইথ নিংথিনা তৌবিবগা ফিবোল অহনবা শেৎপি-চাবিবে। পাউজেল কচ্চখিবা অহন-লমলশিং, মকপ মপাং পুম্নমক তিল্লবা, শুমাং ময়াইগী অপানফম অসিদা 'না-হুৎপা' (সনা শিনবা) অসি পাঙথোকই। অঙাং অসিনা মমা নত্রগা মপানা ফালগুম্বা অমদা ফম্লগা পম্বিগনি। য়েকম অফুৎপা অনি খুৎ অনিদা অমমম পায়হনগনি। না হুৎপা অসিদা চঙদবা যাদ্রবা পোৎলম খবা লৈঃ-

১। ফৌদাং, নুপা ওইবগনা শংবাই মনা পানবা ২, মিরুক ১, ফৌ মনাহি তানা হাপ্পা। নুপী ওইবগনা লুথোঙ মখোং পানবা ১, মিরুক ১ অসি থন্না হাপকনি। ফৌদাং শংবাই অচৌবা অদুদা লী ১ সু কোল্লগা মথক্তা হাপকনি। লীগী মযাই অদুদা লাবৈ অমা কোল্লগা চেঙ অচোইবা হাপকনি, চেঙগী ময়াই অদুদা য়েকম অমা খিনগনি। য়েকম ব্রাংমা/ব্রাংমদা শেল ১/১ হাপকনি। ঙা অকংবসু ব্রাংমা/ব্রাংমাদা ১/১ হাপকনি। থুমসু অসুম্বা হাপকনি। মসিবু ঙা কাগুপ, থুম কাগুপ, শেল কাগুপ হায়না খঙনৈ। নুপা ওইবগনা য়েন লাবা ১, নুপী ওইবগনা য়েন অমোম ১, চিনফু মাইতানবা ফৌদাং য়েন ১/১ চঙই। খুজাই অমদা অশেংবা ঈশিং হাপ্পা ১। তাইবেল মতোন্দা মনা অহুম লোঙবা মশা মচা ৩।। ফৌদাং থম্বদি অঙাং ফমলিবা অদুদগী য়েত্তগী ওইবোমদা অচৌবা মচা মথং মথং থমগনি। অবোইবা মফম অদুদগী খবা হন্দোক্লগা য়েন থমগনি। য়াংকোক অমসু মখাদা লৈতুম মচা অমা নোইখাযবগা অঙাংগা ফৌদাংগা তাইনবা অদুদা থমগনি। য়াংকোক মথক্তা লা ১ থাগনি। লাদুগী মথক্তা চিংকুম মনা অশুবা মহী তপ, তপ তাহল্লগা থম্বা, হমুক খবসু, য়াইঙং অশুবা মহীসু তপ, তপ তাহল্লগা থমগনি। পোৎলম অহুম অসিনা নাতমসু লৌনবা ওইবা, হিদাকসু ওই। অদুগা হমুক য়াইঙং হাইববসিদি তিলমু লাইমুদগী ঙাকথোক্লবনি। পিকলিবা অঙাংশিং নুমিদাংদা চৎথোকপা তাববদি মঙাং, লুৱাং, খুমন গুরু ৩ (যোৎশবী) অসিদগী হমুক লৌবগা লাইবক্তা নম্বিববদি লাই ওক্লদে হায়নবিবনি।

মাইবনা অকোকলোন নহৈবোল শোন্দুনা অঙাং অমদি পোৎ-চৈ পুম্নমক কোকথোক্কনি। অদুগা অঙাং নাব্রা অসিগীদমক থৌনিবি। 'হে গুরু' ঙসি কৌবা অফবা নুমিৎ চৈ চেন্দবা থাবি লান্নংদবা অসিদা ননাই অঙাং নাব্রা অসিগী দশা লাংফম ফওবা, খোংলৌ পল্লৌবা, তাইবঙ মোংফম লৈবা, অনা-অয়েৎ, অকম লাইহৌ পুম্নমক্তি হাওবৈ খানা পাংবা লম কৈবেল মপী মচা মবিকপা মবিকপি অনিনা চাগে হাযনা ময়া ফাক্লা কাবা লমদা মথিক মথা থন্না হোইথবিস্রো। অফবা নুংঙাইবা মকপ মপিচা থোইবা, পলেম - পম্থৌ হেনবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, চাতোন ৭ তাংবা, শুতোন ৭ দান ফংবা, পুন্সিবা, নুংশাংবা পুম্নমকপুদি ঙসি য়াইফববা নুমিৎ অসিদা হাওবৈ খানা পাংব লমদগী তুবেল তোবৈ মতুং ইন্না হোইগৎবিবক্লনা ননাই অঙাং নাব্রা অসিগী পাইমা পিপুকনুংদা হোই হোই লাওনা হোইজিনবিবম্মো। হে গুরু।

য়েনয়োমদি হান্না থাংদোক্লগা থন্নবসু নাহুৎপা লোইবগা থিল্লমদাইদা

থাংদোক্লবসু অদুম য়াই। যেনয়োমদা হাপকদবা শাবমদি মনা ১, যৌশা ১, মকল ১, শাতোই, শিংজু অসি য়োম্বনি। য়োম্বগী মওংদি নোংদোন খয়োম মান্না যোম্মী। নুপা ওইবগা পৈয়া ৫/৭ নুপী ওইবগা পৈয়া ৪/৬ না পুল্লগা যোমই।

নাহুৎপা লোইবগা অঙাংদু মমানা নত্রগা মপানা তাইবেল হাইখিবগী অবেম্বা ঈশিং অদুনা মমাই তাথোকবিগনি খুত্তা পকপা ঈশিং অদুনা য়েন্দা কনশিনগনি। অহুম্লক তৌগদবনি। মাইবনা য়াংকোক্তা মিকক্কী ফৌ অদুনে ফৌদাংগী অচৌবা অদুদগী খবা খবা লৌবগা কোম্থোংদা থাদোকই। তাইবেল হাইবগী ঈশিংসু হৈদোকই। য়েনযোম, ফৌদাং য়েন মাইবগী যুমদা ইমুং মনুংগী নুপিশিংনা থিনবিগনি। লাপ্লবদি নুপানা থিল্লবসু য়াই।

নাহুৎপা অঙাং অদু মমানা নত্রগা মপানা মাইবদা অঙম্বা দক্ষিনা তৌবগা খুকমই। মাইবনসু অঙাংদা পৈশা পীবগা ঙসিদগী অনা অয়েক পুম্ন মক কোক্লো, লাইবিক লাইশু যাম্না হৈবো। নমা নপাগী সেবা মতোন লোমমো। অহনশিংদসু খুকমই।। অঙম্বা পৈশা পীবগা নাবগনুকো হাযদুনা নাম্থাবী। অসুম্না মথং মথং খুকমই।। অঙম্বা পৈশা অদুম পীনৈ।। শিংজু শকক অদু লাকপিবিবা অহন লমনশিংদা শাবম মথং মনাও কাযদনা থাংলে। শিংজুগী চেগপশু য়েল্লে।

পুজাবি অহন অমা মাঙ্গোলদা কাখৎলগা খুঁউ খুদক কুন্দুনা খুকম্লগা হায়: 'অহন লমল লাই ওইববশিং শিনবা লাঙবা লোইজবে।' হঙ্গৎনবা শেম শাবা অদু য়েঞ্জাং অদু হঙ্গৎলে। তংবসু তংনবে। য়োম্লগা য়ুম য়ুম পুবগা চৎনখি। অসুম্না নাহুৎপা (সনাশিনবা) গী থৌবম অসি পাঙথোক্লবি।

নাহুৎপা (সনাশিনবা) অসিদা কনাগুম্বশিংগীদি শানা- ঙানা থোং থাক্লগা চাক ওইনা পীজনবা অসিসু তৌনবি। অঙাংগী দশা লাংফম ফত্তবা অসি শুমাং লা তাবগা কোকই হায়বা থাজনবী অমা লৈবদগীনি। থৌবম অসি পাঙথোক্লবগী অফবা নুমিৎ থা যেংবদি অঙাংগী মপোক নুমিৎ য়াদে। মপোক থাসু যাদে। থৱাই মি নাদা ফম্বা নুমিত্তসু তৌহৈদে।

## নাহুৎপা অসিদা লৈজাওদনবা শোন্নবিবা লাইৱা লাইশোন অসুম্না তৌই:-

হে ইমা লৈবাকলৈমা' নঙনা য়েত্তুম নত্রগা সনাগী মহু অসি চুপ্লবনে। (নাহুৎলমদাই অসিদা যেত্তুম নত্রগা সনাগী মচিন অদুদা শোল্লগা লৈবাক্তা মচিন্না খবা চক লাউনা থিল্লগা হুৎনবম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মহিক মনাই চঙগনি হায়দুনা তৌনখিদ্রে। হমুক, য়াইঙং, চিঙ্গুম মহি তোৎনববা মহি অদুদা খবা

তোৎহল্লগা হুৎনবে।)

১বা।  হায় .. লৈফুবেল য়েৎলম ফম। নোংফুবেল ওইবম ফম। নপা থাঙদি পাইনা থাঙনি। নপু থাঙদি হায়না থাঙনি। হায়থবো ওজা গুরু শিদবগী যাথংনে।

২বা।  হুঁ ইমা লৈমবেল শিদবি। ঈগী মপু ওইবিবী। লৈজাও তিনজাও হনবিগনো। বি... বি.. বি. .। ওজা গুরু শিদবগী য়াথংনে।

৩বা।  উয়ুং মতোন্দা চিকপা তিল। সনা খোংনাং মতোন্দা চিকপা তিল। নংগী মহু ময়াই পুম্নমক লিবাক লৈমা ইমানা চুপ্লবনে। ওজা গুরু শিদবগী য়াথংনে।

মথক্কী অহুম অসি ওজা কনা অমনা অমা শোল্লে । ওজা অমনা অমা হেক্তা শোল্লে । মাগী মাগী হায়বদুনে॥ মসিনা না হুৎপা লোইবগা না যেৎ ওই অনিমক্তা শোন্নবনি।

## নুপী চেনবা

নুংশি থৌবীনা পুনখ্রবা শাবি শানৌশিং নাম্থোক্তুনা চেনবা ঙমখিবা পংয়াও য়াওদে। ঐ মতিক চাই চাদে, খন্দে। য়ুমগী লৈতা লাইববা থিদনা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙ থাংজিনখিবা ঙাক্তনি। কনাগুমবা খবা অমনা অফবা নুমিৎ থা য়েংদুনা চেল্লি। কনাগুম্বা খবা অমনা নংহৌবোই মতাগুম চুম্না চৎমিন্নবদা - ঙসি হেক্তা চেল্লসিবা? 'য়াইনে চেল্লসে।' হায়দুনা য়ুমদা পাউ-ঈকা অমতা তাক্তনা খুতক্তা চেল্লকপা কযা অমসু য়াওনৈ নুপী চেনবা।

চেল্লবনি হায়দুনা চেল্লক্লবদি চেনবগী মথৌ মঙম পুম্নমক তৌবিগনি। য়ুম চঙদ্রিঙৈগী শুমাং, য়ুমগী যাঙ মপাদা 'অঙাইবেল খুকমজগনি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা য়ুম অসিদা চঙজবদা নুংঙাই যাইফবা পীনপিয়ু। হায়না খুকমজবনি। ইমুংদা চঙলগা লৈমবেল, লাইনিংথৌ খুকমগনি। মথংদা ইপা ইমা।

ঐখোযগী চৎনবী ওইবনা চেল্লকপা মতম অদুদা পাউ হন্দোকপা (হায়দোকপা) তঙাই ফদে। নুংথিলদা ওইববসু নুংথিলদা। অহীংদা ওইববসু অহিংদা অদুম। হায়দোকপা চৎপদা মী অহুম চৎনৈ মপা নত্রবসু শাগৈগী মী অমা য়াওগনি। অহীং ওইববদি থাবল ফনা ফববসু লালটেল থাওমৈ অমদি পুবগা চৎনৈ। নুপী ময়ুমদা য়ৌবগা ইবাইগী/মাম্মগী ইচা নিঙোল .... অসি ঐখোয়গী তাচৌগী/খুবাগী মচা নুপা ... . দা চেল্লক্লে। অদুগী পাউ হায়দোকপা

লাকচবনে। অসি হাযবগা খুকুমজগনি। ঙাইহাক ফম্লগা অমুক চৎচবগে হায়বগা খুকুমলমগনি।

নোংঙাল্লগা নুপাগী মপানা মবোই/মনাও, মকপ মপাং অনিগা নুপী ময়ুমদা চঙনা চানবা য়ানবা হায়জবা চৎনৈ। নুপা মপানা অহন ওইজববসু নুপীগী মপাদা ইকাই খুম্নবা ওইনা অদুম খুকুমগনি। চৎনবীনি।

ইশেলগী ইচা নিঙোল অসি ঐগী ইমৌ ওইনা ফংজবা কযা নুংঙাইবে। কযা হবাওবে। ইশেলগা, ইচলগা শাউনিংবা কয়া লৈববসু শাউবিগনু। ঐগী যুমদনা ইমুং অদু পিক থনবা হেক ওইবেদো। অদুগা ইশেলগীদনা য়ুমগী কা অমা পুমহাং হাংহৌববনি। ঐগী ইচা নুপীনা মীগী অমুক ওইখিবা, ইশেলগীনা ঐগী ওইববে। মসি তাইবঙ লোনচৎনি ইশেল!! ইচা ইমৌ অনিসি থবক যেনখাং থোকপদা চঙনা চানবা যানবা ইশেলগা ইচলগনা খুৎনতা ওইববসু নানবিযু। মসি নুপীশিংনসু হাযনৈ চৎনবিনি।

অসুম্না নুপা মযুমগী মপানা, মমানা হনজিন হনজিন হাযজববদা নুপী মযুমগী মী পুম্নমক মপা মমা যাওনা নুংশি চানবিখ্রো। লৌখৎপিখ্রো। লৌখৎপিখ্রো। হাযনা যানবে। মঙানি শুগুবদি মঙানি খুকুম্বা হাযদুনা অমুক তৌগদৌ শকুকপুদি মবিনি শুবা নুমিৎ অসিগী নুমিদাংব্রাইরম অসিদা নানবিবগেনে হাযনা লৌখৎপিবা যাওই।

## মঙানি খুকুম্বা

কবিগুম্বা নুমিৎ ফত্তবা তাববদি লৌখৎপিবা (নানবিবা) নংহৌদবা যাওবকই। অদুনা ‘মঙানি খুকুম্বা’ নুপী ময়ুমদা চৎপা তাবে। নুপাদুগী মপাং অমগা অহন অহুমগা মী মঙা চৎকনি। মসিদসু লালতেল থাওমৈ অমা থাল্লগা পুগনি। ইবুংঙো অসিনা শুমাং মযাইদা যুমগী যাঙ মপাদা শাংনা তিংথোক্লগা খুকুমগনি। অহন অহুম অদুনা ইমুং চঙলগা . ঐখোয মঙানি খুকুম্বা লাকচবি হাযনা নুপী ময়ুমগী অহনশিংদা খুকুমজগনি। ঙাইহাক ব্রাবী ব্রাতাই শানবগা ঐখোয় অমুক চৎচবগে হাযনা খুকুম্নল্লগা লাক্কনি।

## লৌখৎপা

শাবি শানৌশিংনা যুম্বাল লম্বীদা খোঙদাবকপা অসিদি শোযফদ্রবা লাইগী লিক্লম অমনি। লাইব ইনাক খুনবা খায়দনা। মশা মশা য়ানবগা চেনখিবা, চোংখিবা কয়া অমা য়াওবিবনি। লোইনমক লুহোং কৈহোংবা, লাই তিন থাদবা

য়াদে হায়নবা লৈতে। চঙনা চানবা য়ান্নবগীদমক 'লৌখৎপা' (নানবিবা) থৌবম অসিদি য়াম্নমক মক ওইপ্লবা অমা ওইবে। মসিবু পাঙথোকপিদ্রবদি লৎনথোঙ থিংবিবগা পাংখক্লি। মাঙদা য়ানখ্রবনিনা লৌখৎপিবা তাবে।

নুপী ময়ুমগী তিনবিবল্লিবা অহন লমল, ইমা ইবেল, ইকু-ইবাই খিবিক্কী মফমদা চঙনিংই হায়দুনসু হেক্তা চঙখিবা য়াদ্রি। নুপা ময়ুমদগী পুবিবা পোৎচৈ পুম্নমক অদুসু শুমাং ময়াই অদুদা পুন্না থমগনি। নুপী ময়ুমগী মীনা ইবুংঙোসিগী ফিবোল তোৎকনি খনবিবা ওইববদি শুমাং ময়াই অদুদা ফক অমা শাংনা থাবিগনি। মদুদা ইবুংঙোনা উপ্পা কোংয়াং ব্রাশাং তাবগুম শাংনা তিংথোক্তুনা খুকুমজগনি। ইবেম্মনা ইবুংঙোগী ওইবমদা ফমগনি। মসি কুইনা লৈবদি য়াম্না ব্রাগদবনা লমজিংবা অহনগী য়াথং খবা ঙাইবগা তৌবা ফৈ।

লমজিংবা অহুম অদু হান্না চঙলগা অহন লমল ইকু ইবাই পুম্নমক খুকুমজবগা মাঙ্গোলগী নাকথা অদুদা থাবিবা ফক ফিদা অদুদা মমিংতা ওইনা ঙাইহাক ফমগনি। অদুগা লমজিংবা অহননা মাঙ্গোল কাবকফম অদুগী মতাই ওইবপ্পা খুউ খুদক কুল্লগা হায়জবমদাই অদুদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিদা নখোযসু খুকুমজবো হাযনা তাকপিগনি। অফবা মপা মমা ওইবন্নবদি শাংনা তিংথোক্রবসু নখোয় অনিমক ঙাইহাক ফমলগা লৈবো হাযনা তাকপিবকপা যাওই। কবি অমদা হায়বক্তবা থোক্লবদি শাংনা খুকুমজবা অদুদা তাবে।

## লমজিং অহন্না হায়

য়েক সলাই অসিগী 'অহন লমল লাই ওইববশিং, ইকু ইবাই খিবিক্কী মফমদা খুবাগা ইন্দোলগনা মচা মমৌ অনিগী লঙজখিবা অযোন অবান পুম্নমকপু ঙাকপিয়ু, নুংশি চানবিয়ু হায়না হায়জবক্লিয়ে। অহন লমল পুম্নমক মথং মনাও নাইনা লমজিংবা অহুম অদুনা খুকমজে।

অহনশিংনা য়াথং পীবকই -

পি-পাবা! নাওতাবা! মবুংলা! অমনা নানবিবো (লৌখৎপিবো) পিপানা পুম্নমকপু খুকুম্নগা ইবুংঙো, ইবেম্মা অনিদু মখুৎনা নানবিদুনা নখোয় অনিমক তেক্তা কায়দনা নুংঙাইনা পাল্লো। হৌগৎলো। হায়না লৌখৎপিবে।

ইবুংঙো ইবেম্মনা নুপা ময়ুমগী মী লোইনমক মাগী মাগী মফমদা ফম্বা য়াবা মফম থিদুনা ফম্লবে। নুপী লমজিংবী অহুম, ইবুংঙো ইবেম্মা ইবুংঙো তুংইনবা মখোয়না মাঙ্গোলদা পুম্নমকপু নোল্লম্নগা ইমুংদা চঙখি।

ইবুংঙো, ইবেম্মা অনিনা লৈমবেলই লাইনিংথৌ খুকমই। নুপী ময়ুমগী শাগৈগী অপোকপা লৈবা মাইগৈদা খুৎ নোল্লদুনা মপা ওল্লগা লেপ্পা খুকমজে। মপা, মমা, পিবা, অহল লমল, ইমা- ইবেলশিং খুকমগনি। ইবুংঙোগী ফমফম

পীববদি মফম অদুদা ফমখিনি। ইবেম্মসু মপাংশিংগা। লমজিংবা অহন্না মাঙ্গোলগী হান্নগী হায়ফম অদুদা অমুক থোক্লগা হান্নগুম হাযগনি।

'অহন লমল, ইকু ইবাই পুম্নমক্কী মফমদা ক্বা তাঙ্গা অমতং পুজবক্লিয়ে।' (অতৈ অতৈ য়াওববদি মমিং খবা পনবা যাই) অসি হায়বগা হান্নগী মতৌগুম্মা অহনশিংদা মথং মনাও খুকমগনি। লমজিংবা অনিদুসু যাওগনি। অহলশিংনা ফবে, ফবে যেম্থোক্লো অহন য়াথং ফংলগা নহাশিংনা যেম্থোকই।

মথংদদি ইবুংঙো ইবেম্মা পুন্না খুকমগনি। নুপী মপা মমানা অহলশিংদা মচা মমাক্কী নুংঙাই য়াইফনবা খুকমজহৌগনি। চৎলমদাইগী লমজিংবা অহুমসু খুকম্লগা হনবা যাবে। মঙানি চাক কৌবদি ইবুংঙোগা মপাং অমগা, ইবেম্মাগা মপাং অমগা, মনেমপোক্কা মী মঙা অসিদা কৌবগা তোক্লবসু যাবে।

## নিবা (নিজবা)

নুপা নুপী নিবগা লৌনা লৈনবা হায়বা অসিদা মশা মশাগী ওইবা যানজবা অমগী মখা পোল্লি। নুপী মশানা যাদনা পামই, মশক মতৌ ফজে হাযদুনসু ইমা-ইপা থাদুনা হেক্তা নিকবা য়াবা নত্তে। ইকাইবা নংলগা অদুম তোক্কনি। নুপী নুপা অনিনা মনুংগী ওইবা, মপালগী ওইবা, অকুপ্পা অমদি অপৌবা পুম্নমক খঙনবগা তিন্নজবকপা, শাওংদা, শাদাদা, লমচত্তা শাচত্তা মানা মবোইবে খঞ্জদুনা লৈজবা পুন্না শিন্নজবগে খন্নববা মতম অসিদা মখোয় অনিনা লেপ্নবকপা ৱাহে অমখক্লি 'নিবা'।

ঐখোয় অনিগী নুংশি মবী কনানসু ফোইদৎপা ঙম্নবোই। পলেম পম্থৌ অনিগী সেবা পন্দোন লোম্নবা চৎলসি ঐখোয় অনি। হো ইবুংঙো! পাখৎচাও! মিহৌচাওবা ইবুংঙো! খবা খিত্তং থুমল্লী। ঐদি পলেম পম্থৌ অনিগী অযুক্কী নুমিৎ ওই, নুমিদাংগী থাজ ওইনা লৈজবীনি। লোম্না চৎপদি পামজদে। পম্থৌ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাং পাখংগী পলেম পম্থৌ অনিমক মাঙ্গোলদবু কাহনবিবকউ। পাখং নমাই ঙাকচবক্কে। ফবে ফবে ইশানৌ। হায়নখিবা ৱা শোইগুমসি। নুমিৎ চৈ চেন্দবা থাবি লান্নংদবা অফবা নুমিৎ থাবু য়েংদুনা থাজবক্লগে পলেম পম্থৌ অনিমক।

নুপী ময়ুমগী মপা মমাদা লৈকাইগী ইমুং মনুংশিংনা নুপা ময়ুমগী মপা মমা মাগী মচা... গী মমৌ ওইনবা নিবা (নিজবা) লাক্কনি হাযবগী অবোনবা পাউ অমদি তাক্লে। নুপাগী মপা, মাগী মরুপ মপাং অনিগা মখোয় অহুম হান্না

চৎকনি। মথংদা মমাগী মকপ মপাং চৎপা অসি তৌনৈ। চৎথোকপিবমগনো হায়না অবেপ্পা মতম থানৈ।

## নিবা লাকপা

মাঙ্গোলদা ফন্নীবা নুপী ময়ুমগী মপা, অহন লমল পুম্নমক খুকমজবগা ঙাইহাক ফমফম লাংদা ফমগনি। অদুগা মাঙ্গোল মমাং মতাই, ওইবপ তৌবা মফম অদুদা খুউ খুদক তৌদুনা কুল্লগা নুপাগী মপানা হায়-

'ইশেনগী/ইবাইগী ইবেম্মা ..... অসি ঐগী ইচা নুপা .. অসিগী ইমৌ ওইনা পীনবিয়ু হায়দুনা নিজবা লাকচবি।' হায়জবগা পুম্নমকপু খুকমজে।

'ইশেন্না/ইবাইনা তাকপিবা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। অদুবু মশানা যাববা? য়াদববা? হায়না মশাদা, মমাদা অমুক্তং হংজখিগে। নোংমা অশংবা নুমিৎ অমদা অমুক লেঙথোকপিবকউ।'

অসুম্না নুপা মমানসু নুপী মমাদা মপাংশিংগা লোইননা নিজবা অসি চৎচৈ। অদুবু মপানা তাকপিবা অদুগুম্না অদুম তাকপিবকই।

হন্না হন্না নিজবদা মচানুপীগী অযাবা অদু লৌবগা পীবগে হায়না তাকপিবকই। অফবা নুমিৎ থা য়েংদুনা থাজবগী নুমিৎ লেপই।

## থাজবা (ব্রারোইপোৎ)

নুপী ময়ুম অমদি নুপা ময়ুম অনিনা থাজবগতা তোক্কনি 'ব্রাবোইপোৎ' য়াওবোই হায়নবসু অদুম লৈ। অদুগা নুপী ময়ুমগী মপা-মমানা ঐখোযগী ইচা নুপীদি ঙা তোংকোল অমনা চাউববা ? ফৌ শংবাই অমনা চাউববা, শা শিংজু চাগনি হায়না তাকপিবকপা যাওই। থাজবা হায়বা অসিদা নুপী ময়ুমগী, শাগৈগী পি-পা, শাগৈগী অহন লমল, ইমুং মনুংগী মীওই পুম্নমক, নুপা ময়ুমগী লমজিংবা, লোযননা অহন লমলশিংসু নুপী ময়ুমগী লমজিংবা, লোযননা অহন লমলশিংসু নুপী ময়ুমদা পুন্না তৌবা থৌবমনি। নুপী ময়ুমগী মাঙ্গোলদা তিল্লমলিবা অহন-লমল ইকু ইবাই পুম্নমকপু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা লমজিংবা অহন্না মকোক শাদুনা খুকমজগনি। অদুদা ঙাইহাক ফন্নগা মাঙ্গোলগী মাংশোকলোম থংবা ফিদা অদুদা ঙাইহাক ফন্নগা মাঙ্গোল মতাইগী ময়াই ওইবপ তৌনা খুউ খুদক কুন্দুনা লমজিংবা অহন্না হায়গনিঃ-

'অহন লমল, লাই ওইববশিং, ইকু ইবাই খিবিক্কী মফমদা ঐখোয়গী তাদা, ইতৈমা অনিনা মখোয়গী মচা নুপা .. গী মমৌ ওইজগে হায়দুনা

ইশেলগী/ইবাইগী মচা . . অসি পীনবিয়ু হায়জবকইয়ে।' অসি হায়বগা মাঙ্গোলগী অহন লমল অকোইবা খুকমজগনি। (মক ওইনা মপা, শাগৈগী পি-পা হান্না) হান্নগী ফমফমলাংদা অমুক ফমগনি।

অহন লমল, শাগৈগী ইপা ইপলশিংনা নুপী মচাদুবু মশানদি যাবববা? হায়না অমুক্তংদি মপা মমানা হংবিয়ু। মশানা য়াই হায়ববদি থাজ য়োঞ্জবা মতম য়ৌববনিনা. .. । অহল লমল, শাগৈ ইপা ইচাশিং পুন্নমক ইচা মশানা য়াবে হায়য়ে।

ফবে! ফবে! অদুদি শাগৈগী পি-পাবা? নাওতাবা অমনা থাজবিবো।

'ঙসি অহন লমল, শাগৈগী ইপা ইপল পুন্নমক খঙনা ঐনা শাগৈ অসিগী পি-পা অমা ওইনা ঐখোযগী ইচানুপী ... অসি ইশেল/ইবাই অসিগী মচা নুপা ... অসিদা থাজববনি। ঙসিদগী ঐখোয়গী ইচা নুপী অসি ইশেল/ইবাইগী নমৌ ওইনা শিন্নজবে। লাই তিন থাবা নুমিত্তা ঙমজবা অওং অউল খবা তম্নগা থিনজবক্নে।' অসি হায়বগা পুন্নমকপু সুপচিঞ্জবগা খুকমই। (মসিবু য়াথং থাবা হাযনসু খঙনৈ।)

তাঞ্জা অসি লৌজবগা লমজিং পুবেন্না হান্নগী মফমদুদা অমুক হায়গনি ঃ-

যেক সলাই অসিগী 'অহন লমল, ইকু ইবাই খিবিক্কী মফমদা ক্ষা তাঙ্গা ১, শা-শিজু খবা, ইবমদম অসিগী পোৎথোক য়ু চখোম অমতংসু পুজবকইযে।' অসি হাযবগা অহন লমল মথং মনাও নাইনা খুকমগনি। লমজিংবা অহন্না খুকম্লিবা মখৈ নহাসু অদুম যাওগনি। লমজিংবশিংনা হঙ্গচ্চবদা শা শিংজুগী মহুত্তা চু কবোক্লা তৌবসু অদুম মতৌনৈ।

নিঙোল থাজবদা (ব্রাবোই পোৎ পুবদা) শা শিংজু পীববদি ১বা, ২বা, (মমৈ ঙকশা) অনি অসিদি পি-পা, নাওতাদা পীগনি। নিঙোল মবলদি মখোয়গীনি।

শা শিংজুবু ওইবো, চু কবোকপু ওইবো অহন লমল, ইমা ইবেল পুন্নমক্তা থুংননবা য়েম্লোক্কনি। অদুগা নহা অমনা মাঙ্গোলগী অহনশিংদা খুকমজবগা হাযঃ-

## 'অহল লমল পুন্নমক শিনবা লাংবা লোইজরে।'

অহন লমলশিংনা শিনবা লাঙবা লোইবে হায়য়ে, তংলসে হায়না অমুক তাকই। পুন্না চামিন থকমিন্নৈ। চাবা থকপা লোইবগা শেংদোক খোৎতোকপা লোইবগা নহা অদুনা অহন লমলশিংদা অমুক হঙ্গৎচৈ।

'অহল লমল লাই ওইববশিং পুন্নমক চাবা থকপা লোইজবে। অসিগী

মথংদি নুপী মপা মমানা অহন লমলশিংদা খুকমজহৌই।

লমজিংবা অহন্না মকোক শাবগা অহনশিংদা মথং মনাও নাইনা খুকমজবে। ইমুংদনা নুপী লমজিংবীশিংসু ইমা ইবেলশিং খুকন্নগা পুম্নমক হন্নখি।

হৌজিক্তি অতোপ্পগী মওং মতৌ খবা লৌশিল্লকপগী মমি তাবগুম তৌবক্লি। থাজবা নুপাগী মপা চৎনবমদবা, লমজিংবা অহুম অদুনা মহুৎ মবেং পুমশিন শিন্দুনা তৌনবম্বা অদু নুপাগী মপা চৎতুনা থৌবম থৌথা পাঙথোকপা হৌনবক্লে। অদুগা শাগেগী পি-পাগী মহুৎ নুপী মপানা মহুৎ মবেং শিন্না থাজবা কয়া থেংনবে। মতমগীনি হায়বা তাই। ঐনা ওইসে য়াবা নত্তে।

## লাই তিন থাবা

লাই তিন থাবা হায়বা অসিগী নুংগী ওইবা শকলোন অমা হায়জবা তাববদি শাবি শানৌ অনিগী যুম্বাল লম্বীদা তালোই তুথি তম্বা, য়ুমলেপ চাবা তম্বা অসিদা পান্নাও তাবা, শিংনাও তাবা, তেক্তবা কায়দবা, পুন্সি নুংশাংবা, চাদোন ৭ তাংবা ফংজবা, শুবোন ৭ তাংবা ফংজবা, চাকুবিবম্মু লনকুবিবম্মু হায়দুনা চীংউ খোয়ম লাইয়ামশিংদা তাওজীং, হৈবাং নিংথিবা, শিঙেল লৈবাং ফজবা, হৈবাং হৈখল শুনা, লৈবাং লৈখল শুনা, হৈ মনম নাইবা, লৈ মনম নাইবা পুম্নমক অসিবু 'লাই থাবা' (লাইদা কচ্চবা) লাই তিন থাবা থৌবমনি।

পোৎলম পুম্নমক অসিবু সনা কৈথেল লেন্দগী তবেৎ শেন্না খান, লোইমোম থুম্না তিকতুনা চীংউ সনা খুয়া খাদা কচ্চববদি চীংউ মাগী মথৌজান, খোয়ম মাগী তৌবিমলবু লনকুবি হায়বগীদমক কচ্চবনি। কবম কবম্বা চীংউ খোয়ুম লাইনিংথৌশিং কবম কবম্বা খোযমোম লাইবেম্মশিংদা থাবিবগে হায়বগী মথং মনাও নাইবা কোলোই মিংথাংশিং পঞ্জবক্কেঃ-

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১. | অশিমল খাঙবা। | ২. | ইমা লৈমবেল। | ৩ | লাইনিংথৌ। |
| ৪. | য়ুমগী য়ুম্বীবেল । | ৫. | কৈ। | ৬ | অপোকপা। |
| ৭ | শোইবেল। | ৮ | য়াঙ (অঙাইবেল)। | ৯ | কৌব্রু। |
| ১০. | লোয়ালাকপা । | ১১. | থাংজিং। | ১২. | ৱাংব্রেন। |
| ১৩. | মার্জিং। | ১৪ | শৱাং (শোবাবেল)। | | |
| ১৫. | লমলোং (থোংকাল)<br>(শয়াঙ অথৌবা) | | | | |

## লাই তিন থাবদা চঙগদবা পোৎলমশিং

নুপা মযুম্না লাঙগদবা:

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

১বা নুপা ময়ুমগী থানবা, ২বা নুপী ময়ুমগী মপাম লাই থানবা অদুগা অশিমল অনিবক খাঙনবা। পোৎচঙদি অশিমল খাঙবদা য়েংবিবো। ১. লফোই লফাং চঙ থোকপা ৩০। ২. ক্বা মব্দ মপুম ৩০। ৩. মনা ৩০। ৪. হৈক্রু ৩০। ৫ হৈনিং ৩০। ৬. হৈতুপ ৩০। ৭. হৈজাং ৩০। ৮. চমপ্রা ৩০। ৯ কোমলা ৩০। ১০ মংগ্রা ৩০। ১১ চু অঙৌবা মতাং অহুমগী ৩০। ১২. চু অঙাংবা মতাং অহুমগী ৩০। ১৩. হৈবী ৩০। ১৪. লাংথ্রে নত্রগা নোংপোকলৈ মতোন ৩০। ১৫. লৈশংলেন ৪। ১৬ কবোক অহাও অথুম কোন্ননবা। হাপনিংবা অতৈ অতৈ। (অশিমন খাঙবগী লাংথ্রে মতোন ৬২) তেল মচিন লৈখোক

লফোই লফাং অনি মতুং ইনবা হৈ লৈ হৈশোইগীনি। লফোই লফাং অনি মতুং ইনবা হৈ লৈ অসিনা মাইবগীনে।

## নুপী ময়ুম্না মবা ময়ুম লাই থানবা লাঙজবা

অশিমল খাঙবগীদি অশিমল খাঙবদা যেংবিবো।

১ লফোই লফাং চঙ থোকপা ১৫। ২ ক্বা মব্দ মপুম ১৫। ৩ মনা ১৫। ৪ হৈক্রু ১৫। ৫ হৈনিং ১৫। ৬ হৈতুপ ১৫। ৭ হৈজাং ১৫। ৮. চমপ্রা ১৫। ৯ কোমলা ১৫। ১০ মংগ্রা ১৫। ১১. চু অঙৌবা মতাং অহুমগী ১৫। ১২ চু অঙাংবা মতাং অহুমগী ১৫। ১৩. হৈবী ১৫। ১৪ লাংথ্রে নত্রগা নোংপোকলৈ মতোন ১৫। ১৫ লৈশংলেন ২। ১৬. কবোক অহাও অথুম কোন্ননবা । হাপনিংবা অতৈ অতৈ। (অশিমন খাঙবগী লাংথ্রে মতোন ৩১)।

লফোই লফাং অমা মতুং ইনবা হৈ লৈ হৈশোই থানবনি। লফোই লফাং অমা মতুং ইনবা হৈ লৈ অসিনা মাইবগীনে।

## লাই তিন থাবা

তাংকক-৩

১বা লাই তিন থাবা

থৌবম অসিমদি পোৎচৈ পুম্নমক নুপা ময়ুম্না লাইগী পোৎলম চৈবম মচল শুনা শিনজা লাংজদুনা পাঙথোকচবা নুপা ময়ুমগী অহানবা ‘লাই তিন থাবা থৌবমনি। নুপা ময়ুম্না পাউজেল কচ্চখিবা অহন লমল, ইমা ইবেল, শাগৈগী পি-পা , ইমুং মনুং,মবী মতা পুম্নমক তিল্লববা মতমদা চাকোক্কী মৌ নহাশিংনা লাইগী ওইবা হৈকক অমা শেম্বদা মচল অমতা চিংথদনা শেম্লগা মাইবনা লাই মথং মনাও কায়দনা কৎলি। থাই। (কবম্বা পোৎলম চৈবম কচ্চগনি? থাজগনি? হাযবগী লাইগী ওইবা মথং মনাও অদুদি অতোপ্পা লামাইদা পনজবে।)

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

লাকপিবিবা অহন লমল পুম্নমক্তা ক্বা হান্না য়েনগনি। মথংদা চু কবোক য়েনগনি। (শা শিংজুনা ওইববসু য়েনগনি।) যুম্বুগী ঙমজবা দান পৈশা অমতা ওইববসু য়েনগনি। পুম্নমক য়েনবা লোইববা তানজা অদুদা লৈকাইগী নহা অমনা মাঙ্গোলগী অহন লমলশিংদা খুকমজবগা হাযগনি - 'অহন লমল পুম্ন মক শিনবা লাংবা লোইজবে' অহনশিংনা তংলসে হায়না তংগনি। যুসু য়েনগনি। য়ু পান থাবা হায়দুনা অহনশিংনা নিঙোল পি-পা অনিগী অফ ফত্ত য়েংবিবা যাওই। নুপী ময়ুমগী পাউজেল ফংবা যাওববদি অহনশিংদি অমুক চৎপা য়াওনৈ। অহন লমলশিং চৎদ্রিঙৈ অসিদা মশাবীনা খুকমজহৌগনি। লাই ওইববা অহনশিংনা· ইবুংঙো' তেক্তা কায়দনা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লো। তাকপিবর্মই। মশাবীগী পলেম পনথৌসু অহন লমল পুম্নমক খুকমজহৌগনি। নুপা ময়ুমগী লমজিংবা অহুম অদুসু মখোযনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা অফ ফত্তা পুম্নমক অশোয অঙাম য়াওদনা পাঙথোকপা ঙম্বা ওইজগে হাযদুনা অহনশিংবু খুকমজগনি।

## ইবুংঙো ইবেম্মা খোঙশানবা
(নুপাগীনা নুপা ময়ুমদা/নুপীগীনা নুপী ময়ুমদা)

নুপী ময়ুমদা 'লাই তিন থাবা' থৌবম অসিদা চংগদবা পোৎলম পুম্নমক শুববা লাইগী পোৎ পুবিগদবা/পুবিগদবী মীওই শুনা লৈববা চৎলমদাই অসিদা য়ুমগী ফমুং ফমজাওগী লুখুম খবা ওইবপ তৌবা, য়ুমগী য়ুম্বীবেল গীনা খজিক চৎথোকপা মফম অসিদা ফক অহনবা অমা থাগনি। মথক্তা ফি অঙৌবা অমসু থাগনি। মদুগী মমাংদা ব্রাই তৈথোক্লগা থৌবম অসিদা চঙগদবা পোৎলম·- ঈবাৎ ফু ১, (লফোই১, পৈশা ১, ক্বা মব্দ ১, মনা ১, থাথগনি) হৈরুক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, খোইক থাওমৈ ১, ফিবাল ১, চেঙ খবা, থোইদিং অমুবা খবা তিংথৌ মতোল খবা, মেক্রুক খবা, ঈশিং য়াওবা খুজাই ১, তাইবেল মনা অহুম লোঙবা মশা অহুম মাইবনা নাহৈবোল শোনবদা হাইনবনি। মশাবীগী সনা লুপা অব্দ অহেন অনৌবা থোনবিবা যাওববদি থৌবম অসিদা কচ্চবগা কোন্না শিজবা যাই। ইবুংঙোগী শ্বব কদোমদা লৈবা? খোঙ কবম্বনা হান্না থাংগনি? নুমিৎ অসিগী ওইবা পুংফম খেনফম য়েংলগা খোঙশানগনি।

মাইবনা মখুত্তা চেঙ, থোইদিং অমুবা, তিংথৌ মতোল খবা পায়বগা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক, অতিয়া লাই মঙামকপু নীংজবগা থাথগনি। 'ঈবাৎফু অসিদা লাইজ ঈমাই চোনবগুম ইবুংঙো/ইবেম্মা . .. অসিগী

পুক্লিং ব্রাখলসু চোনহনবিয়ু। হে মতম কৌবা লাই! (অহুম্লক হন্না থাথবিগনি) ঙসিগী থৌবম থৌথা পাঙথোকপা অসিদা য়াংদৌ লমদাং শাংনা খোঙশানবদা খোঙলৌ পল্লৌবা, অয়েৎ অপন অমতা পীবিগনু।' অসি হায়না খুকমজবগা মাইবনা ইবুংঙো/ইবেম্মাগী মখুত্তা লাইশোল অসি শোনগনি ঈং-লিং শিং মপুক্তা মখুৎনা শোকহনগনি। অহুম্লক হন্না তৌবিগনি। (নত্রগা মাইবগী মখুত্তা শোল্লগা ফিদা অদুদা অহুম্লক শোকপিগনি)।

নুপী ময়ুমদা থৌবম পুম্নমক লোইববা চৎলমদাই অদুদা ইবেম্মা অসিগীসু তৌবিগনি। তৌবতবু নুপীগীনা মফম তোঙাল্লি। মপা মমাগী ফমুংগী খুয়া অদুদা তৌবিগনি।

## ২বা লাই তিন থাবা

লাই তিন থাবগী থৌবম থৌথা যাম্না মপুং ওইবা 'মপাম লাই থাবা' অসিগী থৌবম অসিদি লাইগী, তিনগী অহন লমলশিংগী ওইবা চঙগদবা পোৎলম চৈবম পুম্নমক নুপা ময়ুমদগী অশিমল, চেঙফু,লাইগী পোৎ, হৈবম-লৈবম পুবক্লগা নুপী ময়ুমদা পাঙথোকমিন্নবা থৌবমনি। নুপী ময়ুমগী মতম চানা লাকপিনবা পাউজেল কচ্চখিবা অহন লমল, ইমা ইবেল, যেক সলাই অসিগী পি-পা ইমুং মনুং পুম্নমক লাকপিদুনা তিনবিবে।

মতম চানা নুপা ময়ুমগী লমচিংবী অহুম লাকই। মাঙ্গোলগী অহন লমলশিংদা কোক নোল্লম্লগা ইমুংদা চঙই। ঙসিগী লাই তিন থাগদৌবিবী নিঙোল অসিগী মপা মমাদা লমজিংবী অহন্না হান্না খুকম্লগা মখোয় অহুম্মক খুকমই। ইমা ইবেল খবসু খুকমই। (ঐখোয় লাকচবে॥ নুপা ময়ুমগী অশোয অঙাম লৈতনা লাক্লনবগীদমক শেম শাবা লোইহৌবে হাযবগীনি।) মপা মমা লাইবক থিবদগী শিখিবা যাওববসু মপাগী মহুৎ/মমাগী মহুৎ লৈ হুল্লম্না মফম অদুদা খুকম্লগা ঐখোয অমুক চৎচকখিগে হাযবল্লগা অমুক থোকখি।

থোঙ্গাল অদুব্রাইদা মখোয অহুম অদু ব্রাবী ব্রাতাই ঙাইহাক শাকবগা অমুক হান্নগী মতৌগুম্না অমুকসু চঙই। খুকম্বসু হান্নগী অদুগুম্না খুকম্লগা পোৎথাবা ওইনা ফমই। (হন্দক্কী অনিবক শুবসিনা ঙসিগী 'লাই তিন থাবা' অসিদা মশাবী ওইগদৌবিবা ইবুংঙো অদু লাকপা হৌবক হৌবে। শোয়দনমক যৌবক্লগনি। শোয়দ্রে হায়বগী মপাউ পুবনে।) হান্না খুকম্না অদুগুম্না খুকম্লগা অমুক থোকখি।

লমচিংবী অহুম অসি মশাবীগী যুম য়াম্না থাপ্তুবা ওইববদি মখোয়গা

পুন্না লাকমিন্নবসু য়াই। য়ুম অদুনা অথাপ্পা মফম ওইববদি থোঙ্গাল য়ৌবকপা অদুদা ঙাইবগা মখোয়গী খোঙবুগা লোইননা চঙলকপা য়াই।

## নুপা ময়ুমগী খোঙবু নুপী ময়ুম য়ৌরকপা

লমজিংবা অহুম মাঙ্গোল কাখৎলগা পুম্নমকপু নোঞ্জবন্নগা ইমুংদা চঙই। নিঙোল মপা মমা, পি-পা, অহন লমল, ইমা, ইবেলশিং মথং মনাও খুকমজবগা ইমুংদা মখোয়গী ফিদা থাবিবা অদুদা ফমলে। লমজিংবীশিংসু মাঙ্গোলদা পুম্নমকপু নোঞ্জবন্নগা ইমুংদা মপা মমা পি-পা ইমুংগী অহন-লমল ইমা ইবেল খবা খুকমজবগা মখোয়গী ফমফমদা ফমলে।

অশিমল পুবীনা মাঙ্গোলগী নাকথা অদুদা থমলে। লাইগী হৈরুক পুবিশিংনা ইমুংদা পুশিল্লগা লৈমবেল মনাক্তা থমলে। শা শিংজু পুবকপা অদুনা শুমাং ময়াই অদুদা পুল্লপ্পা থমলে। হনগৎনবা শা ঙাক্তা অকনবা নুপা অমনা শংবাইদা পুবকপা অদুসু পুন্না থমমিন্নগনি। থুংদা নমদগী শা শিংজু য়াওববদি মনিংথোঙ লোমদা পুশিল্লগা পীনৈ। চু কবোক ওইববসু শুমাং ময়াইদা অদুম থমনৈ। (মনিং থোঙলোমদা চঙলিবা অসিদি অবোল পোৎ হায়না খঙনৈ।)

মশাবিনা য়ুমগী য়াঙ (অঙাইবেল) দা খুৎ অনি লোন্নজদুনা খুকমজবগা মাঙ্গোলদা পুম্নমকপু নোঞ্জদুনা মাগী তুংইনবগা চঙলকই। লৈমবেল, লাইনিংথৌ, অপোকপা খুকমজবগা নিঙোল মপা, মমা, পি-পা, অহন লমল মথং মনাও নাইনা খুকমজবগা ইমা ইবেলশিংসু খুকমগনি। ইমুংগী লমচিংবশিং ফমলিবা অদুদা মখোয়গী ফিদা য়াওববদি মশাবীগা তুংইনবগা ফমগনি। মাগী হিদাকফু নুপা মচা অমনা পুবকপা অদুসু মশাগী মমাংদা থমবিগনি। (হৌজিক্তি মসি পুনবা উখিদবে)

ফম্মাংগী লুখুম ওইবপ্পা পি-পাগী ফমফম অসিদি ফিনা ফিদা থাবিগনি। ফি অসিসু অঙৌবনা ওইনৈ।

ইমুংগী মপা, মমা, পি-পা, অহন অহুম মাইবা লমজিংবা ফন্নিবা অসিগী থোংজিনবান্দা লমজিংবা অহন্না খুউ খুতক কুন্দুনা হায়জগনি -

'ইকু ইবাই, অহন লমল লাই ওইববশিংগী মফমদা ... গনা মচা মমৌ অনিগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক লফোই লফাং অমা, চু তাংকক অমা, ক্না মশূং অমা, হৈ, লৈ, য়ু চখোম অমা য়াওনা মপাম লাই থাবিয়ু হায়না পুজবকইয়ে।'

অসি হায়বগা হান্নগী মতৌগুম্না মপা, মমা, পিবা, অহন লমল,

মমৌ অনিগী নুংঙাই যাইফনবগীদমক লফোই লফাং অমা, চু তাংকক অমা, কা মশূং অমা, হৈ, লৈ, যু চখোম অমা য়াওনা মপাম লাই থাবিযু হায়না পুজবকইযে।'

অসি হায়বগা হান্নগী মতৌগুম্না মপা, মমা, পিবা, অহন লমল, ইকু-ইবাইশিং খুকমজগনি। লমজিংবা নহা অনি অদুসু অহনগী তুং ইন্দুনা খুকমগনি। লোইবগা থোংজিনবান্দা অমুক পুম্নমকপু খুকম্নগা অমুক ফমগনি।

মাইবনা লমজিংবীশিংদা অশিমল খাঙনবা তাকপিগনি। হনজিল্লক্লগা লাই মথং মথং থাবিগনি।

## অশিমল খাঙবা

লৈনা বার্ত্তন কচ্চবা.

শিঙেল অহেনবা, লৈবাং অথোইবা লাংথ্রৈ মতোন ৩১ অসিনা হে যোইমযাই মালেম অঙানবা' মঙাং, লুব্রাং, খুমন গুরু অহুম্মক্তা যেক . অসিগী ইপা, ইপু, ইপুথৌ, ইমা, ইবেল, ইবুথৌ, লাইবুংথৌ ৯ মক, লাই নুবা ৭ মক,খাওবু নাই, বার্ত্তন চৎপা পুম্নমকপু বার্ত্তন চৎপদা চৎহনবিদুনা হৌজিকমক লাকপিযু হাযদুনা চীংউ নখোর্ঙ খুযা খাদা কচ্চবিযে।

পোৎচঙ - চাক, যেঙ্গাং (শা, ঙা, অতৈ/অতৈ) ঙাখা, যেকম, (অথোংবা) পাল, মাইবেল (অফুৎপা) গুরু অহুমগী লৈ হুন্নবা লাংথ্রৈ মতোন ১৫, লাইবুংথৌ ৯গী মতোন ৯। লাই নুবা ৭গী মতোন ৭ পুন্না ৩১। খাওবু নাইগা পার্তোন চৎপগদি লৈ হুন্দে।। লৈদি লা অমগী মথক্তা অসুম্না হুনবা যাইঃ-




*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

অশিমল খাঙবসি লমজিংবীশিং অদুনা খাঙবনি। লাথা লৈহুন খঙদ্রবদি মাইবসু যাওহনবা য়াই।

মবোলদিঃ- যেক . অসিগী চাকোক্কী ইপা, ইপু, ইপুধৌ, ইমা, ইবেন ইবেনধৌশিং লাইবুংথৌ ৯ মক, লাই নুবা ৭ মক, খাওবুনাই, বার্ত্তন চৎপা নখোয পুম্নমক্কী মফমদা ননাই অসিনা যুম্বাল লম্বীদা নৌনা খোঙদাজবক্লিবা অসিদা অফবা, নুংঙাইবা, চাদা নাওদাবা, পান্নাও শিংনাও তাবা পুম্নমকপু কুবিবম্মু হাযদুনা গুরু অহুম্মক্কা লোইননা নবোই ননাও পুম্নমক্কী মফমদা চাক যেঙ্খং, ঙাখা যেকম থোংবা, পাল মাইবেল অফুৎপা, লৈযু, শিঙেল লৈবাং লৈহুন তমদুনা মপল পলেম পম্হৌ অনিনা সনা খুযা খাদা কচ্চবিয়ে। (মফম থোংকান্দা) য়ীশি ব্রাযোং চাদবশিংগী তোঙান্না লা-মচেৎ অমদা থাবিবসু যাওনৈ।

ফজবা ব্রাহে ব্রাতা, লোন্দা পুদা অসিদি মাইবা মাইবী অদুগী হৈজবদা লৈবে। নুপা মযুমগী লাই থাবা মতমদা নুপা অদুগী ওইনা থাবিবা। নুপী মযুমগী থাবা মতমদা নুপী) অদুগী ওইনা অদুম থাবিগনি। লাই থাবগী থৌবম থৌথা পাঙথোকপগী অহানবা মক্তদা অশিমল থাবা (খাঙবা) পাঙথোক্লম্বা অসিনা তাকপদি ঐখোযনা লাই ওইখ্রবা ইপা, ইমা, ইপু অপোকপাশিংবু কযা লূনা থমজবম্বগে হাযবগী খুদম ফংই। লাই খিবিক্কী অথোইবা হাযবসি ঐখোযবু পোকপিবম্বা ইপা, ইপুশিংদা ওইবি।

(মথক্কী অসিনা লাই তিন থাবদা খাঙবা অশিমলনি। অদুগা যাম্না মক ওইবিবদি লাই হাক্তগী চৎনদুনা লাক্লবা হৌজিকসু অচেৎপা থাজবা অমগা লোইননা চৎনবিবা, যুমথোং খুদিংগী চৎনা পথাপ ওইনা লৌনববা অরুবা থৌনি থৌবমনি 'অশিমল খাঙবা'।

লাথা লৈহুল মথক্কী অসিগা চপ মান্নে। মসিদনা ফি অঙৌবা অমনা তাংপল শেম্লগা মথক্তা লৈ হুনগনি। থৌবম পাঙথোকফমদি তোঙাল্লি। মসিনা 'থোংজিলবান্দা' নত্রগা 'অশিথোং ইচুম তাফম' অসিদা তৌনৈ। কুম অমগী চেং ফৌ অনৌবা কাবকপা অসিদা অনৌবা চেঙনা চাক থোংলগা কাইবৈ যেল লাবা অমা থোং থাক্লগা শাবম ঙাবম য়াওনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদা কুমগী চনৌ কচ্চবনি। থৌবম অসি পাঙথোকপদি ঐবু পোকপা পম্হৌ ইপাগী মপোক নুমিত্তনি।

ঐখোযগী চৎনবিদা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদা কুমগী চনৌ কচ্চবা 'অশিমল খাঙবা' অসি তৌখিদ্রিবা মখৈ লৈমবেল লাইনিংথৌদা শিধা কচ্চবগা 'কুমগী চনৌ তংবা' অসি তৌনদে। যুমগী অশিমল খাঙবা মথেল পুম্নমক হাপ্পা লোইবগা যুনা গিলাস অমদা খবা হাপ্পগা থম্বীগনি। খুরুম্বগী মবোলঃ-

হে গুরু! ইপা, ইপু, ইপুধৌ, ইমা, ইবেন, ইবেনধৌ, লাইবুংথৌ, লাইবুংথৌ ৯, লাই নুবা ৭ মক, খাওবুনাই, বার্ত্তন চৎপা নখোয় পুম্নমক্কী মফমদা ননাই ইপা, ইচা, ইমা, ইচা, ইশু, ইপু ঐখোয়না কুমগী চনৌ কৎচবিয়ে। অসিবু চাবিবে, থকপিবে হায়বগা পুন্সি নুংশাংবা, নাদা য়েক্তবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা....... পুম্নমকপু লনকুবিবস্মু।

কৎচবসি লোইবগা লৈ লৌথোক্লগা তাংপল, ফিদা লৌশিনগনি। খাপুনাই, বার্ত্তন চৎপগী লুকলেন, লৈ অদুনে থোঙ্গালদা পুথোক্লগা ইপা, ইপু, ইপুধৌ, ইমা, ইবেন, ইবেনধৌ, লাইবুংথৌ, লাইবুংথৌ ৯, লাই নুবা ৭ মকপু . .... অমুক থিনগৎখিগনি। কৌথকুববনিনা অমুক থিনকত্তবা য়াম্না তৌহৈদে। ইপা ইপুশিংদা ঐখোযনা লঙজবনি হায়।

থিনগৎপগী মবোলঃ-

সে, সে খাওবুনাই, বার্ত্তন চৎপা নখোয় অনিনা ঐখোযগী ইপা, ইপু, ইপুধৌ, ইমা, ইবেন, ইবেনধৌ, লাইবুংথৌ, লাইবুংথৌ ৯, লাই নুবা ৭ মকপু অশোয় অঙাম যাওদনা লাইগী লৈবাক য়ৌননবা পুবিয়ো হে গুরু! (অশিমল খাঙবগী শক্তম অমা মখাগী চেখুমদা)

## ইমা লৈমবেল লাই থাবা

হে! ইমা লৈমবেল শিদবী! লৈবোল নোংলোন ৭ মক্তা নোংশাবী নচুবু সনা অহিংবগী মচুগুম ফু থোংবী নমিংদি হি জিবি জিবি কৌবী ইমাগী সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি থাবী চৈ চেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা কোবৌ অসিদা পিবুকনুংগী নশু হেবুংথৌ/হেবেম্মা .. . না তেংনা য়ুম্বানবা য়ুমলেপ চাবা তম্বা/ তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্তবা, কাযদবা, চাদাবা, নাওদাবা, পুন্সি নুংশাংবা পুম্নমকপু কুবিবস্মু হায়না মপল পলেম পঙ্খৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা, লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অথুম-অহাও, শিঙেল লৈবাং ফজবা হৈবাং হৈখল শুনা, লৈবাং লৈখল শুনা চীংউ সনা খুযা খাদা কচ্চবিয়ে। ইমা ইবেম্মগী কোলোই মিংথাং চামা নিপালমকপু কোবৌ চুপ্পা শোঞ্জবা, ঝাংলেন চুপ্পা থাজবা ঙমজাবোইয়ে। হে গুরু। (হৈকক য়ুম্নুগীনি, ইমুংদা)

## লাইনিংথৌ লাই থাবা

হে! ইবুংঙো! লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা নচা ননাইশিংবু অয়ুক ঙন্না কোম্বোকপিবিবা নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবিবিবা, কাউবেল শন

শেনবগুম্না শেনবিবিবা, তাইবঙ য়ুমথোঙ খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা ফম ফমলিবা লাইনিংথৌ! সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি নুমিৎ চৈ চেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা অফবা কোবৌ অসিদা পিবুকনুংগী নশু হেবুংথৌ/হেবেম্মা.... না তেংনা য়ুম্বানবা য়ুমলেপ চাবা তম্বা/তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্তবা, কায়দবা, চাদা নাওদাবা, পুন্সি নুংশাংবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, লোইমোম ফৌগী মপু ওইবা পুম্নমকপু কুবিবম্মু হায়দুনা মপল পলেম পম্বৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা, লফোই লতং, চু, কপোক, হৈ মনম নাইবা, অথুম অহাও, শিঙেল লৈবাং ফজবা, হৈবাং হৈখল শুনা লৈবাং লৈখল শুনা চীংউ সনা খুয়া খাদা কচ্চবিয়ে। ইবুংঙোগী কোলোই মিংথাং চামা নিপালমকপু কোবৌ চুপ্পা শোন্দুনা, ব্বাংলেন চুপ্পা থাদুনসু লোইবা খম্বা নাইববোইয়ে। হে গুরু। (হৈরুক য়ুম্বুগীনি) ইমুংদা

## য়ুম্বীরেল লাই থাবা

হে য়ুম্বীবেল অথোইবা! নমু তাইবঙ শঙ্গাইনুংগী অথোইববু ওইবিবা। ঙসিগী য়াইফববা কোবৌ নুমিৎ অসিদা চীংউ নহাক্কী সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি থাবী চৈচেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা কোবৌ অসিদা পিবুকনুংগী নশু হেবুংথৌ/হেবেম্মা... না তেংনা য়ুম্বানবা য়ুমলেপ চাবা তম্বা, তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্তবা, কায়দবা, য়েক্কী মনিল নাইবা, চাদাবা, নাওদাবা, পুন্সি নুংশাংবা পুম্নমকপু চেৎনা লনকুবিবম্মু হায়না নিংথিবা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অহাও অথুম শিঙেল লৈবাং, ফজববু সনা নখোঙ খুয়া খাদা কচ্চবিয়ে। হে গুরু। (হৈরুক য়ুম্বুগীনি) ইমুংদা

## কৈরুংহনবা লাই থাবা

তাইবঙপানবা ঐখোয়গী থৱাইগী মমল ওইবিবা হে ইবুংঙো ব্বাঙ্গোল নিংথৌ কৈরুংহনবা! ঙসি কোবৌ নুমিৎকী য়াইফ পুংফম অসিদা ইবুংঙো/ইবেম্মা . শাগৈগী ... যেক্কী .. . কৌবগা পাখং লৈশাবী ২ অসিগী পুন্সি লৈপুন শেম্বা, পুক্লীং মখন মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবিদুনা পান্নাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি নুংশাংনা মপুগী থৌশিল মতুং ইন্না তাইবং শনবদা মপুং ফানবা যাইফ লৈপুন চাইথবিবম্মু হাযনা মপল পলেম পম্বৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অহাও অথুম শিঙেল লৈবাং ফজববু সনা নখোঙ খুযা খাদা কচ্চবিয়ে। হে গুরু। (হৈরুক য়ুম্বুগীনি) ইমুংদা

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## অপোকপা লাইথাবা

পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা, নমু তাইবঙ পানবগী হৌবকফম্মু ওইবিবা। চীংউ নখোঙ খুয়া খাদা .... শাগৈগী ... যেক্কী লৈমা/পিবা অনি অসি পুন্সি লৈপুন শেম্বা অসিদা পুক্রিং মখন মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবীদুনা পান্নাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি নুংশাংবা, মপুগী থৌশীল মতুং ইন্না তাইবং শনবদা মপুং ফানবা য়াইফা থৌজাল পীবিবম্মু হায়না মপল পলেম পম্বৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা লফোই লতং, চু কবোক, হৈ মনম নাইবা, অহাও অথুম শিঙেল লৈবাং ফজবা লৈশংলেন পুম্ন মকপু মপাম/মন্না ময়ুম লাই থাজবকইয়ে। হে গুরু। (হৈকক পীবাগীনি) ইমুংদা

## শোইরেল লাইথাবা

নমু তাইবঙ পানবদগী শোয়প্রে হায়বগীদমক শোইবেল কৌই। ঙসি নুমিৎ চৈচেন্দ্রবা থাবা লান্নংদবা য়াইফববা কোবৌ নুমিৎ অসিদা লৈশাবী/পাখং অনিগী তেংনা যুম্বানবা, য়ুমলেপ চাবা তম্বা তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্কবা, কাযদবা চাদা নাওদাবা, পান্নাও শিংনাও তাবা, পুন্সি নুংশাংবা, তাইবং শনবদা মপুং ফানবা য়াইফা থৌজাল পুম্নমকপু লনকুবিদুনা অয়েৎপা, অপনবা পীবিগনু হায়না মপল পলেম পম্বৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তবেৎ শেন্না খান লোইমোম থুম্না তিক, হৈবাং নিংথিবা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অথুম অহাও, শিঙেল লৈবাং ফজববু যাওনা কচ্চবিয়ে। হে গুরু। (হৈকক চাকোক্কী নিঙোলগী)চিংখৈ ওল্লগা মপান্দা)

## য়াঙ (অঙাইরেল) লাই থাবা

খাঙঙপু উচিন অহুম্মক্তা তোংলিবা হে অঙাইবেল কৌবা গুরু অশোয় অঙাম পুম্নমকপু শিংতেক শিংথাবিবা গুরু ও! ঙসি কোবৌ নুমিৎকী যাইফা পুংফম অসিদা ইবুংঙো/ইবেম্মা . .. না তেংনা য়ুম্বানবা, য়ুমলেপ চাবা তম্বা/ তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্কবা, কায়দবা, পুন্সিবা, নুংশাংবা, পান্নাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি তালোইনা, নুংঙাই য়াইবী মবাং কাযনা পানববু কুবিবম্লো হায়না পলেম পম্বৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তবেৎ শেলনা খান, লোইমোম থুম্না তিক, হৈবাং নিংথিবা, লৈবাং ফজবা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, কবোক অহাও অথুম য়াওনা কচ্চবিয়ে। (হৈকক শাগৈগী) মপান্দা।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## কৌব্রু লাইথাবা

চীংউ ইবুংঙো! অব্রাং কৌব্রু অশুপ্পা য়োইমনাই খুন্দা অহানবা, সনবিক মপাল থাবিবা নোংথ্লৈ মউ লিংলিবা অব্রাং মাইগৈ ঙাক্লিবা লাইনিংথৌ! ঙসি নুমিৎ চৈচেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা য়াইফববা পুংফম অসিদা পাখং/লৈশাবী অনিগী পুক্লিং মখন মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবিদুনা পান্নাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি নুংশাংনা, মপুগী থৌশিল মতুং ইন্না তাইবং সনবদা মপুং ফানবা হায়দুনা পলেম পম্লৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা, শিঙেল লৈবাং ফজবা, লফোই লতং, চু, কবোক, হে মনম নাইবা অথুম অহাও পুন্নমকপু সনা খুয়া খাদা কচ্চবিয়ে। (হৈকক শাগৈগী) শুমাং মপান্দা।

## লোয়ালাকপা লাইথাবা

চীংউ ইবুংঙো! *লোযালাকপা লাঞ্জন থৌবা!* অব্রাং নোংচুপ মাইগৈবু ঙাকলিবা মথং খনবা লাইনিংথৌ। ঙসি কোবৌ নুমিৎকী যাইফববা পুংফম অসিদা লৈমা/পিবা অনিগী পুন্সি লৈপুন শেম্বা পুক্লিং মখল মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবিদুনা পান্নাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি নুংশাংনা মপুগী থৌশিল মতুং ইন্না তাইবঙ শনবদা মপুং ফানবা য়াইফ লৈপুল চাইথবিবল্লো হায়না মপল পলেম পম্লৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অথুম অহাও শিঙেল লৈবাং ফজববু সনা নখোঙ খুয়া খাদা কচ্চবিযে। (হৈকক শাগৈগী) - শুমাং মপান্দা।

## থাংজিং লাইথাবা

নোংচুপ পনথেং ইপুধৌ থাংজিং! নোংচুপ হাবম পনঙাক্লিবা লাইনিংথৌ। সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি নুমিৎ চৈ চেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা অফবা কোবৌ নুমিৎ অসিদা পিবুক্লুংগী নশু হেবুংথৌ/ হেবেম্মা .... না তেংনা য়ুম্বানবা য়ুমলেপ চাবা তম্বা/ তালোই তুথি তম্বা অসিদা তেক্তবা কায়দবা, চাদা, নাওদাবা, পুন্সি নুংশাংবা অফবা, নুংঙাইবা, পুন্সি তোলোইনা পানবা পুন্নমকপু কুবিবম্মু হায়না মপল পলেম পম্লৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা খন, শিঙেল লৈবাং ফজববু যেংদুনা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, অহাও- অথুম পুন্নমকপু সনা নখোঙ খুয়া খাদা কচ্চবিয়ে। (হৈকক শাগৈগী) শুমাং মপান্দা

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## ব্রাংব্রেন লাইথাবা

খানা চাউবা ব্রাংব্রেন। মখা মাইগৈ অমবু শুপ্পা ঙাকপিবিবা লাইনিংথৌ।। ঙসি য়াইফববা কোবৌ নুমিৎ অসিদা চীংউ নখোঙ খুয়া খাদা ইবুংঙো /ইবেম্মা ... অনিগী পাইমা পুক্লিং মখল মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিং লমতাকপিদুনা পাননাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি নুংশাংবা, অফবা নুংঙাইবা মকপ মপিচা হেনবা, তেকপী ওক্নোল থন্নবা, কাইবৈ য়েনকোন থনবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ ললগী মপু ওইবা লোইমোম ফৌগৈ থনবা পুম্নমকপু লনকুবিবম্মু হায়না সনা কৈথেল লেন্দগী হৈবাং অশং য়েং, তাওজিং, অমুন খন, লৈবাং ফজবা য়েং, শিঙেল অহেনবা খনদুনা লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা অথুম-অহাও পুম্নকপু কচ্চবিয়ে। (হৈকুক শাগৈগী) শুমাং মপান্দা

## মার্জিং লাই থাবা

অব্রাং নোংপোক ফৈকাক ফৈনা ঙাক্লিবা হে লাইনিংথৌ মার্জিং। ঙসি য়াইফববা কোবৌ অসিদা চীংউ নখোঙ খুয়া খাদা ইবুংঙো/ইবেম্মা ... অনিগী পুক্লিং মখল মাপলমকপু অফবা লম্বীদা লমজিং লমতাকপিদুনা পাননাও শিংনাও তাদুনা, পুন্সি নুংশাংবা, অফবা, নুংঙাইবা, মকপ মপিজা হেনবা, তেকপি ওক্নোন থনবা, কাইবৈ য়েনকোন থনবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা লোইমোম ফৌগৈ চোনবা, নমুপোংনা হেনবা, কোবাও ফান্না ব্রাংপা তবেৎ শেনজা ময়েং তাদনা, মীব্রা মীশা যাওদনা পান্নবা হৈবাং নিংথিবা লৈবাং ফজবা, লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা অথুম অহাও পুম্নমকপু কচ্চবিযে। (হৈকুক শাগৈগী) শুমাং মপান্দা

## শব্রাং (শোরারেল) লাইথাবা

চীংউ নোংথৌ শোবাবেল। তাইবঙ থব্রাই পানবগী লব্রাই কোইবেল থক্তা ফজবা লৈকোলবু ওইবিবা লাইনিংথৌ। সনা নখোঙ খুযা খাদা ঙসি থাবী চৈ চেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা কোবৌ অসিদা ইবুংঙো/ইবেম্মা... না তেংনা যুম্বানবা য়ুমলেপ চাবা তম্বা অসিদা তেক্তবা, কায়দবা, চাদাবা, নাওদাবা, পুন্সি নুংশাংবা, মকপ মপিচা হেনবা, লোইমোম ফৌগৈ চোনবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, পুন্সি তোলোইনা অয়েৎ

অপন য়াওদনা নুংঙাই য়াইবী মবাঙ কাযনা পানবা ফংহনবিয়ু হায়না মপল পলেম পম্থৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী তাওজিং হৈবাং নিংথিবা, শিঙেল লৈবাং ফজবা, লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা, লৈবাং লৈশং পুন্নমকপু কচ্চবিয়ে। (হৈকক শাগৈগী) - শুমাং মপান্দা

## শয়াঙ অথৌবা হৈশোই থাবা

মৈদা, ঈশিংদা, শাদা, লান্দা যেক সলাই অসিগী লাইবমলেন্দা তিনখ্রবা লাইযাম পুন্নমক৷ ঙসি কোবৌ যাইফববা থাবী চৈ চেন্দ্রবা থাবা লান্নংদ্রবা নুমিৎ অসিদা শাবি শানৌ অনিগী পুন্সি লৈপুন শেম্বা, তেংনা য়ুম্বানবা, য়ুমলেপ চাবা তম্বা অসিদা নুংঙাইতবা থৌদোক-ৱাথোক, য়ৈখায়বা, থিনগাইবা, পুন্নমকসিবু থোকহনবিগনো হায়না মপল পলেম পম্থৌ অনিনা সনা কৈথেল লেন্দগী হৈবাং অশং যেং, তাওজিং অমুন খন, লৈবাং ফজবা শিঙেন অহেনববু খন্না লফোই লতং, চু, কবোক, হৈ মনম নাইবা পুন্নমকপু হৈচেৎ- হৈশোয থাজবিযে। (কোম্থোংদা)

## মৈথাঙ লৌরগা মৈহৌবা

(মৈ য়াঙবা নুপানা নুপী মযুমদা, নুপীনা নুপা মযুমদা)

থৌবম অসিদি মপাম লাইথাবা/মৱা মযুম লাই থাবা লোইবগা ইবুংঙো/ইবেম্মা অনি মক্লা পাঙথোকপিগনি। ফুঙ্গা অদুদা মৈথাঙ লৌদুনা মৈ হৌগনি। মৈথাঙ লৌবাঃ- যেৎকী খুত্তা পাযবা ই খুতাপ অদুদা মৈ হান্না চুগনি। অদুগা ওইগী খুত্তা পাযবা ই অদুদা অমুক চুগনি। য়েৎকী মুথৎকনি।ওইগী অচাকপা অদুনা যেৎকী অদুদা চুগনি অদুগা পুন্না পায়শিল্লগা ফুঙ্গাগী শীং অদুদা চাকহনগনি। চাক্লগা খচিক খচিক অহুন্নক মৈ যাঙগনি। লোইবে।

মসিগী নুংগী ওইবা শক্লোন অদু ফোঙদোকচবা তাববদি ইবেম্মা অদুগী মপামগী 'শিবা নাবদা' খোয়দৌ ওইনা য়েক সলাই অসিগী লৌবে হায়বগী খুদমনি। ইবেম্মা অসিনা হুবেল মৱা মযুম লাই থাবা লোইবগসু মৈ য়াঙবা অসি অদুম তৌগনি। মসিনা মৱা ময়ুমগী য়েক সলাই অসিগী মংদা তিল্লবনি তাকপনি। ফুঙ্গা লাইকদা মৈয়াঙবা অসিদি মপু খঙহন্দনা, মপু তাক্তনা মপুগী অয়াবা যাওদনা পাঙথোকপা য়াদবা গুক অহুম্মা শঙলিবা ইবেল ইমোইনুগী তুশাকোল, ঙাতেক ঙাশোয়, উবী উবেল শোয়, ফিগে ফিবাং শোয় হাযদুনা অতেকপা, অমুনবা থোং থাক্তুনা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী কচ্চবিবা অকবা মফম, লাইফম লেন ওইবদগী 'ফুঙ্গা লাইক' হায়না খঙনবিবা খুফম্মি।

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

তাইবঙ মীওইবগী য়ুম হায়বসিদি মফম অসিদা হয়ুম হয়া লাউনা শোঞ্জদুনা তাইবঙ পোৎথাফম ওইয়ে হাযবগী 'য়ুম' কৌবনে। মফম অসিদা অক অকুবা লাইফম কয়া লৈবিবনি। অদুনা য়ুম হায়বসি লাইশং অমনি। হাযনবা লৈ 'নুংথিল পোপ পোপ্তা ফুঙ্গা লাইকুদগী মৈ লৌশ্রবদি ইমুং মুৎনি।'

## লৈ লাংবা

মশাবীনা মশানৌ ইবেম্মাগী মোংবা সঙ্গাই নুংগী ইমা লৈমবেল শিদবী লাইনিংথৌ ইবুংঙো সম্বোং পোমাই লেপ্পা অনিদা চিংউ মাগী মথৌজাল খোযম মাগী তৌবিমলবু লেপ্তুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি মক্তা তৎনা থানদনা তাইবঙ, পুক্লিং ব্রাখল অনিমকপু পুকচেল খোযজেল তিন্ননা লৈবা ফংহনবিয়ু হায়না ইবুংঙো মশা মক্লা লৈ কচ্চবা থৌবম্লি লৈ লাংবা।

তাইবঙ মীওইবা ঐখোযগী থৌবম থৌদা কযাদা মহৌশা লাইবেম্বীনা পীনবীবা খুদোলনি লৈ হায়বসি। নুংশি নুংঙোন্দসু লৈ। হবাও তয়ামদসু লৈ।। মীশি মীনাদসু লৈ। লাইগী তিনগীদসু লৈ। অদুননি ইবুংঙো মশামক্লা লেংবিবক্লিবা অহন লমলশিং, ইমা ইবেলশিং, ইচে ইচলশিংদা শিঙেন লৈবাং লৈচা। অমতা ওইববসু লৈ লাংদুনা তবাম - তবাম্না ওকচদুনা মশাবী মশানৌ অনিদা থৌজালগী ঈবিক অমতা ওইববসু খিকথবিবম্মু হায়না যাইফা থৌনিজবনি লৈ লাংবা। খবগীমখৈ ইবুংঙোসিনা লাংবিবগা মশাবী খোঙলোই তুংইনবনা মথং অদুম শমথবিবা যাবে।

মতাঙ অসিদা পঞ্জনিংবা অমনা হৌজিক্কী মতম অসিদা কে-মৌবা অসিনা চিনবান্দা, মিত্তা, পিশুমদা খুৎশেমগী যেকশিল্লগা তৌবিবা অসিদি তৌনবমদে (চৎনবমদে)। ঙল্লিঙৈ মতমদদি মশাগী পীথোবকপা মাইথোং অদুদা লৈশু খবা থেৎপা, চিনবনা তৌনবম্মী অদুনা অসুম্না হায়নৈঃ- নুজাগী নাপকীনাচোম, নিঙোলগী শমজিগী লৈবাং।

হৌজিক খঙহৌদনা কদোমদগীনো 'লুহোংবা' হায়দুনা খোইমাং অমা পাইশিল্লক্নুনা 'লাই তিন থাবগী' মফমসি লুহোংবা না কন্না মুন্নবা হোৎনবক্লি। লুহোংবা অসিনা মবম ওইবগা লোইজিং লোইয়া অসিদা চম্না লৈজবম্না, চন্দন শেনখায় খায়দবা ঐখোয়সে 'লৈদনা লাংজবা' অসিবু ঐখোয়গী পোৎথোকসু নত্তবা 'চন্দন' হায়বা পোৎ অমা পুশিল্লক্লগা 'লৈ চন্দন' হায়দুনা

খুদোন ওইনা তম্বিববে। অদুনা হৌজিক তৌবিবা অসি লুহোংবগী থৌবল্লা? শেলগী কুম্মৈবা? হায়বা ঙমদ্রে। তম্বা হৈত্রে। ইপা ইপুনা থম্বিবম্বা কোর্ফু য়োম্লোক্লগা তুম্বাগী লৈতেং লৈবা তাবে ঐখোয়। লৈ লাংবদি ওইগী খুবাক্তা য়েন্দাই থম্লগা য়েৎকী খুৎনা ঙাক্কনি। লৈ নুপা ময়ুম্না পুগনি ।

## নুপা ময়ুমগী পুজরকপা পোৎলম য়েম্লোকপা

লৈমবেল লাইনিংথৌ অপোকপা, মপা, মমা, পিবা/ নাওতা অহন লমল, মথং মনাও কায়দনা অহানবদা ক্বা, মথংদা শা শিংজু নত্রগা চু কবোক ঙমজবগা পৈশা অমতা ওইববসু দান য়েনগনি। য়েনবা অদু লোইবগা লৈকাইগী নহা অমনা ইমুংগী থোংজিনবান্দা মাঙ্গোলদা নত্রগা শুমাংদা অহনশিংনা লৈবা মফমদা কুন্দুনা খুকমজবগা হায়গনিঃ- 'অহন লমল পুম্নমক শিনবা লাঙবা লোইজবে।'

অহনশিংনা শিনবা লাঙবা লোইবে তংলসে হায়দুনা তংনবে। লৈকাইগী নহাশিংনা অহন লমলশিংদা যুপান থানবা ওইনা যুসু য়েনগনি। অহনশিংনা চাবা থকপা লোইববা মতম অসিদা লৈকাইগী নহানা অহন লমলশিংদা 'চাবা থকপা লোইজবে।' হাযদুনা হান্নগী অদুগুম্না হঙ্গৎচগনি।

## শাবি শানৌ অনিনা খুরুমজবা

মতাঙ অসিদা মশাবি ইবুংঙো মশাবী ইবেম্মা অনিনা যেৎকা ওইগা পুংবা কায়দনা লৈমবেল, লাইনিংথৌ, অপোকপা মপা, মমা, পিপা, অহন লমল, ইমা ইবেলশিং মথং মনাও কাযদনা খুকমজগনি। মশাবি খোঙলোই তুংইনবনা য়েৎ ওই কাযদনবা তাকপিগনি। মশানৌ খোঙলোই তুংইনবীসু ইবেম্মসিগী মকুপ মপিচা ওইনা লোইনমিন্নবা য়াই। ইবেম্মা অসিগী অপোকপা অপোকপী অনিসু অহন লমলশিংদা মচা মমাক/মচা ময়া অনিগী পুক্সি তোলোইনা, নুংঙাই যাইফনা পাঞ্জনবগীদমক খুকমজহৌগনি।

চৎলমদাইগী ওইনা লমজিংবশিংসু খুকমজগনি। নুপী লমজিংবীশিংদি ইনুংগী অহনশিংদা খুকমনৈ। নুপী ময়ুমগী লমজিংবা অহুম নুপা ময়ুমদা চৎকদব অদুসু শোয়দ ঙামদনবগীদমক অহনশিংদা খুকমজগনি।

## শাবী শানৌ চাক ঈশিং পিজ পীথকপা

ইবুংঙো ইবেম্মা অনিসি মপা মমানা চাক চখোম অমতা ওইববঃ পিজ পীথক তৌবিবা য়াওববদি নুপীগী মপাং ১/২ অদুগা নুপাগীনা তুংইনং

অদুগা মখোয় ৪/৫ অদু ইচম চন্না চাকশঙগুম্বা কা অমদা পীজনৈ। পীজবোই হায়ববসু পীজদবা অদুম য়াওনৈ। অদুগা মশানৌ ইবেম্মা খোঙশানবদি মথক্তা হান্না থমজখিবা অদুদগী তৌবিবা তাবে। নুপী ময়ুম্না নুপা ময়ুমদা লাই থানবা মপোৎ মচৈ, লাইগী পোৎ পুবিগদবীশিং পুন্নমক তাশিন খোমজিন্দুনা নুপী ময়ুমগী লমজিংবা ৩, লমজিংবী ৩ মশানৌ ইবেম্মা য়াওনা নুপী ময়ুমগী খোংবু পুন্না চৎমিন্নবা তাবে।

## নুপা ময়ুমদা অরোইবা লাই থাবা

নুপা ময়ুমগী লমজিংবশিংদি নুপী ময়ুমদগী হল্লক্লগা অহন লমলশিংদা অশোয় অঙাম য়াওদনা হঞ্জবক্লে হায়বগী পাউ তম্বা ওইনা খুকমজবগা মখোয়গীদি মথৌ লোইবে। তৌবদবু নুপী ময়ুমগী লমজিংবীশিংগা অশিমল পুন্না খাঙমিন্নবগা হল্লক্লগনি মখোয়গী মথৌসু লোইগনি। মখোয়সু ইমা ইবেল খবদি খুকম্নমগনি।

## নুপী ময়ুমগী খোঙবু য়ৌশিল্লকপা

নুপী ময়ুমগী লমজিংবা নুপা অহুম্না মাং থাদুনা, মথংদা নুপী লমজিংবী অহুম্না লাইপোৎ পুবিশিংদা অশিমলনা লাকথদা থনম্লগা লাইগী পোৎনা ইমুংদা পুশিল্লকও হায়বম্লগা ইমুংদা চঙলকই। মপা, মমা, পিপা/নাওতা, মাইবা, অহন লমল, ইমা ইবেলশিং মথং মনাও খুকমজবগা ফিদা পীবিবা মফম মফম অদুদা ফম্নবে। লাইপোৎ পুবিশিংসু লাইগী পোৎ পুম্নমক লৈমবেল মনাক্তা পুল্লপ থল্লে। মশাবি মশানৌ অনিসু শুমাংদগী য়েৎকা ওইগা পুংবা কায়দনা য়ুমগী য়াঙ (অঙাইবেল) মপাদা খুৎ লোন্নদুনা খুকমজনবা, (তুং ইনবনা তাকপিগনি) মাঙ্গোলদসু কাবগা পুম্নমকপু নোঞ্জবম্লগা ইমুংদা চঙলক্লে। অদুগা লৈমবেল, লাইনিংথৌ, অপোকপা, মপা, মমা, পিবা / নাওতা, মাইবা, লমজিংবা, অহন লমল, ইমা ইবেলশিং মথং মনাও খুকমজগনি। অবোইবা ওইনা থোঙজিল-বান্দা শাবি শানৌ অনিনা খুকমজগনি। মসিদা নুপা অসিগীদি থৌবম লোইবে।

### লমজিংবনা লাই থাবিনবা হঙ্গৎচবা

লমজিং পুবেন্না (অহন্না) ইমুংগী থোঙজিলবান্দা খুউ খুদক কুন্দুনা হায়গনি·- 'ইকু ইবাই, অহন লমল লাই ওইববশিংগী মফমদা খুবাগা ইন্দোনগনা মচা/মমাক মচা ময়া অনিগী তেক্তা কায়দনবা, নুংঙাই য়াইফনবগীদমক নুপা ময়ুম (মব্রা ময়ুম) লাই থাবিয়ু হায়দুনা লফোই লফাং ১, চু তাংকক ১, কা

তাঙ্গা ১, কবোক অহাও অথুম, হৈ লৈ খবা পুজবকইয়ে।' অসি হায়বগা লমজিংবা অহনগা লোয়ননা মখোয় অহুম্মক হান্নগী মতৌগুম্না মথং মনাও কায়দনা খুকমজগনি॥ মফম লাংদা অমুক ফমগনি।

অহনশিংগী য়াথং ফংলবগী তুংদা নুপা ময়ুমগী, নুপী ময়ুমগী লমজিংবীশিং পুন্না (খঙ হৈবা য়াওদ্রবদি মাইবা য়াওহনগনি) নাকথদা থনম্বা অশিমলগী *পোৎলমশিং পুবগা অশিমল খাঙলুগনি। (পোৎলম চৈবম মথক্তা পঞ্জম্রবা* অদুনি) হঞ্জিল্লক্লগা মরা ময়ুম লাই থাবিগনি। লাই থাবিগদবা লাইশিংগী মথং মনাও, পোৎলম, চৈবম লাই থাবদা হায়গদবা (শোনগদবা) মবোল মবি পুন্নমক মথক্তা পীজখিবা অদুগা অমতনি। তৌবতবু মফম অসিদনা 'মরা ময়ুম'গী হায়না পনবিবগা থৌবম পাঙথোকপিগনি।

## মশাবী ইবেম্মা মৈ যাঙবা

লাইশিং অসিগী মথৌ মঙম, থৌবম থৌথা পুন্নমক লাই থাবা লোইবগা *মশানৌ ইবেম্মনা ফুঙ্গা লাইকুদা মৈথাঙ লৌবগা মৈ হৌগনি। (মৈথাঙ লৌবা* হৈত্রবদি অহৈবা অমদা তাকহনবিগনি) মৈ চাক্লবা মতুংদা ইবেম্মা অসিনা অচাকপা শীং অদু খুৎ অনিনা পায়বগা খজিক খজিক অহুন্নক মৈ যাঙগনি। থৌবম অসি পাঙথোক্লিবা অসিনা মরা ময়ুমগী য়েক সলাই, শাগৈ অসিগী 'মং'দা ঙসিদগী তিল্লবে তাকপনি।

## থৌবম লোইশিনবা

থৌবম লোইশিল্লকপা ওইনা নুপী ময়ুম্না পুবকপা কা তাঙ্গা ১তা ওইববসু য়েনগনি। অদুগা নুপা ময়ুম্নসু শা শিংজু নত্রগা চু কবোক ওইববসু য়েল্লগা অঙম্বা পৈশা অমতসু দান য়েনগনি। লৈকাই নহা অমনা 'শীনবা লাংবা লোইজবে' হায়না হঙ্গৎচগনি। অদুগা চাবা থকপা লোইবে হায়বগী অমুক হঙ্গৎচগনি। নুপা ময়ুমগী মপা মমানা অহন লমলশিংদা মচা মমৌ অনিগী তেক্তা কায়দনা, নুংঙাই য়াইফনা পাঞ্জহৌনবা খুকমজহৌগনি।

*নুপা ময়ুমগী লমজিংবশিংসু চৎলমদাইগী ওইনা হান্নগী মতৌ অদুগুম্না* খুকমজগনি। লমজিংবী নুপীশিংসু চৎলমদাইগী ওইনা ইমা ইবেল খবা খুকমজবন্নগা নুপী ময়ুমগী খোঙবু অদু অমতা ওইনা পুন্না হনমিন্নখি।

মশাবী মশানৌ অনিসু তাইবঙ পুন্সিদা ঐনা কৌনিংই হায়দুনসু কৌবা য়াদবা মিংকৌ অনিখক লৈ। অদুবু ঙসিদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী পুন্সি লৈপুন শেম্বা (লাইতিন থাবা) থৌবম অসি লোইববগী তুংসিদা মিংগৌ অনিদু ফংজবে। ইকুবোক ইনেমবোক।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## থৌবম মতম হোংলকপা

কনাগুম্না খবা অমনদি 'লাই তিন থাবা' হায়বা অসিদা অচেৎপা থাজবা থমদুনা থৌবম অসিদা পাঙথোকপা অদুম য়াওনবি। মসিবু ইপানাৎ, ইপুনাৎ চৎন লোনচৎ য়োকখৎপা ওইনা থম্না পাম্না মী য়াওদবসু নত্তে। অদুগা কনা অমনা মতমগী ঈচেলনা হুমদুনা পুবক্লিবা 'লুহোংবা' হায়বিবা থৌবম অসিদা মাই কন্না ওনশিনখিদুনা লুহোংবা অসিসু য়াম্না তোয়না পাঙথোক্লবক্লি। অদুমকপু লাই থাবা অসিবুদি পুমলং লংথোকখিবদি নৎত্রি। মফম মতমদদি অহোংবা অমদি লৈবে। মতম্না লুহোংবা নুমিৎকী অয়ুক্তা লাই থাবগী থৌবম পাঙথোক্লে।

কনা কনা অমনা লমজিংবা / লংজিংবীশিংসু যাওবা য়াওই। কনা অমনা ঐখোযগীদি য়ানবে । নুপা ময়ুম্না নুপা ময়ুমদা। নুপী ময়ুম্না নুপী ময়ুমদা লাই থানবসে হায়নবসু ময়াওই। মী চৎনদ্রবসু, পোৎ পুথোক পুশিন তৌনদ্রবসু পৈশা ওইনা খবা খবা পীনবগা মদুনা পোৎ লৈবা শক্লবসি হায়বসু অদুম মতাই। মসিনা কদাই ফাওবা চুন্নবা? কদাই ফাওবা লাল্লিবা? অইবনদি হায়জবা ঙমজদ্রে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমকসু যাওনা পাঙথোকপিনবসু নত্তে। অদুনদি লাই থাবা অসি লংথোকখ্রসি হায়ববসু মতোং ওই। চাসি হায়ববসু মব্দ হায়বদু তাবে। 'লাই তিন থাবা' তৌবিগেবা? লুহোংবদা তৌবিগেবা? অনিমকসি য়ানশিন্নবসিদি ব্রাইগা চাক্তা তোৎনবা তাবোইদ্রা? হংবা য়াবা ব্রাহং অমা ওইবক্লি।

## মঙানি চাক্লৌবা (মপাম চাক্লৌবা)

লৌখৎপা, লাই তিন থাবা থৌবম অসিদদি মঙানি শুবা নুমিত্তা 'মঙানি চাক্লৌবা' হায়দুনা যাম্না চম্না পাঙথোক্লবমই। ইবুংঙো নুপাদুগী মপাং অমা, ইবেম্মা নুপী অদুগী মপাং অমা মনেমবোক্তা মখোয় পুন্না মী মঙা লাক্লগা লোইবে। মদুনা মপুং ফাবে হায়না অদুম লৌনবমই। শেলসু ইচঙ চঙনদ্রে। থবকসু শিৎনদ্রে।

লুহোংবা হায়দুনা হোংনবক্লিবা অসিদগীদি মঙানি চাক্লৌবা অসিগী মহুৎ শিনখ্রে মপাম চাক্লৌবনা। মপাম চাক্লৌবা অসিদদি নুমিৎ মশীং নাইদ্রে। কৌনিংবা মতমদা কৌনবে। নহান লুহোংবদা পৈশা থাবিখিবা মীশিংদু মশক খঙহৌবা মথৌ তাবক্লে । মী মশীংসু য়াম্না য়াম্লকলি। মবম অসিদগী নুপী ময়ুম্না নুপা ময়ুমদা শেল থুম খবা ঙাবা তাবক্লে। অদুনা অবৈবা মীগীদি পৈশা অসি শান্নপোৎনি। লৈজদবা ঐখোয়গীদি থব্রাইনি।

লৌখৎপা, লাই তিন থাবা অসিগী মবমদা অসুম ইবক্লগা কবিগুম্না পঞ্জনিংবা

খবদগী লুহোংবগী শরুক খবা লামশিনজরুবা অসিদা অইববু ঙাকপিগনি।

## লৈবুং য়াকাবা

ইচাশা! ইনাওশা! 'লাই তিন থাবা' চৎপদি শেল শিকি অমা ফাওবা পুদনা য়াইকো। অদুগা 'লুহোংবা' চৎপা তাববদি লুপা ১০০/২০০ পুবগা চৎত্রবদি মীগী মমাংদা ইকাইনিঙাই ওইবে। থানবিবা পৈশাসি ঈশৈ শকপা। ঈশৈ শকপীশিংতদা থানবা নৎত্রে। অকোয়বগী থানবক্লি। পালা মশীংনা অসুক লেপকনি হায়বগী অবেপ্পসু লৈনদ্রি। পালা মশীং য়াম্না লেপ্পগা মহৈ চাউনা ফংবা, মশিং খবতা লেপ্পগনা মহৈ ফংদবা জাৎলা? হংনিংই। ঙমজবোই।

কনাগুম্বা মী খবা অমনা শেল কবম্না তানসিগে হায়না কোক চুমশিন্নবা য়াওদবসু নত্তে। লাইগী ওইবা শক শোনবা নত্তবদা ঐগুম্বা কবিসু হৈতবা মী অমনা যন্ত্র অমা মাঙদা থল্লগা পালাগী মীবেপ অমা হেক্তা ওইবগা শেল তাল্লসে হায়বগী নুংগী ওইবা ৱাখলসিদি ঐদি তৌজনিংদে। থৌবম মপু ওইবিবা ঐনা মীয়ামগী খছ্রবিবা মতম ওইবে।

পৈশা থাবদসু থকশি খাশি নাইনবক্তবা, পৈশা য়েনবা ওইনা পংতৌদা তৌবা, মওং মবিল নাইদবা, মওং মতৌ খবসু উবা য়াওই। তৌহননিংদে। ঙল্লিঙৈ মতমদদি লুপা ২ চৎপী থানবমই। মথংদা ৫ চৎপী, হৌজিক্লা ১০ চৎপীনি। মথংসিদি ২০/৫০/১০০ অসুম্না লাক্কদৌবি। লৌশিনখিগদবা মীনবুদি অকায়বা লৈতে। পীথোকত্রিবা ঐখোয়সে মৱা মনিল খবা নাইনগনিকো য়ুমদা। অদুবু মসি লৈবুং য়াকাবদা শোঞ্জবনিদা।

## খুমিন পীবা

(খোল্লাং লমল শিংবা)

*পুৱাবীদগী চৎনবক্লবা অতে মফমদদি কয়া তোয়না উদবা ঐখোয়গী অসোমদদি* য়াম্না ফজত্রবা চৎনবী অমা ওইনা পাঙথোক্লবি 'খুমিন পীবা'। পলেম পছৌ অনিনা মপাবি মমোমশিংবু ঈ মতুমদগী মমাগী খোল্লাং পীথক্লনা অৱাবা শংবাই, নুংঙাইবা লাইতং হায়দুনা অৱাবা, নুঙাইবা, কপ্পা নোকপা, নুংশিবা শাওনিংবা পুম্নমকসিগা লোয়ননা য়োকপি থাকপিবকই। অসুম্না য়োকপি থাকপিখিবা মপাবি মমোমশিংনা চাউবক শাংলকপা মপুং মবৈ ফাবগা মাগী মাগী ময়ুম মকৈ পান্নখি। মচা নুপা ওইবশিংনা মমা মপা য়োক্লনা পুন্না লৈমিন্নহৌই। মচা নিংঙোল ওইবীশিং অদুনা অনকপা, অবাপ্পা মফমশিংদা ময়ুম মকৈ পান্দুনা অতোপ্পা শাগৈ অমগী মচা মমৌ ওইদুনা মনেম মকুগী, মাগী নিপাগী সেবা তৌদুনা লৈনখি।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মমাগী খোন্নাং থক্লগা চাউবকখিবা মচা নিঙোলশিং অদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মমা মপানা ব্রাজখিবা অদু কাউদে। ময়ুম পাল্লবী মচানুপী পুম্নমক্লা মমা মপা হিংলিঙৈদা খোন্নাং লমন শিংবা থৌবম অসি পাঙথোক্লবি। কবিগুম্বদা ময়ুম মকৈ পানহৌদবা মচে মনাও য়াওববসু মখোয়গীসু শেল থুম খায়নবা অদুদা য়াওশিল্লগা পলেম পছৌ অনিগী খোন্নাং লমন তোন্দনবা অদুম য়াওশিনবা অসিসু চৎনৈ। পীবিবা পোৎলমশিংদি ওক, লৈয়ু, ব্রাইয়ু, চেঙ, থুম মোবোক অতৈ অতৈ অসিনি। অহন লমল পুম্নমক তিল্লবা মফম অদুদা নিঙোল ময়াম অদুগী নিঙোল মব্রা অহন অদুনা মখোয় মচিল মনাওশিং, নিঙোলশিংগী মচিল মনাওশিংগা লোয়ননা খুরুমজদুনা হায়''অহল লমল লাই ওইববশিং, ইপা ইপল, ইকু ইপাই খ্বাই খিবিক্কী মফমদা ইচিল ইনাও ঐখোয় ময়াম্না ঙসিদগী পলেম পছৌ অনিগী খোন্নাং লমন কোকচবগে হায়দুনা ওক মচা অমতং, ইবমদম অসিগী পোৎথোক য়ু, ব্রাইয়ু, থুম মোবোক অসিনচিংবা পোৎলম খবা অসি পুজবকইয়ে। তোল্লবা নচা নমাক ওইবা ঐখোযনা খুয়া খাদা খুরুমজবিয়ে।'' ব্রাহৈ খবা অসি হায়বগা অহন লমলশিংদা পুল্লপ্না খুরুমই অদুগা অহন মথং মনাও নাইনা মচিল-মনাও নুপা নুপী পুম্নমক্লা খুরুম্বগী থৌবম অসি পাঙথোকই। খুরুম্বা মতম অসিদা 'অহনশিংনা কোক্তা নাছবিদুনা ঙসিদগী নমা নপাগী (পলেম পছৌগী) খোন্নাং লমন কোকচবা ওইবোকো। *নুংঙাইনা অনা অয়েক য়াওদনা পাল্লোকো নখোয়।'* অসুম্না তাকপিবকই। অসিবু 'খুমিন পীবা' (খোন্নাং লমন শিংবা) হায়না খঙনৈ।

পুবক্লিবা ওক অদু শেম্বা শাবা লোইবগা থোংবা থাকপা পুম্নমক তৌবগা মনা মশীংগী শিংজু অমা নিংথিনা শুবগা লাদা শাগা শিংজু শরুক য়ৈখৎলগা অহন লমলশিং, ইমা ইবেলশিং লেঙবিবক্লিবা পুম্নমক চামিন্নৈ। নুপাশিং য়ু ব্রাইয়ু অথকপশিং থকনৈ। মসিবু মচা নিঙোল পোকপগী মহৈ চাবে হায়দুনা হবাও নুংঙাইনা পলেম পছৌ ওইবশিংনা লৌজবা, মচা নিংঙোলশিংগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী মবেক মহাও লৈবা পুন্সি মবেল অমা ওইনা লাই হাক্তুক্তগী লৌনবি। কনাগুম্বা মী খবা অমদি শা শিংজু অসি তৌদনা ওক্তু থোংলগা চাকলেন ওইনা কৎপসু য়াওনৈ।

থৌবম খুদিংমক্তা ওক মপুম অমা ওইনা কচ্চবা তাববদি অহনশিংবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা শাবম নাইবকই।

১বা মমৈ ১ঙকশা ১, কাঞ্চি ১, মকল ১।। ২বা ঙকশা ১, কাঞ্চি ১, শাপৈ ১, মকল ১।। ৩ বা মনা ১, খৌশা ১, মকল ১।। ৪ বা মনা ১, খৌশা ১, মকল ১।। ৫ বা খৌশা ১ মখোঙ ১, মকল ১।। ৬ বা খৌশা ১, মখোঙ ১, মকল ১।। ৭ বা মখোঙ ১, মকল ১।। ৮ বা মখোঙ ১, মকল ১।। ৯ বা

মখোঙ ১, মকল ১॥ ১০ বা মখোঙ ১, মকল ১॥ ১১বা মখোঙ ১, মকল ১॥ ১২বা মখোঙ ১, মকল ১, মসিনা ওক অমগী মথং মনাও নাইববা শাবমনি।

অতোপ্পা অমনা মান্নবা মওংদা ওক শীবগী মহুত্তা ঙা ওইনা শীবগা কচ্চবা অসিসু চৎনৈ। ঙা ওইনা শীববদি শবেং মথেল অমদি খবতা ওইববসু হাপনৈ। তাঙবা খোৎপা মীয়াম চাবা কোন্নবা ঙাপাং অতৈ অতৈ মনা মশীং হাপনিংবা অকায়বা লৈতে। য়াম্না পিক্লা শীজগে হায়বগা নিঙোল পোকপা পলেম পম্বৌ অনিদা শবেং অমতং শীজবগা নিঙোল মচেম মনাওশিংনা পলেম পম্বৌ অনিগী খোল্লাং লমন ঙসিদগী কোকচবগে হায়বগসু মমা মপা অনিনসু মখোয় ঙসিদগী ইমাগী খোল্লাং লমন কোকচবো হায়দুনা কোকপিখিবসু ময়াওই।

খবা ফজহল্লগা ফজবা মওংদা পাঙথোক্কে হায়বগা অহন লমল, মবী মতা, মরুপ মপাং পাউজেল চৎচবগা চাউনা পাঙথোক্লবসু য়াওনবি। অসুম তৌবগনা ওক অহিংবা পুবক্লগা কচ্চবা অদুগদি কোকপিনবগী হায়জবা মফম অদু খেন্নবা খবা লৈগনি। ঙা শীজবা অসিনা চাক য়েঞ্জাং মথেল পুম্নমক থোংবা থাকপ্যা লোইবগা কোম্বোং চাক থাদোকপা অদুগা শুমাংদা অহন লমল পুম্নমক চাননবা চাকলুক থাবা লোইবগা পুজাবিশিংনা শীনবা লাংবা লোইবে হায়বগী পাউ শীবগা চাকলুক্তা অহন লমল মথং মনাও পবেং পবেং ফমগনি। অহন লমল ফম্বা পবেং অদুগী খ্বাইদগী অহন অদুগা তাইননা নিঙোল মচেম মনাওশিং লৌবা নুপা মচিল মনাওশিং অদুগা নুপী মচেম মনাওশিং অহন মথং মনাও কায়দনা খুউ খুদক কুন্দুনা নুপাগী অহন অদুনা হাযগনি ' অ হ ন লমন লাই ওইববশিং, ইকু ইপাই, মরুপ মপাং ইচে ইচল পুম্নমক্কী মফমদা ইচিল ইনাও ঐখোয়না চেঙ মক অমতং, য়েঞ্জাং মনা অমতং থোং থাক্লুনা কচ্চবিবা অসিবু হাওতা থুমদা পুম্নমকপু হাওয়ে থুমমে অসুম্না লৌবিদুনা ঙসিদগী পলেম পম্বৌ অনিগী খোল্লাং লমন কোকচবগে হায়দুনা কচ্চবিয়ে।' 'পুম্নমক খুরুমজগনি। লাই ওইববা অহনশিংনা'ঙসিদগী পলেম পম্বৌ অনিগী খোমলাং লমন শিংবা ওইজবো। (কোকচবো)। অসুম্না তাকপী।

চাবা থকপা লোইবগা মাঙ্গোলগী অহন লমল খুরুমজগনি। অঙল্বা মীনা শেল থুম দান ওইনা য়েন্নবসু য়াওই। কনাগুম্বশিংগী লাইবক থিবদগী পলেম পম্বৌ নৌনা কায়নখিবা য়াওদবা নত্তে। অদু ওইবগনা মখোয়বু য়োকপি থাকপিবকপা মবুং মৌপ্পাশিংদা খুমিন শীবা (খোল্লাং লমন শিংবা) থৌবম অসি অদুম লাই হাক্তক্তগী ঙসি ফাওবা য়াম্না ফজবা চৎনবোল অমা ওইনা পাঙথোক্লবি। মপা মমাগীদি লৈ হুনবিগনি।(পাউজেল চৎচবা অসিদি মপা মমা, মবুংশিংনা চৎপিগনি।)

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

# শীংলুপ

শীংলুপ হায়বগী ৱাহছোক 'শীং + মরুপ' শীংলুপ। মরুপ অতৈদি যাওববসু যাওদ্রবসু অকায়বা লৈতে। লৈকাই লৈকাইগী শীংলুপ হায়দুনা মাগী মাগী শীংলুপ অমমম লিংনদুনা লৈবিবা অসিদা য়াওদ্রবদি হয়েং মাগী শিবা নাবদা লৈকাইগী মীনা চঙবিনিংদে। অদুনা লুপ পুন্নমক্তগী অথোইবা লুপতি শীংলুপ্তনা ওইবি। শীংলুপকী মী অমা য়াম্না কন্না নাবক্লবা মখোয়গীদি মীবোলসু যাম্না লৈজদবা ইমুংশিং ওইববদি পুজাবী নহাশিংনা অহিং মীশেল খাঙবিবা যাওবি। লাইবক থীবদগী লৈখিদবা যাওবক্লবসু শিবদগী মথৌ মঙম পুন্নমক পাঙথোকপা লোইবা ফাওবসি মাগী শীংলুপ অসিনা অৱা পোৎলুম পুনবি। ৱাবেপ কযাসু থম্নদুনা ৱাবেপ অদু ঙাক্লা চৎনবি। 'শীংলুপকী অহল শাবা' হায়বসিদি ঐ লৈতে, লাইবৈ, হৈ শিংদে, হায়বা লৈতে। অহল শাবগী য়ুমদা অদুম তিন্নে। শীংলুপকী অহল ১, অহল ২, অহল ৩ লাই ওইনা থৌ কাইবা যাওনৈ।

শীংলুপ অমা লিংবদা লৈবিবা মওং অসিদি ৱায়েনশঙ অমদগী তাবা নত্তে। চহী মতাঙ মতাঙ অদুগী মাগী মাগী শিনফম পীবিবনি। শীংলুপকীদি থৌ চনবসি চহী ১৭/১৮ দগী সোইকা অমা ওইনা লৌশিন্নে। অসুম্না সোইকা, শিন্নবা লেং, বিচাব লেং, অহল শাবা লেং অসিনা নহাশিংগী। অহলশিংদনা লৈকাই নহা, শিন্নবা লেং, মৈশুবী লেং, অহল লমন লাই ওইববশিং অসুম্না মমুৎতানা থম্লীবমই। লৈবিবা লেংশিংসিদগী নহাদগীসু অহলগীদগীসু শিন্নবা লেং অনি অসিদি মখোয়গী মথৌ য়াম্না পাক চাউই। নহাগীসু নহানা অলগীনা অহন্না থৌবম লোইবা ফাওবা মখোয়না শীন্নে। মবক্তা অতৈ অতৈ লেংসু লৈহৌবিবনি।। মসিনা নুপাশিংদগী ওইবি। শিবগীদমক্তি শীঙসু খায়নবা

নৎত্রগা শেলথাং পুথোক্লদুনা কোন্ননবা শীঙ লৈবা অসি য়েৎনবা লৈতনা য়ানববা ব্রাফম্নি। মৈবাদি সোইকা ওইবিবা নহাশিংনা অয়াম্বা পুথোক্লে। মৈবা হায়বগা হাউনা হায়বিবা অসিনি। শেল খায়নবগা শীংলুপ্না লৈনবসু য়াওবে।

শীংলুপ নুপীশিংগীসু মখোয়দগী ওইবা শিনফম তোঙান্না লৈবিবনি। নুপী মৌ নহাশিংনা ঈশিং শোকপী / মৈ য়াঙবী / লা থাবী। খবা অহন্না য়েঙ্খাং শেম্বী, শিংজু শুবী। সিদগী অমুক অহন্না লাইগী তিনগী ওইবা শেম শাবী মৈশুবী। শীংলুপ অমগী মবিক চুম্বা ব্রাবোল ইবা তাববদি লোইবা খম্বা নাইবোই। 'খাঙপু লম মাপল শাংবা মচিন মৈ মুদ্রি' হায়বা অহলশিংগী পাউবৌদুনি। অদুবু ঐবু পোকপিবম্বা ইপা ইবুংঙোনা তাকপিবম্বদা শীংলুপ অমা মাগী মাগী লৈকাই লৈকাইগী ওইনা লিংনবিবা অসিগী হৌবকফমদি সেকমাইগী ইবুধৌ কৌব্রু হবাওবা অসিদগী চৎনা পথাপ, মওং মতৌ, থকসি খাসি, ব্রায়েন বিচাব, অসিনচিংবদা মপুং ওইনা লৌই হায়না তাকপিবমই। চাক চাগী মতাঙদদি 'অহল চাকচা' 'খুল চাকচা' অসুম্না তোঙাল্লী। অহল চাকচা হাযবগা অহন্না শাবম ঙাবম চাবা। খুল চাকচা হায়বগনা খুল্লাকপা, লুপলাকপা, ফম্নাইবশিংনা চাবা অসিনি।

## শীং শেম্বা

শীং শেম্বদা চঙবা পোৎলমশিং খোইদৌনা পুগদবা : য়োৎপাক ১, য়াংকোক ১, মৈকোই চফু ১, (মঙক্তা পৈয়া অমনা যেৎলোমদা লৈবগা পুনবা) থকখল ১, শমন ফুম্নবা ফি অঙৌবা অপাবা মচেৎ ১, পৈশা ১, লম লৈনবা পৈশা ১, শীং শেম্বা লোইবগা চুক মবি কোয়বা থুংনবা লং অহিংবা খবা অসিনি।

শীংলুপকী মীওইশিংনা পুবিগদবশিং : উচিব্রা ৪, কাইবেল কাইজাওগী মখোঙ ওইনবা ৪, (লৈগী দোলাই ওইববসু) মৈহন চৈ ওইনবা ৩/৪, হুমাইখোক ওইনবা পিকতক তৌবা অচুম্বা ব্রা মচা অমা অসিনচিংবা অতে অতে। পৈযা অশাংবা ৫/৬ মসিনা থকখল পুন্নবনি। তত্তনবা খবা ফজবা তৌবিগনি। উচি ব্রা য়ুংবদসু তুবকতনবা চেৎনা য়ুংলগা মখোঙদা চুক য়ৈবগা ফজনা পুনশিনবিগনি। মৈবোইবা মশা তুমদ্রিঙৈদা তুবকপা, তৎলকপা য়াওববদি শীংশেম্বা অহন শাবা ব্রাকোংই।

শীংশেম্বদা শেমগদবা মফম অদুদা পৈশা অমতা ওইববসু থাথদুনা মফম (লম) অদু লৈগনি। শীং শেমফম ময়াই অদুদা হাউনা কক্লগা মখা থাবিগনি হাউনা হায়বসিদি লাইগী, তিনগী ওইবা ঘৌবমদা য়াম্না শেংবা অমা ওইন লৌনবি। মথক্তা শীং শেম্বদা নুপা ওইবগা ৫/৭। নুপী ওইবগা ৪/৬ অসুম্না

শীংখল খায়না শেমগনি। চিথেক মবিদা য়ুংলিবা চুক মবি অদুসু শেম্না লোইবগা পৈয়া অশাংবা অদুনা চেৎনা লাকশিন্দুনা পুনবিগনি। চুক মবি অসিনা মাইকৈ ঙাক্লিবা লাইনি কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিং, খানা চাউবা ব্রাংব্রেন। শীং শেমফম মনিংগী কোম অসি খোইদৌনা মপুং ওইনা তৌগনি। শীংলুপকী মী, ইমুং মনুংগী মীশিংনসু পাংবিগনি। অসুম্না মখোয়গী মতেং পাংবা অসিগীদমকসু মখোয়না অমুক য়ু ব্রাল্লগা তেংপাংবশিংদা তৌবিমন খঙবা উৎপা অসি তৌনৈ।

(ঙাল্লিঙৈ মতমদদি য়েকম অমা পুবগা মদু লংখৎলগা তাবদা কায়বা মফম অদুদা মংফম ওইনৈ)

## সন্তুপ চনবা

সন্তুপ চনবা হায়বগা কৃ শেম্না অসিবু খঙনৈ। শিবিবা মী অদুগী চাউবা শাংবা হাইফেৎ খঙবা তঙাইফদে। চানগদবা মওংদা চনবিগনি। মসিসু খোইদৌগী মখৌনি। মখোয়না মখোয়গী মকপ মপাংশিং হৌনবগা তান তানদুনা অদুম চন্নৈ। হৌজিক্তি অখায়বা উপাক লৈবগা অয়াম্বনা তৌনবে। ঙাল্লিঙৈ মতমদদি ইংখোলদা হৌবা উ অচৌবা য়াল্লগা উপাক শানবমই। মদুদা শীংজঙ পাইবা হৈবা হৈতবা মথং মথং পোৎথানদুনা শেম্লবমই। হৌজিক্তি মদুগী অব্রাবা অদু খবগী মখৈদি শাফবে।

সন্তুপ চনবা অসিদসু নুপা নুপী খায়বসিদি অদুম মতৌনৈ। নুপা শিবগী ওইবগা মখাগী কাংফৈ অসি ৩/৫, নুপী শিবা ওইবগনা ৪/৬ অসি ফৈনৈ। কাংফৈসিদা মম্লুংগী হাপ্পবা অসিসু নুপা ৩/৫, নুপী ২/৪ দা অদুম হাপনৈ। ফেনাৎ পুন্নবা পৈয়াসু নুপাগীনা মফম অহুমদা পৈয়া অহুম্না পুনগনি। নুপীগীদা পৈয়া ২/২ না মফম অনিদা পুনগনি। পৈয়া লৈবদা য়েৎতা লৈবগা পুন্নৈ। (য়েৎতা লৈবা নৎ হন্দোকপা, ওইদা লৈবা নৎ লৈশিনবা)

## শিবৈ লমল

তাইবঙ পানবা ঐখোয়সি শেম্বিবকপা মপুনা তাইবঙগী অব্রাবা, নুংঙাইবা তাইবঙ কুম্মৈ য়াওকবো হায়না থাবিবক্লে। শংনা চাবা মবম ১০৮ মুন্না চাবা মবম ১০৮ তাইবঙ চিঙ্গাক চাদুনা মালেমসিদা হিংনবি। লাইবক ফবা কনানা খুয়া তুশিংনা নুংঙাই য়াইফনা, খোঙলৌ পল্লৌবা য়াওদনা পুন্সি মকালাম্না হিংনবি। অদুগা কনা অমনা চবা নাম্মতা চাদুনা অব্রা পোৎলুম পুদুনা উখোঙ ব্রাখোঙদা য়াইবেকফম ওইদুনা হিংবগী মবেক মহাও অমতা য়াওদনা হিংবসু যাওনবি। মসিনি তাইবঙ পান হায়নবিবসি। অব্রাবা নুংঙাইবা পুম্নমকসি মাগী

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মাগী নুমিৎকী লাংফম, থাগী লাংফম লাক্লবদা কনাসু অমব ওইবা অমতসু লৈখিদ্রি। কনা অমনা মতম খবা নাবন্নগা সেবা সেবি তৌবগা হব্রা ব্রাদনা শিবৈ লমন কোকখিবসু য়াওই। শিবা হায়বগা হেক্তা য়াদ্রি। শিনবগীদমক নাবকপসু তাবি। নাববদি অব্রা চৈনা খাঙবা অসিনি।

লাইবক থিবা কনা অমদি কুম লাযনা ওইদুনা পুন্সি চুপ্পা ফমুংদা য়াতাদুনা লৈবা, শিবা ঙাইবদা শিনিংলকপা, শিহন্নিংলকপা য়াওবিবনি। মশা মতোমতা য়াওন য়াতা ঙমলক্রুবা অয়ো' অয়ো' হায়দুনা শ্বব ফুইনা হোল্লক্লবা, ইমা' ইমা' কৌজবতনা পুন্সি পোত্থাফম ওইদুনা মপু মাগী মশাই কোন্দা চঙজফমবু নিজবক্লে। হিংগনি হায়বগী কিজবা, শিগনি হায়বগী হবাওজবা মতম লাকই তাইবং পুন্সি। শিবা, হিংবা অনিদা শিবদবু তাববা শেন্নবিবিবা মাইবনা 'তাইবঙ শীংকুম লোন, খম্নুং লপ্পী তাকপা' হায়বিবা লাইবিক অসি অহন লমলশিংদদি ওজা কনা অমনা ব্রাবী ওইনা, ওজা কনা অমনা ঈশৈ ওইনা তাহন্নৈ। ঐখোযগী সেকমাইগী চৎনবীদা কবিগুম্বা নাবা অমদি শিবা অসি অতৈ লমগা খেন্নবা খবা লৈ। অনাবা অসিনা য়াম্না কন্না নাশিল্লক্লবা শিবগী পুংফম অদু যৌশিল্লকপা য়ুমগী লাইথৌ লৈমবেল লৈবা কা অদুদা যুমবুবেম্বনা তুমবা ফমুং (কাংথোল) অদুগী মমাং (ফম্মাং)দা অনাবা অদুগী অবোইবা য়াহিপ তানফম (শিফম) ওইহল্লি। ওইহল্লিবা মফম অসিবু ফম্মাং হাযনা খঙনৈ। মীওইবনা য়ুম হায়দুনা শানবিবা অসি য়ুমসিগী মনুংদা নুংঙাইনা পাঞ্জগে, নুংঙাইনা খুয়া তুশিৎনা শিজগে হায়বগী য়ুম শাবিবনি। অতোপ্পা হায়জবা তাবে। কনাগুম্বশিংগীদি য়ুমগী মনুংদা শিববদি তৌহৈদে, য়ুম মাংই হাযনবা খবসু তাজে। ঐখোয়গী অসিনা য়ুমগী ফম্মাং অসিদা শিবিবা মী অদুগী লানবিবীবা মাইবা অদুনা মাগী মথৌ মঙম ময়াম অমা পাঙথোক্লগা ইমুংগী ফম্মাংদগী পুথোক্লমদাই অদুদা অশিবগী লুখুমদা ঈবাৎফু অমদা লফোই ১, চেঙ, থোইদিং অমুবা খবা, তিংথৌ মতোল খবা, ক্বা মক ১, মনা ১, লুপা ১, থাথবগা ঈশিং থন্না হাপ্লবা ঈবাৎফু অদু লা মতেক অমদা ফৌ হাপ্লগা খিনগনি। খোইক্ থাওমৈ ফিবাল, হৈক্রুক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গ ১, থাগনি। মাইবনা মপুগী মিংখৈ শীববা মতুংদা মথক্কী পোৎলমশিং অসি খাঙেনফমদসু অমুক শিজিন্নগনি। মাইবগী মপুগী মিংখৈ ঃ - সে' সে' নহান্নোং তাইবঙ কুম্মৈ য়াওবম্না .. নহাক্তি ঙসিদগী তাইবঙ চিঞ্জাক লোইবদুনা মপু মাগী লৈকোলদা খুয়াগী ইফুল্লক্তা তিল্লুবো। নচা-নশু পুম্নমকপু নুংঙাই য়াইফবা পুম্নমকপু কুবিবম্মু নঙবু লানবিবদি . কৌয়ে।

শিবিবা মী অসি ইমুংদগী খাঙোনফমদা পুবনি। মাঙ্গোলগী অশিথোং

শুমাং হেক কুমথবমদাইদ অসিদা ঈবাল শেন লুপা অমা থাদগনি। লং মতৎ অমসু থাদগনি। অহনশিংনা হায়নবমই 'মফম অসি অব্রা ঈপাক ঈবালফম (বৈতবনি তুবেল) হাযবনি। নুংঙাইববা তাইবঙগী য়ুম অসিদগী খোঙ থাংদোক্তুনা লানবা ঙমদ্রবা লাইগী ওইবা মফম্লি। অদুননি শম্মুম অমনা থোং ওই, শন্নাং অমনা পাম্বে ওই, লানঙমদা লাল্লবা অব্রা ইপাক্লি হায়নবিবসি।

শুমাংগী খাঙেনফমদা চংবী লাগী লাশা অমদা ইগী মোল অমা শাবগা মোলদুদা কোক্লা মোলখাংনহল্লি। লোংনা হিপ্তুনা য়াতাবিবা মী অদুবু মাইবনা তাইবঙ মপুগী মফমদা চৎখিনবগী লাইগী ওইবা অকুবা ব্রাবীদু শিবিবা মী অদুগী মনাকোংদা · 'সো' সো' তাবো সো' . . নঙগী অপোকপগী মমিং ... কৌবনে' অপোকপীগী মমিংনা . কৌবনে। মখোয়বু থিবগা লাইগী লৈবাক্তা নুংঙাইনা লৈকবো। খোয়ম অশঙবা নঙনা শঙহৌবে। খোয়ম অঙাইবা নঙনা ঙাইহৌবো। অসি হাযবগা মাইবনা মাগী ইগী মোলদা ফমলিবা অদুদগী হৌগৎলগা খুৎ থাবে। (শাগৈগী পি-পাদা য়ুম্মাং পাউ তাকপা তঙাই ফদে) সেকমাইগী চৎনবিদা য়াম্লা ফজবা হাযসিবা? লেং নাবদা অনাবা হংবা চঙনদে।

### ইকুজবা

শিবিবা মী অসিগী ইমুং মনুংনা উত্তি, চেংহি, সাপোন্নচিংবা শিজিন্নদুনা যাম্লা ফজনা ইকুজথোকপিবে। মাগী লৈজবা ফিবোল নুপীগীবু ওইবো, নুপাগীবু ওইবো। নুপী ওইববসু ফনেক মযেক নাইবা অক অহেন ইন্ন ফি শেৎপি ইনবী। নুপা ওইববসু ফৈজোম পুময়াৎ, অক অহেন ইন্নফি শেৎপি ইনবিদুনা হিংলিঙৈদা শেৎ চাবা অদুগা চপ মান্ননা শেৎপি চাবী। নুপী নুপা অনিমক মানা মানা হিংলিঙৈদা পামজবম্বা মওং মতৌ অদুমক ঙসি মানা মালেম তাইবঙ অসি থাদোক্লমদাই অসিদসু হেন্না ফজনা শেৎ চাই। শিবগী মওং মতৌ নত্তে। কোয়বা চৎপা, থবক অমা চৎপগী মওং মতৌনি।

### খোঙশানবা

মীবমলেন অসিদগী লাইবমলেন্দা খোঙশাল্লমদাই অসিদা নুপী ওইবগনা নুপীনা পায়বা থাঙ, নুপা ওইবগা নুপানা পায়বা থাঙ, তা পাযহল্লগা মাইবনা খোঙশানবী। মবোন্দি 'তিলমু লাইমু ফত্তবা নখোয় হন্দোক্লো। হৌজিক .... খোঙশাল্লক্লে।' মখুত্তা পায়হল্লিবা থাঙ তা অদুনা অহুম্লক য়ানবা, থিনবা, মওং অসি উৎলগা খাঙেনফমদা থাংজিনবিদুনা কাংথক্কী ফৈচুপ মবোল অহুম, মৈথা মবোল অহুম থাদুনা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী তুম্বা অদুগুম্লা কাংখল খল্লগা তুমহল্লি।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মাইবদা ফিবোই ফিঙম ঙমজবা পৈশা অমতসু হাপ্তুনা দান তৌগনি। ইমুং মনুং পুম্নমক্না মাইবদগী হৌবগা ফম্বিবিবা অহন লমলশিং খুকুমগনি।

## মশা চেন্নবা ফি (নুংশি খুদোল)

মসিদা কনাগুম্বা অহন লমল,ইমা ইবেল ময়ুম পাল্লবা মী শিবা ওইববদি 'শিবদা চেন্নবা ফি' হায়দুনা চেন্নবা ফি খবা লৈ। নুপী শিবগনা মাগী নুপাগী ফৈজোম, নুপা শিবগা মাগী নুপীগী ফনেক ময়েক নাইবা অমা ফি অনি অসি চেন্নৈ। অশিবনা হিপলিবা মফম অদুগী অমদা হেক্তা হাপখিবা য়াই। মসিগী থাজনবী অসি নুপীদুনসু মাগী মপুবোইবগী ফৈজোম অদু মাগী নুপামক্লি খঞ্জবা। নুপা অদুনসু মাগী নুপীগী ফনেক অদু মাগী নুপীমক্লি খঞ্জদুনা মখোয় অনি কায়নদনা নুংশিননা চৎলি তাকপনি। কনাগুম্বনদি নুপাদবু ফনেক হাপচিল্লে হায়দুনা হংগোইনা লৌনবসু য়াওদবা নত্তে। অদুবু ঐখোয়গী চৎনবিদদি অশেংবা নুপা নুপী অনিদু নুংশিনবগী খুদম ওইবি। চবৈ ফি অসিনা-লাইগী লৈবাক্তা শক তাক্লবি হায়। অদুগা ঈবান ফি অমসু লৈবি। মসিনা মানা শিবা মতমদা শেংপা অদুনি, মশাদা চেন্নগনি।

## কাইরেল কাইজাও

শিবা পুথোকপগী যুমদগী মোংফম ফাওবদং চৎপগী লম্বীসিদা মৈ থাদোক্লগা তোকখিগদবা অসিবু হায়না খন্নদে। শিবিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অদুবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা খুৎচঙনা লৈশি, লৈথোল, লৈতেংদুনা শেমনৈ। শেমলিবা শাবিবা অসিবুনি 'কাইবেল কাইজাও' হায়বিবসি। কাইবেল কাইজাও হায়বিবা দোলাই অসিদি নিংথৌ পাল্লিঙৈদদি সেকমাই খুঙ্গং অসিদা মী অহুম খক্তগী অযাবা পীবমই। কনা কনা? ১। খুলগী খুল্লাকপা শিবা ২। খুলগী লুপলাকপা শিবা, ৩। খুলগী অহন ওইববা (খুলগী লাই) শিববা অসিনি। অতৈ খুঙ্গং অসিগী মীওই অমতদা অয়াবা পীবমদে॥ অদুবু হৌজিক্তি খবা অহন নুপা নুপী শিবদা ইমুং মনুং মবী মতানা শীংলুপকী মী, লাকপিবিবা মীশিংদা কাইবেল কাইজাও অসি শাবিয়ু হায়জববদি শাবগা অশিবা পুথোকপগী চৎনবী অসি অসুম্মক পাঙথোক্লবে। মথক্কী মীওই অহুম অসি শিবদদি খৌ নাইতোম নত্রগা পুংবা থবাক্তা খুদৈ, খৌওন লাক্লগা কোইয়েৎ চি-নাইবা য়েৎলগা চুঙ-তা পাইবগা অৱাংবা থাক্তা ইকাই খুম্নৈ। নুপা অহল-লমনশিংদসু অদুম তৌনৈ। *(কাইবেল কাইজাওগী শক্তম মথক চেখুমদা)*

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

## শাবদা চঙবা পোৎলম

ৱা অচৌবা, অচুম্বা থাফম ওইনবা ২, মচা মচা মখোঙ ওইনবা খোকৱা অচুম্বা ৬/৭ খাঙেন, য়াঙ, অতৈ অতৈ।। য়েংতৌ ৭/৮। চে পাং অচৌবা ৩০/৪০। মচু মচুগী ১৫/২০। মুক অঙাঙবা মুকফু ২। হিগোক মুকফু ১। মোইদা খবা। ফকলোং ৩। চেপাং অচৌবনা লৈনা য়াৎপা, ফকলোংদা নপ্পা। মচু মচুনা শেন্নাং মহুম ফিবাল শেন্না। অতৈ অতৈনা অখঙ অহৈদগী লৌবিবো।

## লৈগী দোলাই

নহা অঙাং শিবা ওইবগনা লৈগী দোলাই যাম্না ফজনা লৈতেংদুনা লাই ওইখ্রবা ইবুংঙো ইবেম্মা অদুবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা শাবগা পুথোকপগী চৎনবী লৈ। নহা অঙাং, লৈশাবী পাখং, অহন লমল, ইকাই খুম্নববা, ইকাই খুম্নববীশিংদসু মানা হিংলিঙৈদা ঐদি কাইবেল কাইজাও পামজদে লৈগী দোলাইনা হেন্না পামজৈ হাযবপ্পা ওইববদি লৈগী দোলাই শাবগা ফজবা কাংখল খল্লগা অদুম পুথোক্লে। লৈগী দোলাইগী অবেপ্পা শক্তম লৈতে। ফজনবা মওংদা শানৈ।

অশিবা অসি পুথোক্রিঙৈগী মমাং, অহন লমল ওইববদি জগোই শাবা অসি অশিবা অদুগী খাঙেনফমদা খুযা ওইবপ্পা জগোই কৎনৈ। অদুগা ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক্না লাক্লিবা ইকাই খুম্নববা অহন লমল, ইমা ইবেলশিংবু খুকমজগনি।

## মৈশুবীশিংগী মথৌ

মৈশুবী নহাশিংনা পুথোক্লমদাই অদুদা কৃদা (সন্তুপ্তা) ফি হাইগনি। মী অমনা লং মতেক অমা শাংনা তিংলগা থৎকনি। অশিবা অসি কাইবেল কাইজাও (লৈগী দোলাই) দা কৃমনুংদা হাপ্লগা কৃমথক্তা নুপা ওইবগা কাংফৈ ৩/৫ ফৈগনি। নুপী ওইবগা ৪/৬ ফৈগনি। ফেনাৎ হাপ্লগা মশা চেন্নবা ফিদু কুপ্লগা পুনগনি (পৈয়া য়েৎলোমদা লৈবগা পুন্নে)। মথক্তা অহনবা ফি অমা কুপ্লগা পুখম ১, খুজাই ১, তেঙ্গোৎ ১ হাপকনি। মসিগী ফি অসিদি মোংফমদা মৈ চুববা মতমদা পোৎশিং অসিগা পুন্না লৌথোক্কনি। অশিবা পুবগী হেক থাংগৎপা হৌবা অদুদা লৈ চাইবনা লৈ, পৈশা চাইবনা পৈশা চাইগনি। ঈবাৎ

ফু অতৈ অতৈ শঙনচিংবা অদুদি মাইবগী মথৌ ওইপ্রে। অহন লমলগী খৌশাগদবা লৈববদি ঙাইহাক লেপহল্লগা শানবা তাকপিগনি। অশিবদা ওনশিল্লগা অমুক শাগনি, অমুক ওহ্ল্লোক্লগা শাবদা লোইবে হায়না তাকপিগনি। লম্বী ময়াই চল্লকপদা অমুক শাবা অদুগা মোংফমদা শেম্না শাবা লোইবগা অমুক শাবগা অহুম্লক শাবসিদা খৌশাবা লোইবে তাকপিগনি। খোইদৌগী অহাপ্পা অশি পোৎচেল অদুদি লৈকাই নহানা পুগনি। পুথোকপদা তুবেল লানবা যাওববদি লং মতৎ অমসু থৎলগা থাদগনি।

## শিবা পুথোকপদা কোক্লা মাঙ থাবা

অশিবা পুথোকপদা কোক্লা মমাঙ থংদুনা চৎপগী চৎনবি লৈ। মসিগী নুংগী ওইবা ব্রা অমা হাযবগদি ঐখোযনা পলেম ইমাগী পিবুক্লুংদগী মালেমসিদা অহানবা লাকখিবসি কোক্লা মাঙ থাদুনা থোবকখি হায়বগী থাজবা অসি থমজবগা কোক্লা মাঙ থাদুনা চৎনবী অসি লাকখি। চাকচা হৈচানবদা লাগী লাকোকলোমদা ফন্নগা চাবা, লাইগীদসু লাগী মকোক ওনশিন্দুনা কচ্চবা অসি ইপা ইপু লাইগী হাক্তক্তগী চৎনদুনা লাকই।

## খোইদৌ শাবা

অশিবা মশা পোৎলোইবদা মশা তুম্নবগী থৌবম অসি পাঙথোকপদা শিবিবা ইমুং অদুগী শাগৈগী নিঙোল লৌবা (নিঙোল মব্রা) শিংদা 'খোইদৌ শাবা' হায়বা মপুং ওইবা থবক অমা শিন্নবি। নুপী ওইবগা খোইদৌ মী অনি। নুপা ওইবগনা খোইদৌ মী অহুমদা মশা তুম্বগী মথৌ মঙমসি মখোযগা লোয়ননা শীংলুপকী, ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা পাঙথোকই॥ অশি পোৎচেল হায়দুনা হাপ্পিবা পুখম, তেঙ্গোৎ, খুজাই, চাইশেল (হাপ্পিংবা মখে হাপ্পা কাইদে) মী অমনা হিংবদা চঙবা পোৎলমশিং হাপলকপা অদু খোইদৌশিং অসিনা ফংগনি। খোইদৌ অহন, য়াইমা, নহা খায়বদি নিঙোল অহন, য়াইমা, নহা লৌবা নুপীবোমদগী খায়গনি। নুপা অহন নহাদা খাযবা চৎনদে।

মশা তুম্বগী থৌবমদা ব্রামিন্নবিবা মীয়াম অদুগী য়ু থকপদা চঙখিবা শেলফমশিং অদুদি খোইদৌ মখোয় ২/৩ অদুনা খায়নবগা পুথোকপা মথৌ তাই।

## মৈকোইবা

অশিবগী লুখুমগী নোংচুপ থংবা শীং শেম্বগী চুক অদুদগী হৌগনি। মী

অনিনা মপুং ওইনা কোযগে হায়ববদি অহন্না থাঙ পায়গনি। নহানা মৈকোই চফু পুগনি। অহন্না থাঙনা চুকতুদা থাঙনা অমুক্তং চক লাউনা য়ানগনি। নহাদুনা লেংবানগী মৈকোই চফুগী ঈশিং তুং ওইবপ্লা খজিক হৈথগনি। অসুম্না অতৈ চুকশিং অদুদসু তৌগনি। নুপা শিবা ওইবগা অহুমলক কোযগনি। নুপী শিবা ওইবগা অনিবক কোযগনি। হৌফমদুদগী হৌগনি। হৌফমদুদা লোইগনি।

শিবিবা মী অদুনা নহা ওইবা মৈ কোযবিবা অদুনা অহন ওইববদি মৈকোই চফু অদু লেংবান্দা পুবা তৌহৈদে। পন্নাওই কবি ওই পুগদবনি। মৈকোইবা লোইবগা অশিবা অদুগী খোঙ শোক্না নৎত্রগা কু অদু শোক্তুনা খুয়াবোমদা খুকমনৈ। শিবিবা মী অদুনা নহা ওইববদি মৈ কোযবদি অদুম কোযমিন্নে। খুকুম্বদি তৌনদে। মৈ কোযবসি খোয়দৌনা মৈ হান্না চুবনি। খোযদৌ অহন্না লুখুমদা, য়াইমনা মযাইদা, নহানা খুযাবোমদা।

## দান তৌবা

লাকপিবিবা অহন লমল পুম্নমক্তা ঙমজবা পৈশা অমতা ওইববসু কচ্চদুনা অৱাবা ফোঙদোকচবা ওইনা ইমুং মনুং, নুপা নুপী, নহা অঙাং পুম্নমক য়াওনা খুকমজগনি ইমা ইবেলশিংদসু মথং মনাও নাইনা অদুম ইপা ইপলশিংদা তৌবগা চপ মান্ননা তৌদুনা খুকমজগনি। যন্ত্র খোংবা কাংবুদসু অঙন্মা দান কচ্চদুনা তৌবিগনি। মমল থোইনা ঙাঙনবগী চৎনবী লৈতে। মী কয়া য়াম্বনো যেংলগা তৌনৈ। মোইবুং খোংবা, বাশী খোংবা, পেনা খোংবা, ঈশৈ শকপা, জগোই শাবিশিংদসু দানসি তৌবিগনি। অদুগা খোইদৌ শাবিবশিংগীদি মখোয়গী পোৎ থমফম অদুদা অনি ওইবগা ২, অহুম ওইবগা ৩ থমবিবমগনি।

## থৌগল ফংজবা

ইমা ইপা, ইপু ইবেল ইথক থোংবা শিবা ওইববদি হুমাই পায়দুনা হুম্বগী থৌগল তৌবা অসি য়াম্না ইকাই খুম্নবগী মওংদা পাঙথোক্লবি। হুমাই হুম্বগী থৌবম অসিদি খোযদৌ অহন্না খ্বাইদগী ইহান হান্ন হুমগনি। মথং তাবদি তৌবিনিংবা মথং মনাও নাইনা থৌগল তৌবিবা য়াবে।

## চাকযোম চেঙজেল থাবা

অহন লমল, মীয়াম পুম্নমক হন্নখ্রবা মতমদা খোইদৌগী পোৎ থম্ফম অদুদা চাকয়োম চেঙজেল য়াওববা য়েংগনি। কবিগুম্বা য়াওবম্বা থোক্লবদি পোৎলোইফমদগী লুখুম খবা ওইনা হন্দোক্লগা চাকয়োম থাগনি। চেঙজেল

অদুনা পোৎলোইফমগী মৈ মনুংদা হ্যাপচিন্দুনা থাদোক্কনি। মৈবোইফমগী লুখুমদা তুং ওন্না লেপ্লগা ঈশিং য়েৎকী খুৎনা হান্না চাইগনি। মথংদা ওইগী খুৎনা, অমুক য়েৎকী খুৎনা অহুন্নক অসি চাইগনি। নুপী ওইবগনা য়েৎনা হৌবগা ওইদা লোইগনি। নুপাগী ৩ লক, নুপীগীনা ২ বক অসিনি। য়ুগীদসু অসুম্না তৌগনি। য়ুগীদি নুপীদদি তৌনদে।

মবোল অমমমদি অদুম লৈবনি অদুবু লৈখিদ্রবা/লৈখিদ্রবী অদুগা মবী লৈনবা ব্রাতা অদুদি মৈশুবী অহনশিং অদুনা নিংজবসনু।

## শমন ফুম্বা

অশিবা মশা তুম্বগী পোৎলোইফম ওইবিবা অদুগী মনাক্তা শীংগী মৈতাল ফুমফম কোম অদুগী মচি অমদি নাকল ওইবপ্লা খবা তৌবগা 'শমন ফুম্বা' হায়দুনা চাকখ্রবা শরু অহুম, মৈতাল অশিবা অহুম, পৈশা পোৎলম অহুম অসি ফি অঙৌবা অপাবা মচেৎ অমদা য়োম্লগা খোইদৌ অহনগা মৈশুবীগী অহন অমগনা লং অহিংবা অমনা পুল্লগা ফুমই। নুপীগী ওইবগনা শরু অনি, মৈতান অনি, পৈশা অসি য়োম্লগা ফুমগনি। ফুম্বগী মওংদি চপ মান্নে।

## মরু মবাং হুনবা

মৈ থাখিবা মফম অদু (মশা তুমখিবা মফম) ঈশিং অঙ্গংবনা চাইব চাইবগা য়োপাক্লা অমুক য়ানবা অমুক নেৎখাযবা, ঈশিং অমুক চাইবা অসুম্না হঞ্জিল হঞ্জিল অহুন্নক শেম শাগনি। ফজনা শেম শাববা মফম অদুদা হঙ্গাম মরু নৎত্রগা থোইদিং মরু হুনগনি। শাগেগী পিবানা হুনবনি। হুল্লমদাইদা মানা হায়. 'হুল্লিবা মরু অসিনা হেক হৌবকপা মতমদা নহাক মালেম তাইবঙ অসিদা নঙগী ইমুং মনুং, শাগৈ নাতৈ, যেক সলাই অসিদা অমুক হল্লকউ। (কো)।'

## মংথোঙ থিংবা

মোংফমগী খুয়াদা কোম অমা তৌবগা লৈবিবা মফম অদুদা মৈতান অশিবা, চাকখ্রবা শরু মচেৎশিং লোয়না কোম অসিদা খোৎচিল্লগা ফুমলে। মফম অসিদা হুইনা য়েন্না, শলনা ওক্না শোক্তনবগীদমক ব্রা মচেৎনা তুম্ন তুম্নগা নিংথিনা, ফজনা য়ুংশিনগনি। কাইবেল কাইজাও নৎত্রগা লৈগী দোলাই শাখিবগী অবেম্বা ফিবালশিং অদুসু য়ুংশিনবিগনি। মসিগী ফুমফম অতোংবা মফম অসিদা মংথোঙ থিংবগী থৌবম অমা পাঙথোক্লে। মসিবুনি মংথোঙ থিংবা হায়নবিবসি।

খোইদৌ অহন্না হান্না থিংগনি। য়োপাক্লা অমুক তৌবদা ফুক্লকপা লৈবাক

অদু পুং মথক্তা হাপকনি। খোইদৌ য়াইমনা অমুকসু য়োৎপাক্লা অমুক তৌবদা ফুকলকপা লৈবাক অদু পুং মথক্তা হাপকনি। হস্তকতি শাগৈগী পি-পাগী তাবে। মানসু য়োৎপাক্লা অমুক তৌবদা ফুক্লকপা লৈবাক তেংলৈ অমা পায়বগা মানা হায 'কোমাই হাং, কোমাই কুপ, কোমাই ফাৎ, কোমাই থিং, থিং থিং থিংলবনে।' লৈবাক তেংলৈ অদুদা শোল্লগা পুং অদুগী মথক ইথং, থংবা অদুদা হাপকনি। মসিবু থাঙফম মংথোঙ থিংবা হায়না খঙনৈ। মংথোং থিংবসি নুপা শিবা ওইবগা খোইদৌ ২, পি-পা ১, মী অহুম্না থিংগনি। নুপী শিবা ওইবগনা খোইদৌ ১, পি-পা ১ মী অনিনা থিংগনি।।২+১=৩।। ১+১=২।

## চাকলুক থাবা

মশা তুম্বগী থৌবম পুমলোই লোইববা তুংদা মোংফমদা চাকলুক থাগনি। মফমদি লুখুম ওইবপ্লা তৌগনি। লুক অহুম অসি অহানবদা থাগদৌবিবা ঐগী ওইবোম থংবা অসিনা হান্নগী মং শঙবগী থিল্লকপা চাকলুক, অহাও অথুম যাওনা থাবিগনি। ঐগী য়েৎলোম থংবদা থাবীগদবা অসিনা ঙসিদগী লৈখিদ্রবা/ লৈখিদ্রবী অদুগী হাপপিবকপা চাকলুক অনি অদু অমনা শিবিবা মীদুগী অমনা মপু মবেন ওক্লবনি। অহাও অথুম অমতা চিগ্খদনা থাবিগনি। থাবিবিবা মৈশুবী অহন অদুনা অসুম্না হায়· 'শাগৈ অসিগী হান্না মং শঙলম্বা / শঙলম্বী . নঙসু নঙগী লুক অসি চাবগা ঙসিদগী লাইগী লৈবাক্তা নুংঙাইনা ঈংনা চিক্লা, শবিক মখোল তাদ্রবা, মীৱা মীশা লাংদ্রবা মপু মাগী লৈকোন্দা য়াতাকবো। অদুগা চাকলুক অনি অসিনা ঙসিগী . নঙনা চাবে, থাক্লে হায়বগা নখোয়গী মথং মী অমা শিবকত্রিবা ফাওবা নঙনা শাগৈগী মং অসি শঙলগনি। লাইগী অকবা ৱাফম অসি লৈবনা কাউফদ্রবা লাইৱানি খঙউ।'

মংশঙবগী চাকলুক থিনবা কাউখিদুনা থিল্লকদবা থোক্লবদি ঙসিগী লৈখিদ্রবা অসিগী লৈবিবা চাকলুক অহাও অথুমশিং অদুদগী চাকলুক অমা ওইনা খাইবগা শেম্বিবগা থাবিগনি।

## মঙ্গাবা

মথক্কী থৌবম পুন্নমক অসি লোইবগা খোইদৌ অহন্না খ্বাইদগী মমৈ ইথং থংনা য়োৎপাক অদু পাযবগা থৱায়মি কৌবগা কাবক্কনি। অশি পোৎচেল খোইদৌগী পোৎশিং অদুনা লৈকাই নহানা পুগনি। মোংফমদা মৈ কোয়বদা শিজিন্নখিবা মৈকোই চফু অদুদা অকবা ঈশিং শোক্লগা মদুগী মনুংদা য়েকম অহিংবা অমগা তাইবেল মতোন্দা মনা অহুম লোঙবা ৩ হাপ্লগা থনমই।

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

খোইজু লৈখাম মৈ থাবগা চাকহল্লমই। মংগাবক্লিবা মীশিং অদুদগী মাও থংবা নুপা অমনা য়েকুম অদু চফু মনুংদা থুগায়বগা (মেৎখায়বগা) তাইবেল মনা অদুনা মঙ্গাবকপা মী পুম্নমক লোয়না হাইদোকই। খোইজু লৈখামগী অচাকপা মৈ ওক্লগা য়ুমদা চঙই। ইকোন কোনবদা খোইদৌ অহন অদুনা মৈকোই চফু অদু য়োৎপাক্লা অমুক্তং থোম্বদা পুমকায় কায়না থুগায়বমই। য়ুমদা চঙলকই। মাঙ্গোলদা শীংলুপকী, ইমুং মনুংগী অহন লমলশিং ফন্নমই। ইমুংদা ইমা ইবেলশিং। মাঙ্গোলগী মমাং মতাই অদুদা ফক অমগী মথক্তা ফি অঙৌবা অমা থাবগা খোইদৌশিং অদু ফম্নবা থাবমই। খোইদৌশিংনা অমতা ওইববসু মফম অসি ফমনৈ। লৈকাই নহানা পুবকপা খোইদৌগী পোৎ অদুসু মফম অসিদা থমই।

## তাইরেন হাইবা

খোইদৌ অহন্না তাইবেন মবোং অহুম্মকপু খুত্তা শুনা লাইজ খিক্লেন চাইববদা নমু তাইবঙ সঙ্গাইনুং পান্নবে শেনবে। লৈমবেল লাইথৌ, অকোইবগী মফম পুম্নমক খাঙেনফম্নচিংবা তাইবেন্না লোইনা হাইদোকই। পিবাগী শাগেগী লাইদি অথাপ্পা মফম ওইববদি কোন্না হাইনৈ। মাগী ফমফমদা ঙাইহাক্তং ফমগনি।

## মৈথাঙলৌবা

খোইয়দৌ নহানা ইমুংগী ফুঙ্গা লাইকুদা মৈ থাঙ লৌদুনা মৈ অনৌবা অমা হৌগনি। ইমুং অসিগী মী শিবা য়াওববনা ঙশাইদগী মখোয়গী 'ইমুং মৈমুৎপা' হায়দুনা লৈকুববনি। হৌজিক্তি লৈহৌবিবা মীবোলগীদমক অনৌবা মৈ অমা হৌবে। মৈথাঙ লৌবা হায়বসিদা য়েৎকী খুৎনা পায়বা ই খুতাপ অদুদা মৈ হান্না চুগনি। ওইনা পায়বিবা ই খুৎতাপ অদুদা অমুক চুগনি। য়েৎকী মুথৎকনি। ওইগীদা অমুক চুগনি। য়েৎকী মুথৎকনি। ওই অদুনা য়েত্তা পুন্না পাযশিল্লগা ফুঙ্গাগী শীংদা মৈ হৌবা অদুবুনি।

## খোইতৌ পোৎ য়েনবা

অহন লমলশিংনা লৈকাই নহা খোইদৌপোৎ য়েল্লবো হায়না কৌখৎলী। লৈকাই নহানা 'অহন লমল লাইওইববশিং খোইদৌ পোৎ য়েঞ্জবগে' হায়বগা য়েনগনি। অহনশিংগী য়াথং মতুংইন্না পোৎ চৈশিংদু অফ ফত্ত য়েংদুনা চপ মান্নবা মওংদা য়েনবিগনি। য়েনবিবিবা পোৎচৈশিং অসি য়ুন্নুনা খোইদৌগী

অশি পোৎচেল হায়দুনা হাপ্লকপা পোৎশিং অদুনি। পোৎচৈশিং অসি খোইদৌনা মহৌশাদগী লোয়না লৌবগী চৎনবী অসি লৈবমই।

খোইদৌ পোৎ য়েনবা লোইস্রবগী তুংদা য়ুমবুনা হন্দোকচগে হায়দুনা হন্দোকপা তাববদি লুপা ৫/১০ তং কচ্চবগা হন্দোকনৈ। য়াম্না মকমক ওইনা য়োৎপাক অসি অশিবগী থৌফম পুম্নমক্তা লোইনা হন্দোকনৈ। হন্দোকপগী মওংদি য়োৎপাক অদু থন্নদা খোইদৌবোমদা ময়া ওনশিল্লগা থমলম্না অদু হন্দোকক্লিবা মী অদোমদা ময়া অমুক ওনশিল্লগা পীখিগনি॥ য়োৎপাক অদুসু ইমুংদা পুশিল্লগা থমগদবনি। অতৈ অতৈ হন্দোক্লিংবা য়াওববসু অসুম্না তৌগনি।

## থৌবুগী নোল্লুক ৱাহে

মতম অসিদা শিবিবা মী অসিগী থৌবুনা মাঙ্গোলগী অহন লমলশিংদা ঙক্তা ফি য়ান্দুনা খুউ খুদক কুন্দুনা খুকমজবগা মানা হায় :- 'অহন লমল লাই ওইববশিংগী মফমদা কবিগুম্না খবা হঙ্গৎচগে। ঐগী . .. অসিগী চাক খাঙবা (লান্না থৌবম) অসি ঐনা ঙমজবা, খবা লৈজবা মতমদা পাঙথোকচগে (তৌজগে)। অদুগা য়ুমকৈসু শেংজখিগে।' হায়বগা অহন লমল অকোয়বদা ফমলিবশিংবু মথং মনাও নাইনা খুকমগনি।

লাই ওইববা অহনশিং অদুনা তাকপিবকই হয়েং নঙনা অফবা মতম, অফবা নুমিৎ থা য়েংলগা . . গী লাইগী লমল তোন্দনবা চেঙ মক অমতং কচ্চবা অদু খোঙলৌ পল্লৌদনা, অনা অয়েক অমতা য়াওদনা পাঙথোকপা ঙমজবা ওইজবো। ঙসিদগী অৱা অনা পুম্নমক কোকচবো। না য়েক্কনো।

## খোইদৌ মঙ্গা চাক চাবা

খোইদৌ অহন্নচিংবা মঙ্গা চাক চাবা অসি মৈবোইবা অদুদা ৱামিন্নখিবা লৈকাইগী নহাশিং খবসু য়াওনা চাবা অসি অদুম তৌনৈ। খোইদৌগী চাক চাফম্না ইমুংগী নিংঙোল কা অদুদা চাগনি। শিবগী মতুং ইন্না নুপা শিবা নুপী শিবা ৩/২ অসিনি। লৈকাইগী নহাশিংদি শঙ্গোইদা নৎত্রগা থংনবা মীগী য়ুমদা ফাওবা চানবা য়াওই। শিবা নুমিৎকী মঙ্গাবগী ইমুং হায়বসি ইমুংসিদা নুপী য়াম্না তিনবা, ইমা ইবেলশিংনা পিক থন্না লৈবা মতম্লি। খোইদৌগী চাক চাফমসি শঙ্গোইগুম্নদা ময়াম চাফম অদুদা মখোয়গী ওইনা ফিদা অমা থাবগা পীজবা অমা হৌদোকপা পামই।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## ফমদেংবা

খোইদৌ অমদি লৈকাই নহাশিং চাবা থকপা লোইবগা ইমুংগী মফমশিং তক তনান্না শেংদোক্কনি। শিবদা তুম্নবম্না মফম লুখুম অদুদা শিখ্রবা মী অদুগী মিতম লাক্লা শেম শাবা অসিবু ফমদেংবা হায়না কৌবে। ফি অহনবা অমনা চুক য়ুংলগা ফজনা খনবা নৎত্রেগা ফক অমা তুদনবা ঙাবগা ফিনা ফজনা খনগনি। নুপী শিবা ওইবগা মানা শেৎনা ইন্নবম্না ফনেক, ফুরিৎ, ইন্নফিনচিংবা ফিশিংদুনা মাগী মিতম লাক্লা লাই ওইনা শাবিগনি। নুপাদসুনি। অদুবু হৌজিক্লা নুংঙাইবা অমনা ফোটো লৈবকপা অসিদগীদি মশাগী ফোটো অদু থম্লগা শেৎনা ইন্নবা ফিবোলশিং অদুনা কোইশিল্লগা থম্বগী চৎনবী অমা লৈবে।

লাইসিগী মমাংদা মানা তাইবংপান ওইনা হিংলিঙৈদা পামজনা চাবম্না চাক য়েঞ্জাং মথেল থোং থাক্তুনা চাক লুক অমা শেম্লগা মমাংদা থাবিগনি। মানা হিংলিঙৈদা পামজনা চাবম্না অহাও অথুমসু হৈরুক শেমদুনা থাবিগনি।

(ফমদেংবা হায়বা অসি ইমা ইবেলশিংনা মতম চাবে হাযদুনা অদুম ফমদেংবিবা অদুনা অয়াম্বনি। তৌবসু মহৌশাদগী ইমা ইবেলশিংনা থৌবমসি পাঙথোকপি। কবিগুম্বদা ইপা ইপলশিংনসু ফমদেংবা মতম যৌবে হায়না তাক্লবসু যাওদবা নত্তে। চাক থাঙবগী ফমদেংবা ওইববদি লাই শঙবা ২/৩/৪ দি ইমুংদা চাক পীজনৈ।)

## য়ুমশেংবা

শাগৈগী মী লৈখিদবা (শিবা) য়াওববদি শাগৈ পুম্নমক য়ুম মাংলে। লাইগী তিনগী থবক থৌবম অমতা পাঙথোকপা যানদ্রে। ঙল্লিঙৈ মতমদদি শিবগী য়ুমশেংবা অসি নুপা শিবগা নুমিৎ হুম্নি শুবদা য়ুম শেংনৈ। নুপী শিবগা নুমিৎ নিনি শুবদা শেংবা অসি অহন লমলশিংনা পাঙথোকপা থৌবম অমা ওইনা য়ানবমই। হায়বিবা নুমিৎ মশীংশিং অসি ঙাইবদা হান্ননা নুমিৎ থা য়েংদুনা লাই তিন থাবা (লুহোং কৈহোংবা) চাক খাঙবা, নাহুৎ নাবেং অতৈ অতৈ য়ুম শেংদ্রিঙৈদগী লৌবগা থম্না নুমিৎতা হেক হেক ফাংনবা য়াওবকই। অদুনা থৌবমশিং অসিসু পাঙথোকপা যানবা য়ুম মাংবসু নুমিৎ অসিদগী য়ুমশেংলবদি হায়দুনা ঙসি লৈখিদবগী মঙ্গাবকপা নুমিৎ অসিদা য়ুম শেংবগী থৌবম অসি ঙসিমক য়ুম শেংদোক্লবে।

য়ুমশেংবা অসিদা কনাগুম্বশিংগীদি য়েন থোংলগা শেংনবসু য়াওই। কনা অমনা ঙমু লৈবৌ থোংলগা শেংনবসু য়াওই। য়েকম ফুৎলগা থাঙনা তংখায়, মশুং তানা খায়বগা শেংবসু অদুম মযাওই। য়ুম শেংবগী পোৎচঙ হায়বগদি

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মক ওইনা হৈবী মনা শিংজু অসিনি। হৈবী মনা অসি ফংনদবা মতমসু য়াওবকই। অদুনা হৈবী মনা অসি মমিংতা ওইনা হাপ্পগা মতম মতম অদুগী অফং অফংবা মনা মশিংনা পাঙথোকপসু অদুম চৎনৈ। শিংজু শুবগা শকক য়ৈখৎপদা মথক্কী যেঞ্চাংশিংসি মচেৎ অমমম হাপ্পগা শেন্না অদুনি। ইমা ইবেলশিংনা শিনবি লাঙবিবগা অহন লমলশিংদা, নুপাগীনা নুপাগী, নুপীগীনা নুপীগী, শিংজুসি অদুম য়েষ্টোকপি। য়েন অমা থোংলবদি শাবম নাইবা তাবে॥ অসুম্না. ১। মকোক ১, মকল ১।২। মশা ১, মক্রোৎ ১।৩। মশা ১। ৪। মখোঙ ১। ৫। মখোঙ ১। অসি য়েন অমগী শাবমনি। অহন লমলশিংদা শিংজু য়েনবদা, মঙ্গাবা লাকপিবা, অশিবা হংবা লাকপিবিবশিংনা পুবিবকপা লফোই, কোম্না, শেম, হৈবা অতৈ অতৈসু শিংজুগী মচি মচিদা হাপ্পগা অদু য়েষ্টোকই। য়েনবা মী খুদিংমক থুংলবা মতমদা পুজাবি অহন অমনা নৎত্রগা লৈকাই নহা অমনা মাঙ্গোলদা ফমবিবিবা অহন লমল, ইপা ইপলশিংদা মাঙ্গোলদা ঙক্তা ফি অমা য়াম্লগা খুকম্লগা হঙ্গৎচৈ। মবোলদি 'অহল লমল, ইপা ইপল পুম্নমক শিনবা লাংবা লোইজবে।' হায়বগা পুল্লপ খুবম্লমই। অহনশিংনা অমুক হায়, শিনবা লাংবা লোইবে হাযযে, তংলসে।

অসুম্না চাবা থকপা লোইবে। হান্নগী মতৌ অদুগুম্না মাঙ্গোলদা কাবগা অহন লমল, ইপা ইপল পুম্নমক চাবা থকপা লোইজবে। পাউ অমা অমুকসু তাকনৈ। অহনশিংনা ইমা ইবেলশিংদা লাই পুথোকপিগ্রো পাউ অমা পীখি।

## লাই পুথোকপা

লাই পুথোক্লমদাই অসিদা ইথক থোংবা ইমা ইপা, ইপু ইবেল, ইয়াম্বা ইতৈমা শিবগী ওইববদি ফমদেংলিবা লাই ফোটো অদুদা কায়ন পিবাং, নুংশি ঈবা শিচ্ছনা খুকমজবগা অহন লমল, ইপা ইপলশিংদা, ইমা ইবেলশিংদা মথং মনাও নাইনা খুকমজহৌগনি। মৈশুবী ইমা ইবেলশিংনা ফমদেংফমদা লাইগী ওইবা হৈবা, অহাও অথুম, চাকলুক পুম্নমক পাত্র অমদা হাপ্পগা কোষ্টোং তানা পুবগা থাদোকপিবে। ফমদেংবদা চঙবা ফিবোল ফোটোনচিংবা ফক অতৈ অতৈনা শুমাংদা পুথোক্লগা লাই থিন্দোকপা ওইনা ফক্তা থম্লগা নিংথিনা কষ্টোক্লগা পুশিল্লি।

অহন লমলশিংনা মাঙ্গোলদগী য়ুমদা চৎনবা শুমাংদা থোবকপা অদুদা শিবিবা ইমুংগী মচা মনাও ওইবশিংনা শুমাংদা কুন্দুনা ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা খুকমজহৌগনি। অহনশিংনা কোক্তা নাম্লগা 'লাইবক্তা তমখ্রবা হায়দুনী। ব্রাকবগনু॥ মাগীদি মবাইবক ফখ্রবনি। নখোয় ঐখোয়না ব্রাহৌগদৌবিবনি।

... গী সেবা ঙম্নবা না য়েক্কনো। মথং মথং মাগী মাগী অন্নবা ফোঙদোকপা ন্নাহৈশিং তাকপিবমই।

## শরোই খাঙবা

থৌবম অসিদি ঐগী মী ময়াম তিল্লন্নগী শবোই লাইয়াম ইল্লি হায়বগী থাজনবী অমা লৈবদগী মীয়াম্না তিল্লন্নবদি শবোই খাঙবা অসিদি অদুম্মক পাঙথোক্লবি। অশি অনা, নাহুৎ নাবেং, লাই তিন থাবা (লুহোং কৈহোংবা) মীয়াম্না ঐগী যুমদা তিল্লন্নবদি থৌফম খুদিংমক্তা থৌবম পাঙথোক্লবি। কনাগুম্বা খবনদি ফাগীগী ন্নাঙাংদা অসুম্না হায়. 'কৈথেন্দা তিল্লিবা মীযাম, সহবদা যামখ্রিবা মীযাম অসিগী নিতিগী হন্নখিবা মতমদা শবোই খাঙলবদি ঙমলোইনা।' মীযাম তিনবদা খেন্নবা খবা লৈ। কৈথেলদা তিল্লিবা, সহবদা তিল্লিবা অসিদি ইশাগী থবক থৌবমগী তিনবা নত্তে। অদুনা মীয়াম তিনবগী শবোই খাঙবা থৌবম অসি পাঙথোক্লবতদা অঙাং নুবিশিংদা পুক্লিং ন্নাখলদা পোত্থাফম খঙবগুম তৌই। অদু নৎত্রবদি মখোযগী মমঙ মহাদা মীযাম তিনবা অদুম উদুনা লৈ। অদুনা মসি খাঙদোকত্নগদি অদুম ফনবা জাৎনি।

শবোই খাঙবা হায়বগদি পোৎলম চৈবম, লাইশোল তিনশোন খবদি অমুক তঙাইফদে। পোৎচঙদি হৈবম ৭। লৈবম ৭। কবোক নাচল ৭। হৈবী মনা শিংজু। পুকয়ু লাইয়ু। অসিনি। মাইবনা পাঙথোকপিগদবনি। লাই খুকম্নগী মবোলসু পুক্লিং লৌশিং ওইনবা থমজবে। মবোলদি হে, গুকা মালেম চিথেক ৪ মক, মাইকৈ ৮ মক, শুংদাই ১৬ মক, শীংখায় ৬১ মকতা চীংউ নচিঞ্জাক, খোয়ম নয়ুখাঙ থিবা লাকপদা ননাই অসিগী ইংখোলদা, য়েনখা লুকখাদা শবোই লাইয়াম নখোয়না যেৎলিবা, নৈবিবা পুম্নমকসি চীংউ নচিঞ্জাক খোয়ম নয়ুখাঙ হৈবম ৭। লৈবম ৭। কবোক নাচল ৭। পুকয়ু লাইয়ু। হৈবী মনা শিংজু অসি তমজবিয়ে। কৌব্রু শবোই, থাংজীং শবোই, ন্নাংব্রেন শবোই, মার্জিং শবোই, শবোই লুচিং পুবেল নংনা নবোই ননাওশিং তেশিন খামজিনবিবো। হে চাবনা হৈ চাবো। লৈ চিনবনা লৈ চিনবিবো। পুকয়ু লাইয়ু থকপনা থকপিবো। হৈবী মনা শিংজু চাবসু চাবিবো। পুম্নমক অসি চাবিবে, থকপিবে, চিনবিবে হায়বগা মফম অসিদা লৈবা য়াববোইয়ে। চৎলসে লাও। হৌজিকমক চৎলসে লাও। শবোই লুচিং পুবেল নংগী নমিংদি ... (ওঝাশিংনা অথিংবা থন্নিবে।)

## মংথোঙ থিংবা (অশিথোঙ)

অশিবগী থৌবম পুম্নমক লোইশিনখ্রবা মন্নি মন্নি তৌবকপা মতমদা

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

অশিথোঙদা মংথোঙ থিংবা অমা অমুক তৌবি। মসি হান্নদি থাঙফমদা থিংখ্রিবা অদুনা লোইবে হায়দুনা তোক্লবম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি মাইবনা মসিগী থৌবম অসিমসু য়াম্না মক ওইনা লৌনবক্লি। পোৎচঙদি ঃ

লাংকোম হুই অমা শাংবা ৩।
শায় তিংখং হুই অমা শাংবা ৩।
ঙা অঙৌবা অথোংবা ৩।
চাক চাকতুম ১। খোইরু থাওমৈ ১। ফিবাল ১।
হৈরুক তাঙ্গা ১। ক্বা তাঙ্গা ১। নুং নুংপাক ১।

নুংপাক অদুদা (ꯋ) অসি নুং মচা অমনা য়েক্কনি। মাঙ্গোলগী অশিথোঙ মপা অদুদা ইচুম তাফমদা খুপোম ১ পাকপা, খুপোম ১ লুবা কোম অমা তৌগনি। মনুং অমদি মপাল ব্রাই তৈথোক্কনি। কোম অদুগী মনুংদা লা অমগী মথক্তা চাক চাকতুম ১গী মথক্তা ঙা অঙৌবা অথোংবা অদু হাপকনি। অদুগী মথক্তা লাংকোম ৩ অদু য়ুংনা থমগনি। লাংকোম ৩ অদুগী মথক্তা শায়তিংখং অহুম মক অদু ফৈনা ফৈনা অমুক হাপকনি। খোইরু থাওমৈ ফিবাল, হৈরুক তাঙ্গা, ক্বা থাবগা খোইরু থাওমৈ মৈ চুখৎলগা খুরুমগনি। মবোলদি

'হে গুরু! চীংউ নচিঞ্জাক পীববনে। লাংকোম্না পৌ লোল্লবনে। শায় তিংখংনা পল খাববনে। মখোয়গী চাকোক অসিগী শাফোংবা অসি ফোংবিবগনো। থিংবা কোমাই। থিংবী কোমাই হায থিং থিং থিংলবনে। হো কক, লো কক, সো কক, কক কক থিংলবনে।' ব্রাহে অসি হায়বগা নুংপাক অদুনা পোৎ পুম্ন মক অদু নন্দুনা ফুমজিনগনি। ফুম্বা অদু হান্নগী লৈমাই অদুগা মান্নবা শুজিন্নগনি। অদুগা হান্নগী মবোল অদু থাঙদা অমুক শোল্লগনি।

'মখোয়গী চাকোক অসিগী শাফোংবা অসি ফোঙবিবগনো' থিংবা কোমাই, থিংবী কোমাই, হাই থিং, থিং, থিংলবনে। হো কক, লো কক, সো কক, কক, কক থিংলবনে। হো কক, লো কক, সো কক, কক, কক থিংলবনে।' থাঙনা লৈই ৭ চিংলমগনি।

অশিথোঙ থিংবা অসি ওঝা অমনা পোৎচঙ অমা য়াওনা তোঙানবা মখল অমা অদুম তৌনখিবা য়াই। মংথোঙথিংবা মখল মখা কয়া লৈবনা খবা তোয়না উজবা মখল অসি হাপচবনি। শোইবেলগী মংথোঙথিংবা অমসু খৎতোক্লুনা থমজবম্লে।

ঙল্লিঙৈ মতমদদি পাঙথোক্লবম্বা হৌজিক্লা মতমগী ঈবোলনুংদা লুপখ্রবা থৌবম খবা -

সেকমাইদা পোকপা সিবা

## লৈকাই-লাউবা

ঙল্লিথৈ মতমদদি 'লৈকাই লাউবা' হায়দুনা অমসু তৌনবমই। অনাবা মী অসিনা য়াম্না কন্না নাবগা হেক শিববা অদুদা মী অমা শুমাংদা থোবক্লগা মানা মাইকৈ মবিমক্তা ওন্দুনা কন্না কন্না লাউই

''হো . লৈকাই লাও . লাও . লৈত্রে।'' মানা কন্না লাউবা অদু তাবগা লৈকাইগী মী পুম্নমক চেনশিন্নবক্লমই। শিবিবা অসিগী অহানবা থৌবম খবা পাঙথোক্রে। অদুগা কোন্না শীংলুপকী পাউথাং চৎলী। লৈকাই লাউবা অসি হৌজিক্তি লুপখ্রে।

হৌজিক্লা যুমথোঙ য়ৈনা পাউ চৎপা (পাউথাঙ চৎপা) অসিদা পাউ হেক ফংবগা শীংলুপকী মীওইশিং লাক্লবা অদুদা যুম অমগী মী অমা যাওবত্রা (লাক্লত্রা) হায়দুনা শিন্নবনা মীশীং চপই। মসিবু হোগী মীশীং চপ্পা হাযনা খঙনবি। মসিনা মহুৎ শিনখ্রে।

## খুজিল খুযা শেংবা

হান্নদি অশিবা মী অসিনা পুথোক্ত্রিথৈ খঙেনফমদা লৈবিথৈদা মানা মতম কুইনা নাদুনা লৈকবা অদুদা খুজিল খুয়া ককপা ঙমদনা লৈকবা অদু মৈশুবী ইমা ইবেল ২/৩ না খুজিল থাঙ, অমদি তেঙ্গোত্তা ঈশিং হাপ্তুনা পুবগা অশিবা অদু খুজিল খুয়া শেংনবমই। শেংবা লোইবগা মৈশুবী ইমা ইবেলশিংনা মাঙ্গোলগী ইপা ইপলশিংদা খবা নিংশিংলমই। ইপা ইপলশিং খুজিল খুযা শেংবা লোইজবে। তাক্লমই। মসিগী চৎনবী অসি পুম্মুৎ মুৎখ্রে। মহুৎ ফাওবা শিন্নবা লৈহৌদ্রে।

## তলী ফুম্বা

মোংফমগী শীং শেম্বদা 'তলী ফুম্বা' মসিদি খুদম চাংদম য়েংনবা অমা ওইবমই। মোংফমগী শীং শেমফম ওইগদৌবিবা অদুগী ময়াইদা লৈবাক তৌখায়বগা হুই অমা শাংবা চপ মান্নবা লাংকোম অহুম কক্লগা লফু তুংকানা য়োম্লগা ফুমখিগনি। মৈবোইবা লোইবগা অমুক লৌথোক্লগা যেংগনি। য়েৎকা ওইগা কবম্বনা শাংবা হেল্লম্বা ? য়েৎনা শাংবা হেল্লম্লবদি চহি অদু নুপানা হেন্না শিগনি। ওইনা হেল্লম্লবদি নুপীনা হেন্না শি।

খুদম অসি য়েংবনা চৈবাওবা অদুগী হেক অহানবা মী শিবা অদুদা য়েংহৌবনি। অহনশিংনা অসুম্নসু হায়নবম্বা লৈ। লাই শোনবদা ফাওবা 'মবাই

অহানবা য়াওগে' হায়না লাই শোনবা তৌহেন্দে হায়নৈ। চৈবাওখ্রবগী মতুংদা অহানবা শিবা মী অসিনি, মবাই অহানবা য়াওবা হায়নবিবসি। খুদম চাংদম য়েংবা য়াবা লৈবনা কনানসু অহানবা শিবা অসি পাম্লদে। হৌজিক্তি য়েংবসু য়েংনখিদ্রে। তৌবসু তৌনখিদ্রে। পুংলুপ লুপখ্রে।

## কুছ্বা ফাবা

থাইনা মমাংঙৈ হায়জবা তাবে। মঙ্গাবকপা মতমদা 'কুছ্বা ফাবা' হায়বা থৌবম অমসু পাঙথোক্লুবমই। শিবিবা ইমুং অদুগী মীওই খুদিংমক, খোয়দৌসু য়াওনা তৌই। নুপা শিবগা য়েৎকী খুদাংদা লং অহিংবা মচা অহুম কাবক কাবক তাশিল্লগা কুছ্বা ফাবনি (পুনবনি)। নুপী শিবা ওইবগা ওইগী খুদাংদা লং অহিংবা মচা অনি কাবক কাবক তাশিল্লগা পুনবনি। মসিগী নুংগী ওইবা ব্রা অমা হায়বগদি শিবিবা মী অসিগীদমক অব্রাবা ফোঙদোকচবা ওইনা পুক্লিং ব্রাখল ফাথবা, ফাবিবা লং অসি পুল্লগা য়ুমশেংবা নুমিত্তা লৌথোকপনি।

হৌজিক্তি য়ুম কৈ শেংবগী নুমিৎসু হান্নগী নুমিৎ অদুদা তৌখিদ্রে। নুমিৎ নুমিৎ অদুদা অদুম য়ুম শেংনখ্রে। মসিমসু পুমলুপ লুপখ্রে। ঈশিংদা তাবা মমি অদু মমি সামি উচ্চবতনি।

## তাইবঙ শীংগুম লোন

### খমনুং লম্বী তাকপা

তাইবঙ মীওইবশিংও। তাইবঙ পানবা মপু অতিয়া গুরুশিদবনা তাইবঙ মীবু শেম্বদি ব্রানা শেম্লকয়ে। তাইবং পানবগী মপু অতিয়া গুরু শিদবা কুরুম সনা চীংদোন্দা শাবেপ তমদুনা লাইজ ঈবোলনুংদা গুরুগী মিতম লৌদনা শেম্লকযে। তাইবঙ মীবু গুরুনা পীবা পুন্সি চেংজেলদি চহি ১০৮ বু পীনবিযে। অসুম্না গুরুনা পীবা পুন্সি চেংজেলদি তাইবঙ পানবগী লাংফম্লদি কুং, মানা মানা লংজবগী মহৈনা পুন্সি লমদাং য়ৌদনা খাঙভুথক্তা পিখম্লখিয়ে।

নুমিৎনদি মৈ ওইবে। মতম্লদি খাং ওইদনা, চহিনদি শীং ওইবে। থানাদি থাওমৈ ওইদুনা খাং অদুবু থাংগৎতুনা তাইবঙ পুন্সি ককশিল্লকযে। শিংলী ১০৮ মকপু পুনশিনখিদুনা অমতা লাংবুম ওইখবে। লিহুল ১০৮ মকসু লোইনা ফুক্তুনা কাখৎলক্লে। অব্রাবনা ফেবে লাওবা ফম্মাং চীং খুনু মশা তাবা লুরুক চীংদা থব্রাই য়াইবিবেন মঙা মকপু কাবগে হায়না চেনখৎলক্লে। সনাগী লিকলু তৎলে। লিক্লাং চোইনা চোইনা তাবক্লে।

ইমা লৈমবেল শিদবীসুং খুনগুমলক্লে। তাইবঙ মপু অতিয়া শিদবদি চৎকে

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

হায়বক্লে। গুরুনা চৎলমদাই তাইবঙ পানবগী স্নচীং পৈবক্লে। চেংলৌ মিৎকোই থোং অনিমক্তা নুংশি ঈবা শিন্থবক্লে। অতিয়া গুরু শিদবদি খোংদোই হুনখবে। গুরুনা চৎশ্রবদা তাইবঙ মী ওইবগী থৱাই য়াইবিবেল মঙাদি খম্নুং সন্না তান, শুমাং কাইবু থোক, অমল শীংগুম খবে, অচঙ থোংদি থিংখবে। অশি থোংদি হাংদনা তাইবঙ পানগী থৱাই য়াইবিবেলনা কবন্না চৎখিবনো হায়বদি খমনুং কিকোই লাংঙোনবী নুবা পাওথেম হৈবীনা পলেম অপোকপী মমা শাদনা মপল পঙ্ছৌ অপোকপা মপাদি শাদনা অঙাং নাৱা ওইবশিংগী থৱাই য়াইবিবেলবু পুননবা হায়দুনা তাওজিং হৈবাং নিংথিববু খুত্তা পায়। শীঙেল লৈবাং নিংথি ফজববু খুত্তা পায়না পায়না পাওথেমলকয়ে। পাখং লাংচেল চেংলৌ মথোক কাবকপা ফৈবা তান্না ফবশিংদি নুবা চেংলৌ মাইকোই হেনবী শাদনা মতাও লমলোইনবদি শাদনবু কৌথোকখিয়ে। নুবা মাইকোই হেনবীশিংদি মথংলেন নুংশিনবা শাদনা চান্না লমলোইনবী শাদনা তাওজিং হৈবাং নিংথিবা শিংঙেল লৈবাং ফজববু খুত্তা পায় য়েৎ ওই লেংলোই লেংফাংনা পাওথেম হৈনা থেম্না থেম্না পুথোকখিয়ে।

হনু হনথি ওইবগা তালোই মতু শানা হনু মাল্লে কাবিশিংসু মথংলেন মপুবোইবু শাদনা পুথোকখিয়ে। খমনুং কিকোই লৌওনবী নুবা পাওথেম হৈবীনা পায়বিবা তাওজিং হৈবাংদুবু চাকববা শীঙেল লৈবাং অদুবু চিল্লুববদি মীওইবদি য়াদববা হৈবাং লৈবাংনে। হৈবাংদুবু চাহনগে, লৈবাংদুবু চিলহনগে হায়না থৌবাংলকপা খমনুং কিকোই লৌওনবীনা হৈবাং চাহল্লে, শিঙেন লৈবাং চিলহল্লে। তাওজিং হৈবাং নিংথিববু চাকদনা শিঙেন লৈবাং ফজববু চিল্লুদনা তাইবং থৱাই য়াইবিবেল মহাক্রুদি তাইবং পানবগী লমদাং লমদা হল্লকপবু য়াদবনা খমনুং সন্না তান, শুমাং কাইবু থোক অমন শীংকুমখিবদি অসুম্না নুবা পাওথেম হৈবীনা তাইবঙ মীওইবগী থৱাই য়াইবিবেল মঙামক মিগা থানা তকক্কমকপু থেম্না থেম্না পুখিয়ে।

খমনুং কিকোই লৌওনবী নুবা পাওথেম হৈবীনা থৱাই য়াইবিবেল থন্নম্না মফমদি লমলেন লুৱাং বুংদি মতম অসিদা অমন কৈথেল কাবিবা অদুদা অমন কৈথেল কাবিবিশিংনা ৱান্দেং খোইবি কাবিবু শংলৌ শিংজু শুদনা চামিন্নবগা খমনুং কিকোই লৌওনবী অমন সান্থা পাওথেম হৈবীনা কোলোই মপাও মেল্লকয়ে। ঐগী মতুং ইনবদি কান্নবোইয়ে। ঐদি তালোইসু নত্তেয়ে। নথংলেন নমানসু নত্তেয়ে। নপাবী নমোমসু নত্তেয়ে। নতাও লমলোইনবসু নত্তেয়ে। নতা লেংমান্নবিসু নত্তেয়ে। নখোয়দি অমনন শীংগুম্লক্লবনে। তাইবঙ লমদাংদি হনবদি য়াববোইয়ে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

অঙাং নাৱা ওইবশিং ও ইতুং ইল্লকনু ও। ঐদি পলেম নমা নত্তেয়ে। নপল পষ্ট্ৰৌসু নত্তেয়ে। ঐদি খমনুং কিকোই লৌওনবীনে। নুবা পাউথেম হৈবীনে। পষ্ট্ৰৌ নপা অপোকপগী মাইগৈ লমদমদা চৎখবো। পলেম নমা অপোকপীগী মাইকৈ লমদম য়েংদনা য়েংদনা চৎলো। য়াংদৌ লমদাংবু থিদনা থিদনা চৎলো। ইতুং ইল্লকনো হায়বকয়ে। অঙাং নাৱা ওইবনা কোলোই পাওমেঞ্জবকয়ে: য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাকপগী অৱা হকচোক লাংলে। পলেম মানবী ইমা শকপীনা পলেম ইমানা লৈবা মাইকৈ লমদম, পষ্ট্ৰৌ ইপানা লৈবা লমদমবু লমদম খবা তাকপিবম্মো। য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাকপগী লাইজ ঈশিংনা খৌবাংবনে, পলেম ইমাগী খোল্লাংনদি লাম্বনে খাংবা ঙম্মকতবে। খোল্লাং খবা থকচকুগে। মাইকৈ লমদমবু তাকপিবম্মো হায়দুনা মালেম থক্তা ওন্না থোইনা কপচৈদো।

নুবা পাওথেম হৈবীনা কোলোই পাওখুম্নকয়ে। তাইবঙ পানবগী লমদাংদি মুৎহৌবে। য়াংলৌ লমদাং তাকপা ঙম্নবোইয়ে। হায়বম্লগা মফম অসিদনে খঙদনা মাঙখিয়ে। অসিগী মতুংদা নাৱা মতিক নত্তনা অমন শীংগুম্নক্লিবা নাৱাশিংনা অহন ওইবশিংনা অমন শীংগুম্নকপদো অঙাং নাৱা ওইবশিংনা পলেম মমা য়াওববা ? পষ্ট্ৰৌ ইপা যাওববা ? ইয়াম্বা ইবী য়াওববা ? হায়না কোইনা কোইনা য়েংবদি পলেম মমাদি উদবে। ময়াম্বা মবী উবকত্রবদা অঙাং নাৱা ওইবিবশিংনা অহল ওইবশিংবু চিংনা চিংনা য়েংদুনা কোলোই পাওমেঞ্জবকয়ে।

পষ্ট্ৰৌ পলেম মানবীশিংও' নখোযনা নপাবী নমোম মানবী ঐখোয়বু খবা পুবিয়ো। ৱাইবা নতুং ইঞ্জগে। যাংলৌ লমদাং শাংনা লাকপনে, লাইজা ঈখৌনা লাংবনে পলেম ইমাগী খোল্লাংনা লাম্বনে নাৱা থৱাই পুবা ঙম্নক্তবে। হাযনা মিৎলু পিবাং শিঙ্খনা ওন্না থোইনা কপ্ল কপ্না হায়জবকয়ে। ইমানা লৈবা লমদমবু তাকপিবম্মো। ইমাগী খোল্লাং লাম্লে। ইমাগী খোল্লাং লাম্লে। খোল্লাং খবা থকচকুগে হাযজয়ে। অহল ওইবশিংনা অঙাং নাৱা ওইবশিংও' পলেম নমানা লৈবা লমদমদি খঙদবে। পষ্ট্ৰৌ নপাগী লমদমদি খঙবা ঙম্নবোইযে। নাৱা নখোয়বু পুবিগে, ৱাইবা ইতুং ইল্লকও, লাও-লাও হায়না কৌশিনবিবে। পাবি ইমোম মানবশিংও' হায়না খুৎলাম তোইনা তোইনা কৌবক্লে।

অহন হন্নু হস্থি ওইবশিংনে, নুবা মাইকোই হেনবীশিংনে, পাখং লাংজেং মথোক কাবকপা পুম্নমক্লা অমন শীংগুম তম্নকপা ময়ামদদি খমনুং কিকোই লৌওনবী নুবা পাওথেম হৈবীনা থাদোবকপনে। তাইবঙ পানবগী থৱাইনা হনজিনফম খঙদবনা খুদাং পিফম তৈনা, তাংজা মকদি লুক্লা কপ্না কপ্না য়াংলৌ

লমদাং খুঙদবগী অৱা লৈখে তাম্না মালেম লৈদা ওন্না থোইনা কপ্না কপ্না খুবাক লাইখল শা, খুনিং মতোল কাংনা তাইবঙ পানবগী লম্বী লমদাংবু কোইনা কোইনা য়েংবদি য়াংলৌ লমদাংবু উদবে।

তাইবঙ থৱাই পুন্নমকপু লমদম তাম্না লাক্লে। শীংগুম লম্বী লমদাংদি শাংনা লাকপদি মতাইবোইনদি চীংশাং লোকচপ ঈবম মঙা ফাংবদি ময়াই খায়না চৎলক্লে। লমলেন খবা চৎলে হায়বগা লাঙ্গোল চীংদি নিংথৌবোক লাইনিংথৌবু লৈবল্লে। লাইনিংথৌবু পুনেমজবগা য়েৎ ওইননা থনল্লে। খবদি চৎলে হায়বগা থোংঙাক লাইবেম্বী লাইজা খকং লিংলিবী অশিবনা থেন্নফম শিবক্লিবা থৱাইদি পোখাফম ইমাগী মশাই কোলবু য়ৌবক্লে। চিংউ লাইথোং হাংলে। লাইগী ফমখোংদি পাইববে। থৱাই পুন্নমকপু য়েংদনা লাইজা খকং লিংলিবী মানা খুৎলাম তোয়না কৌদুনা পাবী ইবুংঙো, ইমোম লাংলেন মানবীশিংও! ইমানা লাইজা ঈশিং পুলবু খিল্লিযে। য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাকপগী লাইজা ঈখৌ লাংলম্লগনিযে। তাংজ কোবেৎ খুৎনদি পাযদনা লাইজা ঈশিংবু থক্লো লাও।

পাবী ইমোম নখোযবু কবিগী লাইজা ঈশিং থকও যাদবনো থোংঙাক লাইবেম্বীনা হায়বকযে। পাবী ইবুংঙো, ইমোম লাংলেনহনবীশিংও! লাইজা ঈশিং অসিবু থকদ্রবসু নখোযবু কৈদৌনুংদা তাইবঙ লমদাংদি হন ইবা য়াববোইয়ে। পলেম নমাদি নত্তনা পলেম শা, পম্বৌ নপাদি নত্তনা পম্বৌশা, তালোই নত্তনা তালোইশা, নথংলেন্দি নত্তনা নথংলেনবু শা, তাওজিং হৈবাং অমুনবা, শিঙেল লৈবাং ফজববু খমনুং কিকোই লৌওনবী নুবা পাওথেম হৈবীনা মখুত্তা পায়দুনা খুৎলাম তোযনা তোয়না কৌদনা পাওথেন্নকপদি কবিগী হোয়াবকপা? ইমাগী কোলোই মপাওবু তাববদা লাইজা ঈশিংবু থাক্তববু য়াববোই হায়ববদি লাইজা ঈশিংবু থক্লগে হায়না তাংজ কোবেৎপু খুৎনদি পায়, লাইজা খকং ঈমাই চোন্না থল্লিবদুদগী লাইজা ঈশিংবু কনদনা থক্লে।

অঙাং নাৱা ওইবশিংনা মতিক মপা নত্তনা খমনুং সৱা তাল্লকপা অমল শীংগুন্নকপগী নাৱা খুৎনা কোবেৎ পায়না লাইজা ঈশিং কল্লক্লে। খকংনদি ৱাংবনা লাইজা ঈশিংদি ফংদবে। য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাকপগী লাইজা ঈখৌ লাংবনে পলেমগী খোন্নাংনদি লাম্বনে নাৱা মবৈতোনবু কংখবে। নাৱানা কপ্না কপ্না লাক্লে। খকংনদি কন নাৱা উনশা তনৌববু তৎতনা খকং মপান্দা ঈঙাং ইখেং তাবে। অহন ওইবশিংনা উবগা মপাবী নৌনা থনম্না মমোম পিক্লা লৈহৌববু নিংশিংলদুনা তাংজা কোবেৎ পায়না লাইজা ঈশিং ক-

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

দুনা অঙাং নাব্রা ওইবশিংবু লাইজা ঈশিং পীথক্লগা লাংজিং মতোল লমদাং শাংববু মকুই নুঙোল চীং কাখৎলক্লুনা চীংশাং য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাক্লুনা তুবেল লুখাই লালদনা লমলেন লমনুংশিদি খোংহামপাত্তি য়ৌবক্লে। হৈক লোক্তা চিংহী শম্বাল লাং, উত্তি শমখোং শেং, চবৈ ফিশু ফিচাপ্লে। চবৈফি ফৌবে। শমজেৎ হাৎনা মিংশেল য়েংনবে।

তবা চাকযোম থোক্লে। তবা খুৎপুম হুপলে। ব্রাংলৈ খোমগা থক্লে। তাইবঙ পানবগী থব্রাইনদি চৎখিবদি অসুম্না চৎখবে। থব্রাই য়াইবিবেল অমনা গুরুগী ঙাংলৌ খুযা খাবু য়ৌখিযে। হে তাইবঙ মীওইবা, পলেম পঙ্খৌ অথোইবশিং তাইবঙ শীংগুম লমদাংদি অসিদা লোইজবে।

তাইবঙ পানবা ঐখোয়না তাইবঙ চেংজেল লোইবদুনা তাইবঙ থাদোক্লমদাই তবেৎ শেনসু মিহৌদবে। কল্লকপা মিহৌবা পুম্নমকতি তুংওইননা থনপ্লে। তৌবাং ফক্তা ওন্দুনা, লুতুং খোইবাক শাদুনা অয়ো নাহে তন্নকই। অপাম নুংশি মাঙলক্লে। মরুপ মপাং নুংশিবা পুম্নমক অবেম্বদি তাবক্লে। ফজবা ফিজোল শেৎচাবা, কেবা মৌবা খিবিকসু অবেম্বদি তাবক্লে। ফজবা ফিজোল শেৎ চাবা, কেবা মৌবা খিবিকসু অবেম্বদি ওইখবে। মোন্দুম, মোন্তেক মোমপাকথক পোথাবদি লায়বদনা যেক্লবদুম ওইবক্লে। খাম্বী মৈথক হিপ্লগদি পাংখক্লবে। মপু মাগী থৌজাল ঙাইবদা অব্রা পোৎলুম পুবক্লে। ঙহাক ব্রাংলেন তুমখুল তানবদা অমন শীংগুমনখ্রবা মখোযগা নোক্লা খেনা চৎলক্লে। অব্রা হুইশোল লাংনা শ্বব ফুইনা হোল্লক্লে। যেত্তা চেপ্লে অযো ইমা! ওইদা চেপ্লে অযো ইমা! ইমা! ইমা! ইমা নুংশিবী! হাদ পলেম ইমা ও! নচাবু লৌশিনবিবোনে ইমাও।

অসুম্না অব্রাবা খাংদৌ শরুক লমদম অদুদা পোৎথাজবগে। তাইবঙ ওইনা পোকপগী চৎলমদাইসিবু অসিবা? তাইবঙগী নুংঙাইবা মশক খঙজবে। মপুগী লৈকোলদা তিনহনবিবো। অসুম্না অনাবসিনা অব্রা চৈনা খাঙবা ঙন্নক্লবা মতম, হিংবা, শিবা অনিসিদা শিবনা হেন্না নকশিল্লক্লবা তাঞ্জা অসি য়ৌবক্লবদি অহল লমল ওইববদি মথক্কী 'তাইবঙ শীংগুম লোন খমনুং লম্বী তাকপা' মযেক অসি অনাবা অদুগী মনাক্তা ওঝা কনা অমনা ব্রাবী ওইনা, ওঝা কনা অমনা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা তাহল্লি।

## শীঙগুম ঈশৈ

হা . হোইবৌনে ইবু নংশো হোইবৌনে সে।
ইবেন নংশো কবিনো ? কাওবেন শলশো নত্তবে, হোইবৌনে সে।

*সেকমাইঁদা পোকপা সিবা*

শাবি য়াইথোং কুমখিবী নপাবী নুংশিদববা ? হল্লকও সে।
পোইবৈ লম্বেল চৎলে লাইগী লৈবাক য়ৌবে হল্লবোই সে।

হা .. নহাবী অপঙবী কৈদৌগে হায়না ঙাইবনো সে।
নহান তাইবং পান্দুদা থংলেন নৌনা খাইনবা ঙাইবনে সে।

হা . হৌখিবী হাওগী লাংদা থুগনি হল্লকও সে।
হাওগী লাংদা থুবশো থংলেন লৈবা নত্তবে হল্লবোই সে।

খেব চীংদা কাখিবী নুংশা লাংঙে ব্রা ওইবী হল্লকও সে।
হাওগী ব্রাংমা লাল্লে হাবি খোংবা তাবে হল্লবোই সে।

নুংজেং নোংপোক য়াহিল্লী কোছ্বা চবৈ ফৈপুবা তাবিও সে।
কবিবু তাকসেবা কোছ্বা য়াইথাখবে মতাবে সে।

অব্রাং নোংপোক লৈখামপোক সিনাম চাদি নখোলজেল মতাবে সে।
ইপলগী শুমাং মৈখু খুবেদো তাইবেল খুত্তা শুনদি নাহাইবে সে।

হা .. খমনুং পাখংবা সব্রা তানবা থেংগনি হিবাল্লো সে।
খমনুংদা পাউহংলুখিগে মানা লাল্লো হায়বগা মবানগে সে।

হা . হৈবোং অচৌবা ইমান মচা য়েংগে চাইবো সে।
হৈবোং নংনা খন্দনা ইমান মচা হৌখিবা উহৌদে সে।

হা ... শিল লৈমা হয়েং ঐনা শিবগা শিল্লম্মো সে।
শিল্লে পাথৌও থাংজৌ লেংদা কোইনা শিল্লমগে সে।

শিল্লে পাথৌও পাথৌ খুল্লানখিবা লাকতবে সে।
চবৈ উফৈ ফম্বা ইথংলেনবু মাল্লে হিবাল্লো সে।

নহান তাইবঙ পান্দা নতোম হাযজ য়াদবা ব্রানে সে।
ব্রাইথৌ থমচেৎ চাকঙৈ লিকশং তমফা খুদোল মাংহৌবে সে।

ননাইনা ফৌখোঙ পেংলুঙৈ চংবী লায়োল থক্তা খঙলকও সে।
অসি য়েনখা তঙাদি কনানা থাবা য়েম্নো হংনিংঙি সে।

মযুমবম্না থাবনে মতোন শিংগা নানৌবাচাঙৈনে সে।
ব্রাই অসি তঙাদি নামুংবা ব্রাইনে নেৎহৈদে সে।

নামুংনবা ৱাদুশো, নুংশিনবা ৱাবমশো হায়বমগে সে।
পাইখু উচেক লন্নানবা ইপলগী থোংজিল শেপাৎপা সে।

থোংজিন্দবু হায়ববা নপলগী ফুঙ্গা লাইকুশো তৌখায়গে সে।
হা    হুমাইবো ময়াং শেকপী হুমাইবো হুন্নবোসে।

লাইগী হুমাইনে কোনা হুমাই নত্তবে হুন্নবোই সে।
খমনুং পুংফু নোংফাইচীং তম্ফা খুতোপ য়াইওইবা মাংহৌবে সে।

খমনুং মৈনা চুবে তাইবেল খুত্তা শুনদি নহাইবে সে।
হা .   য়েনবাক কোকথোং তুপখিবী নপন্না হল্লো হাযয়ে হনৱাইও সে।

পোইবৈ লম্বেল চৎলে লাইগী লৈবাক যৌবে হল্লবোই সে।
থোংজিল পাযনা নোংখান্নী লিকশং তম্ফা খুতোপ খাইবম্মো সে।

ইপলগী শুমাং মৈখু খুবে তাইবেল খুত্তা শুনা নাহাইবে সে।
ইনুংমা শোইবিবগুনো লাইগী যেনবা খোংবীবগুনো সে।

'শীঙগুম ঈশৈ অসি অশিবা পুথোকপদা শক্লে। শিবিবা মী খুদিংদা শক্কনি হাযবগী চৎনবীদি লৈতে। অহল লমন শিবা, ইকাই খুম্নববা মীওই শিবা অসিদা শিবিবগী ইমুং মনুংশিংগী মীওইনা অহেবা (ঈশৈ অসি শকপা ঙস্বা) মীওইশিংদা নেকচদুনা শকহন্নৈ। অঙস্বা শেল থুম কৎনৈ। ঈশৈ অসি শকপগী মতম্না খাঙেনফমদগী মোংফমগী মফম য়ৌবা ফাওবা শকই। অহৌবা ময়েক্তগী অহুন্নক হঞ্জিন হঞ্জিন শকপদুনা অনকপা মফম ওইববদি মযাইগী শরুক খবা কাল্লগা অবোইবগী ওইনা মৈকোই ঈশৈ অবোইবদুদা শক্লগা মৈ কোইবা লোইববদি ঈশৈসু অদুম লোইবে। ইমুং মনুংশিংনা লাকপিবিবা অহল লমলশিংবু খুকম খাজঙবা তৌনৈ। শেল থুমসু যাওনা দান ওইনা পাঙথোক্লে।

## মীশি ৱায়োং চাদবশিংগী হিদাক নেৎপা

'মীশি ৱায়োং চাদবশিংগী হিদাক নেৎপা' হায়বা থৌবম অমসু যাম্না অচেৎপা থাজনবী অমগা লোযননা পাঙথোক্লি। অশিবা চৎলিবা মীওই খুদিংমক্লা শরুক য়ামিন্নবা অমনি। অশিবগী মৈ কোয়বা লোইবগা অখণ্ড অহৈ মাইবসিংনা হান্না হিদাক মচন যেনচম, য়েনপঙ, য়েমপৎ, চুচম, চবোইতোং, শিং অমদি য়াইঙং তবেৎ অসি তিল্লগা চগেম পোম্লগা তৌই। চগেম ওৎনবা খাবৈসু শাম্বনা ওই। চগেম (হিদাক) অদু হাপ্লবা মীওইবশিংনা 'য়োৎ হায়'

অদুসু শান্বনা ওই। শান্বনা কৈবাক হায়দুনা থাক মাপল হৈকপা অমা শাবগা থম্লিবা অদুদা নুপানা যেৎকী খোঙবীনা থাক তবেৎতা নেৎকনি। মাইবনা য়োৎ অদুনা চগেম খবা লৌবগা হাপকনি। নুপীনা ওইগী খোঙবীনা কৈবাক্কী থাক তকক্তা নেৎকনি। মাইবনা যোৎ অদুনা চগেম খবা লৌবগা হাপকনি। অদুগা নুপাসু, নুপীসু অশি খঙলা অহুম অহুম লোল্লগা, অযাঙলৈ মনাসু অহুম অহুম লোল্লগা চগেম (হিদাক) খবা খবা হাপ্তুনা পবেং শানা থম্লিবা অদু কাল্লগা (লাল্লগা) চৎকনি। চফুদা ঈশিং লৈবিবা অদুদা চিনফু মাই তাগনি। (তুবেল মপাল ওইববদি তুবেলদা চিনফু মাই তাবসু যাই)।

থৌবম অসি পাঙথোকপনা অহন লমল লাই হাক্তক্তগী চৎনবকপা অমা ওইনা শাগে নাতৈশিং, ইমুং মনুংশিং, যেক সলাইশিংদা তেশিন হনজিন্দে হায়না পাঙথোকপা লাইগী থৌবমনি। মীশি ৱাযোং চাদবা হায়বা অসি থোইদোক্লা অমদি নাকোযননা হায়কুদ্রবসু পুম্নমক্লা খঙনববা ৱাফম্নি। মশা মশাগী ইংখোলনুংদা শিবা নৎত্রবদি মশাগী য়ুমগী খাঙেনফমদা ফাওবা পুশিন্নদে। খুঙ্গংগী মতাই ওইবা মফম অমদা অদুম পোৎলোইবগী থৌবম পাঙথোক্লে।

মসিগী মখা তাবকপদা খঙ হৈববা মাইবশিংনা 'চুপ শাবা' হায়বা তঙাইমক ফদনা তৌদবা যাদে। অদু নৎত্রবদি শাগেগী ইমুং মনুংগী লাইগী, তিনগী থৌবম অমতা পাঙথোক্লদে। 'চুপশাবা' গী মাইবা অদুসু শাগেগী মীওই অমতনা তৌবা তৌহৈদে তৌবা যাবসু যাওবি।

চুপ শাবগী মমিং যাম্না লৈখ্রে। ১। লৈমবেল চুপশা, ২। শযাং অথৌবা চুপশা, ৩। থাংফম চুপশা, ৪। লাই চুপশা অসিনচিংবা। মসিগী অকুপ্পা ৱাবোল অমদি মওং মতৌ অদুদি যুমবু ওইবিবা অদুগা অমাইবা অমাইবী অদুগা তানবগা তৌবসনু। মথক্কী অসিদগী হেন্না চাউবা 'চুপশা' অমসু লৈবি - 'নুমিৎ চুপশা'।

যুমবুনা তৌবা যাবা, শাগেগী অমাইবা অমনা হেক্তা তৌজবা যাবা অনি অমদি য়াওবি:- ১। লাইচুপশা, ২। থাংফম চুপশা। অনিসি নত্তবা চুপশা মখলশিং অসিদি পোৎলম চৈবম য়াম্না চঙবা মাইবনা লৌবা, য়ুমবুনা লৌবা অসুম্না অকুপ্পা কযা অমা লৈবনা লাবৈ লাথুপ ওইনা থমজবে। চুপশাবদা নাহৈবোল শোন্দবসু যাওবি - ১। থাংফম চুপশা, ২। লালফা চাক খাঙবা চুপশা। অতৈদি শোনগনি।

# মৈরিং ঈশৈ খরা

## উচেক কোকিল অহল

উচেক কোকিল অহলও।
চেক্লানা হিক্লা হিক্লা কপপদি
পাবি খাইনা ব্রাগীবা ?
মমোম শেৎনা ব্রাগীবা ?

পাবী খাইনা ব্রা নত্তেদো।
চেক্লানা অহন ওইবনা
অহনগী মতম ওইবনা
চেক্লানা কোইনা কোইনা য়েংলুবদা।

লোইবী চীংঙৌ মপালনা
ঈবোক খুদিং হেন্নবে।
লোকয়া তময়া য়েংবদা
পুল্লে কংশিন্নবনা পুল্লে নাশী শাবক্লে।

লোক্লে নাশিন্নবনা লোক্লে খুমু হুল্লক্লে।
লৌবুক খুদিং কোইনা য়েংবদা
পেকক কংশিন্নবসু পেকক্লা নাশী শাবক্লে।
কেংঙোই ও তথোংলবিনা মপাল ঙৌনা শালক্লে।

তুখোংলা লাংখোং য়েংবদা
কোমপ্রেৎ তাওপ্লানা মপাল ঙৌনা শাৎলক্লে।
তুবেল তুখুল য়েংবদা লোইবী তেবা মপান্না
মপাল ও ঙাঙনা শাৎলক্লে।

তুবেল ও তুখুল ঙান্নবে।
চেক্লানা অহন ওইবনা
অহনগী মতম ওইবনা
কল্লাক কুক শুং খুবোম শিংকাই হৌবে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

তুবেলগী চাংজৌ কাবদা
লোইবী চীংজাও কাগুমলে।
মাঙ্গোলগী তাবৈ কাবদা
খুউদি পামপাইনবেদো।
সিনেদো সিনেদো অহন ওইবা
কবম হনফদবা চেক্লানা অহন ওইবনিনা
চেক্লানা পুক্লিং নুংশিবগী
হিকনা হিক্লদি কপপনে।তে।

## য়ুম্লাই তেবা খাগী লৌবিংবী

য়ুম্লাই তেবা খাগী লৌবিংবী
লৌহোল খুতাপ ওইনা পাই
শমুবা য়েৎ থংবনা
মালেম লৈবাকও তিক্রি খৎলিবী।

ফনেক ফিবাল অমনা
কুমগী ঈনৌ থক্লিবী
ফনেক্না ফিবাল অমনা
লৈখোম্লা লৈবিক চোংবনা
চন্দোল্ল সাবা থাগুল্লে।

নাতোল্ল নাশি অনিদা
হুমাং লৈবিক কাবিবী
লৌকাবসে লৌকাবসে।
কাবমখিয়ো ইতাবোই
পলেম পোক্তবীনদি নাওয়োকয়ে।

লৌকুল্ল ঙন্না কুল্লগা
লৌকাবা থেংনা কাববদি
চিনবাল্লা মোমোল নোকলমমে।
লৌকুম্লা থেংনা কুম্লগা
লৌকাবা ঙন্না কাববদি।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

চিনবান খাবৈ শাবম্মে।
চফুবা কবি নত্তবা
খোংপাক্লা চেনকাওনবকয়ে।
য়াল্লাল্লা কানমদবা কানম্মেবু হায়বকয়ে।
খুদুম্লা লাল্লোই থাবকয়ে।
লৌয়াই উথুম খোংদবি।
শাবল্লা কাংক্লুক খোংদবি।
হোবেল ইতানা
উতিবা শমখোঙ শেংলগা
চিংহিবা শম্বাল লাংলম্মো।

হোবেল নুংদাং তাংলৌ নৈনা থেঙবদা
ইথংলেন ইমানগী মচা পাম্মুবগী
শীঙেল লৈবাং নাচোম শেম্বদা
নতা ঐগী অমা শেম্বিবম্মো।
কাবমখিয়ো ইতাবোই।তে।

## য়ুম্লাই তেরা খাগী চেকঙাকপা

য়ুম্লাই তেবা খাগী চেকঙাকপা
কবি ও চেকপু ঙাকপনো ?
কবোলমদগী থোক্লকপা
শেম্বী লমদগী লাল্লকপা
কবিও চেকপুদি চাবনো ?
লৌপাক খুদিং চাকতাবে
লৌবিয়া খুদিং হেম্মোইবে।
কোলোইবা মমিং হায়বগা
মচিন কোঙৌ তোপ্পা চেক।

মঙকতবু য়েংলগা ফিমু কিবা চেক।
মশাবাতবু য়েংলগা ফিঙাং মচুনে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মখোঙতবু হ্যযবগা মখোঙ খোঙজি শিবা চেক।
রাইবমমোদা শেঙ্গম শাবা চেকনে।
লাংতোল লাংনা কাইতোংলে।
মনা পুংবদা যাহিপ্লে।
চেক্লা পোম্বী হঞ্জিলফম খঙদবা সো . । তে ।

## হিবালবা

শাবী ইমানগী মচা পাম্মুবা
থংলেন কৌসি মবক ওই।
মাঞ্জা কৌসি মবক ওই।
হিক্বুংদা নৌবেল খুত্তা পায়দুনা
লেপলিবা ননাওবু হিবালবিয়ু।
নহাল্লা নমু তাইবঙ পান্দা
নপাবা মাইবা মচানে।
নপুবা মাইবা মশুনে।
কবিগী নতোম নাবকপনো ?
কবিগী নতোম শিবকপনো
লালঙমলোইয়ে ইবেম্মা।
হঙোইবো পোনচেম নুবাবী
লৈবাইবা শৈহেক হৈবী
লৈখুবা শৈশক হৈবীদা লালহল্লো।
হঙোই ও পোনচেম নুবাবী
লৈবাইলা শৈহেক হৈবী
লৈখুবা শৈসক হৈবী
ইতাবোইবু শানসি।

নমু-তাইবং ঐবু হিবালবিয়ু।
লানঙমলোইয়ে। নমু তাইবং পান্দা
নপলগী মাঙ্গোল খেঞ্জোল্লাং
শিনাইবনবু কাবিঙে মাংদা তবেংথা
য়েৎ থংবা খুৎনা শিন্নাই চৈবু পায়দুনা
ওই থংবা খুৎনা লংলা ফৈনা চিংদুনা

লংলাগী লংতুম তাল্লিঙৈ

তাংজা ও লিলনা শবাকতম

চে ... চে... খোংজবা

সো ... হায়নফাও লাওখিদে।

লালঙম লোইয়ে ইতাবোই।

শাবী ইমানগী মচা পাম্মুবা

নহান তাইবং মালং পান

পলেম ইমানা তবেৎ শেনজা হাপ্লকয়ে।

পঙৌ শকপা ইপানা

লংলাগী লংতিং হাপ্লকয়ে

তবেৎ শেনজানা ইবাই লৈমদা কৎ।

লংলা অমনা থোং ওই

লংলা অমনা পামপাই ওই

ননাও হিবাঞ্জবে।

শাবী ইমানগী মচা পাম্মুবা

হিবাঞ্জবে। য়েংবিহৌবো লোয়ুন্না।

### শৈবোই ঈশৈ

চীংউ অৱাং কৌবা মপুগী লোইবী চীংতোন্দা
পুখ্রি জাগোব অমা লৈবনে।
পুখ্রি জাগোবদুগী ময়াইদা ময়ুব অমা লৈবনে।
ময়ুবদুগী মথক্তা শোবা উচেক তোংবনে।
মমাই চীংখৈ ওনবানে।
পুখ্রি জাগোবদুগী য়েৎলম থংবা চিদাইদা
সনাগী থন্নাল শাৎপনে।

ওইবম থংবা চিদাইদা
লুপাগী থন্নাল শাৎপনে।
য়েৎ থংবদা সনাগী তাঙ্গা লৈবনে।
ওই থংবদা লুপাগী লৈবনে।
য়েৎ থংবা খুৎনা সনাগী থন্নাল হেক

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ওই থংবনা লুপাগী থম্বাল হেক্কুনা
সনাগী লুপাগী তাঙ্গাদা হাপতুনা
গুরুগী খুযা খাদা কচ্চববু
খুৎনা ফংনা লৌবিবে।
শ্রবনা ফংনা নম্বীবে।
হোইবৌ লীপুলসিনা পষ্ণৌ ইপা ওইবে॥
হয়া লিতাং শাংবনা পলেম ইমা ওইদুনা
হোইবৌ হয়া অমিকপু হোইজিল্লন্নগে হোইবৌ॥ তে॥

'মৈবিং ঈশৈ' হায়বিবা ঈশৈ অসি ঙল্লিঙৈ অহলশিংগী মতমদদি ঈশৈ হৈবা লৈশাবী পাখংশিংনা য়াম্না হবাওনা, পামজনা অশিবগী মৈবিংবদা (মৈ শীং খাংবদা) শকনবন্মী। অহল লমন শিবা পুথোকপদা অথেংবা অহিং যৌগদবা ওইববদি অহিং অমা মৈশীং খাঙলন্মী। শিবিবা মী অসিগী খাঙেনফমসু যুমজাওগী মনিং কা ফুঙ্গাগী হৌদোং চাকথাফমগী খবা চঙশিল্লগা মযাই ওইবপ্লা খাঙেল্লি। নিংথমথা ওইববদি খুযাদা লুখুমদা মৈ হৌবগা সুকতুম তুমদনা মৈ তিক্লগা ঈশৈ শক্কুনা শঙই। মসি মক্লনি 'মৈবিং ঈশৈ' হায়না থোনত্রিবসি।

ঈশৈ অসি শকপদা মুন্নবক্তনবা হায়দুনা শৈবান্নবা হাযনা মী অমা লৈ। মানা কৌব কৌবগা খুযাগী মৈ হৌবিবা মফম অদুদা ফম্লগা শকহল্লি। অসুম্না শিবিবা মী অদুগী থৌগল ওইনা অদুগা মী মবক্তা থোক্লগা ঈশৈ শকপা ঙম্বগী গুণ অদু লৈনা শক্লবন্মী। ইমুংদা খাঙেনবা অসিনা ইমুং মনুংগী মচা মশু ময়ামগী কপ্পা লাওবা মযাম অসিগা পুনবসি নুংঙাইত্রে হায়দুনা হৌজিক্কী শুমাংগী খাঙেনফম অসিদা পুথোবক্লগা তৌবা হৌখিবনি। মসিদসু অহীং যাইবেক্লবদি মৈবিং ঈশৈ শক্কুনা মৈশীং খাঙবগী থৌবম পাঙথোক্লবন্মী।

হৌজিক্কী মাগী মাগী লাইবিক-লাইশু তম্নখিবা মবম্না অবিবা ঈশৈ অসিদা থৱাই লুপশিন্না, খোইদানা খঙবা হৈবা মী নৈবক্তবা অসিদগী ঈশৈ অসি লুপশিল্লক্লে। হৌজিকসু সেকমাই লাই হবাওবদা (কৌব্রু লাই হবাওবা) লাই ফি শেৎপা নুমিৎকী অহীংদা মৈশীং খাঙদুনা মৈবিং ঈশৈ মাইবশিংনা শক শোন্নবি। অহীং অসিমা লোইশঙ মনুংদা মৈশীং খাঙলগা নোং ঙাল্লগা তুবেলদগী লাইজ ঈকৌখৎলগা লাইশঙদা লাই ১২ মক লেঙশিনবনি।

## শাফা - লালফাগী ফিরাল




(খোক ৱাগুম্বা অচুম্বা ৱা অমদা শাই)

সেকমাইদা পোকপা সিবা

মথক্কী শাফা-লালফা ফিবাল অসি শেম্বা শাবদি লাকপিবিবা অখণ্ড অহৈনা শেম্বী শাবিবা য়াই। অদুগা য়ুমদগী থাংফম (মোংফম) ফাওবা পুবদি শিবিবা মী অদুগী ইমুং মনুংদগী অমা খল্লগা পুহনগনি। মোংফম অদু য়ৌবগা লম ৩/৫ মুক লাপ্পা মফমদা নোংপোক ওইবপ্পা য়ুংগনি। পুবিবা মী অদুনা ফিবাল অদুদা শিন্নবমগনি। 'ঐনা নঙবু পুবিবসি মঙোন্দা ঐগী শেল থুম তোনখিবগী পুবনে। ঐবুদি ঙাকপিয়ু।' হায়বমগনি।

ইমুং মনুংগী মীওইনা 'থেঙ্গৌ শাবা হৈবা' মী অমদা হায়জবগা মোংফম অসিদা থেঙ্গৌ শাহল্লম্বা অসিনচিংবা লাইগী ওইবা থৌবম অসি পাঙথোক্কনি। মসিনা ইমুং মনুং শাগে নাতৈদা ওৎপিবকতনবা, তেশিন-হঞ্জিন্দনবা লাই হাক্তক্তগী চৎনবকপা থৌবমনি।

## মং থিনবা

অশিবগী থৌবম খবগী মখে লোইবগা অফবা নুমিৎ অমা য়েংদুনা মংথিনবগী থৌবম অমা পাঙথোক্লমই। মসিদা চঙলিবা পোৎলম খবা. - ১। মৈবোইবদা মৈনা চাকখ্রবা শক্ব মচেৎ ৩/৪, ২। মৈতাল ৩/৪, ৩। লৈবাক্কী চফু অহনবা ১। চফু অসিগী মনুংদা শব্দ, মৈতাল, শেল থুম, হাপনিংবা পুন্নমকসি হাপচিল্লগা কেগাম অমনা মখুম খুমগনি। চফু অসিদা নুপা ওইবগা নুপাগী ফিজোল, নুপী ওইবগা নুপীগী ফিজোল শেত্তুনা 'লুফু তুবা' হায়দুনা ফিকক তাবু নুংদগী অক-অহেন ইন্নফি মানা মানা পামজবা শেৎলম চাবম্বা ফিশিং অদুনা চফুদুদা মী মান্না শেম্লগা তুশিনগনি। শিবিবা মী অদুগী মিতম লাক্লা শেম্বা শাবা লোইবে।

চাগোক সলাইগী মবী মতা অমনা মী ওইনা শেম-শাববা চফু অদু ঙবোং খাও শাবগা মদুদা হাপ্লগনি। ঙক্তা পুল্লগা পমদুনা পুগনি। হৌজিক্কী 'লু-ফুপুং' হায়দুনা লুংবুংদা লৈবিবা অসিদা মাগী মাগী শাগৈগী পুং তানা পুবগী লম্বীদা পেবে-পেনা মনিল নাইনা মীকপ মীবাওখোলগা লোয়নমা পুং অসি তানা পুবক্লে। পিবা শিবা ওইবগনা পুং ময়াইদা অতে ওইবগা মতাই মতাইগী অকোয়বদা শিবিবা মী অসিগী শাগৈগী নিঙোল লৌবা (নিঙোল মব্রা) অদুনা কোম তৌবগা ফুন্নমগনি। মসি মীপুম খুদিংমক পাঙথোক্লম্বদি নত্তে। অহল লমলশিং শিবদি অয়াম্বনা তৌনৈ।

হৌজিক্তি মী মশিং অসুম যাম্বা হেনগৎলকপা, ফত্তবা মীসু মশিং য়ান্নকপা অসিদগী ফুমগ্রিবা পোৎশিং অদু মিহৌবা, অপাম্বনা হেনখিদুনা অহিং অদুমক্তা চৎলগা হুবালখি। মসিদগী অসুম তোক্লখিবনি। অদুনা হৌজিক্তি চফু ওইনা সুম ফুম্নবদি ফুম্নবা মফম ফাওবা লৈববোই। তৌবিনিংবা লৈববসু উৎকুম্বা লৈগুম্বনা মহুৎ শিনবা ফগনি।

*সেকমাইদা পোকপা শিবা*

## চুপ্ শারগী নাহৈরোন

হা ওঁ চানোং চানোং, চুপশা হৈগা চুপশা হৈগা মৈতিংঙুদো নোংদাদো, লাইবেলদো, লাইবেম্মদো, পাখংবদো, শোইবেল শোক খুনবী লোক, চানা লোক, মকমবীদো, লাইন্নদো, থম্মোইনুদো, নুমোইনুদো, মপাবি শাৎ খুৎশাৎ য়োইতোমশাৎ, মপী মব্রাৎ, মপা ব্রাৎ, পীওৎলা পাওৎলা পাশাইবা পুশাইবা পাবু মাইবা কোন্দেদি নাকথং মাইনা হুইমুদি মনুংলৌ য়েনমুদি মনুংলৌ। মেলাংদি মনম মেৎনা শতু মান্দেং লৈনা ফোইনা চুপশা তম মোইথেম তম। শবৌতম, মিৎলুতম, মাইকুতম, যোইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেং থাবে লেমলৈ, কাওমবোং সুংমবোং, হা ওঁ চানোং চানোং।

ঙাংঙোইদি যোইমোংবদি থোংবুবোক পুংবুবোক মতৈদো মনাওদো, শকপু শেম শাবু শেন্নবু। শকশিন শাশিন্নববু। অমাইবা নোংচুপতি হাওবোং মাইনা হুইমুদি মনুংলৌ। যেনমুদি মনুংলৌ। চমেন লাংদি মনাক মেৎনা শতু মান্তেং লৈনা ফোইনা চুপশা তম। মোইথেমতম শাবৌতম, য়ুবৌতম, চিনফুতম, মাইতাতম, থিকশেংতম, থাশেংতম মিৎলুতম, মাইঈকতম, ওকলুতম খোমলুগুম তোথা লাৎথা লৈথা লাৎথা যোইমনু চুপমাহোই যোইমনু লাইমতেং থাবে লেমলৈ কাওমবোং শুংমবোং হা ওঁ থা।

হা ওঁ চানোং, চানোং ঙাংঙোইদি যোইমোংবদি চিংকোন হৈখিবে। তমকোন হৈখিবে। অতমলোই অমেনলোই হুইচুপলোই খোংকানলোই পামিৎলোই থোংমিৎলোই। লৈতৌযোৎ নাফান থাং তোলাইকুপ তোলাইখুম শমচিললোই শমযালোন ফিবাংতোম শেলোই ফিবুং লাংবুলোই চনলক্লে। মকমবী হাওনুখু হাওনুহল লৈতোংহল নায়োম যোম খোমহানগা শিংপাক্কা মৈতৈগা, হোংনেম চাওনেমগা লাকহৈবিবী পুকুম্না অমাইবা শনথোংদি ব্রাবুমাই থিংকোল মবিং মাইনা চেংলৌবু মিৎথিৎলবগী হুইমুদি মনুংলৌ য়েনমুদি মনুংলৌ মেনলাংদি মনাক মেৎনা শতু মান্তেং লৈনা ফোইনা চুপশাতম মোইথেম তম, শাবৌতম, য়ুবৌতম, চিনফুতম, মাইতাতম, থিকশেংতম, থাশেংতম, মিৎলুতম, মাইকুতম, যোইমনু চুপমহোই, যোইমনু লাইমতেং থাবে লেমলৈ কাওমবোং শুংমবোং হাওঁথা।

হা ওঁ চানোং, চানোং হৌবিংচিং লৈবিচিং থোংনাওচিং মাইল্লেচিং চিংচেংহন্দা কোইনবী খুন্নবী শংলৌ নাপী যেনলাংনবী য়ুহৌনবী শমখাইবা লোনখাইবা পাবিয়াম শিংলিয়াম, য়ুম্নাকযাম চাতায়াম থিলহৎলা হায়িংশোই মনোংশোই ফৈতাথোং খাংকোনবম শিকোল খচাইচুপ লেংলোইচুপনববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী অমাইবা য়োইনৌদি লাংপোক শুনা হুইমুদি মনুংলৌ,

য়েনমুদি মনুংলৌ, মেনলাংদি মনাক মেৎনা শতু মাস্তেং লৈনা ফোইনা চুপশাতম মোইথেম তম, শাবৌতম য়ুবৌতম, চিনফুতম, থিকশেংতম থাশেংতম, মিৎলুতম, মাইকুতম, য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেং থাবৈ লেমলৈ কাওমবোং শুংমবোং হা ওঁ থা।

হা ওঁ চানোং, চানোং হুইথক পাওথোংথক লরাইকাই কোইবেলকাই। চাংজৌকোন লৈমকোন ইমুথোক, নাইমু থোক্লা পাওনান থাববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী মাইবা পনম য়াংকোকপনা হুইমুদি মনুংলৌ, য়েনমুদি মনুংলৌ মেলাংদি মনাক মেৎনা শতু মাস্তেং লৈনা ফোইনা চুপশাতম, মোইথেমতম, শাবৌতম, য়ুবৌতম, চিনফুতম, থিকশেংতম, থাশেংতম, মিৎলুতম মাইকুতম, য়োইমনু চুপমহোই, যোইমনু লাইমতেং, থাবৈ লেমলৈ কাওমবোং শুংমবোং হা ওঁ থা।

ফত্তগা হৌথিগা, থুনামগা নাকনামগা, তিলচাগা লাইচাগা, অকমগা অখংগা, রানাগা ঙৌতোংগা, তিলমুগা লাইমুগা, মীচিনগা মীপাওগা, কোকচিক্কা ঙাইবাংগা কলক্কা য়েংথিগ, হাইথিগা থুনামগা পুম্নমক লোকখানুবী হিকহেনবী, হাওখানুবী মথাহেনবী শমজি লাকপী, নাশি চাউবী ঈবোইতমবু পিখোকতনবী কৈ মপী মচানা চাগে হাযনা ঙাইবা লম, য়েক .. সলাই .. অসিগী মীনম্বা থানম্বা, ফত্তবা হাওদিবা পুম্নমক যাবেল থক্তা যাবেল থন্না হোইজিনবিবম্মো। অফবা নুংঙাইবদি হাওবৈ খানা পাংবা লমদগী থরাই ৫ মক মিগা থানা ৬ মক কোনশিনবিবম্মো।

চুপ শাবগী নাহৈবা পোৎচঙঃ- নাহৈফু ১, রাখোক, উখোক, তাইবেল, পোংফাই, নাতৎ, নাখায়, নাপু, নাসেন, সতু, য়াংকেন, নাপী, শীংপী, নাহুই, নাবেং। (মঙাং য়েক্কীদি কুকং য়াওই)

## লাই চুপ শাবা

হে গুরু .. পাচা শাগে অসিদা য়ৈখায থিনগায়বা পুম্নমক অসি নোংমাইজিং কৌবা গুরুনে। নিংথৌকাবা কৌবা গুরুনে গুরু অনিমক্লা হুইথৌনা খোংদমঙৈ। কৈবেন্না যাথোকঙৈ। কাইবৈ য়েন্না নম্বা। ওকলেন্না নম্বা। কাওবেল শন্না নম্বা। শানা ঙানা নম্বা নমু তাইবং মীনা নম্বা। হে .... নিংথৌকাবা হে .... গুরু। উকোক্লা রাকোক্লা নম্বা কোকপিববনে। নোংমাইজিং কৌবা হে .. গুরুনা লুরাংগী ফাংখোং মখাদা অপকঙা ওইনা শিন্নবিয়ু। গুরুগী য়াথংনে।

মফমদি খাঙেনফম শুমাংদনে। পোৎচঙদি :- লানা তুনা ৭ শাও। ঙমু ৭। হাপও। নোংপোক ওনবা লা মতোন ১। চবৈ ফিথা ৭। হৈরুক তাঙ্গা ৭।

ক্না তাঙ্গা ৭। লাতোল অদুদি মকোক অৱাং ওল্লো। খঙেঙা। পোৎ অদুদি লোইনা হুন্দোকখো। লৌগনো। পল ৱাংমা লান্না হুন্দোকও। খঙেঙা।

## থাঙফম চাক খাঙবা

(থাঙফম চুপশা)

ৱাংবন থোংথিংবা শাইবনা থোংথিংলবনে। লাংকোম্না পৌ লোল্লবনে। হৌলিং-হৌলিং- থিংলবনে। গুক মাইতেক, গুক মাইশাং, ফুমাইহাং ফুমাইথিং থিংলবনে। শাগৈ অদুগী মনুংদা লান্দা শিবা, অনা লাইওং খঙদবা, ঐনা লান ফাববসু, মীনা ফাববসু অমতনি। হোংলু মকুনা মী অদুগী মিতম শাবো। শাগৈগী মোংফমদা (মোংফম মথক্তা) লেপহল্লো। মী অদুনা হান্না চাবম থকলম্না চাক যেঙ্খ্লাং হাওনা থোংদুনা পুবো। মিতম অদুদা ৩/৭ লক পিজ-পিথকও। ইনবসু ইল্লু মিতম অদু শাফা, লানফা থেংগৌ চোংদুনা থাংলোন শোন্দুনা মঙকতা ককথৎলো।

মিতম অদু মংদা ফুমলো। লুখুমদা খুপোম ১ পাকপা, খুপোম ১ লুবা কোম অমা তৌবগা হুই ১ শাংবা, শাই তিংখং ১, লাংকোম ১, অনিদু মথক্কী মন্ত্র অসি মনিং-মমাং শোন্দুনা ফুমমো। লানচাক খঙবদি অসিদগী মথক লৈত্রে। থাঙলোন্দি - নপা থাংদি হৈনাইবা, নপু থাংদি কুম্নাইবা, থাং নংগী নমিংদি চিংন মীখায় থাং কৌযে। কক্ কক্ ককলবনে। গুরুগী য়াথংনে।

শিজিন্নগদবা থাংদি লানথাং অশাংবা অদুনি। থৌবম থৌদা পাঙথোকপা থেংগৌ শাবনা চিংবা শোযবা তৌহৈদে। শোয়ববদি মাইবা পুন্সিদে। খঙজো।

## শাবা, লানফা চাক খাঙবা

### কৈফা চাক

কবিগুম্বা মফম অমদি মতমদা লংফৈ চৎপা, চীং মান্দা য়েক্লবা থেংননবগী চৎপদা শাহিং চাবা কৈনচিংবা থেংনদবা নত্তে। ঐনসু হনবা য়াদ্রবা মানসু চেনবা য়াদ্রবা মিৎকা-মিৎকা চাননা অঙম্বা তান্নবগী শীংনবা লাক্লবদি ঐগী অয়াওবা খুৎলাই তাবু ওইবো নৎত্রগা নোংমৈনবু ওইবো খুৎ থাবা তাবক্লে। নৎত্রবদি ঐবু মানা হাৎখিবগী ওইথোকপা লৈবে। মবম অসিনা তঙাইমকফদনা মাবু ঐনা হাৎলে। ফাকবে। অহন লমলশিংনা তাকপিবদা কৈ হাৎপা (ফাবা) তৌহৈদে হায়না অচেৎপা থাজনবী অমা লৈ। মসিগী লংজখিবা খিবিক কোক্লনবা অখঙ-অহৈ অমাইবা অমাইবীশিংনা কোকথোক চামথোকপগী থৌবম পাঙথোকই।

*সেকমাইচা পোকপা সিবা*

শিবিবা কৈ অদু লাবনি অমোম্লি মশক খঙনা ঐগী ইমুংগী মী অমা শিবনি হায়না লৌগনি। অদুগা মমিংসু ঐখোয়গী ওইনা ইবুংঙো, ইবেম্মা হায়দুনা মিং অমা থোনবিবা তাবে। নুমিৎ থা অফববু য়েংদুনা ইমুং-মনুং, মবী মতা, অহন-লমল কৌজদুনা লংজখিবা, লাঞ্জখিবা পুম্নমক কোকপিনবা কৈ লৈখিদবগী চাক খাঙগনি। মসিবু 'কৈফা চাক খাঙবা' হায়না খঙনৈ। থৌবম অসি পাঙথোক্লবদি লাল্লুববা পুম্নমক কোকপী হায়না লাই ওইপ্ত্রবা অহনশিংনা তাকপিবম্মী।

## লালফা চাক

মীওই মপোক্তা পোক্লবনা তম্বা ঙমদে। য়াম্না ইংনা তপ্না লৈজবম্বা মীসু নোংমা হিংচা যাইতম্বা ওইখিবা কয়া লৈ। মতু-মচা কা, লৌবী শীংজা কা হাযনবিবনি। ঙাঙনবিবনি। মীনা লাকচনা তৌখিবা, থওই উশিত্তনা মুনখিবা, ঙম্মী মতাগুম মীযাম মমাংদা খোংগোইনবিবা অসিনচিংবা কয়া মী অমদা হেক্তা চৈনা অসি ফংবা যাই। অদুদগীদি অতেবা ষণ অমগুম্না লৈবম্বা মী অদু অঙাওবা হুই অমা ওল্লক্তুনা মাগী যেক্লবা মী অদু হাৎপা যাওবকই। মসিদা মবালগীদমক কৈশুমশঙদা চহি কযা অৱা চৈনা খাঙবা তাবকই। মাগী মতম শুববা অদুদা মযুমদা অমুক লৈববে। মানা মী হাৎলুবা অদুনা মহাকসি 'লালফা অমা' হাযবদু ওইবে।

কনাগুম্বা মীওই খবনা আর্মি ওইবি। কনা অমনা পুলিস। মখোযবু লৈবাক ঙাক্লবগীদমক হায়না খুৎলাই শিন্নবি। পাযহল্লি। মখোযবুসু মী হাৎলুবো হাযনা পীবা খুৎলাই নত্তে। লান্না তৌবকপা, লান্না চঙলকপা মীওইশিং অদুবু ফাবগা চৈবাক পীযু হাযবনি। অদুবু যেক্লবশিংনা মখোযদা খুৎ থাবক্লবা য়েক্লবশিংনা লৈবাক মাঙনবা তৌবকপা মতমদা খুৎ হন্দবা যাবক্তবা যাওবকই। মবম অসি লৈবদগী য়েক্লবা ওইবিবা মহাক অদু শিনা ফাবা যাওবকই। মানা ফাখিবনি হাযবা তং তাবা অমা খঙলবদি মহাক অদুসু 'লালফা অমা' হায়বদু ওইবে। হয়েং মানা পেন্সনকা ফংলবা মতম অদুদা মহাক্লা তৌকবিবা অদুগী দোষ কোক্লবা থৌবম পাঙথোকপা মথৌ তাবকই।

লালফা ওইপ্ত্রবা মী অদুগী মমিং মথা খঙহৌববদি মাগী 'লালফা চাক খাঙবা' অদুদা মাগী মমিংদা চাক কৎপিগনি। মী অমবু শোয়খিবদগী ওইবো, নৎত্রগা নুংশিদবদগী ওইবো হাৎপু হাৎলুববদি লঙজকবা লৈবে। মসি কোক্ল বগীদমক 'লালফা চাক খাঙবা' অসি তঙাই ফদনা তৌদবা য়াদে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## মৈ-ঈশিং লাৎপা

চাক খাঙবগী নোংমা ৱাৎলিঙৈদা থোং থাক্তুনা কচ্ছগদবা শা-ঙা য়েঙ্খ্লাং মনা মশীং পুম্নমক খজিক খজিক শুনা লৌবগা থোংদ্রিঙৈগী মাঙওইননা নুমিদাং ৱাইদা মৈ ঈশিং লাৎপগী থৌবম অমা পাঙথোক্তবা য়াদ্রি। মসিনা হয়েংগী থৌবম অসিদা অশোয় অঙাম য়াওদনবা খুকমজবনি।

ইমুং অমগী নোংমগী চবা তন্বা য়ানবা শিধা অহুম শেমবিগনি। য়ুম্বু অদুনা চাবদা কোন্ননবা চেঙ, শা-ঙা, য়েঙ্খ্লাং মনা মশীং অমতা চিৎথবা য়াদে। পুম্নমক হাপ্লিগদবনি। ১বা। ইমা নৈমবেল শিদবীদা অশোয় অঙাম অমতা য়াওহনবিগনু হায়না কচ্ছবনি। (য়ুমবুনা চাগনি)

২ বা। লাইনিংথৌ সম্থোং পোমাই লেপ্লা, লাইনিংথৌদা অশোয় অঙাম লৈতনবা পুনেমজবনে। (য়ুমবুনা চাগনি)

৩ বা। শোয়বেলদা পাঙথোক্কদৌবিবা থৌবম অসিদা অয়েৎ অপন, য়ৈখায়-থিনগায় অমতা তৌবিগনু হায়বগী কচ্ছবনি। শুমাং য়ুমগী নাকথা অদুদা খুকমগনি। (পুশিল্লকপা তৌহৈদ্রে। শাগৈগী নিঙোল অমনা চাগনি।)

মচল পুম্নমক শুনা হাপ্লগা কুপ্লা মৈ চাক্লবা কল্লগা শকক ৫ থোক্লা যেম্থোক্কনি। খবা য়াম্বা শকক অদুনা মৈ কৌবা লাইদা কৎনবনি। ফুঙ্গাদা মৈ চাকহল্লগা কচ্ছবিবা পোৎ পুম্নমক তুম্না মৈদা চাকহনখিগনি। মসিনা মৈ কৌবা লাই নঙনা হযেংগী থোং থাক্কতৌবিবা অসিদা 'কাথী কানম য়াওহনবিগনু' হায়জবনি।

শকক ৪ (মবি) অদুনা কোম্থোংদা

শবোই, ঙাবোই, শাহিং-ঙাহিং চাবা লাইশিংদা কচ্ছবনি। ঈশিং কৌবা লাইদসু চপিৎ-চপাৎ তৌহনবিগনু হায়না কৎচৈ। অদুগা শয়াঙ অথৌবদা মাইকৈ মবিমক্তগী লাক্কদবা মীশিংদসু খোঙলৌবা পল্লৌবা পীবিগনু হায়না কচ্ছগনি। থৌবম অসি মাইবনা কৎপিগনি।

## চাক খাঙবা

লৈখিদ্রবা, লৈখিদ্রবীশিংগী 'চাক খাঙবা' (লান্ন থৌবম) অসি অকক্লবা নুমিৎ (নুমিৎ মশিঙদা চৎতে) শিবা নুমিৎ অদুদা অহল লমন লাইওইববশিংগী মফমদা থৌবু অদুনা ঙমজবা মতমদা তৌজগে হায়না অয়াবা অমা লৌজখি। অদুনা চাক খাঙবা য়াবা অফবা নুমিৎ অমা খুঙ্গংগী অমাইবদা য়েংলগা পাঙথোক্লবি। হান্নদি চাবা থকপা নুংঙাইবা থা পোইনু ৱাকচীংদা অয়াম্বনা পাঙথোক্লবমই। অদুবু হৌজিক্তি অপাম্বা মতম অমদি নুমিত্তা পাঙথোক্লবগী

চৎনবী অমা লাকপগুম তৌবে। চাক খাঙবগী থৌবম অসিনা নুমিৎ থা অদু য়াম্না ব্রাৎলিবা ওইববদি অশিবা অদুবু লানবিখিবা মাইবা অদুদা থানিল অমদি থাশি নুমিত্তা 'শিধা থিনবা' হায়বা অমা লৈখিদ্রবগী ইমুং মনুংনা পাঙথোকই। 'শিধা থিনবা' অসি তৌববোই হায়ববদি অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা 'খোইদৌ খাঙবা' হায়দুনা অমা পাঙথোক্কনি। খোইদৌ চাক খাঙব্রগা শিধা থিনবা অদু 'চাক খাঙবা' নুমিৎ য়ৌদ্রিবা ফাওবা পোথাবা য়াবে। অফবা নুমিৎ য়েংবা হায়বসিদা নুমিৎ অহুমখক লৈ। মপোক নুমিৎ, শিবা নুমিৎ, মশা তুম্বা নুমিৎ অসিদা চাক খাঙবা য়াবা থাবান, থাতেক য়েংলগা তৌনৈ।

চাক খাঙবা অসিদা শানা, ঙানা মনা মশীংনা মানা মানা কৎচনিংবা অমনা অদুম কৎনৈ। ঙল্লিঙৈ মতমদদি চাক খাঙবা অসি নুমিৎ নিনি চঙনা পাঙথোক্লবমই। ১। নুংদাং চাবা। ২। অয়ুক চাবা অসুম্না। হৌজিক্তি মতম্না অহোংবা লাকপনা চবা নাম্মদা খাঙনবে।। মসিদা কনাগুম্বা অবৈবশিংনা য়াম্না চাউনা খাঙখিবা য়াই। লৈজদবশিংনা খোইদৌগা মাইবগা পিক্লা খাঙজবসু অকায়বা লৈতে। (মফম অদু যাম্না চিনবা মফম ওইববদি অয়ুক্লা খোইদৌগা মাইবগা লাই ওইববা অহন খবা চাক ওইনা কৎচবগা নুংথিলদা তলনা, অতৈ অতৈনা মহুৎ শিন্নবা যাওনবে) চাকচা যুথক্তা ফোংনা চাবা, অহল-লমনশিংনা থকশি খাশি নাইনা চাই-থকই। লাকপা ঙমলোইদবা লৈববদি মচা মনাওশিংনা পাউ হায়নৈ।

কৎচগদৌবিবা চাক য়েঙ্খাং মথেল পুম্নমক থোং-থাকপা লোইববা, অহল লমলশিংসু শুনা লাক্লবা মতম অসিদা ইমুংগী লৈমবেল লাইথৌ লৈবা কা ফম্মাংগী লুখুম খবা ওইবপ্লা লৈখিদ্রবগী মিতম লাক্লুনা 'ফমদেংবা' হায়দুনা অমা তৌই। (শিবা নুমিৎকী মঙ্গাবকপা অদুদা ফমদেংবগী মবম পঞ্জগ্রে) মসিদা মৈশুবীশিংনা চাক লুক অমা অনি অহাও অথুমগা লোয়ননা কৎপিগনি। ইংখোল চিথেক মবিমক্তা লাইগী ওইবা চাকলুক অমমম থাকই। কোছোংদা মীয়াম চাবা অসিদা নুংশিৎ নোংহুম তোংদনবা কোছোং চাক থাদোকই।। মসি হঞ্জিল্লক্লবদি শুমাং লা থাবা য়াবে। চাক লুক লা থাবা অসি শীংলুপকী মৌ নহাশিংনা তৌই। হৌজিক্তি লৈকাই নহা (নুপানা) থানবসু য়াওবে। চাক য়েঙ্খাং মথেল পুম্নমক হাপ্পা লোইবে। অহন লমনগী চাকলুক পবেং অনিদি লাগী ফিদা থানবি। শঙ্গোম চুহি য়াওববদি চাকলুক লাগী মচিদা লা মচেৎ অমনা তপ তপ খজিক খজিক তাহন্নবম্মী। চাক্তী ফুল (মতুম) তাবগা হাপ্লবম্মী।

পুজারী অহল অমনা মাঙ্গোলদা ফন্নিবা লাই ওইববা অহলশিংদা কুম্লগা খুকমজদুনা চাক পাউগী হঙ্গৎচৈ - 'অহল লমন লাই ওইববশিং পুম্নমক শীনবা লাংবা লোইজবে।'

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

লাকপিবিবা অহল লমলশিংনা শাবম-ঙাবমগী মতুং ইন্না থকশি খাসি য়েংদুনা মথং মনাও নাইনা পুম্নমক ফম্না লোইবে। মতাঙ অসিদা লৈখিদ্রবগী মচা-মনাও (থৌবু)না অহলশিং ফন্নিবা মাইকৈ অদোমদা পবেং শানা খুক খুদক ষণশা লৈমাই পক্লা কুঞ্জবগা চাক কৎলী ঃ 'অহল লমন লাই ওইববশিংগী মফমদা লাই ওইখ্রবা ঐখোয়গী .... গী ময়াদা তাননবগীদমক ইমুং-মনুং ওইবা মচা মনাও ঐখোয় পুম্নমক্লা চেঙ মব্দ অমতং য়েঙ্গাং মনা অমতং থোং থাক্লুনা কৎচবিবা অসিবু হাওতা থুমদা য়াওববসু হাওয়ে থুম্মে অসুম্না লৌবিদুনা লাই ওইখ্রবা .... গী ময়াদা তাবা ওইবসনো হায়না মপু মাগী মফমদা কৎচবিয়ে।' পুম্নমক খুকমজবে। চাক কচ্চবিবা মীশিংগী মায় নোংচুপতা ওল্লগা কৎপা অসিনা অচুম্বনি লৌনৈ।

পুজাবী অহল অদুনা লেপ্লগা চাক কৎফম অদুদা খুৎ অনি লোম্নদুনা হায় 'ঈংনা তপ্না মপুগী লুকলেন ফংবিবসে।' অসুম্না শুমাংদা লা থাবসি অমুক চাবদা লোইদবা থোক্লবদি অহুম্নক শুনবা নৎত্রগা অমুক্তদা তোক্লবা তৌনৈ। অহুম্নক শুনবা চাকলুক থাববদি পুজাবীদসু চাক কচ্চগনি। অদুগা অহন লমনশিংদা চিংথ নাছুবা লৈহৌবিববা হায়না হঙ্গৎচহৌগনি।

চাবা থকপা লোইবগা দান ওইনা লানবিখিবা মাইবা, খোইদৌ অমদি অহল লমলশিংদা কৎনৈ। পু-জা-বী অহন্না মাঙ্গোলদা হান্নগী অদুগুম্না কুল্লগা অহল লমন পুম্নমক চাবা থকপা লোইজবে। হায়। অসিগী মতুংদা ঙসাইগী ফমদেংখিবা লাই অদু মৈশুবীশিংনা চাক লুক, অথুম অহাওশিং অদু কোম্বোংদা থাদোকই, ফিবোল অদুনা শুমাংদা মিতম অদুগা লোয়ননা থমই। অসিগী মতুং তাবদি লাই ওইখ্রবা . থব্রাই য়াইবিবেলনা ঈংনা চিক্লা লৈজকনবগীদমক ফিবোই ফিঙম লাইদা কৎলুববা লৈ অদু ইমুং মনুং পুম্নমক্লা শুমাংদা থোক্লুনা মচা মনাও অমনা পায়দুনা লেপ্লগা মাইবনা নোঙ্গা ঈশৈ শক শোন্দুনা অব্রাং কৌবা মপুগী মশাইকোন্দা মোইবুং খোঞ্জেলগা লোয়ননা থিনগৎখি। ঙমজবগা মথংগী ওল্লকপা চহিদা 'কুমওন খাঙবা' থৌবম অমা পাঙথোক্লবি।

## নোঙ্গা লম্বী তাকপা

হে, গুরু চিংউ ইবুংঙো অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা য়োইমনাই খুন্দা অহানবা, সনবিক মপান থাবিবা, নোংথ্রে মউ লিংলিবা, মী মবাম তাংনাইদবনা থোঙ শঙলিবা, শামু অঙৌবদা খুনেৎ খুদানবিবা, নুংপী শিদবদা খোংনেৎনবা নুংনাং নাদবদা খুদানবিবা লাইনিংথৌগী নতিক অবাবা নগুণ অহেনবব্ ননাই শিলৈবোম্বনা শৈহেক শৈথাজবা অশোই অবাল পুম্নমক ঙাকপিয়ু হায়না ননাইনা খুবাং চাংজৌ তবা লোন্ননা খুকমজবিয়ে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

১। চীংলেন নাম্বোম অমদি খাবা উলেন চীংনে।

২। চীংলেন নাম্বোম অমদি কোবৌ তত্তনা চুবিবা চীংনে।

৩। চীংলেন নাম্বোম অমদি তুবী অঙনবা লাইবেল অবেম্বনা হাথবা চীংনে।

৪। চীংলেন নাম্বোম অমদি নেমদ-শোইদ পুম্নমকপু হাকোকফম চীংনে।

৫। চীংলেন নাম্বোম অম্বদি পাম্না য়েক্লাবা কৈবেল য়েকদ্রেববু হাথবা চীংনে।

৬। চীংলেন নাম্বোম অমদি কৈবী য়েক শওম থাবাই দ্রাকপু হাকোক চীংনে।

৭। চীংলেন নাম্বোম অমদি শাতুক শাঙাং খুবিং খুবাই, য়োংমু য়োংশেলনা হাথবা চীংনে।

৮। চীংলেন নাম্বোম অমদি সনবিক পোক্লা চীংনে।

৯। চীংলেন নাম্বোম অমদি নোংঘ্রে পোক্রফম চীংনে।

১০। চীংলেন নাম্বোম অমদি হৈবাং খুৎশাবা, তাওজিং চুনববু হৈবাং মশীং শুনা পাল্লিবা চীংনে।

১১। চীংলেন নাম্বোম অমদি লিবিবেল য়াইথম পোক্লা চীংশাং নাম্বোম থন্না পাফম চীংনে।

১২। কৌবা চীংলেন নাম্বোম অমদি লাগী লাশিং শুনা ফুইবিবা চীংনে।

১৩। চীংলেন নাম্বোম অমদি চকমোম খাম্বী মৈয়াইবিকপু থোক্লফমনে।

১৪। চীংলেন নাম্বোম অমদি তলা অঙনবা পামেল অবোম্ববু ওংলিবা চীংনে।

১৫। চীংলেন নাম্বোম অমদি মালং অয়াংবা মোকহৌফমনে।

১৬। চীংলেন নাম্বোম অমদি পোম্বী চেক্লা থমচোকলা ফুইনফমনে।

কৌবা চীংলেন ১৬ মকবু ফুবিৎশুম লাকগুম হৈবা লাইনিংথৌ।
পুম্রি জাগোব অমদি তুবী লাইবেল য়াওল্লিবনে।
পুম্রি জাগোব অমদি তিংঙি খাবা চাক্তাবিবনে।
পুম্রি জাগোব অমদি ঙানু কাংঙা চাকতাবিবনে।
পুম্রি জাগোব অমদি লুপাগী থম্বাল শাৎলিবনে।
পুম্রি জাগোব অমদি সনাগী থম্বাল শাৎলিবা।

চীংউ অব্রাং কৌবা মপুগী মপোক লাংওন অমগী খোইবী খোইবা য়াল্লিবা সনা নখোং খুয়া খাদা নহান নোংদা শাবল কাইবু থোকখ্রবা খাম্বী মৈখু কাখ্রবা ... অসিবু লৈবাং লৈনম ওইনা চিংশিনবিয়ু হায়না মচা-মশু, মকুপ মপিচা, ইমুং মনুং ওইবা ঐখোয়না মিৎলু পিবাং পিবোইননা হে গুরু অতিয়া গুরু শিদবা কোবৌ নোংদোন থত্তা তাইবং থব্রাই পানবা পুম্নমকপু অশি নোংদম নোংখায়বিবা চিংউ সনা নখোঙ খুয়া খাদা নহান

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

নোংদা য়েক . . সলাই ... সিদা তাইবং কুম্মে য়াওববা / য়াওবশ্বী অসিবু চিংউ নখোঙ খুয়া খাদা চিংশিনবিবো হায়না ননাইনা থিনগৎচবক্লিয়ে। হে গুরু (নোঙ্গা লশ্বী তাকপা শক শোনবা তৌত্রবদি কুমওন তৌনৈ)।

নোংগা লশ্বী তাকপা থৌবম অসি তৌগে (পাঙথোক্কে) হায়ববদি হয়েং চাক খাঙবা লোইবগা তৌগদবা ওইবনা নুপা ওইবগা নুপাগী লাই ফি। নুপী ওইবগনা নুপীগী লাইফি অমগী মথক্তা, ফি অদুসু লা অমগী মথক্তা হাপ্লগা ফি অদুগী মথক্তা লৈ হুনগনি। নুপা ওইবগা লাংথ্রৈ মতোন ৩ থেৎথগনি। নুপী ওইবগনা লাংথ্রৈ মতোন ২ চিনখৎকনি। ঙসি অহিং ফমদেংফম অদুদা হুই হৌদোং শোক্তনবা তৌগনি। নোং ঙাল্লগা লৈ হুল্লম্বা অদু পুল্লপ্পা লৌখৎলগা লৈমবেল মনাক্তা ফজনা থমজিনগনি। অদুগা চাবা থকপা লোইবগা ফমদেংলম্বা লাই, পোৎ-চৈ পুথোকখ্রগা থৌবু মনুং অদুগী নুপা অমনা শুমাং মযাইদা মমাই অব্রাং পাংনা ওল্লগা ঙবাংগী লৈ হুল্লুবা অদু থাঙ্গৎলগা লেপই। মাইবনা মথক্কী নোঙ্গা লশ্বী তাকপগী তেংথাবা অসি লোইবগা মোইবুং খোঞ্জেলগা লোযননা থিনগৎখি। লৈ অদু মাইবনা ঈশিংদা ফুমগনি। মোইবুং খোংবসি ওঝা অমনা অহৌবগা অবোইবগা খোংবসু য়াওই। ওঝা অমনা অবোইবদমক খোংবসু য়াওই।

## থৌবম পাঙথোকপদা চময়বকপা

মতম লৈবা খিবিক্তা অহন্না য়েৎ থংগনি হায়বা লৈতে। চাক খাঙবগী, খুমিন পীবগী (চাক কচ্চবিবা মখৈ) চাক কচ্চবা মতমদা অহন লমন লাই ওইববশিংগা থৌবু অহন অদুগা তাইননা কচ্চগনি। মদুদা নহাশিংনা অহনগী য়েৎলোমদা লোয়না লৈনৈ। নুপীশিংসু য়াওগে হায়ববদি নুপীশিংনা তুং থংবদা পবেং অমা লেংগনি। অহন মথং মনাওদি নুপাগী অদুগা অমতনি। মফম অদুনা যাম্না চিল্লবদি চাক কচ্চগদবা অমনা কচ্চবগা কোন্না মথং মনাও নাইনা খুকমজবদা অকায়বা লৈতে।

থৌবু অহন অদুনা কবিগুম্বা চাক কচ্চবগী ব্রাহ্মে ব্রাতা অসি হৈবোইদবা লৈববদি মনাওশিং অমনা কচ্চবসু কায়দে। তৌবতবু পবেং শানা লেংবা ওইববদি অহনদি লাই ওইববা অহনশিংগা তাইননা থম্বীগনি। খুমিন পীবদদি নুপা অহন্না অহন ওইদবা য়াওবকই। নুপা নহানসু নুপী মচেম মনাওশিংদুগী নুপী অহন লৌবা ওইববদি নুপা নহানসু মানা-অহন ওইগনি। লৌখৎপা লাইতিন থাবদা নুপা নুপী পুন্না খুকমমিন্নবা তাববদি মতম পুন্নমক্তা নুপানা য়েত্তা অদুগা নুপীনা ওইদা পুংবা কায়নদনা খুকমনৈ। মসিদগী ওইগনি নুপাবুনা য়েৎকী লমদাং, নুপীবুনা ওইগী লমদাং হায়নবিবসি।

শুমাং ময়াইদা খুভম অমা লিংজদুনা ইবাৎ থৌনি থৌবম পাঙথোকপা তোয়না থোক্রে। তোয়না উবে। ফম্বিবিবা অহনশিং অসি য়েৎ থংবদা ফম্বা অসিনা লোইনমক অহন ওইবা নত্তে। য়েৎলোমদা মথং মনাও নাইনা ফম্বিবিবা অসিদসু নহাশিংনা ফম্বা পবেং লৈবি। খঙজিনবা তঙাই ফদে। অদুননি মীবক থোকপা লুই হায়নবিবসি।

মসিদা ব্রাবী, লাইবিক, ঈশৈ নোংমাই তৌদুনা শক শোনবা তোয়না তৌনবে। তৌনখিনি। মসিদা শেল থাবগী চৎনবী অমা ওইনা লৈনবে। শেলথা লাকপা থকসি-খাশিদা থাবিবা য়াওই। থওই উশিত্তনা মতা অমা ওইনা থাবিবসু লৈতবা নত্তে। শকমিন শোনমিন্নবিবা মী অতৈদা অমতা থাদদবীদা মী অমদা পুল্লপ্পা পৈশা মশীং থীবদৌনা তবাবক হন্না হঞ্জিন-হঞ্জিন থাবা য়াওবি। মীদু মশক ফজবগীবা ? নুংশিবগীবা ? মখোল তাবা নুংঙাইবগীবা ? তশেংনা লা অমদা পুন্না হাপ্লগা থাবদুনা মখল অমা ওইগ্রে। মাগীসি "মী উশিত্তবা লাই থওইদবা' হায়বদুবা ? ঐদি খল্লুবদা চমম্লে।

ফিজঙ খন্দুনা লাইশঙ অমা ওইনা লৈতেংলবা মফম অসিদা ইচল-ইচে, ইমা-ইন্দোলশিংনা লাইগী তিনগী ওইবা পোৎ পুবগা লাকচবা মতমদা অবাঙবা হায়ববা ? অবাঙফম হায়ববা ? অশিন-অবাঙ হায়ববা ? মানা খুৎ নাম্মকা তিংথোক্লদনা তাকপিবা চঙখি। মাঙ্গোল কাবমদাই হেক যৌবকপদা মখুৎ খুদোম্বীনা থিল্লগা ইমুংদা চঙখ্রো হাযবগী খুদম পী। পোৎ থমফম অদুদি তাকপিখিববা খঙদে।

লাইপোৎ পুবীশিং ইমুংদগী মপান্দা থোবক্লে। ঙাইহাক চমম্লে। কদোমদা থোকসিগে? অবাঙবসু হন্দক্তি তাকপিদ্রে। খোঙবাললোমদগী অযাকপা খোঞ্জেলনা লাউবকই। হান্নগী চঙলকফম অদুদা থোকখোনহে। অমনা ওইগীদুদা থোকখোনহে। অসুম্না লাউবী। ফজনা তাকহঞ্জনিংই। তশেংবদি ওইবোমদা থোকখিবদুনা অচুম্বনি লৌনৈ। মযাই লেপ্লা যুম্বীবেল অদু চঙবা থোকপা অনিমক্তা ঐগী য়েত্তা লৈগনি।

শাবি শানৌ অনিগী পুন্সি লৈপুন শেম্বদা লৈ কোয়বা হাযদুনা অমা তৌবিবা অসি ওঝা মাইবা অমনা ক্লোক ব্রাইজদা কোয়। ওঝা মাইচৌ অমনা এন্টি ক্লোক ব্রাইজদা কোয়বি। অনিমক ইচুম চুমই। অমনা হায় ওইবোমদা কোয়বদি অশিবগীনি। য়েৎলোম কোযবনা অচঙবগীনি। মানা মানা নিংখিবা অদুনা অচুম্বা ওইবি। নুপা নুপী দম্বা লাংফমগী ফমফম য়েংবদা নুপানা য়েৎলোমদগী থীবা হৌই। নুপীনা ওইবোমদগী হৌই। অঙাং নুপা নুপী অনি হেক পোকপগা নোংমতদা পোক্লবসু ফমফম মান্নদে। নুপানা কৈ তোংলগা য়েৎলোমদা কোয়। নুপীনা ষণ তোংলগা ওইবোমদগী কোয়বা হৌই। কবম্বনা চুল্লিবা? কবম্বনা লাল্লিবা? অনিমক ইচুমদা চুমই। ঐদি চমম্লে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

কবিগুম্বা যৌবম অমা পাঙথোকপদা চমম্লবা, চয়েৎনবা, চনৈনবা তোয়না থোকপা থেংনৈ। উনৈ। নহানগীদুগা ঙবাঙগীদুগা মান্নদে। ঙবাঙগীগা ঙসিগীগা মান্নদে। ঙাঙনৈ শোন্নৈ। মমৈদা অসুম্না হায়- মসি তৌবিয়ানিদা (তৌবিঙৈ য়াবদুবু তৌবিয়া) ফবেনে অমক্কসু য়ানশিল্লক্লবদি মদুবুনা ''তৌবিয়ান'।

---

তশুবা শন্দুপ

যুম অমগী যৌনি যৌবম নুংগী ওইবা ব্রাফম খরা

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## নাৎকী ওইবা য়ুম অমা শাবা

মী অমা ওইনা পোক্লিবা ঐখোয়সে লৈননবগীদমক য়ুম অমদি তঙাই ফদ্রি। য়ুম অমা শাবদা পাঙ্গল চঙই। পোৎ চঙই। পৈশা চঙই। ব্রাখল চঙই। শানিংই হায়দুনা য়ুমসি হেক্তা শাবা য়াবা ওইবমদ্রি। শাদ্রবসু লৈনবা লৈবোইদৌবি। শাবা তাববদি অমাইবা, পাঞ্জি, অখঙ-অহে তানবা মথৌ তাবকই। য়ুম অমা শাকবদা য়ুমদুদা যাম্না নুংঙাইনা খুয়া তুসিৎনা পানখিবা কযা লৈ। য়ুম অমা শাকবদা মদুদা অনা অয়েক, ব্রাথোক, লাম্থোক তোইনা থোক্তুনা পৎ তৎখিবা য়ুমসু লৈ হায। অদুনা য়ুমসি শাবা তাববদি পুক্রিং ঈংনা তপ্না, ইমুং মনুং পুকজেল খোযজেল তিন্ননা খন্থবিবগা শাবা তঙাই ফদে। মসিদা মাইবা পাঞ্জিশিংনা তাকপিবস্না খবা পুক্রিং লৌশিং ওইমিন্নসি।

য়ুম শাগদৌবিবা ইশাগী চহীদা য়ুমশাবোন লৈব্রা? ফম ফম্না মপালদা কবি ফন্নিবা? মনুংগী ফম ফম্না কবিদা ফন্নি? অসিনচিংবা কযা কুপ্না য়েংবিগনি। ইশাগী চহী মতাঙ অসিদা শাবা য়াবন্নবদি ফবে/য়াবমদবা মতাঙ অদু থোক্লন্নবদি ঐগী ইমুংগী মিংদা শাবা যাবিব্রা হায়দুনা মাগী চহী মতাঙ, ফম ফম্নচিংবা অমমুক যেংথবিগনি। মাগী অসিদসু যাবমদবা থোক্লবদি মথংগী ওল্লকপা চহী অমা লানবা ফাওবদং ঙাইবিবগা অনি অসিদগী অযাবা অমগী মিংদা শাবিবা ফগনি। লৈননবা শুকলৈ লৈতবমক নত্রবদি ৭/১০ থোক্লা খন্থবিবা চুমগনি। নত্রগনা শাদবসি শুকয়ামক যাবোইদবা লৈববদি য়ুম অসিদি শাবিববা অদুগা নীংথিনা য়ুম অসিগী উবেপ উযুং তম্বিগদবা মফম অদু নীংথিনা খজি ক্তং খাক্লগা থম্বিবগা য়াবকপা চহি মতাঙ অদুদা য়ুম শঙ্গাবা (য়ুম চঙবা) নুমিৎ অদুদা তৌবিফম থোকপা পুম্নমক পাঙথোকপিয়ু। য়ুম শাবা য়াবগী, য়াদবগী মতাঙ অসি ঐখোয়গীগা মীগীগা অমাইবশিংগী পুক্রিংদা খেন্নবা খবা লৈবগুম উই।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

খেন্নবা অদু অমুক্তং য়েংসি:-

১বা মওং। ঐ ইশাগী চহীনে, ঐগী থব্রাইমিচাক্কী মশীংনে, ১৫নে পুন্না তিনশিনগনি। ৮ না য়েনগনি। ১ লেম্বা লন থুম, ওইজ ওইথক ফংজেয়ে। ২ লেম্বা মৈদগী অকিবা ফংউ হায়বা লৈ। ৩ লেম্বা মাই পাকপা, থবক পাঙবা ওই। ৪ লেম্বা কান্নদবা অবেম্বা ওইয়ে। ৫ লেম্বা মহৈ চাবা, লাইবক ফবা ফংজেয়ে। ৬ লেম্বা ইমুং মনুং তুবৈ, ইবৈ চেল্লে। ফম্মাঙ হাঙদনা না য়েকয়ে। ৭ লেম্বা লন থুম মবাঙ কায়না চঙলকই ফৈ। ০ লেম্বা অদিংঙানে। যুমশাবোল পীদে।

১বা মওংগী অসি হোত্তোক হোৎচিল তৌবদা ঐখোয়গী অমাইবা পাঞ্জিশিংনা যুমশাবোল পীবদা খবা লুনা থোকপগুম তৌই। মবমদি ঐখোয়গী মী অযাম্বা কুঠি লৈদবা (অয়াম্বা মীনা পায়নদে) অসিনা মবম ওইবি। যুম্বু ওইবিবা মী অসিনা পোকপা নুমিৎ, থাবান, কবম্বা থব্রানমিচাক্লা পুবনো হাযনা খঙবা চঙলক্লে। অবিবা খুৎপাই য়েংবা মথৌ তাবক্লে। যুম শাবা হাযবা অসিমক্তবু মযুম মগৈ পাল্লবা চহী ৩৫/৪৫ অসিগুম্বা মীওইনা অয়াম্বনে। অদুনা চহী অসি হঙ্গৎনা খুৎপাইদা থিবা অমদি যেংবা তঙাই ফদনা চঙলকই।

২বা মওং/ঐ ইশাগী চহী কয়া শুববা? ফম ফম্মা মপালদা কবি ফন্নিবা? মনুংদনা কবিদা ফন্নিবা? যুমশাবোল লৈবা ফম ফন্না? হায়বনচিংবা অসিদা মপুঙ ওইনা যেংনৈ। ফম ফম যেংবদি নুপানা কৈদগী থীবা হৌবগা য়েৎলোমদগী কোয়না থীবিগনি নুপীগীনা শলদগী থীবা হৌবিবগা ওইবোমদগী কোযনা থীবিয়ু। চহী মশীং অদুদা তাবদু মশা মশাগী ফম ফম্নি।

হৌজিক যাম্না লুনা লৌনবিবা অমনা মপালগী ফম ফমদি লাই। মনুংগী অসিনা হেন্না লুবনে হায়না ঐখোযগী অহনশিংনা হায়নবা অমা লৈ। মনুংগী ফম ফম য়েংবদি নুপানা যেৎলোমদা চৎপা, নুপীদা ওইবোমদা চৎপা অদুদি চপ মান্নে। থীবা হৌগদৌবিবা অদুদি মাগী মাগী মপোক নুমিৎ অদুদগী হৌনা থীবিগনি। চহী মশীং অদুনা তাকবিবা মফম অদু মাগী মাগী ফম ফমনি। মসিবুনা মনুংগী ফম ফম যেংবা হাযনৈ। য়েংননবগীদমক খুদম অমা মখাদা থমজবে-

## মপাললগী ফম ফম

**নুপা-নুপী অদুগী চহী মতাঙগী ফম-ফম/য়াইরেক-য়াইফম, য়াবা-য়াদবা য়েংনবা।**

| নুপা ফম<br>মৃত্যু হুরানবা<br>মৃত্যুবেল<br>য়েক্লবা | কৈ<br>কৌব্রু<br>নোংপোক<br>চিংখৈ | কাকয়েন<br>নোংপোক<br>চিংখৈ<br>অবাং | তোকপা<br>মৈবম<br>অবাং<br>কৌব্রু | শামু<br>শম্লোং<br>কৌব্রু<br>নোংচুপ | শল<br>চিংখৈ<br>নোংচুপ<br>শম্লোং | লিন<br>নোংচুপ<br>শম্লোং<br>মখা | উচি<br>অবাং<br>মখা<br>মৈবম | নোংশা<br>মখা<br>মৈরম<br>নোংপোক |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
| | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ |
| | ১৭ | ১৮ | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ |
| | ২৫ | ২৬ | ২৭ | ২৮ | ২৯ | ৩০ | ৩১ | ৩২ |
| | ৩৩ | ৩৪ | ৩৫ | ৩৬ | ৩৭ | ৩৮ | ৩৯ | ৪০ |
| | ৪১ | ৪২ | ৪৩ | ৪৪ | ৪৫ | ৪৬ | ৪৭ | ৪৮ |
| | ৪৯ | ৫০ | ৫১ | ৫২ | ৫৩ | ৫৪ | ৫৫ | ৫৬ |
| | ৫৭ | ৫৮ | ৫৯ | ৬০ | ৬১ | ৬২ | ৬৩ | ৬৪ |
| | ৬৫ | ৬৬ | ৬৭ | ৬৮ | ৬৯ | ৭০ | ৭১ | ৭২ |
| | ৭৩ | ৭৪ | ৭৫ | ৭৬ | ৭৭ | ৭৮ | ৭৯ | ৮০ |
| | ৮১ | ৮২ | ৮৩ | ৮৪ | ৮৫ | ৮৬ | ৮৭ | ৮৮ |
| | ৮৯ | ৯০ | ৯১ | ৯২ | ৯৩ | ৯৪ | ৯৫ | ৯৬ |
| | ৯৭ | ৯৮ | ৯৯ | ১০০ | ১০১ | ১০২ | ১০৩ | ১০৪ |
| নুপী ফম<br>মৃত্যু হুবানবা<br>মৃত্যুবেল<br>য়েক্লবা | ষণ<br>কৌব্রু<br>মখা<br>শম্লোং | শামু<br>নোংপোক<br>শম্লোং<br>নোংচুপ | তোকপা<br>মৈবম<br>নোংচুপ<br>কৌব্রু | কাকয়েন<br>শম্লোং<br>কৌব্রু<br>অবাং | কৈ<br>চিংখৈ<br>অবাং<br>চিংখৈ | নোংশা<br>নোংচুপ<br>চিংখৈ<br>নোংপোক | উচি<br>অবাং<br>নোংপোক<br>মৈবম | লিল<br>মখা<br>মৈবম<br>মখা |

**মনুং অমদি মপাললগী অনিমক য়েংনবা**

| | | |
|---|---|---|
| উচি<br>৮ | লিন<br>৬ | নুপী<br>১ শল |
| নোংশা ৫ | ফম/ফম | ২ শামু |
| ৭<br>নুপা কৈ | ৪<br>কাকয়েন | ৩<br>তোকপা |

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## করম্মা নুমিৎ খঙগনি?

১। নোংমাইজিং, ২। নিংথৌকাবা, ৩। লৈবাকপোকপা, ৪। য়ুমশকৈশ, ৫। শগোলশেল, ৬। ইবাই, ৭। থাংজ / অসুম্মা মশীংদসু খঙনৈ।

## য়ুম শাবা য়াবা/য়াদবা ফম ফম

ফম ফম উচিদা ফম্বা খ্বাইদগী ফবা, লন থুম চঙবা, হৈ শিংবা ওই।
ফম ফম শলদা ফম্বা য়ুম অদু মপুক ইং তপ্পা ওই/খংনা চৈনদনা পাল্লি।
ফম ফম তোকপদা ফম্বা মানা শুজমল, নোমজমল মহৈ চায়।
ফম ফম লিলদা ফম্বাময়াই ওইনা ফৈ।
ফম ফম কাকয়েন্দা ফম্বা তঙাই ফদ্রবদি শানৈ।
ফম ফম নোংশাদা ফম্বা মহু ময়াই কল্লি/য়ুম্মা ঙম্মী।
ফম ফম কৈদা ফম্বা মচিং মশোন পুবা য়ুম্লি।
ফম ফম শামুদা ফম্বা য়ুম অদুদা হঞ্জিন্নিংদে। তৌহৈদে।

মপালগী ফবল্লবসু মনুংগী ফম ফবমদ্রবদি মসিবুসু অথিংবা থমই। ফম মনুং অমদি মপাল অনিমক্তা ফবা অদুনা খ্বাইদগী অথোয়বা য়ুম্লি হায়নৈ।

শাবা য়াবা চহী, শাবা য়াবা ফম ফম থোক্লববদি য়ুম অসি শাবা তাবে। ঐ ইশাগা পক্লবা নুমিৎ, অফবা থাবাল য়েংবিবগা উবেপ উয়ুং তম্বিনবা অমাইবা, পাঞ্জি অমগা নিংথিনা তানবিগনি। ঙল্লিবৈঙে মতমগী য়ুম শাবদদি হয়েং উবেপ উয়ুং তমগনি হায়বগী নুমিদাং ব্রাইবম (নুমিৎ তাফাৎদ্রিঙৈ) অসিদা য়ুম শাবিগদবা, মীওইশিং, লৈকাইগী অখঙ অহৈশিং, মাইবা অমদি য়ুম্বু পুন্না তানমিন্নবগা পবিং হুনবা (পবিং থাবা) হায়দুনা পাঙথোক্লবমই। য়ুমসি কা কয়া শাগনি? কয়া য়াম্না পাক চাউগনি অসি পুম্নমক ওম্থোকপনি। ওন্নবসু হৌজিক্কী ফুটকী চৎনবী অসিদা তৌনবগী থোইনা মমি তাদে। শাগতৌবিবা য়ুম্বু অদুগী কাপশীং লমশীং অদুদা ওনবনি।

ওন্নবগী মওং লম ১, থকায় - ১, নপ তৈফম ১, খুনিং ১, খুপোম ১, কাপ ১, হুই ১, খুদোল ১/২ অসুম্মা মা মশাগী হকচাং কায়াৎ অদুদগী ওল্লগা মবাক ময়ুংনচিংবা লৌবগা শানবমই। অসুম্মা য়ুম অমা শাননবগী কায়াৎ ওম্থোক ওনশিন তৌবগা কা মশীং, অশাংবা, অপাকপা খঙদোকপা অসিবুনি।

'পবিংগী মপুদি মার্জিংনে/মমিংদি য়েসনা কোংতিংবা কৌয়ে।' পবিং থাদ্রিঙৈদা মমিং অসি শোল্লো। উবোং (চুক) থাদ্রিঙৈদা শোনবদি য়ুম অমগী থৌনি থৌবম নুংগী ওইবা ব্রাফম খবা- ১। মৈবম থংবগী মমিংদি লৈশাতাও

কৌয়ে। ২। চীংখৈ থংবগী (কাজিলগী) মমিংদি নোংশাতাও কৌয়ে। ৩। মোইবাং লাইজি থংবগী মমিংদি লোইখোমতাও কৌয়ে। ৪। কৌব্রু থংবা কাজিলগী মমিংদি নোংখোমতাও কৌয়ে। উবোংগী মপুদি থব্রানমিচাক নিংথৌ শিদবনে। যেংদৌ চুক্কী মচিলদা শোল্লো। হেক শোনবগা য়ুংগনো। অফবা পুংফম, খেনফম য়েংলগা ঈংনা তপ্পা পায়বিবা মী অদুদা য়ুংহল্লো। হযেং উবেপ উয়ুং তম্বদসু মসি শোনগনি। মসিমসু শোনবিগনি 'য়ুম্বীবেলগী মমিংদি মানচিবা কৌয়ে। মাগী মপা অমদি খোংনাং ঈশং চাইবা (ঈখৈ চাইবা) কৌয়ে।'

অসুম্না অখঙ অহে অমাইবশিংনা পবিং হুল্লিঙৈসিদা হযেং উবেপ উয়ুং তম্বদা উহৌ ওইগতৌবিবা উ নত্রগা নুঙ অদু অফবা মীওই অমনা (তেক্তা কায়দবা, মচা নুপা নুপী মথং মনাও নাইনা পোকপা) উ য়ৈবা হাযদুনা নীংথিনা শেমহনগনি। শাহনগনি। অদুগা উহৌ তমগতৌবিবা মফমদু যাম্না ফজনা, নীংথিনা শেম্নগা থম্বিবমগনি। থৌবম অসি লোইবগা য়ুম্নুনা শিংজু শুবগা পীজ পীথক তৌনবম্মী।

হযেংগী উবেপ উয়ুং তমগতৌবিবা অসিদদি অমাইবা অদুগী পুংফম খেনফম, নুমিৎ থা, থাবান অদুগী মতুং ইন্না অযুক্কী, নুমিদাংব্রাইবমগী অফবা মতম লেপ্পখিবা অদুদা তৌনৈ। অদুগা উহৌ মকোক ইনবা, উ হৌগৎপা অদুগী তমকসু অফবা মীওই ৩/৫ যুন্নুনা হাযজবগা (নেকচবগা) যাওহন্নে। মাইবগী দান তৌবদা মখোযদসু তৌবিগনি।

**য়ুমফম য়েংবা, কাবল য়েংবা**

**ইংখোল অমদা য়ুমফম ৯ থোক্না খায়দোকই।**

| চিংখৈ লাংজা | নোংপোক ফিবাল | মৈবম মৈখু |
|---|---|---|
| অব্রাং শামু | ময়াই শঙ্গাই | মখা নোংশা |
| কৌব্রু লোলা | নোংচুপ তম্ফা | শম্ভোং লমহুই |

**য়ুমফম ৯ অসিদা য়ুম শাবা ফবা ফত্তবা**

শঙ্গাই য়ুমফমদগী খবা হস্থনা তমফা য়ুমফম লোমদা চঙশিন্না শঙ্গাই য়ুমফমসু শোক্না শাবা য়ুম অফবা, খ্বাইদগী ফবা য়ুম্নি। নোংশা লমহুই য়ুমফম অসিদা শাবা য়ুম মযাই ওইনা ফৈ। লোলা য়ুমফমদা শাবা য়ুম কয়া পাঙদে।

লাংজা, ফিবাল, মৈখু, শামু, অসিনচিংবা য়ুমফম অসিদি যাববদি সুকশোক শোক্লুদবনা ফৈ। অদুবু হৌজিক্কী ইংখোল চাউনদবা অসিনা মবম ওইবগা য়ুমফম ৯ অসি থোইনা থিনবা উদ্রে।

কাবন যেংবা হায়বগা কাবন ২ থোক্লা খায়দোকপা য়াই। অমনা লমজাউ কাবন। অসিনা ইঙ্খোল অদুগী কাবন অদুনা তাবা মফম অদুনি। ইঙ্খোল কাবন অসি থোঙজিন কান্থোকপদা থম্বা নত্রগা য়ুমগী ইজুম তাফমদগী খুবোম অমা চৎথোক্লগা থম্বা ফৈ। ইজুম তাফম চপচানা থন্নবদি অঙাং তাগল্লী। খাঙেনফমদা থম্বসু তৌহৈদে। মমাঙ শঙ্গোইগী ইজুম তাফমদা থম্বা য়াই। মনিং থোঙগী ইজুম তাফমদা থম্বা কাযদে। অনিশুবা কাবন অসিনা য়ুমগী কাবন্নি। য়ুমদুনা ইতিং তিংনা শাবা ওইববদি তাফম অদুদা অদুম তাজবে। অদুগা কা যাম্না খাযদোকপা য়ুম ওইববদি উহৌ তমফম, ইমা লৈমবেল, লাইনিংথৌ সনামহী, ইবেন ইমোইনু অহোঙবী, য়ুম্লুবেন, য়ুম্লুবেম্বীগী, কা অসিমতংদা কাবন থম্বা অসি চৎনবে।

## উরেপ উয়ুং তম্বা (উহৌ তম্বা)
## কেতুনা লৈখুন চঙবা থাবালশিং

শজিবু থাগী ৬/৭ নি পানবা, কালেন থাগী ১০/১১ নি পানবা, ইঙা থাগী ৬/৭ নি পানবা, ইঙেন থাগী ৪/৫ নি পানবা, থৱানগী ১০/১১ নি পানবা, লাংবন থাগী ৩/৪ নি পানবা, মেবা থাগী ৬/৭ নি পানবা, হিযাঙ্গৈগী ১০/১১ নি পানবা, পোইনুগী ২/৩ নি পানবা, ৱাকচিং থাগী ৬/৭ নি পানবা, ফাইবেল থাগী ১০/১১ নি পানবা, লমদাগী ২/৩ নি পানবা অসি পুম্নমক কেতুনা লৈখুন চঙবা নুমিৎ থাবালশিংনে লৈপাক তৌহৈদে। পুষ্প্রি তৌবা, গুনিযা তৌবা, অমদি থোংখোঙ তৌহৈদে।

## য়ুম শাবা মাকমৈ নামুংবা

শজিবু থাগী ৬/২১ নি পানবা, কালেন থাগী ১৪/২৯ নি পানবা, ইঙা থাগী ৬/২৩ নি পানবা, ইঙেন থাগী ৬/২১ নি পানবা, থৱান থাগী ১০/২৫ নি পানবা, লাংবন থাগী ৮/২৩ নি পানবা, মেবা থাগী ১২/২৭ নি পানবা, হিয়াঙ্গৈ থাগী ১/১৫ নি পানবা, পোইনু থাগী ২/১৭ নি পানবা, ৱাকচিং থাগী ১২/২৭ নি পানবা, ফাইবেল থাগী ১৪/২৯ নি পানবা, লমদা থাগী ২/১৭ নি পানবা নামুংবা থাবাল অসিদা লাইগী ওইবা থবক থৌবম পাঙথোকপা তৌহৈদে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## লৈশা লৈবা

শজিবু ২১ নি, কালেন ১৯ নি, ইঙা ১৭ নি, ইঙেন ১৫ নি, থৱান ১৪ নি, লাংবন ১১ নি, মেবা ৯নি, হিয়াঙ্গৈ ৭ নি, পোইনু ৪ নি, ৱাকচিং ২নি, ফাইবেল ২৬ নি, লমদা ২৪ নি ৩০ নি (থাশি) নুমিৎসু লৈশা লৈ। তিন, কাঙ, লৈশৌ কল্লী তৌহৈদে।

## উহৌ মকোক মাইথোন অফবদা ইনবা

থৱান, লাংবন, মেবা থা অহুম অসিদি লাইনা মকোক নোংপোক পাংএ। মমাইনা অৱাংদা ওল্লে। উহৌ মকোক মোইবাং লাইজি/চিংখৈদা ইল্লো।

হিয়াঙ্গৈ, পোইনু, ৱাকচিং থা অহুম অসিদি লাইনা মকোক মখা পাংএ। মমাইনা নোংপোক ওল্লে। উহৌ মকোক কৌব্রু/মৈবমদা ইল্লো।

ফাইবেল, লমদা, শজিবু থা অহুম অসিদি লাইনা মকোক নোংচুপ পাংএ। মমাইনা মখা ওল্লে। মোইবাং লাইজিদা ইল্লো। কালেন,ইঙা, ইঙোন থা অহুম অসিনা লাইনা মকোক অৱাং পাংএ/মমাইনা নোংচুপ ওল্লে/উহৌ মকোক কৌব্রু/চিংখৈদা ইল্লো।

অসুম্না যুম শাবগী উবেপ উযুং তম্বা (উহৌ তম্বা) অসিদা লাইগী মকোক অমদি মমাইগা মাইযোক্লদনবা যেংলগা উইন তম্বিগনি। অদুগা কনা কনাগুম্বশিংগী ফিবাল হাইকৎপা (চিংখৎপা) মতমদসু লিক্লম অসি ঙাক্লা চৎপিকনি।

## উহৌ তম্বা নুমিৎ

উহৌ তম্বা নুমিৎসি থাবাল মাকমৈ অফবা যেংলগা তৌনৈ। মীনা হাযনবদা অফবা নুমিৎপু লৈববা? ফত্তবা নুমিৎপু য়াওববা? অফবা থবক তৌববদি ইফতা ফৈ হায অদুবু লাইবিক্তা ফত্তে হায়না ইবম্বা থেংনৈ। পুক্লিংদা নুংঙাইদবা অমদি অদুম ফাওই। ফৈ হাযবগনা পুক্লিং নুংঙাই। সুবিকা, য়ুমশাবোন্নচিংবা লাইবিকশিংদা থা অমগী মনুংদা য়ুম শানবা উহৌ তম্বা অফবা নুমিৎ থাবাল অসি য়ামদে। শুপ্লতগী ৩নি, ৫নি, ২১ নি অসিদি ফৈ হায়না ইবা থেংনৈ। অতৈ থাবালশিংদি অফবা মবম অমতা ইবা থেংনদে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## নুমিৎ তরেৎনিগী অফ-ফত্ত পুংফম

**নোংমাইজিং** - অয়ুক পুং ৪:৩০ দগী পুং ৬:০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ১:৩০ দগী পুং ৩:০০ ফাওবা ফৈ। ফিবোল শেৎ চাববদি অঙাঙ অব্যাক খবা যাওবা অসিনা ফৈ।

**নিংথৌকাবা** - অয়ুক পুং ৩:৩০ দগী পুং ৬:০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ৪.৩০ দগী পুং ৫:৩০ ফাওবা ফৈ। নুংশিবা লৈ মনম তাবা অমদি চিল্লগা চৎপা কান্নগনি।

**লৈবাকপোকপা**- অয়ুক পুং ৩.৩০ দগী পুং ৬·০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ২.৩০ দগী পুং ৪:৩০ ফাওবা ফৈ। চৎথোকপদা ইশাগী পোৎ চৈ শুবববা? শুদ্রিববা? খন্থবগা চৎপা কান্নগনি।

**য়ুমশকৈশ** - অয়ুক পুং ৫.০০ দগী ৮.০০ ফাওবা, নুথিল পুং ১.৩০দগী পুং ৩:০০ ফাওবা ফৈ। থাও মনম নুংশিবা তৈবা মনম নুংশিবা খুদিংমক শিজিন্নবা কান্নে।

**শগোলশেল** - অয়ুক পুং ৪·৩০দগী পুং ১১:০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ৩:০০ দগী পুং ৪·০০ ফাওবা ফৈ। চৎলম খোৎলমদাইদা অথুম্বা চাবা অফবা, ওইজ ওইথক ফংঙে।

**ইরাই** - অয়ুক পুং ৪ ৩০দগী পুং ১১ ০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ১:৩০ দগী পুং ৫·০০ ফাওবা ফৈ। পুক্লিংদা পোৎ চিৎথ-নাম্থ লৈবগুম্মা তৌগনি। পুক্লিং ফাথনা চৎপা থোইদোক্লা কান্নে।

**থাংজ** - অয়ুক পুং ৭ ০০দগী ১১:০০ ফাওবা, নুংথিল পুং ৩·৩০দগী পুং ৭:০০ ফাওবা ফৈ। ইমুংগী নুপী অঙাংদা অফবা পাউতাক পীবল্লগা চৎপা হল্লকপদা যাইফে।

অফবা পুংফম খেনফম মথক্তা পীবিবা মতম অসিদা থৌবম খুদিংমক পাঙথোকপদা অফবা, নুংঙাইবা, মীথোই মীহেনবা, নীংবা থুংবা লনকুপী।

## উহৌগী পোৎচঙ

উহৌগী ফিবোই ১, (নুঙ, চেক ওইববদী যাওনদে) খোইক থাওমৈ ১, ফিবোল ১, হৈকক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, মেক্রুক, চেঙ, থোইদ্রিং অমুবা তিংথৌ মতোন খবা, তাইবেল মনা অহুম লোঙবা মশা ৩, তবেৎ শেঙ্গা ১, শঙ্গোম খবা, চুহী খবা, লফোই ১, ক্বা মব্ধ মনা ১/১ (ঈবাৎফুদা হাপ্পবা) সনা লুপা কোনয়াই মাইবনা চনবিগনি)

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

পবেং শানা মথং মনাও কায়দনা থম্বিগদবা পোৎলমশিং:- ফিদা ১, ঈবাৎফু ১, হৈকুক অথেনপোৎ ১, ফৌ শঙবাই অচোনবা ১, ঈশিং পুল অথনবা ১।

অসি পুম্নমক শেম্বা শাবা লোইবগা য়ুম্বু অমদি অমাইবা অনিনা হায়নখিবা পুংফম অদু য়ৌবকপদা মাইবনা ঈক লাইশোন, অকোকলোন, নাহৈ নাশেংলোন শোনবিদুনা য়ুম্বুনা পুক্লিংদা য়ুমসিগী মখাদা নুংঙাইনা, খুয়া তুশিৎনা পানবা ওইজগে হায়না নীংজবগা খুকমজগনি। (মাইবনা শোনবিগদনা লাইশোন তিনশোন অদুদি পবিং থাবদা য়াওখিবা অদুদা লৈশি লৈথোল খবা হাপ্লগা তৌবিগনি।) নুমিৎ অসিগী উহৌ মকোক কদোমদা ইনবনা ফবনো য়েংলগা ঙবাংগী হাযজখিবা মীওইশিং ৩/৫ না ইনবিদুনা উহৌ তল্লে।

য়ুম্বুনা উহৌ অদুদা য়েৎলোমদগী অহুম্লক কোযবগা নুংঙাই যাইবী মবাং কাযনা পাঞ্জগে নীংলগা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা খুকমই। য়ুম্বুবেম্বীনা খ্বাংদা খ্বাংজেৎ শেৎ, কোক্তা কোকশেৎ শাদুনা উহৌ মখোঙ অদুদা কোযনা অহুম্লক শুক্লা শুজিল্লী। মানসু য়ুমসিগী মখাদা নুংঙাই যাইবী মবাং কায়না, ঈংনা চিক্লা পাঞ্জগে নীংলগা খুকমগনি। (কনাগুম্বগী নাম্মা তাবা যাওববদি মচা মনাও অমনা মহুৎ শিল্লগা পাঙথোকপিবা কাযদে।) লোইবকপা মতম অসিদা মাইবনা পোৎ মঙা পবেং শানা থল্লিবা অদুদগী অপাম্বা পোৎ অমা খল্লগা য়ুম্বুবেম্বীদা লৌশিল্লু হাযনা তাকপিগনি। লৌশিনখ্রবা পোৎ অদুদা মাইবনা যুমসি ফগনি ফবোই হাযবগী খুদম চাংদম খবামখৈ খজই হায়৷ (কবম্বা পোৎ লৌশিনবনা ফৈ হাযবদুদি অমাইবশিংগী খুদম চাংদম য়েংননবা লাবৈ লাখুপ ওইনা থমজবে। অদুননি অহন মনাক্তা ফম্মু হায়নবিবসি।) মাইবা অমদি উইনবশিংদা দান তৌবিগনি।

য়ুম শাবদা উহৌ, উহৌ পাবা য়ুম্বী, মীনাই য়ুম্বী, লোই সনা য়ুম্বী, খাঙপু, যাঙ, শুক্তু অতেনবা, থবাক খাঙ অতেনবা-অশাংবা, মাযগৈ, লোযখাঙ, লোইখোম, খাঙেন, উবা, হুমতাং, (মাঙ্গোল ফমলেনগী উখোকতেল, মাংশোক্কী উখোকতেল) অনি অসিদি ইমুংলোমদা কোনশিনবা উনা য়ুংনৈ। উ খুদংম্মকসু অখন্নবা উনা তৌনৈ।

য়ুম শাবগী মওংদি য়ুংনা শাবা য়াই। ফৈনা শাবসু শানৈ। মাগী মাগী অপাম্বা মওং অদুনি। মক ওইনা ওন্নবিবা মাইওন্দী নোংপোক্তা, মখাদা ওনবা অসিনা অযাম্বনি। লম্বীগী ওইনা য়েংলগা মমাই অৱাং, নোংচুপ ওনখিবসু যাওদবা নত্তে। অদুবু লাইগী, তিনগী ওইবা তুম্বা হিপ্লা মতমদদি নোংপোক্তা ওনবা, মখাদা কোক ওনবা অসুম্না তুম্নৈ, হিপ্নে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ইনাক কৈবাক খুনবা মীগীদি য়ুমসি মখন মখা অচৌবা, য়াম্না চাউবা অসুম্না শানৈ। অদুবু তঙাই ফদনা কা খবদি শাবা চঙই। উহৌ কা, (ফমজাও কা) য়ুম্বুবেম্বীনা তুম্নফম কাসিদা লাইগী ওইবা খুবম খবা লৈ। ইমা লৈমবেল শিদবী (য়ুম্বুবেলনা তুম্বগী খোইদৌ মপা) ফুঙ্গা লাইক, ইবেন ইমোইনু অহোঙবী, থৌবোম কা (মচা নুপা অহন্না তুমফম) নিঙোল কা (মচা নুপীনা তুমফম) মনিং কা, কা অসিদা সম্থোং পুঙমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ খুবম, শগুন থোঙ থম্মী। মচা নুপা, নুপী ওইববসু অমনা অদুম তুম্বা কায়দে। মাঙ্গোল কা, অসিদা যেৎ থংবা অসিবুনা ফংলেন হায়নৈ। ফমলেন ফক হায়দুনা থাবিবা অসিদা য়ুম্বুবেল অমদি মথক থোংবা মীনা ফম্নবা, মখাগী নহা অঙাংশিংদি ফমলেন ফক অসি ফম্বা তৌহৈদে হায়না ফম্নদে।

মাঙ্গোল অসিদা অপানফম হাযবা অমসু লৈবি। মসিনা থোঙজিল হেক কাম্থোবকপা যেৎলোম থংবা অসিনি । থোঙগা হেক তাইনবা অসি য়ুম্বুগী ফম ফম (লাই তিন থাবদদি য়েৎলম থংবদা পি-পা ফম্বসু লৈ।) ফম ফম অসিদা ফবাংজি ফিদা নত্রগা ফিনা ফক মথক্তা ফিদা থাবগা খুল্লাকপা, লুপলাকপা, ইবা ইকাই খুম্নবা মীশিংদা ফমহন্নৈ। অসুম্না মাং শোকলম থংবা অসিসু নিংঙোল লৌখৎপা, লাইতিন থাবা অসিগুম্বদদি নুপা ময়ুমগী লমচিংবশিংগী ফমফম ওইবি। মাংশোকলম থংবা উখোকতেল মবক অসিবুনে অশিথোঙ হাযনবিবসি। মাঙ্গোল তাবি হেক কাবকপগী মফম ওই থংবা অসিবুনা খুনমী চিনতোংবগী ফম ফম, অমাইবশিংগীসু ফমফম ওইনৈ।

ইমুংদসু ইমা লৈমবেল শিদবীগী ওই, নিংঙোল কাগীনা খুযা অসিবুনা ‘ মাইবা ফম’ হাযনৈ। উহৌ পাবা যুম্বীসু মনাক্তা লৈ। অদুগা মনিংথোঙ মনাক্তা লৈবিবা মীনাইযুম্বী মনাক অসিবুনে হৌদোং চাক থাকফম হায়নবিবসি। হুমতাং যানবদা চঙ থোক্না য়ানগনি। উবা থাবদসু মাংশোক্তগী ফমলেন্না মশীং অমতা ওইববসু হেন্না থম্লৈ। যুম হাযবসিদি মীওইবা ঐখোয়গী ঙকচাং কযাৎকা মান্নে হায়বগী হয়ুম কৌবনে। কাযাৎ অমতা কাযফবোইয়ে যুম শাবা মীগসু খৎনবা তৌহৈদে। লৈদা লাইবা তানা তানদুনা পুকজেল খোয়জেল তিন্ননা শাবিগনি। অসুম্না অফবা নুমিৎ থাবাল অমা য়েংলগা য়ুম শাবা লোইশিনগনি।

## উহৌ লেপফম

লাইখন তাবা অখুবা য়ৈবা য়ুম উহৌ নম্বব ১/লাইখন তাবা অখুবা য়ৈদবা, য়ুম শঙতিং উহৌ নম্বব ২।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*




ফৈনা শাবা য়ুম উহৌ নম্বব ৩/অসুম্না য়ুম শাবগী উহৌ লেপফম মফম ৩ অসি লৈ হাযনা ওজাশিংনা তাকপি।




মমাঙ শঙ্গোয়ই নাকন শঙ্গোয শাবগীদি হাপচদ্রে।

**য়ুম শঙ্গাবা**

তাইবঙ মপুনা অহানবদা য়ুম চঙগনি। ইমুংগী কাবল ময়াদা খুবোম ১ পাকপা খুবোম ১ লুবা মফম অমা তৌবগা ঙা অঙৌবা ১/৩ থোংলগা চাকলুক ১, খোইক থাওমৈ ১, ফিবাল ১, হৈকক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১ থাবগা কৎপিকনি। মবোলদি -

হে তাইবঙ মপু! নংনা ননাইসিগী মোংবা সঙ্গাই মনুংসিদা লেঙদনা লৈবিদুনা নচা ননাইশিং অসিবু চেৎনা থাকোন্নবিদুনা অৱাৎ অপা লৈদনা, অনা অয়েক য়াওদনা লৈহনবিয়ু হায়দুনা খুকমজবিয়ে। লোইবগা ফজনা

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

ফুমজিনবিগনি। ব্রাই তৈথোক্কনি। নিংঙোল মব্রা অমনা মৈথাঙ লৌবগা ফুঙ্গাদা মৈ হৌগনি। মুৎখিদনবা নিংথিনা শেন্নবিগনি। (মৈথাঙ লৌবা মথক্তা পঞ্জশ্রে।) হান্নগী য়ুম অদুদগী খোঙশাল্লকপদা অকন অথৌ অমনা থাঙ নত্রগা তা অমা পায়বগা যানগে, থিনগে তৌবগী মওংদা লাই অমদি লাইগী পোৎলম পুবিবা অদুগী মাঙ থানা লাক্কনি।

## পুগদবা পোৎলমশিং

১। লৈমবেল চফু
২। ইমা লৈমবেলগী হৈক্রুক
৩। লাইনিংথৌগী হৈক্রুক
৪। চিংহীফু (ইবেন ইমোইনু)
৫। য়ুম্বীবেলগী (উহৌগী) হৈক্রুক
৬। চেঙফু অথনবা ১
৭। ঈশিংপুল অথনবা ১/ মফম মফমদা মফম চানা থম্বীগনি।

ইমা লৈমবেল শিদবী অমদি লাইনিংথৌগী খুভমদা সনা লুপা কোনয়াই মাইবনা চনবিগনি।

## অমাইবনা লাইগীদমক হৈকৎ লৈকৎ

হে ইমা লৈমবেল শিদবী! লৈবোল নোংলোন তবেৎ মক্তা নোংশাবী। নচুবু সনা অহিংবগী মচুগুম ফু থোংবী। নমিংদি হি জিবি জিবি কৌবী। ঙসি যাইফববা কোবৌ অসিদা নচা ননাইশিং অসিবু মোংবা সঙ্গাইনুং অসিদা অব্রাৎ- অপা লৈদনা, অনা অয়েক যাওদনা পুক্লিং ঈংনা চিক্লা পান্নবা সনা কৈথেলেন্দগী তবেৎশেলনা খান লোইমোম থুম্না তিক লফোই লফাং চঙ থোকপা কপোক অহাও অথুম, হৈ মনম নাইবা য়াওনা, খোইরু থাওমৈ, ফিবাল, হৈক্রুক তাঙ্গা, ক্বা তাঙ্গা থাদুনা অফবদবু লনকুবিবম্মু হায়না কচ্চবিযে।

হে ইবুংঙো! লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা। লাইগীসু মীগীসু শুপ্পা নিংথৌ ওইবিবা। লুপাগী হংচৈ শুবসু নহাক্লি। সনাগী হংচৈ শুবসু নহাক্লি। নিংথৌ ৮৪গী মথক্তা ব্রায়েল্লিবা। নুংশিৎ ৮৪গী মথক্তা থৌথাবিবা। নহান্নোং থব্রান থাগী ইবাই নুমিত্তা মক্ক হুনখিবা। মেবাগী য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পোকখিবা, কালেনগী থানিলদা লাই ওইখিবা। শেম্বিবসু নহাক্লি। শাবিবসু নংননি। ঙসি য়াইফববা কোবৌ অসিদা নচা ননাইশিং অসিবু মোংবা সঙ্গাইনুং

অসিদা অৱাৎ অপা য়াওদনা, অনা অয়েক লৈদনা পুক্লিং ঈংনা চিক্লা পান্নবা সনা কৈথেললেন্দগী তবেৎ শেলনা খান, লোইমোম থুম্না তিক, লফোই লফাং চঙ থোকপা কপোক অহাও অথুম, হৈ মনম নাইবা য়াওনা, খোইক থাওমৈ, ফিবাল, হৈকুক তাঙ্গা, ক্বা তাঙ্গা থাদুনা অফবদবু লনকুবিবস্মু হাযনা কচ্চবিয়ে।

মাঙ্গোল ফমলেনগী মতাই অসিদা যুম শাবা মীনা কৎপিকনি। মানা হৈদ্রবদি মাইবনা কৎপিবসু যাই। কৎলুবা হৈকুক ইমুংদা পুশিল্লকপা তৌ হৈদ্রে। যুম শানা মীগীনে।

হে ইবুংঙো! চিংউ খোযুম অশিবা, তাইবঙ মপুনা কোবৌ নোংশেম্বা মালেম লৈশেম্বা শেমহন শাহনবা পুম্নমকপু শিন্নদুনা ইবুংঙো নহাক্লা মতম অদুদগী হৌনা শেম্বিবে। তাইবঙ পানবা ঐখোযগীদমক্তসু শেম্বিবিবা শাবিবিবা অসি ইবুংঙো নঙনা শেম্বনে শাবনে। ঙসি যাইফববা কোবৌদা ননাই অসিগী মোংবা যুম চঙবা (শঙ্গাবা) অসিদা সনা কৈথেললেন্দগী তবেৎ শেলনা খান লোইমোম থুম্না তিক লফোই লফাং চঙ থোকপা, কপোক অহাও অথুম হৈ মনম নাইবা যাওনা হৈকৎ লৈকৎ তমজবিবা অসিবু অৱাৎ অপা লৈদনা, নাদবা, যেক্তবা, নুংঙাই যাইবী মবাং কাযনা পানবা পীনপিবস্মু। ফুঙ্গাগী চাক্লিবা মৈ অদু যুম্বুনা হান্না মৈ লৌবা হাযদুনা ঙা ওইববসু কবিনো অমদি লৌবগা চাহৌগনি।

নিঙোল মৱানা মৈ পোকপা থৌবম পাঙথোকপিগনি-

১বা পোক লাইগী/২বা পোক নুপা পোকও/৩বা পোক নুপী পোকও/৪বা পোক নুপা পোকও।

মৈ পোকপসি হান্নদি ৱাক হায়বা অসিনা তৌনবমই। অচাকপা মৈ অদুদা থাবগা পোক লাওনা পোকখায়বা অদুনি। হৌজিক্তি অতৈ অতৈনা মহুৎ শিন্নবকপা উই।

চাউনা চাক ঈশিং য়াওনা শঙ্গাবা ওইববদি নিঙোল মৱানা য়েকুম তল হৌবগা মী খুদিংমক থুংনবা যেনগনি। চাক চাবদসু যুম্বুনা হান্না তংলগা অহন লমল অতৈনা কোন্না চাগনি।

মাইবা, যুম শাবা ঙমজবা ফিবোই ফিঙম কচ্চদুনা খুকুমজগনি। মখোয়নসু ঙমজবা চনিঙ চফম হজিনবিবমগনি। অহন লমলশিংদসু পৈশা অমদা ওইববসু কচ্চগনি। চনিং চফম যুম্বুবেম্বীনা চবৈ ফিগাও শানা লৌগনি।

অশি থোঙ নুমিৎ হুম্নি খাবগা (থিংলগা) থমগনি।

**পুংখনবালোন**

ইচিকসি ব্রাকোং নিংথৌবনা, ব্রাইকোক লম্মহন তোংএ। চেক্লম ফানশ্বনা কোঙকোই ইনমথি তোংএ। লুব্রাং শেনহোংবনা কৌবা নাবচিক তোংএ। কম্বোং ব্রাচাবনা পোবৌপাৎ খাবময়ান তোংএ। হাওখুয়াং পুসুনা কাইং য়াং তোংএ। ফিতপ ফিতাইনা থাঙখু থাঙলেন তোংএ। ইবোক লাইবনা লোকপা ফৌওইচীং তোংএ। পাসি থাঙবা ব্রাইথুম্বনা ব্রাইথুম চীং তোংএ। পাসি চুকোক লাইহৎপা খোম্মবোং মবোংবনা চীংবা ফুবা তোংএ। লৈমা হাওলৈমা হাওলৈ লমলাংতোঙ তোংএ। কুকী অহোঙবা লাইগী অচৌবনা লাইবেল খুনপিবোক তোংএ। লাল্লোই খমতৌবনা চীংঙা লৌখোং তোংএ।

নোংচুপকী যুম শাবদা অসি শোল্লো।

ইচিকসি ইকোংবা নিংথৌবনা তুবেল ব্রাইখুপীচা মনম ফাৎনা। সেংনা থাঙনা ব্রাইকোক লম্মহন তোংএ। হৈবেম লোইনাইনা কোম্থা সনপল তোংএ। মোবি যাফম পানচানা চীংনাংখু চিঙা ঙাংলেন তোংএ। থিকলেন তাওখুমাংনা তিনপান হৈবোন ব্রা তোংএ। তোৎনা লাংহেম্লা যাওচা চীং তোংএ। খাবা ফানতোংবনা থোঙযা শাকলম তোংএ। লংমাই থিকলেম মাইবেম্লা লংমাই খোইনিং খুল তোংএ। তোংমা ঙাংদা লেংবনা কৈলাওচীং লৈবাক তোংএ। তাম্বোং খুৎমনৌনা ব্রাইসা খোঙফৈ তোংএ।

নোংপোক ইব্রাংমগী যুম শাবদা অসি শোল্লো।

ইচিকসি ব্রাকোংবা নিংথৌবনা তুবেল ব্রাইখুপীচা মথা ফাৎনা সেঙ্গা থাক্লা ব্রাইকোক লম্মহন তোংএ। খোকব্রাই তাব্রাইবনা কাইবা লম্মহন তোংএ। চেকাই মকা লাম্বনা কংলৈ ব্রাখাযকোল তোংএ। ঙামাবা খমতিংনা ঙাথিপুঙ তোংএ। তোনমৈপী তোনমৈশাংনা ঙাহাফম তোংএ। ইঞ্জিন চেকাই মকা লাইবনা কংলৈ ব্রা খায়কোল তোংএ। লোংখোন্না লমপুন পুঙচাও তোংএ।

তুবেল ব্রাংমা নোংচুপ লমগী যুম শাবদা অসি শোল্লো। পুংখনবালোন অসিদি লম খুদিংদা অহুম্মা অসি শুনা শোল্লবদি থোইনা ফৈএ। খঙঙো।

পবিং হুন্দ্রিঙৈদা শোনগে হাযববদি য়ুমফম ময়াইদা শোল্লো। যুম শাবগা সুঙ য়ুময়াইদা শোল্লো। লমথী ব্রাইথী, লমখল তুখল, ফত্তবা খিবিক মাঙই। পুংখনবালোন শোন্দবা যুমদি অবেম্বা য়ুমনে খঙঙো। খঙচৌ ও। হে মীওইবা অসি খঙনা তৌচৌও। (ওজা অমগা ওজা অমগা মান্নদবা খবদি অদুম থেংনগনি)

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

## থৱাই মি ফমফম/লাইচা/লাইনা লৈবা/ঈখুদেংতাবা/অপোকপা খুরুম্বা লাই হরাওবা

| থাবান | থৱাই লৈফম | মীনা লৈফম | লাইনা চাবা | লাইনা লৈবা | ঈ খুদেং | অপোকপা খুরুম্বা লাই হৱাওবা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | থবক্তা খোঙপাক্তা | খুদোন্দা লুতুংদা | লাই | মৈ | লৈতে | ফৈ |
| ২ | খুনমদা | থবক্তা লাইবক্তা | য়েন | লাইক্সা | লৈতে | ফৈ |
| ৩ | খোয়দা | ওইন্দী খুত্তা | ঙানু | কাংখ | লৈতে | ফৈ |
| ৪ | পাম্লোমদা | খ্বাঙদা | হুই | খোঙজিন | লৈ | ফত্তে |
| ৫ | তুংদা, নঙ্গন্দা | চিনবান্দা | ওক | সুমাঙদা | লৈতে | ফৈ |
| ৬ | নাগোংদা | খুজোংদা | শল | ইংখোলদা | লৈ | ফত্তে |
| ৭ | পুক্তা, যাদা | লৱাইদা | ইবোই | ঈশিংদা | লৈ | ফত্তে |
| ৮ | লাইবক্তা ফৈবাক্তা | নীংদুদা | শগোল | লমজাওদা | লৈ | ফত্তে |
| ৯ | লেংবান্দা লেংপাক্তা | তুংদা নিংদোন্দা | শামু | লৌদা | লৈ | ফত্তে |
| ১০ | পুক্তা | নীংখ্বাংদা লেংবান্দা | মী | ইমুংদা | লৈ | ফত্তে |
| ১১ | নাকোংদা কোক্তা | লৈদা তুদা | লাই, কৈ | মৈদা | লৈতে | ফৈ |
| ১২ | নাকোং মনুংদা | কোক্তা | য়েন, হুই | লাইক্সা | লৈতে | ফৈ |
| ১৩ | খদাংদা | কৌবিদা | ঙানু, হামেং | কাঙখদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৪ | তুংদা নঙ্গন্দা | পুকনুংদা | হুই | খোঙজিন্দা | লৈ | ফত্তে |
| ১৫ | কোক্তা লাইবক্তা | হকচাং পুম্লমক্তা | ওক | সুমাঙদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৬ | খুৎকী খুনমদা | নাকোঙদা | শল, হৌদোং | ইখোলদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৭ | হকচাং মনুংদা | লেমফুন্দা লুবক্তা | ইবোই | ঈশিংদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৮ | খৌজেংদা | খুমিত্তা মিত্তা | শগোল, মী | লমজাওদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৯ | য়াদা | খুজেংদা | শামু | লৌদা | লৈ | ফত্তে |
| ২০ | লৈখাদা | গুক্তি, লুশমদা | মী | ইমুংদা | লৈ | ফত্তে |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ২১ | মিত্তা, মিথত্তা | খ্বাঙদা, থোঙ মথত্তা | লাই শনগী ঈ | মৈদা | লৈতে | ফৈ |
| ২২ | থম্মোইদা নাত্তোন্দা | ফৈগান্দা ফৈপাত্তা | য়েন, মী | লাইবন্দা | লৈতে | ফৈ |
| ২৩ | পুত্তা, থবাত্তা | খুনম ২দা ঙত্তা | ঙানু শামু | কাঙখদা | লৈতে | ফৈ |
| ২৪ | থবাত্তা | য়াদা | হুই, হঙোই | থোঙজিন্দা | লৈতে | ফৈ |
| ২৫ | খুত্তা খুদাংদা | খুনমদা খুদোন্দা | ওক লাই | সুমাঙদা | লৈতে | ফৈ |
| ২৬ | খুজেপ্তা | খুবাত্তা | শল, মী | ইস্খোলদা | লৈতে | ফৈ |
| ২৭ | খুজেপ্তা লেংবান্দা | লৈতেন্দা সেগ্রাত্তা | ইবোই লাই | ঈশিংদা | লৈতে | ফৈ |
| ২৮ | নাতোন্দা | চনীংদা অথিফমদা | শগোল, হুই, ঈ | লমজাওদা | লৈতে | ফৈ |
| ২৯ | লাইবত্তা নাকোংদা | শমদোন্দা | শামু | লৌদা | লৈতে | ফৈ |
| ৩০ | নাতেন্দা চাইকংদা | মীত্তা শমখোঙদা | মী, লাই | ইমুংদা | লৈতে | ফৈ |

**লাইজাও মাইকৈ**

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| থাপাল | ১ | ৬ | ১১ | ১৬ | ২১ | ২৬ | দা | নোংপোক্তা | লৈ। |
| থাপাল | ২ | ৭ | ১২ | ১৭ | ২২ | ২৭ | দা | মখাদা | লৈ। |
| থাপাল | ৩ | ৮ | ১৩ | ১৮ | ২৩ | ২৮ | দা | নোংচুপ্তা | লৈ। |
| থাপাল | ৪ | ৯ | ১৪ | ১৯ | ২৪ | ২৯ | দা | অবাংদা | লৈ। |
| থাপাল | ৫ | ১০ | ১৫ | ২০ | ২৫ | ৩০ | দা | থক খাদা | লৈ। |

**তৎনবা/অতেকপা**

শজিবু, থরান, পোইনু - নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা তৎনৈ। য়ুমশকৈশ, ইবাই তেকই।

কালেন, লাংবন, ব্রাকচিং - য়ুমশকৈশ, ইবাই তৎনৈ। লৈবাকপোকপা তেকই।

ইঙা, মেবা, ফাইবেল - লৈবাকপোকপা তৎনৈ। শগোলশেল, থাংজ তেকই।

ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা - শগোলশেল, থাংজ তৎনৈ। নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা তেকই।

## থাশি মাইকৈ

শজিবু, থৱান, পোইনু থা অহুম অসিদি চিংখৈদা শিয়ে।
কালেন, লাংবন, ৱাকচিং থা অহুমদি অৱাংদা থাশি মাইকৈ ওই।
ইঙা, মেবা, ফাইবেল থা অহুমদি নোংচুপ্তা শিয়ে।
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা থা অহুম অসিনা কৌব্রুদা শিয়ে।

থাগী থাশি মাইকৈ থোকপা অসোমদা লুহোং খোঙতোংবা, য়ুম চঙবা, শল, ওক লৌশিনবা তৌহৈদে।

## কোংলোই থাবা

কৈথোঙ হাংবা অফবা তাবাল ঃ

৫/৬/১১/১৪/১৫/২০/২৩/২৪/২৫ নি পানবা ফৈ। অতৈদি ফত্তে। অফবা থাবাল তাববসু ফত্তবা নুমিৎ, লৌ লোইবা নুমিৎ, লৈবাকপোকপা, শগোলশেল, নোংমাইজিং কৈথোঙ হাংবা নামুংই। তৌহৈদে।

অফবা নুমিৎ, অফবা থাবাল যেংলগা কোংলাই থাবিগনি।

পোৎচংদি - যেকম ১, চেঙ খবা, লাংথ্রৈ মতোল ৩। নত্রগা কপোক অহাও অথুম ওইনা ফৌ মথক্তা থল্লগা অকোকলোন শোল্লগা তাইবেল হাইবিগনি। য়েকম, চেঙ, কপোক অহাও অথুম ইমুংগী মীওই পুম্নমক চামিন্নবা ফৈ। লৈ মতোল অদুদি মৈদা থাদোকপা নত্রগা ঈশিংদা থাথবিগনি।

মবোলদি ঃ-

ৱাঙ্গোল নিংথৌ কৈকংহনবা' ননাইনা কোংলাই থাজবা অসিদা লাইতং কোংলে লাইতং হঞ্জিনবিয়ু। লিখায পেক্লে লিখায হঞ্জিনবিয়ু। শঙবাই পেক্লে শঙবাই হঞ্জিনবিয়ু।

নুমিৎ অসিদগী ফৌ খাইবা হৌবিবগনি। অবোইবা পেকপা অদুদগী চনীং চফম হঞ্জিনবিগনি। অদুগা হঞ্জিল্লমদাই অদুদা মথক্কী হঞ্জিনবিয়ু হায়বা মবোলদু কাউবিবোইদবনি। অসুম্না তৌববদি ফৌকোৎ-চেঙকোৎ মযেং তাদে হায়।

খুৎই লাইবিক সুবিকাদা য়াম্লা মবিক চুম্না ইবল্লা থেংনৈ। শল্লগা লৌখৎচবনি।

## য়ুম লাই খুরুম্বা

হে ইমা লৈমবেল শিদবী' লৈখুবেল নামুংবী, নোংফুবেল অর্চিবী, নথক বুংগা খোল্লিবী, নখা খোংগা তৌবিবী, নাওপুদনা নমু মীয়াম পোকপী, লুমাঙ শমু পুল্লগা পঙ্খৌ হায়না কৌবদা হাও লাউনা পাওখুম্বী, লুতুং শমজি কিবগা পলেম

হায়না পাওদোইবী, ঙসি য়াইফববা কোবৌদা নচা ননাই ওইবা ঐখোয়বু অফবা, নুংঙাইবা, নাদবা, য়েক্তবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, কাওবেল শলকোল থনবা, তেকপী ওককোল থনবা, কাইবৈ যেনকোল থনবা, নমু পোংনা থোইবা, কোবাও ফালনা ব্রাৎপা, লোইমোম ফৌগৈ চোনবা পুন্নমকপু লমকুবিবম্মু হাযদুনা মৈ চঙদবা পোৎলম মঙা - শঙ্গোম, খোইহী, লফোই, চেঙগী যাম, চুঙৌনা চুহী সুন্নগা ফোল মোল তোৎলগা কচ্চবিয়ে। হে গুরু!

হে ইবুংঙো! লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা, নচা ননাইশিংবু অযুক ঙন্না কোম্বোকপিবিবা, নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবিবা, কাওবেল শল শেনবগুম শেনবিবিবা, তাইবং য়ুমথোঙ খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা ফমফন্নিবা লাইনিংথৌ! সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি নুমিৎ চৈচেন্দ্রবা থাবী লান্নংদ্রবা কোবৌদা নচা ননাই ওইবা ঐখোযবু অফবা, নুংঙাইবা, নাদবা, য়েক্তবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, কাওবেল শলকোল থনবা, তেকপী ওককোল থনবা, কাইবৈ য়েনকোল থনবা, নমু পোংনা থোইবা, কোবাও ফালনা ব্রাৎপা, লোইমোম ফৌগৈ চোনবা পুন্নমকপু লনকুপিবম্মু হায়দুনা মৈ চঙদবা পোৎলম মঙা - শঙ্গোম, খোইহী, লফোই, চেঙগী যাম, চুঙৌনা চুহী সুন্নগা ফোল মোল তোৎলগা কচ্চবিযে। হে গুরু!

## য়ুমলাই খুকম্বা, থৌনিবা

যুমলাই খুকম্বা - ১। খোইক থাওমৈ ১, ফিবাল ১, হৈকক তঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১ অসিনা খুকম্বা য়াই। ২। যেন্না, শবেংনা নিংথিনা শেন্নগা চেঙ, থুম-মোবোক মবোই মপাং পুন্নমক কচ্চবগা খুকম্বসু থোইনা কান্নবা পীপি।

থৌনিবা - লাইমাঙদা লা থাবা, মথক্তা লা অমুক থাবা মথক্তা চেঙপুম হৈবা। খিন্নিংবা য়েকম খিনবা ১, ৩, ৫, ৭ কচ্চবিবা পোৎলমশিং অসি পনবিবগা মথক্তা তৌবগুন্না পাঙথোকপিযু।

## চনৌ কৎপা

হে ইমা লৈমবেল শিদবী! লৈবোল নোংলোন ৭ মক্তা নোংশাবী, নচুবু সনা অহিংবগী মচুগুম ফু থোংবী, নমিংদি হি জিবি জিবি কৌবী। ইমাগী সনা নখোঙ খুযা খাদা ঙসি য়াইফববা কোবৌদা ইপা, ইচা, ইসু ইপু (ইমা, ইচা, ইসু ইবেন মী মশীং হায়বা যাই) ঐখোয়না কুমসি কুমগী চনৌ (চেঙ অনৌবা) চেঙ, শা/ঙা থুম মোবোক, মবোই মপাং পুন্নমক সুনা কচ্চবিযে। সনা নখুৎ মক্সা লৌশিনবিদুনা ননাই ঐখোয়বু নাদবা, যেক্তবা, শুবা চৎপা মহৈ চাবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, অফ নুংঙাই পুন্নমক লনকুপিবম্মো।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

হে ইবুংঙো! লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা। নচা ননাইশিংবু অয়ুক ঙন্না কোম্বোকপিবিবা নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবিবিবা। কাউবেল শল শেনবগুম শেনবিবিবা। তাইবং য়ুমথোঙ খুদিংগী নিংথৌ ওইনা ফমফম্লিবা লাইনিংথৌ! ঙসি য়াইফববা কোবৌদা ইপা, ইচা, ইসু ইপু (ইমা ইচা, ইসু ইবেন) ঐখোয়না কুমগী চনৌ (চেঙ অনৌবা) চেঙ, শা/ঙা থুম মোবোক, মবোই মপাং পুম্নমক সুনা কচ্চবিয়ে। সনা নখুৎ মক্লা লৌশীনবিদুনা ননাই ঐখোয়বু নাদবা, য়েক্তবা, শুবা চৎপা মহৈ চাবা, তবেৎ শেলগী মপু ওইবা, মহৈ লনগী মপু ওইবা, অফ নুংঙাই পুম্নমকপু লনকুপিবমমো।

অশিমল হান্না খাঙলগা চনৌ (চনৌ তংবা) অসিনা কোন্না তৌনৈ। কনাগুম্বগীদি মপা-মমা লৈবি হায়দুনা অশিমল খাঙনদবসু অদুম ময়াওই। চনৌ তংবা অসি ঐখোয় মীওইবদসু নত্তনা ঐগী য়ুমগী শা শল, পোৎ চৈ পুম্নমক চনৌ তংমিন্নৈ/লা মচেৎ ১/১ ককলগা চেং খবা খবা হাপ্লগা অচাবা ওইবগা পীজগনি। চাদবা ওইববসু মমাঙদা থম্বিবগা মমিং মমিংদু পনবিবগা 'কুমসিগী চনৌ তংলসে' হায়বগা থম্বিবমগনি। শল, ইবোই লৈববসু চেঙ খবা খবা পীজনৈ। হুই-হৌদোংদি চাক ওইনা চামিন্নৈ। চক্রি, শুক, সুম্বল, যাংকোক, ফৌকৈ, চেঙফু, ঈশিং পুল, ইবেন ইমোইনু, উচিনচিংবা পুম্নমক তম্বিগনি।

**লমদা অহানবা থাংজ থৌনিবা**

হে ইমা লৈমবেল শিদবী! লৈবোল নোংলোন তবেৎ মক্তা নোংশাবী। নচুবু সনা অহিংবগী মচুগুম ফু থোংবী। নমিংদি হি জিবি জিবি কৌবী। ইমাগী সনা নখোঙ খুয়া খাদা ঙসি লমদা থাগী অহানবা থাংজ নুমিৎ অসিদা ননাই নসু হেবুংথৌ, নসু হে বেম্মা ঐখোয় পুম্নমক্লা সনা কৈথেললেন্দগী তবেৎ শেলনা খান, লোইমোম থুম্না তিক কচ্চবিবা.. ... . .      পোৎলম পুম্নমক অসিবু সনা নখুৎমক্লা লৌশিনবিদুনা চাবিবে, থকপিবে হায়বগা লাইয়াম খুনতিনবুংদা, শীংথেকবুংদা, শীংথাবুংদা, শীংথেক -শীংথাবা অসিদা ননাই ঐখোযগী ইমুংগী মমিং য়াওবক্লবদি যাওহনবিবমগনু হায়না পিবুকনুংগী নচা ননাই ওইবা ঐখোযনা চেৎনা থাকোলননা খুকমজবিয়ে।

হে ইবুংঙো! লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা। নচা ননাইশিংবু অয়ুক ঙন্না কোম্বোকপিবিবা। নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবিবিবা। কাওবেল শল শেনবগুম শেনবিবিবা তাইবঙ য়ুমথোঙ খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা ফম ফম্লিবা লাইনিংথৌ। ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা ঙসি লমদা থাগী অহানবা থাংজ নুমিৎ অসিদা ননাই নসু হেবুংথৌ, নসু হেবেম্মা ঐখোয় পুম্নমক্লা সনা কৈথেল্লেন্দগী তবেৎ শেলনা

খান, লোইমোম থুম্না তিক কচ্চবিবা ..... ........... পোৎলম পুম্নমক অসিবু সনা নখুৎমক্তা লৌশিনবিদুনা চাবিবে, থকপিবে, হায়বগা লাইয়াম খুনতিন বুংদা, শীংথেক বুংদা, শীংথা বুংদা, শীংথেক শীংথাবা অসিদা ননাই ঐখোয়গী ইমুংগী মমিং য়াওবক্লবদি য়াওহনবিবমগনু হায়না পিবুকনুংগী নচা ননাই ওইবা ঐখোয়না চেৎনা থাকোলননা খুকমজবিয়ে।

লমদা অহানবা থাংজ অসি য়াম্না লুনা লৌনবা লাইগী ওইবা 'শীংথেক শীংথাবা' শবোই লাইযামশিংগা লোয়ননা লাই পুম্নমক্তা পাওথোকপা থৌবম্নি। ঐখোয়গী খুঙ্গংগী ওইনা লৈকাই মবিনা শবোই খাওবগী থৌবম অমমম পাওথোক্লবি। মসিদা খুল অসিগী অমাইবা য়াওনা ইমা ইবেলশিংনা লাইগী ওইবা চকেম, পুকয়ু, লাইয়ু, হৈবী মনা শিংজু, হৈবম, লৈবম পুম্নমক য়াওনা চিংউ মচিঞ্জাক খোযুম ময়ু খাওবু তমদুনা পীজ পীথক তৌদুনা খাওবনি।

১। অব্রাং সেকমাই অব্রাং লৈকাইনা কৌজেং লৈমদা কৌব্রুগী শবোই লাইযামশিংদু খাওই। য়েনহিংনা যেন লাবা অমা থায়।

২। খুনৌ লৈকাইনা নোংচুপ ওইবপ তৌবা মদাই (উয়ুং হৌবী)দা লোযালাকপাগী শবোই লাইয়াম খাওই। য়েনহিংনা য়েন অমোম অমা থাবি।

৩। ময়াই লৈকাইনা মখা লৈকাইগী অবোইবা চিথেক (খুবখুল লম্বী) অসিদা থাংজিংগী শবোই লাইয়ামশিং পীজ পীথক তৌদুনা খাওই। য়েনহিংনা য়েন অমোম অমা থাদোকই।

৪। মখা লৈকাইনা নোংপোক মৈবম ওইনা তৌবা থিকা ঈবেল (থিকা থোং) তুবেল অসিদা মার্জিংগী শবোই লাইয়াম পুম্নমকপু মপুক্লিং পেন্না পীজ পীথক তৌদুনা খাওদোকই। য়েনহিংনা য়েন লাবা অমনা উশিন ওইনা থাদোকই।

অসুম্না লমদা থাংজ অহানবা নুমিৎ, লাইহবাওবা লোইখিবগী অহানবা থাংজ নুমিৎ, চৈবাওবা লোইখিবগী অহানবা থাংজ নুমিৎশিং অসি মফমশিং অসিদা চপ মান্ননা শবোই খাওলি।

লমদা অহানবা থাংজা নুমিৎ অসিগী নুমিদাংব্রাইবমদা মাগী মাগী জাকোক্কী কোম্বোংদা ঙা অঙৌবা থোংলগা জাকোক অদুমগী পুন্না থৌনি থৌবম নাদ য়েক্তনবা শবোই লাইয়ামশিংদা চাকলুক ওইনা থাবগা কচ্চবসু য়াওনবি।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

মাগী মাগী ইশ্বোল চিথেক মবিদা উথংব্রাগী চুক য়ুংবা য়ুংলমদাই অদুদা অসুম্না শোল্লগা য়ুংগনি :- 'তিনমু লাইমু ফত্তবা, শবোই লাইয়াম নখোয় পুম্নমক মফম অসিদগী হেনজিল্লকপা য়াদেকো, চুক অসিনা পল্লান্দবী থন্নবনে খঙঙো।'

অসুম্না চিথেক মবিদা য়ুংব্রবদি কুম অদুমদি অনা অয়েক খবা শেল্লে হায়না লাই ওইশ্রবা অহনশিংনা তাকপিবমই।

লমদাগী অহানবা থাংজ নুমিত্তা লাইয়াম পুম্নমক্কা লোয়ননা শবোই লাইয়ামসু য়াওনা কুম অমগী ওইনা শীংথেক শীংথবিবা মফম অসি ওজা অমনা চীংঙা পিশুমদনি হায়। ওজা অমনা হৈবোক চীংদনে তাকপি। ওজা অমনা থোঙঙাবেলদনি অসুম্না। ঐনা থৌনি থৌবম পাংথোকচবিবা অসিনা শীংথেকবুংদা, শীংথাবুংদা অসুম্না পাঙথোকচবে।

শীংশৎপা, শীং কাইবা অসিনা ওজা অমনা লমদা থানিলদা তৌহৌবা যাওই। ওজা অমনা লমদা থাশিদা তৌনবা লৈ। ওজা কনা অমনা চৈবাওবা নুমিতা শীংশৎপা, শীং কাইবা যাওনবি।

## খুলথোঙ লাৎপা

লমদা অহানবা থাংজ অসিদি খুঙ্গংগী নাদ যেক্তনবা হাযদুনা খুল্লাকপা, লুপলাকপা তেল্লোই হঞ্জবনচিংবা ফম্নাইবশিং, ফমশাং লেংশাং যাওনা, লাবোই শঙলেন্দগী মী মবি/মঙা থৌথা পীদুনা লোইশঙদা যেন মবি শাবম নাইনা থোংহল্লে। চাকসু থোংহল্লে। শঙপাই মনা পালবা অমদা য়েনশিং অদুগী শাবম অমতা চিৎথদনা হাপ্পা, শঙপাই মনা পালবা অমদসু চাক, ঈশিং, লা হাপ্লগা লাবোই, শঙলেনগী মী অনিনা লেংবান্দা পাপোৎ পুবগা খুলগী মাইবা ১/২ গা চৎলগা খুলগী (খুঙ্গংগী) থোঙ মবিদা লাৎলুবনি। মসিবুনি 'খুল থোঙ লাৎপা' লাৎফম মবিমক হান্না চৎলগা শেংদোক খোৎদোকপা, ব্রাই তৈথোকপা তৌরুববনি।

১বা লাৎপা:- ববাওগী মখা মহাবাবীগা তাইনবা খুলগী থোঙ মফম অসিদা চাকলুক নিংথিজনা শেল্লগা য়েন অমগী শাবম, শাদোই পুম্নমক হাপ্লগা লাৎপিবনি। (কবম কবম্না চীংউ খোয়ুম লাইয়াম লাৎলিবনো হায়বগদি লমদা অহানবা থাংজ অসিদি মপুং ওইনা শবোই লাইয়াম, মিতা খমতা অমতা চিৎথদনা মখোয়বু পেন্নবা লাৎপনি।)

২বা লাৎপা:- খুবখুল লম্বীদগী লাইবৌবোমদা খবা চৎথবা খুলগী থোঙ অসিদা হান্নগীগুম্না শেম শাবগা অমা অমুক লাৎচবনি।

৩বা লাৎপা:- খুনৌ লৈকাইগী উয়ুং হৌবী হায়না খঙনবা মফম অসিদা মমাঙগী অদুগা মান্ননা হাপ্লা খোৎপা লোইবগা অমসু লাৎচৈ।

৪বা লাৎপা:- কৌজেংলৈমা ইমা ইবেম্মাগী লমথোকফম মনাক অসিদা খুলথোঙ মবিগী অবোইবা মফম অমা ওইনা অচেৎপা থাজনবী অমগা লোইননা লাৎচবম্মী।

লাইয়ামশিং অসিনা খুঙ্গং অসিগী মনুং চঙলক্তনবা লাৎপা, পীজপীথক তৌকবা অসি হৌজিক্তি লাইবুংদা ওইনা পাঙথোকপ্রে। লাইশোন তিনশোন্দি থোঙ থোঙ অদুগী ওইনা মাইবনা লাৎচবনি।

## চৈরাওবা থৌনি থৌরম

হে ইমা! লৈমবেল শিদবী, লৈখুবেল নামুংবী, নোংফুবেল অচিবী। থম্লা লাকোক মকুমদগী হামৈ কাংকোই মকুমদগী কোবৌ নোংফাওবকপী। মালেম লৈশেন্নকপী। নথক বুংগা থোল্লিবী। নখা খোংগা তৌবিবী। নাওপুদনা নমু মীযাম পোকপী। লুমাং শম্মু পুল্লগা পম্থৌ হাযনা কৌবদা হাও লাওনা পাওখুম্বী। লুতুং শমজি কিবগা পলেম হাযনা পাওদোইবী। ইমা নহাক্তি ঙসি কোবৌদা ননাইনা থৌনি থৌবম পাঙথোকচবা অসিদা কচ্চবিবা..... পোৎলম অসি সনা নখুৎমক্কা লৌশিনবিদুনা লমদা থাগী ১৫/৩০ (থানিল/থাশি) নুমিত্তা শীংশৎ বুংদা চৎতুনা। শীংকাই বুংদা চত্তুনা শীংশৎপা, শীংকাইবা চৎপদা ননাই ঐখোয়গী ইমুংগী মিং য়াওখিবম্বা থোক্লবদি শীং শৎপিবকউ। শীং কাইবিবকউ হায়না নচা ননাই ওইবা ঐখোযনা চিংউ সনা খুয়া খাদা খুকুমজবিযে।

হে ইবুংঙো লাইনিংথৌ সম্বোং পুঙমাই লেপ্পা! নচা ননাইশিংবু অযুক ঙন্না কোম্থোকপিবিবা। নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবিবিবা। কাওবেল শল শেনবগুম শেনবিবিবা।। তাইবং য়ুমথোঙ খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা ফম ফল্লিবা লাইনিংথৌ ! সনা নখোঙ খুয়া খাদা ননাইনা থৌনি থৌবম পাঙথোকচবা অসিদা কচ্চবিবা ... ...... . পোৎলম অসি সনা নখুৎমক্কা লৌশিনবিদুনা লমদা থাগী থানিল/থাশি নুমিত্তা শীংশৎবুংদা চত্তুনা। শীংকাইবুংদা চত্তুনা শীংশৎপা, শীং কাইবা চৎপদা ননাই ঐখোয়গী ইমুংগী মিং য়াওখিবম্বা থোক্লবদি শীং শৎপিবকউ, শীং কাইবিবকউ হায়না নচা ননাই ওইবা ঐখোয়না চিংউ সনা খুয়া খাদা খুকুমজবিয়ে।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

শীংশৎপা শীংকাইবগী থৌনি থৌবম পাঙথোকখিবা ইমুংশিংগীদি চৈবাওবা নুমিৎ অসিদি মথেলগীদা ওইনা থোংনা থাক্লখিবা য়াবে। পিপাগী ইমুং ওইববদি অতেক অনৌ হৈবুক অমা শেন্নগা চাক তোক্লগা কোন্না লাইনিংথৌ সনামহীগী কৎপিকনি।

## চৈরাওবা উশিন

হে য়োইময়াই মালেম অঙালবা' মঙাং মশেক অবাবা, লুৱাং নপাঙ্গন অকনবা, খুমন নপুন্সি অশাংবদু ননাই........... অসিদা পীনবিবম্মু। হাকুম চৈবাওবা নুমিত্তগী কুমসি চৈবাওবা ফাওবসি ননাই অসিনা দশা লাংফম ফত্তবা, অৱা অনা পুম্নমক পুদুনা লাক্লেদো। ঙসি চৈবাওবা নুমিৎ অসিদগী নোংমৈ ওল্লকপা চৈবাওবা ফাওবসি কোবৌ নোংলুম্বাল অবালবা, মালেম লৈসনা অঙাঙবা নখোয় অনিনা পুবিবো।

খুকমবিদ্রিঙৈগী মমাঙদা অশেংবা পুখম অমদা ঈশিং অশেংবা খবা হৈথবিগনি। লৈ অঙৌবা ১/৩/৫ হাপ্লিকনি। চেঙ, থোইদিং, তিংথৌ মতোল খবা খবা থাথবিগনি। মমাঙদা হৈকুক তাঙ্গা ১, ক্বা তাঙ্গা ১, খোইক থাওমৈ ১, ফিবাল ১ থাগনি। মেক্রুক থাগনি। (লৈদ্রগা অতৈ অতৈনা মহুৎ শিনগনি)

খুকম্বা লোইবগা মানা ফল্লিবা অদুদগী মাগী মমি ঈশিংদা তাবা উববা যেংউ হায়না য়েংথহল্লগা পুখমগী ঈশিংদা মমি তাবা মাইগী মপা অদুদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই অদু থাথবিগনি। পুখম অদুদা পোৎচঙ পুম্নমক শুনা য়াওববা ঈশিং অদুনা মায় তাথোকপিগনি। অসুম্না চৈবাওবা নুমিৎসিদা উশিন শিনবিহৌববদি চহী অদুমদি অনা অয়েক খবা শেল্লে হায়।

লৈ অঙৌবা ওইববসু উশিন শিনবা অসিদদি কুন্দো শিজিন্নদে।

## চৈরাওবা কোম্মোঙ থাবা

সে' সে' হনু কোকচাও, হনু লৈখম, লম্মাবা তুমাবা, লমশেনবা কুশেনবা, কুমসনা কুমকিলাই নখোয় পুম্নমক্কী মফমদা কুমসিগী চৈবাওবগী চাকলুক, য়েঞ্ছাং মথেল লুক্কোয় শুনা, কোম্বিবৈ, খুজুম্নৈ, লৈবি, খোইক থাওমৈ, ফিবাল, হৈকুক তাঙ্গা, ক্বা তাঙ্গা পুম্নমক য়াওনা কচ্চবিয়ে।

পুম্নমক অসিবু চাবিবে থকপিবে হায়বগা ননাই ঐখোয়গী ইমুং অসিদা কুমসি চহী অসিমগী ওইনা নাদবা, য়েক্তবা, পুকজেল খোয়জেল তিন্ননা ঈংনা চিক্লা, খুয়া তুশিংনা পানবা পীনপীবম্মু।

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

কৎদ্রিঙৈদা ঈশিং খচিক হান্না হৈবিগনি। কৎপা লোইবগা খুৎ হাম্নবা ঈশিং খবসু হৈবিগনি।

**কোম্বোঙ চাক থাবা**

সে' সে ! শবোই ঙাবোই, মিতা খমতা নখোয় পুম্নমক কচ্চবিবা চাকলুক, য়েঙ্খাং মথেলশিংসি চাবিযে, থকপিবে হায়বগা ননাই ঐখোযবু নুংশিং নোংহুম তোংহনবিগনু। হিংচা য়াইতম চঙহনবিগনু। অনা অয়েক পুম্নমকপুদি তুংওইননা থম্বিবম্লগা অফবা নুংঙাইবা পুম্নমকপুদি ঐখোয়দা পীনপীবম্মু।

নখোয়সু কচ্চবিবা অসি চাবিবে থকপিবে হায়বগা মফম অসিদগী নুংঙাইনা হনবিখ্রো।

চাক থাবগা লা মচি অমদা ঈশিং খচিক হৈবিগনি। কৎপা লোইবগসু খচিক অমুক হৈবিগনি।

কোম্বোং চাক চাবা লাইশিংসি হয়িচক, হয়াচক দদি হনুকোকজাও হনু লৈখম্নচিংবা লাইশিংনা মকোক শাবগা চাবম্মী হায়না ওজাশিংনা তাকপিবম্মী। হৌজিক লাংবা চক, কোন্নচক, খুনুংচক অসিদদি শবোই ঙাবোই, মিতা-খমতানচিংবা লাইশিং অসিনা চাবে অদুনা মখোযদা কৎপিয়ু-খাঙবিয়ু হায়না তাকপি। মসিদি যুমদা ঐগী চাকচা হৈচানবা পাংথোক্তবা য়াদ্রবা থৌবম অমা ওইবি। অতৈ অতৈ লাইগী তিনগী ওইবা মতমদদি অহোংবা খবা লৈগনি।

ঙন্নবদি হিংচা য়াইতমগীসু তোঙান্না থাবিবম্লবদি হেন্না কান্নবা ফংই। শহিং ঙাহিং হায়দুনা থানবিবা অদুনি।

**লংফৈ চাক চাবা**

**লমলাই ১দি শবোই**

'লমসিবু কোনবিবিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী' (মম্নিং খঙলবদি পনবিবা য়াই)। নখোযগী নফমদা ননাই ঐখোয়না চাবা থকপা অসিদা নুংশিৎ নোংহুম তোংহনবিগনু। অশোয় অঙাম, অন্না অনা যাওহনবিগনু হায়দুনা চাকলুক অসিমদং কৎচবিয়ে।'

কৎচদ্রিঙৈদা ঈশিং খবা হৈবিগনি। কৎপা লোইবগা অমুক খবা হৈথবিগনি। লমলাইগীদি লা মচেৎ অমদা চাকলুক অমা শেন্নগা কৎচবসি লাইগী লিক্লমনি।

'শবোই ঙাবোই, মিতা খমতা পুম্নমক চাখ্রো/থকখ্রো।'

মথক্কী মবোলসি চাবমদাই অদুদা খুৎনা চাক য়েঙ্খাং পুম্নমক সুনা লৌবগা ঈশিং য়াওনা চিথেক মবিমক্তা চাইথোক্কনি। অসুম্না তৌবগা চাববদি

মহ্ মযাই লৈদে হায়নৈ। ঙল্লিঙৈ মতমদা অহন অমনা লাইবু উশিং থওইদনা (শবোই ঙাবোই মিতা খমতা পুম্নমক চাখ্রো/থকখ্রো।) হায়বগা মচীন্দা কোক হ্পচিনখি হায়। হল্লক্লগা ময়ুমদা মপুক থিনবগা লেংবগা নাবকপদগী লাইকন্নখি হায়নবা লৈ। লাইগী ওইবা তম্বিগদবা পুম্নমক তম্বিপ্রগা ঐখোয়না কোন্না চাবা, চাবগী মহৈ লৈগনি।

## নোল্লুক ব্রাহৈ খরদং

ইপা ইপুশিংনা চেংনা লুনা থম্বিবম্বা লাইশোন, ফিকক তাবুনুংদগী তোল্লবনা শান্নপোংগুম খল্লগা উৎ ব্রাইগুম চাইথোকচবা নচ্চদে। হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা, খঙমিন্নবগী অপাম্বা, ঐসু খঙগে। অদোমসু খঙবিয়ু। মাসু খঙজসনু হাযবা ব্রাখল্লোন অসিদগী মীযাম মাঙদা পুথোকচবনি। কনাগুম্বা ওজাশিংনা লোন্না থুপ্না থমজবা লাইশোন তিনশোন পুম্নমক অইবনা শফাক ফাক্লা লুকমাইদা থাদুনা যোনবিবে খনবিবোই। ইবমদম কংলৈচা পুম্নমক্কী য়াইফনবনি, খঙমিন্নবা মতম চপ চাবে খনবিগনি। ফনমক খঙহৈববা মীওই অমা ওইজসনু। চংনবী কাঙলোন, চংনবী লিক্লমদগী য়োংচৈ কাম্বুনা চংখিবা মী অমা ফাওবা যাওখিদ্রি।

পাম্বিবা, খঙবিনিংবা, শোনবিনিংবা, থৌবম থৌথা পাঙথোকপিনিংবা মীওইশিংনদি সনা ফিকৈনুংদা শেংলবা ফিজি অমনা চেংনা পুনশিন্দুনা থম্বিবগা পুন্সিগী অনালবা লম্বীদা চৈশু ওইনা শিজিন্নবিয়ু। হিংবগী লম্বীদা পুন্সি খোঙলোই ওইনা লোইনবিয়ু।

খজদ্রিঙৈ উদ্রিঙৈদা লুনা লৌনবম্বা খঙলবা, উববা মতমদনা সিওইবে হাযনা লায়না লৌবিবা, যাম্না লায়নসু লৌবিগনু। থাজববদি লাইব্রানি। লাইশোন্নি। মীগী মবোলদা শক্লা শোন্নবা তাববদি মী অমা অমুক নেকপা চঙই। ইশাগী ইবোলদি ইশানা শকমিন শোনমিন্নবসি।

ঐবু তাকপিবকপা ওজাশিংনা মীতৈ মযেক্তা ইবা খুৎই লাইবিকশিংদা মীতোপ মীয়ান লোল খবা শিজিন্নবম্বা থেংনৈ। ঐগী লাইবিক অসিদা ব্রাহৈগী লোলচন শেম্বদা অদুম্মক থমজবে। মসিবু ককচনবা খুৎ থাবা হায়বসি ঐনা হঙ্গোইজবা, নুংঙাইদবা, কিজবা লৈবদগীনি।

## নমিংদি হায়রক্কে তাও!

ওজা অখঙ অহৈশিংগী লাইবিক্তগী, ঐবু তাকপি তম্বিবকপা ওজাশিংদগী লাইগী ওইবা মিংখৈ খবা-

*সেকমাইদা পোকপা সিবা*

| **মমিং** | | **মিংখৈ** |
|---|---|---|
| নোংদম্বা | - | নুমিৎপা |
| তৎনবা | - | অঙাইবেল |
| অতেকপা | - | ব্রাইতেক, তেক্লেন, তেকসোম (তেক্লেন শুমচি) |
| গুরু অহুম (অশিমল খাঙবগী) | - | ইপা, ইপু, ইপুধৌগী (মমিং) |
| লাইবুংথৌ ৯ | - | ১। ব্রাংপু নিংথৌ, ২। সবাং নিংথৌ, ৩। খাংলোই নিংথৌ, ৪। কাইবী নিংথৌ, ৫। লাংলোই নিংথৌ, ৬। নোংমাই নিংথৌ, ৭। ব্রাঙম নিংথৌ, ৮। পুংকোই নিংথৌ, ৯। থাংলোই নিংথৌ |
| লাই নুবা ৭ | - | ১। কৈবোই লৈমা, ২। কাইবী লৈমা, ৩। লোক লৈমা, ৪। সেনবু লৈমা, ৫। হিবু লৈমা, ৬। ঙাঙোই লৈমা, ৭। পিথেৎ লৈমা |
| ইমা লৈমবেল শিদবী | - | লৈখুবাও |
| লাইনিংথৌ | - | হো হিং শং |
| য়ুম্বীবেল | - | অচিবা, উবেপ অপানবা, ঈখৈ চাইবা |
| কৈকংহনবা | - | ব্রাঙ্গোলনিংথৌ |
| অপোকপা | - | পোক্লেন পোকপা (মাগী মাগী য়েক) |
| শোইবেল | - | অমাবা-অমাবী |
| য়াঙ | - | অঙাইবেল |
| কৌব্রু | - | সনা লয়োল লাংদা তনৌবা/সনা তনৌবেল |
| লোয়ালাকপা | - | যাই মরু শিদবা |
| থাংজিং | - | তিনঙাংলেন তবং হিংচি |
| ব্রাংব্রেন | - | তিনঙাংলেন য়াইহিংচি |
| মাজিং | - | মীসি ওংলেন |
| শব্রাং | - | তিনশংলেন ঈশংচি, লৈশং য়োবা |
| শয়াঙ অথৌবা | - | হিংনম |
| ঈশিং | - | লৈহিংশা, ঈফুৎলোক, মীশিং লৈযোনবা (মসিমদি থানখিদ্রে) |

| | | |
|---|---|---|
| কৌব্রু শবোই | - | চুকোক । থোংয়াং ফাবা । ঙৌনিবা । |
| থাংজিং শবোই | - | বাশি । চাবেং মোইবেং মাইহিনবা । |
| মাজিং শবোই | - | মোইবেং মাইহিনবা । |
| ব্রাংব্রেন শবোই | - | লানহাবা । লোংবা । |
| লোযালাকপা শবোই | - | তিনজোবা । হোইবিয়া নংকন । |
| শবোই লুচিংপুবেল | - | ১। চুকোক বাশি লানহনিবা । |
| | | ২। শীংথাবা ঙাঙচ্রো ঙাংলেন । |

*হোইবৌ হযা অনি মকপু হোইজিল্লম্লগে হোইবৌ।*

---

## অইবগী শমলপা পুন্সি ৱারী



**য়াইখুল খ্বাইরাকপম** লুজা খ্বাইবাকপম অমদি অঙোম নিঙোল থম্বাল খ্বাইবাকপম ওংবী অনিগী মচা মঙা পোকই। নুপী ৩, নুপা ২। লৈকাইনা অৱাং সেকমাই। খবা অনঙবা ইমুং ওইনা হৌবকই। নুপী অহুমগী মথংদা নুপা অতোম্বা (ঐ) অসি য়াওবকপদা ইমা-ইপা অনিমক য়াম্না হবাওখি। অদুবু লাইবক থিবদি ঐহাক পোকপগা ইমা - মশাগী অনাবা অমদগী মতম কুইনা কোনবিবমদনা তাইবং থাদোকখি । ঐ অঙাং অমা ওইবগী ইমাগী তমপাক থক্তা খোম্লাং মাইযোক্রবা ফংলকখিদে । ইমাগী নঙ্গল থক্তা নাওথি শাবসু খঙলকখিদে । ইচে অহুমগী নঙ্গলদা কপচবা নত্তনা । (ইচেশিংনা হায়বনি) ইমা মশক খঙহৌদে । ফোতো ফাওবা লৈবমদে । মঙদসু নোংমতা উদে । উবিবসিদি তাইবঙদা খঙলি উবিবা অসিনা অয়াম্বা ওইবমই । ঐগী Date of Birth 01-03-1949 নি ।

মপুং মবৈ ফাবক্লবা মতমদ Tula Sing Junior High School সবকাবগী ওইদ্রিঙৈদগী হৌনা ওজা ওইবা য়াওবকখি । মমাঙ গী অৱা-নুংঙাই পুম্নমক শমজিনজবগা 01-04-1979 সি ঐগী 1st Appointment নি। মতমসিদা মনিপুব হিন্দী পবিশদগী **'হিন্দী ৱত্ন'** পাস তৌবগা HGT ওইনা চঙলে । চান্দম নিঙোল ওজা 'চমফো' মাসু হান্ননা অঙ্কগী ওজা ওইনা লৈবম্লে । ঐখোয় অনি পুন্সি খোঙলোই ওইমিন্নখি । 1982 দা Hindi Teacher Training চংখি । চহি অসিমক্কী December দা আগ্রাদা হিন্দীগী

Orientation Programme য়াওবসু চংখি । ঐগী ইচা নিঙোল ২, পিপা ২ লৈবে । মমাসু Retd তৌদ্রিঙৈদা 11-02-2006 দা ঐবু অমদি মচাশিংবু লংথোকপিবম্লগা পুন্সিগী য়াহিপ তানখ্রে । ইমানসু পিক্লা ঐবু হুন্দোকপিবম্লে । মানসু ঙন্না অমুক কায়নবিবে । সিদবু ঐনা মবুপ মপাংশিংদা নুংঙাইবা ৱাবী শাবমগদ্রা ? অৱাবা ৱাবী লীবমগদ্রা ?

মাবু নিংশিংবা ওইনা, অঙাংশিংবুসু পুক্লিং থৌগৎপা ঐসু মাসু শিনতাক শিনতম য়াওমিন্নবম্বা স্কুল অসিগী চহিগী ওইবা Award অমা, (মসিনা স্কুলনা শিনবনি) অতোপ্পা অনি অমানা Sekmai Development Committee না চহি খুদিংগী পাঙথোকপা Meritorious Award, য়েম্থোকপা অদুদা ঐনা Donar ওইবগা মানা অঙ্কদা থৱাই য়াওজবম্বা অদুবু নিংশিংজবা, মহৈবোইশিংদা অঙ্কগী

মঙাল খবতা ওইববসু ফংহন্নবগী পান্দমদা পিজবা Award নি মখাগীসি· -

1 Khwairakpam Ongbi Champho Devi, Memorial
Cash Award Best Outgoing Student Tula Sing Junior High School
2 Khwairakpam Ongbi Champho Devi, Memorial Cash Award
Highest Mark H S L C Exam - Maths B S E M
3 Khwairakpam Ongbi Champho Devi, Memorial Cash Award
Highest Mark H S L C Exam - Maths C B S E

ঐনা অঙাংশিংবু শেমগৎপা পামজবা, Culture গী লমদা হোৎনজবা অসিবু শক খঙবিদুনা মনিপুব পুন্নমক্কী ওইবা মচং ১০৮ খনগৎলগা ইকাই খুম্ন বা উৎপকী থৌবম অমা কংলা হোলদা লৈখলনা শিন্দুনা Date 26/08/2008 পাঙথোকখি । থৌবম অদুদা ইকাই খুম্নজবিবশিং - Ph Parijat Singh, Minister Health না Chief Guest, Th Shyamkumar, Deputy Speaker না Guest of Honour, N Nabakanta, Best Social Worker Awardee না President ওইবিদুনা ঐহাকপুসু সাল-১, Certificate-১ পীদুনা ইকাই খুম্নবিখি। লোয়ননা কংলা বিলিজস কম্মিটিনা ২০১০ - গী কালেনগী থাবুমদা পাঙথোকখিবা পাখংবা চেংহোংবদা ফমথৌলেংদা চিংখৎতুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

Meetei Mayek Orientation - Cum Training Course 1983 দা চৎখি। নহা ওইবিঙৈদা খুৎইগী মীতৈ ময়েক নিংথিনা তম্লকখি।

## অয়ানবা চুমথোকপা

| লমাই | পরেং | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| XIV | ০৩ | সন্তপ | সন্ত্রপ |
| ২৪ | ২০ | নুপী ময়ুমগী লমজিংবা,<br>লোইননা আহন লমলশিংসু | য়াওবোই |
| ২৯ | ১২ | চেঙফু, নুপী ময়ুম্না পুগনি,<br>নুপা ময়ুম্না পুগদবনা চেঙ | শঙবাই |
| ৩১ | ২০ | ইবুধৌ | ইবেনধৌ |
| ৩৩ | ০৭ | খাপুনাই | খাওপুনাই |
| ৩৫ | ০২ | পিবা (অতৈ অতৈ লামাইদসু) | পিপা |
| ৪৩ | ২৩ | নুপা | নুপী |
| ৫০ | ০২ | হৱা | ইৱা |
| ৫৬ | ১৭ | পিবানা | পিপানা |
| ৫৮ | ১২ | পিবাগী | পিপাগী |
| ৫৮ | ১৯ | ওইগীদা | ওইগীনা |
| ৫৮ | ১৯ | অমুক | য়েত্তা |
| ৫৮ | ১৯ | য়েংকী | ওইগী |
| ৬১ | ১৪ | খুবম্নমই | খুরুম্নমই |
| ৬৮ | ১৭ | হন ইবা | হনৱাইবা |
| ১০১ | ০৮ | ফংলেন | ফমলেন |
| ১০৩ | ১৭ | কৈথেলেন্দগী | কৈথেল্লেন্দগী |
| ১০৬ | ০৫ | থবক্তা (অতৈ অতৈদসু) | থবাক্তা |
| ১০৬ | ২১ | কৌরিদা | খৌবিদা |
| ১০৮ | ০৭ | তাবাল | থাবাল |
| ১০৯ | ০৮ | কোনশিনবিবা | কোনশিনবিবিবা |
| ১১২ | ০৯ | উথংৱাগী | উতংৱাগী |
| ১১২ | ০৭ | শীংথবিবা | শীংথাবিবা |
| ১১৪ | ২২ | কুশেনবা | তুশেনবা |
| ১১৪ | ২২ | কুমকিলাই | কুমলিকলাই |
| ১১৮ | ০৬ | লানহনিবা | লানহাবা |
| মকোক চেখুমদা | | সাহিত্যবত | সাহিত্যবত্র |
| অবোইবা চেখুমদা | | নল্লওবেম | নাওবেম |

লাই নুবা ৭গী লৈ হনবদা চিনখৎকদবদু থেংথত্রে।
লৈ মতোন তাববোমদা লৈখোক ওঙ্গোকপিয়ু